# সেঙ্গোই সনা

এলাংবম সোনামণি সিংহ



মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্স
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং
ইম্ফাল-৭৯৫০০১

**Sengoisana,** a Manipuri Historical Novel, Written by E Sonamani Singh and Published by Dr Sucheta Elangbam for Manjit Publications, Moirangkhom Loklaobung Imphal - 795 001

অহানবা ফোঙবা : ২০১০ ইং

ফোঙদোকচবা : ডা. সুচেতা এলাংবম
মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্স, মোইবাংখোম লোক্লাওবুং
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১ গীদমক ফোঙবা



কোপী মশীং ১০০০

মমল লুপা : ৯৮/- (লুপা মবিফু তবানিপাল) খক

মখুম : প্রী. একান্ত শর্মা, ষ্টেট কলা একাদেমী এবাদি

ফংফম : (১) সুচেতা বুক্স,
পোলোগ্রাউণ্ড রোড ইম্ফাল

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং বাক্স
পোলোগ্রাউণ্ড রোড ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

## ৱা অমত্তং

মবৈবাক্কী মনীং তম্বা কন্ননবা থৱায়না পোন্থা ওইদুনা বৃটিশ লাম্মীগা লাম্লেইংনদুনা থৌবাল অথোকপম লানফমদা যেক্লববু মাযথীবা পীদুনা তান্থোকখিবা মণিপুৱ ইমাগী অথৌবা মচা সেঙ্গোই সনা খোংজোম পৰ্ব্ব শকপা ওঝাশিংনা যাইস্কুল লাকপগী লাল শৈথাবদা মমিং তাজবা নত্তনা অথৌবা অসিগী পুন্সিগী ৱাবী খঙজদে। অদুনা থৌবাল অথোকপমগী লান্না যুম্ফম ওইবগা শেমগৎচবা উপন্যাসনি।

লাইৱিক অসি ছাপা নম্বদা প্রুফ পাবিদুনা বানানগী ইউনিফোর্মিতি ঙাক্লবা হোৎনবিখিবা সৰ্ব্বশ্রী বি. এম. মাইস্নাম্বা, এম. শান্তিকুমাৱ সিংহ, এস. সি. যাইখোম্বা অমদি মখুম যেকপীবা শ্রী একান্ত শৰ্ম্মা, মণিপুৱ ষ্টেট কলা এৱাদিগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চবি।

২০১০ ইং

সোনামণি সিংহ

# ১

# নূংগী য়ুম্বী ঃ থৌবাল অথোকপম

চহী কযামুক্কী মমাঙগী ৱানি, খৃ: ১৯৪১ ইংদা থেংনখিবনি। বতি লাইবেশ্বীগী নুপা কাম হাযবা লাই অদুনা খোঙদা লৈবিঙৈ মতম, খোঙনা চৎপগী পেনবা লৈতবা চৎনীংদুনতা লৈবা; উনীংবা খঙনীংবগী ঈখৌ লাংবনা লমজিংদুনা মাযকৈ শলাই খঙদনা পঙচত্তা চৎলিঙৈ মতমদা উখিবনি, খঙখিবনি।

নুমিৎ অদু ওক্টোবব থাগী অযুক অমনি, মণিপুবগী মেবা থানি, নোংজু থা লোইখিদুনা খোঙখূৎ কংবা মতম ওইবতা নত্তনা লাংবন নুংশা লৌচি কোয়বা ঙমদবা অদুসু হৌখিদুনা নুংশা মেঙথবক্লবা, উহৈ ৱাহৈ মুল্লকপা, পূক্লীং হকচাং নুংঙাইহনবা মতমনি। মতমসিগী মণিপুব তম্পাক্কী ফজবা শক্তমদি লোইনাইবা ৱাহৈনা শীংথাদুনা ফোঙঙমদে হাযবসি মেবা থাগী থাবল উবগা হেক্তা খঙবা ঙমগনি।

ঙসি অসিনি ঐখোযনা চাউবগী সবপ্রাইজ থেংনকগদবা ' অযুক্কী লৈচিল ফজনা থা-বে অদুবু অযুক্কী পৃং মাপল তাবকপা মতম অদুৱাইদদি লৈচিল পাথবক্লে , নুমিৎকী মশক উবে- নুংশা লুম্বু লুম্বু শাবক্লে, মী পূম্নমক মতু মমান খীংলক্লে। হাযনখিবা মতূং ইন্না মখোয় য়ৌবক্লে - চাউবা, শবত, ইবোহল, চন্দ্রমণি। ঐখোযগী থোঙ্গালদা সাইকল মন্দিলা খূফাং খীংলকলে। ঐহাক ফিবোল শেৎলগা সাইকল ইন্থোক্তুনা মপান থোবক্লে - পূক্লীংদা নুংঙাইবা ফাওই - অমুক্তা উদ্রিবা লৈশাবী অমা উবগনি, মাগী মখূৎ মহাও তংগনি।

য়াইমবী চহী তরা-তরুক, তরা-তরেৎ শুরবী; মতম -ফনা ফজখৎলক্লিবী লৈশাবীনি। ইংরেজি পাউরৌদা হায়নবী স্যুইট সেভেন্টিন হায়বদুনি - মখোক কারক্লিবী শানৌনি; চাউবগীদি থম্মোই তনিক মিহুল দং দং চোংবীনি। থীক-থা ফল্লি, ইঞ্চি কুপ্লাতরেৎ নিপান ওইগনি - ইঞ্চি ২২/২৩ গী চেংলবা খ্বাংথক্তা হাইনা-হুম্না শান্নজরিবনি। শগোল মায়তানি, কুলৈ কুচু অপানবনি। মী পীক্তে, তীংদা-য়াঙদা নীংথিবীনি; ফুট মঙা ইঞ্চি তরুকলোম খ্বাংই, নাতোন তুমতক মীৎ লাউরপ পোত্থাবা লৈতনা কোয়রৈ লৈনা য়েংবা মীৎ নহানি - য়েংদশিন্না মিৎলাওবীনি। তবুম তবুম্বা পাম্বোম্মি, অগ্নি লৈহাওগুম পুমবুম খৃৎশানি। শম্না হায়রবদা মাবু হেক উরুবা খুদীংমক মীৎফম হোংদোকপা ঙমদবী লোয়নজনীংবী, চান্নজনীংবী মীতানি।

চাউবগা য়াইমবীগা মমাঙগী চহীদা ইম্ফালদা খঙনখি। নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা চাউবা মহাক্কী মাইবুংঙো ইবোতোনগীদা চৎলুই। মদুদা মাগা য়াইমবীগা থেংনখি। য়াইমবী মাগী মাইবুংঙোদা খূবাক ঈশৈ তম্লম্মী। হেক উনবমক্তদা মীৎ মরি মীৎ-চানখি খঙনখি নকশিন্নখি চান্নরকখি। ইম্ফালগী মাগুপ কয়াদা য়াইমবী কাংগী খূবাক ঈশৈ, ঝুলোনগী নুপী পালা, বাসক কয়া শকখি, ফাংনখি। যাম্না থুনা মমীং চৎলকখি, খ্বাইনা খঙনরকখি। কুমসিগী ঝুলোন লোইবগা ময়ুম চৎলমদাইদা চাউবগা উনবমখি "তা চাউবা চাক চামিন্নসি নোংমা খাঙবোক্তা লাকপীয়ু" হায়রম্বনি। ব্রাফম অসিমক্তি ঐখোয়দা তমথোকপদি তৌদনা চাউবনা সরপ্রাইজ অমনি লৈশাবীগী মখূৎ তংগদৌবিবনি হায়দুনা ঐখোয় সাইকল তোংদুনা চৎলিবা অসিনি।

ঐহাক্লা সাইকল ইন্দুনা তোর্বান য়াঙবী ছোরোক য়ৌরগা মখোয় ময়ামগা কৌনরিঙৈ মতমদা মেরাগী নিয়ম লাইরিক তারুবী অবোক চোয়নৌ, ঐখোয়না চোনু কৌজবীগা লোয়ননা মমান্নবী থৌরাণী শংবান্নবী বালভোগ ময়োম অমমম পায়রদুনা ঐখোয়গী থোঙ্গাললোমদা লাকখি; ঐবু উবদা মগুবু লুনা তৌজবী অবোক্লা বালভোগ ময়োমদু ঐঙোন্দা পীরগা হংলকখি - "মনি, কদোম চৎকদৌরিনো?" অবোক থৌরাণী শংবান্নবীনসু মাগী বালভোগ ময়োমদু ঐখোয়দা পীরকখি। ঐখোয় বালভোগতা য়াওবা লফোই, চু, কফোই, অব্রাথবী, কবোক, লাডু, কংশুবী অদু নোক্লা নোক্লা য়েন্নদুনা চামিন্নরম্মী। ঐনা অবোক্তা "ঐখোয় সুম কোয়রুগে তৌবনি" হায়রম্মী। মখোয় অনীনা ঐখোয়না চাবদু মুন্না নোকমী নোকমী তৌনা নুংশিনা য়েংলগা হায়রকখি। "ঙক্তা হল্লকউকো!"

ঐখোয় মখা পাংনা থৌথরে। মতমদুদা মোইরাংখোমগী তোর্বান খূনীংথেক্তগী থুম্বুথোং তারগা শিংজমৈ য়ৌবা তোর্বান য়াঙবী ছোরোক অসি ষ্টেট হায়রে লম্বী

অচৌবনি- অঙাঙবা চেক্কী কংকৃত থাই। মোইরাংখোমদগী খা পাংনা চৎলিবা নেসনেল হায়বে ৩৯ শুবা বর্ম্মা রোড অসি মতমদুদদি খোঙ লম্বীনি - উফুলনা খুকউ য়ৌরি।

ঐখোয় চাংচৎ অমদা ৱারী শানা শানা থৌরকপনা শীংজমৈ য়ৌরে। থোংগী ফৈরেলদা সাইকল ঙাশিল্লগা হৈঙান য়োনবী ইনেদগী লৈবাক হৱাই অঙৌবা পৈশা অমগী লৈরগা থোংদা লেপ্পুনা চানা চানা ঙাইহাক ৱারী শারদুনা নোক্লম্মী। ৱারীগী মচাক ৱাংপা লৈতে। শীংজমৈ থোং থুম্বুথোংগুম্না উনা মখোঙ ওইবা অথাবা উবাক্লা খারা থাবা নাকন অনীদা ফৈরেল হাপ্লা ইনা মথক কৃপ্পা থোংজাওনি, লাইনিংথৌ খাইদেম তেম্বগী মপাদা শারম্মী। শীংজমৈ মরু ওইনা শীং অমসুং ইগী কৈথেলনি; হৌজিক্কী কৈথেলগী মরু ওইবিবা মফম অসি মতমদুদা পাৎনি, থরো থম্বাল শাংলম্মী তেখাও পাৎ হায়না খঙনরম্মী।

লৈবাক হৱাই অঙৌবা চাবা হেক লোইবগা ঐখোয় তেখাও পাৎকী অথেঙবদা শাংপা মনা কেল্লবা থম্বাল অমা অনি অমদি ঈরং লংবা নুংশিৎনা য়ৈবদা ঈথক মচা মচা হৌরিবা ঈপাক্তু য়েংনা য়েংনা থৌবাল লম্বীদা মখা পাংনা অমুক থৌথরম্মী। মতমদুদা মণিপুর পূম্বগী মীশীং শুপ্নগী লাখ মঙাতনি। লম্বী অসিদা কুম্মৈ ফিয়োং মতম নত্তনা মী য়াম্না কূংনা চত্তে। হৱাগাড়ী পেসেঞ্জর পুবা শুগু তান্না চেনবা গাড়ী অমত্তনি, হৱাগাড়ী কাবসু সনা কোনুংগী মহারাজগী য়াওনা অনী অহুমতনি, নুমিৎ খুদীংগী চেনবসু নত্তে; পোৎপুবা ষন গাডী খর, সাইকল তোংবা খর, শগোল তোংবা অমা অনী নত্তনা অতৈদি খোঙনা নম্না চৎনবা ঙাক্তনি। অদুনা ঐখোয় ইনীং তম্না লম্বী থন্না শন্দোক্তুনা থৌবম্মী। সাইকল তোংবা ঐখোয়বু ইনাক খুনবা মচানি হায়না মীনসু সম্মান তৌই।

ঐখোয় ময়েংবম লাইরেম্বী ওইওই নাতৈ থনম্লগা খোংনাং লম্বী ময়ায় হৌবী লাম্হোক্তুনা হাইথবকপনা থরো থম্বাল থাংজিং থন্না হৌরবা ককৱা পাৎ লাম্লে, নাওরেম লৈকায় নরসিং দেব আখবা য়ৌবে। লমদাং অসি য়ৌরকপদা অয়ুক অঙনবদা হাইথদুনা ৱাইথৌদগী ঙাতোন অতেকপা তীক্লবী, লুকমায় থন্না ঙাতোন হাপ্লগা কোকথোংনদুনা চাকচা মাঙদা ঙানা তেক্লিঙৈদা সনা কৈথেল মোইরাংখোম বাজার কৈথেল অচৌবা খ্বাইরমবন বাজার য়ৌহৌনবা চেন্না চেন্না হাইগৎলক্লীবী ঙায়োনবী নুপীশিং থেংনখি। নুপীশিং অদু চহি ১৯/২০ দগী ৪৪/৪৫ ফাওগী লোঙ্গানি, মাঙ লূপ্নীবী ঙাক্তনি। ফনেক ফিদোন চিংখত্তুনা শেৎলবী খ্বাঙদা খ্বাঙজেৎ লাকপী মকোক্তা থোংলিবা লুকমায়দু বেলেন্স কায়দনা লেঙদনা পুরগা মখুৎ অনী ফৎ ফৎ হাইদুনা হুৎ হুৎ লৈদুনা মৈতান অশাবদা খোঙনা নেৎপগুম চেন্না চোংনা চৎলিবীশিং অদুগী

খ্বাঙজেৎকী ফিজিন্না ফিরান হাই-হাইদুনা চেনখৎখিবা মীৎকী কুম্মেনি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদা মখোয়বু "ব্রাইথৌ শগোল" হায়না লকনৈ। মদু মখোয়গী অশাওবীনি - মখোয়না তারবদি অকাম্পোৎ থাংনা ঐখোয়দা চৈরকই।

ঙায়োনবী নুপী ব্রাইথৌ শগোলশিং অসি অয়াম্বা নাউরেম লৈকায়দগীনি। ঙা পুমথদনবা বরফ হাপ্পগী সিষ্টেম লৈত্রিঙৈ, খোঙ নত্তনা হব্রাগাড়ীনচিংবা ট্রান্সপোর্ট লৈত্রিঙৈ শগোলগুম্না চেনবা তাবনি - নত্রবদি ঙা অদু পত্তুনা নামৎ শিৎপা তাদৌরিবনি।

অয়ুক ঙন্না হৌগত্তুনা চাক ঈশিংনচিংবা থোং থাকপা ইমুং মনুংগী কুপনোম, মচা মব্রা মকু মনেমগী সেবা লোইরম্লগা মাইল মাপন লাপ্না লৈবা ব্রাইথৌ পাৎ তম্না হাইথদুনা ঙাতোন তীক্লুবগা অয়ুক চাকচমাঙদা মোইবাংখোম সনা কৈথেল যৌনবা চেনখৎলক্লিবী মৈতৈ জাতীগী শেন্নুমগী খুজ্জি পাযরিবী মৈতৈ নুপীশিংগী থৌনা থাগৎনীংঙাইহনি। চীং-মান, উমং নারক মোংশোং, লব্রায-থব্রাই মখোয়না যৌদবা লম করি লৈবগে ? মালেমগী ইতিহাসতা মৈতৈ নুপীগুম্না অখাঙকনবী কদাইদা লৈবগে? অওইবমক্লি মৈতৈ নুপীশিংদি ইমাগী মশক ওইবীনি। মৈতৈ নুপীবু লেপ্পমক লূনা তৌফম থোকপনি। হৌজিক্তি ব্রাইথৌ ঙাতোন মুৎখ্রে, ব্রাইথৌ শগোলসু চেনখিদ্রে !

ঐখোয় অসুম থৌথরকপনা কাঞ্চিপুর লাংথবাল কোনুং লাম্হোক্তুনা লীলোং য়ৌরে। মতমদুদা নাওবেম লৈকায মখাদগী লীলোং ফাওবা মী তাদবা লমহাঙনি। ছোরোক্কী ওয়দা মফম খরদা থম্না থম্বাল শাৎলবসু অযাম্বা মফমদা কংলবা লৈশাং হিদেন থাঙ্গপাৎ লৈ। ছোবোক্কী য়েৎতা মতম অমদা সিফাই পল্টন লৈবম্বা পাক্লবা লম্পাক-নাপীনা ঈশং-শংনা হৌরবা লাংথবাল চীংদোন ফাওবা অশংবা গালিচা থাবগুম শন্দোকখ্রে । লাংথবাল চীংথক্তা লৈবা অঙৌবা ফুরা অমদি চীংখাদা সনথোঙগী অতেক অকায় লৈবদুনা কোনুং ওইরম্মী হায়বা তাক্লি। কাঞ্চিপুর লমহাঙদা মোংফমদা য়ুংবা ক্রোস অনী অহুম লৈবদুনা সিফায় পল্টন লৈরম্মী হায়বা খঙহল্লি। কাঞ্চিপুর লমহাঙদা ছোরোক্কী মনাক্তা মোংশোংনা কূপশিল্লবা গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মং ফুরা লৈ। য়েংশিনবিদবনা ফুরাদো তেক কায়রে। মতমদুদদি ঐখোয়না মদু কনাগীনো হায়বা ফাও খঙদ্রি।

লীলোং-ইম্ফাল ইরিল কোংবা ঈরোং অহুম তিন্নফম তীথনি। শ্রীগোবিন্দগী অবতার কাইনগী থৈবোংনা লাংথবাল কোনুং তান্না লেঙলকপগী ঈশিংগী খোঙচৎকী অরোইবা পম্বুংফম্নি। মণিপুরদা পাঙলশিংগী অহানবা খুন্দাফম লীলোং ফাওদুনা চুমদ্রিং

চুন্না ঐখোয় উসোই পোকপী পাং ফাওবা থৌথবম্মী। পাণ্ডল খুল লীলোং মতমদুদা উসোইপোকপীবোমদা শন্দোক্তি। উসোইপোকপী ঈশিংনা নীক নীক লাউবিবা পাংনি, হঙ্গাম থাবী লমহাণ্ডনি। সুপ্তুকাবোংগা লোন্নবা ৱাইথৌ চীংখোঙদা উসোইপোকপী শোইবেম্নি। উসোইপোকপী য়ৌবকপদা নীংশিংলকখি - পাখণ্ড লৈশাবীশিংনা থাজনবম্বা-থুংনগদ্রা থুংনবোইদ্রা ক্ষেন ষেংবা মখল অমা। মতম অদুদা চংনবম্বা কৃষ্ণ জর্ম্ম, থৌবাণী জর্ম্মদা থবো চাবা, কিহোম চাবা চংপা পাখণ্ড-লৈশাবীশিংনা যেংনবম্বা ক্ষেননি।

"ঙাইখো ঙাইখো কৈনো অমা য়েংখিসি" হায়দুনা ঐহাক সাইকলদগী কুমথবে। সাইকল ষ্টেণ্ড থাদদুনা থমলে অদুগা ছোবোক্কা তাইনবা উসোই পোকপী পাংপান্দা হৌবা চবোং পাম্বী অনীদগী মনা অমমম থংলগা মবিং তেলহৈবগী চীং মাযোক্লনা নোংপোক ওন্না লেপ্তুনা চবোং মনা অনী অদু থুপকি কিশিন্নবগা চিংবদা থুপকি অদু নাম্ভোক্লদবে-ঐ হবাওই, মোমোন নোকখি। মখোয অতৈসু সাইকলদগী কুমথবে। ঐনা মোন্দা যাম্না নুংঙাইনা নোকখিবদু উহৌবা চন্দ্রমণিনা হংলকখি-

"কবিনো নথন্তা নোক্লিবদো ?"

"ঐগীদো যানবে।"

"কনাগনো য়ানবিবো ?" ইবোহলনা হংলকখি।

"গুণীগা ঐগনিদনা। সে উবববসে অনীসে শেংতোক ফাকতোক্লবা যাদ্রিবসে।" ঐনা চবোং মনা থুপকি কিসি অদু মখোযদা উংলম্মী।

"ওঃ অদু ওইবে" চন্দ্রমণিনা হায়বকখি।

"হোযনে হৌজিক্তি কযাম চান্নবিবা ! নহান কৃষ্ণ জর্ম্ম নুমিত্তা থবো চাবা লাকমিন্নবা অদুদদি মাগীগা ঐগীগা শুকচান চান্নদবনি, কিবগা হেক্তা নাম্ভোক্লবনি, ঐ থৱায় কযা ৱাপ্তে, মাসু ওম্ভোক্লা নুংঙাইখিদ্রপোংনি। হৌজিক্তি ঐ কযা নুংঙাইববা ! নখোযগীসু যেংউদনা ?"

"ঐগীদি য়েংদ্রসু য়ারে, পাঞ্জিনা পক্লে হাযয়ে।" চন্দ্রমণিনা খুন্নকখি। চাউবা, শবত, ইবোহল পাংপান্দা চঙশিনখিদুনা চবোং পাম্বী অনীদগী "সিনা ঐ, সিনা মা" হায়দুনা চবোং মনা অমমম্ থংলগা মনা অনী অদু থুপকি কিশিন্নে। শবত-ইবোহল অনীগীদি অমুক্তং কিবদা শেক্তোক-ফাক্তোক্লবা য়াদনা কন্না কিশিন্নে। চাউবগীদি অহন্নক হন্ন-হন্না কিববু হেক্তা নাম্ভোক্লে; চাউবা মথৱাই কয়া নুংঙাইতে, হায়বকখি-"ঐগীসিদি নাম্ভোকখিদৌবিমান্নে-ইপা ইপুগী অহন্নক য়েংববু মঙ্গল ওইদে।"

"খঙদেনে, ঐখোয়না ঙসি চৎলিসিদি ভায় চাউবগীনিদো। হোরেল্ল লৈরমদদুনা তোক্লরনি" ঐনা নোৎশিনখি।

পূং তর্রা তারক্লে খুঙ্গং লমদা পাৎয়াদা করিদা লৈথহৌবা পম্থহৌবা লৈচিলসু অকপ্রে। ঐখোয়সু উসোইপোকপী পাৎপান্দগী ব্রাইথৌ চীংগোন লম্বীদা ওয়দা চীং য়েক্তা শুপ্তুকারোং পাৎ চীংফু চীং কারক্তা সাইকল থৌরকপনা মণিপুর মহারাজগী ষঙ্গোমশঙ, কৈরানফম ফাওদুনা ব্রাইথৌ থোং ব্রাইথৌ শোইরেল য়ৌরে। মতমদুদা ব্রাইথৌ চীংগোন মী তাদ্রি, শুপ্তুকারোং পাৎ ওইরি। অদুনা ব্রাইথৌ শোইরেল য়ৌরবতদা মীনিন তাবা ফংই। শোয়রেন্দা ঙা ফাবা ঈল চিংবা লূ কাইবা ঙা তীকপা য়োনবগী মীয়াম তিন্দুনা লাঙবা নত্তনা ব্রাইথৌ চীংগোন পূম্বা চেক-মোক লাউদবা লমনি। ঐখোয় শোইরেলদা চঙদুনা য়েংলুই।

ব্রাইথৌ পাৎকী শোইরেন্দা ঙাতোন ফাবমুক ফজবা দৃশ্য অতৈ মফমদা পঙউ উবা ফংলোই। শোইরেনগী শোইপন্দা কবোরু কুন্দগী হেন্না থুন্লি। পাত্তগী শোইরেল তম্না ঈশিং ঈচেল নাইনা চেম্থরক্লি। ঈচেলগা লোয়ননা লমজেন তান্ন-তান্নদুনা চেম্থরকপা ঙা ময়াম অদু শোইগী পন্দা থেংলুবদা খংদুনা চোংখৎলকপা ঙায়াম অদুনা নুংশা মঙান্দা লুপাগী থাকল নোংথাং কুপ্পগুম ঈরং ঈরং লংনা খানবা অদু মীৎকী নুংঙাইরবা কুম্মেনি।

খংদুনা চোংখৎহৌদবা ঙাশিং অদুনা ঈচেলগা লোয়ননা লূ মনূংদা চঙদুনা লূ অদু পীক পীক থন্না মিনিট অহুম খুদিংগী লূ কাইদুনা পূংখায় অমগী মনুংদা ঙাতোন সংবায় সংবায় ফায়। মদু লুক্তা হায়বদি অখন্নবা চাংগী থুম্মোক্তা ওন্দুনা ঙায়োনবী শিংদুনা লৈদুনা কৈথেল নংনবা পুখি, পাৎ চাবগী শেঙ্গাও মিকুপ খরতদা শেন্না পীক পীক থল্লি। শোইরেলসিগী মথংদা থোংখা, মথংদা নিংথিখোং পাৎ লৈ।

শোইরেন্দা ঙাতোন ফাবা ঙাইহাক য়েংলম্লগা ঐখোয় ব্রাইথৌ থোং লান্দুনা ওয়দা পাৎ য়েক্তা চীং লৈবা চীংলম্বীদা তাংজেং খোংনাংখোঙ য়ৌরকখি। চীংয়া লম্বী ময়া ফাওবা নীক নীক লাউনা লৈরিবা পাৎকী ঈশিং ঈথক্তা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা ঈরং ঈরং লংবা পাৎকী ঈপাক ব্রাংমদা য়াইথিবী খুন পোইরৌ কাইনা চীং য়েংবদা তাম্না পূক্লিং হূয়। য়াইথিবী খুন সমাজনা ইম্থোক্লবা মীশিংগী লৈফমনি-মখোয়বু লোইদা থারবা মী হায়না খঙনৈ।

তাংজেং খোংনাং খোঙদা চীংলম্বী লোইরদুনা থৌবাল কিয়াম থৌবাল হাওখা ফাওদুনা চৎলম্মী। লম্বীদা হাওগা সোরারেন চৎনা চৎনা খুরুম্মী। থীন্দনা থৌবাল তুরেল থোং লান্দুনা থৌবাল কৈথেল য়ৌরে। নুংথিল কৈথেল ওইবনা মী তিনদ্রি।

থৌবাল তোমজিং, থৌবাল অচৌবা, থৌবাল অথোকপম মণিপুরগী নীংতম্বগী অবোইবা লান শোক্লফম, লানফমনি। থৌবাল তোমজিং ওইদা থনম থৌবাল অচৌবা ফাওদুনা অথোকপম য়ৌবকপা, অবোংথোং লাল্লমদাই থোং মচীন্দা খাঙবোকলোমদগী লাকপা লৈশাবী পুবকপা সাইকল অহুম মবিখক কোক হেক থেংনবে।

সাইকলদা পুরকপী মকোক খুম্বী লৈশাবী অমনা কৌবকখি- "তা-চাউবা কদায়দনো?"

ঐখোয় সাইকল খামই, কূমথৈ। মখোয়সু লোইনা খামই, কূমথৈ। মাযগা মাযগা ওনশিন্নদুনা য়েংনৈ, ঙাইহাক লেপমিন্নে।

লৈশাবীদুনা চাউবদা ওনশিন্দুনা-

"তা-চাউবা! মযাম কদাই যৌদৌবিনো?"

"হাইমা! যাইমবী! ঐখোযদি নখোইদা লাকপনি, অদুগা নঙনা হৌজিক কদায়দা?"

য়াইমবীনা চাউবদা ক্লা মতপ অমা লান্ন-লান্না হাযবকখি- "একাশিণী, তোম্বী, তাইবুংঙোখোযদা ক্লা মতপ অমমমতা লাল্লু।"

যাইমবী ঈবাঙ-লাঙই। একাশিণী তোম্বীনা ঐখোযদা ক্লা মতপ অমমম লাল্লকখি। ঐখোযসু লৈশাবীনা লাল্লকপদুদা হবাওদুনা শুনু যাম্বা হিদাক মনা যাওব্রা অমত্তা যেংদনা কোক হুকচিন্দুনা প্রোক প্রোক হেক্তা শাযবম্মী-তনৌববী যাইমবী উবদা ঐখোয পূংশুম শুন্দ্বৎখি। মখোযবু পুবক্লিবা সাইকল থৌবকপা পাখঙশিং অদুনা ঐখোযদা মমীৎ খাবপ খাবপ যেং, তুমিন তুমিন লৈ।

যাইমবীনা খোন নৌবপ্না নুংশিনা মখা তাবকখি।

"তা-চাউবা ব্রাবৌবা য়াদে। ঐখোয় গৌবলীলা অমগী চত্তবা য়াদদুনা চৎলবনি, ঙসি নুংথিল তৌগদবনি য়াইরিবোক্তা, মথং নোংমা অমুক লেঙবিবকউ।"

চাউবা ইঙক ঙক্লা হায়ফম তৌফম খঙদনা লৈরিঙৈদা মখোয়গী সাইকল থৌবকপা যাইমবী পুবকপা পাখঙ অদুনা- "চৎসি চৎসি থেঙত্ত্রনি" হায়বকখি। মখোয় সাইকল তোংখত্তুনা অদুম থৌম্রে।

লৈশাবীনা লাল্লকপনি হায়দুনা হব্রাওদুনা হুকচিনখিবা পান অদু হিদাক মনা খব হেন্না য়াওবমদুনা শরত ইবোহল চন্দ্রমণি মকোক ঙাওদুনা অবোংথোং ময়াদা

ফমথগ্রে। দাও য়াদ্রবা, য়াইমবীনা সবপ্রাইজ তৌবিরল্লবা চাউবা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মখোয়গী মনাক্তা ফমথখি, শোনখি-"ঐদি মসি উসোইপোকপীদা অদুম চিংনরক্লবনি।"

"ঐগীদি কাদু শুনু খব হেল্লমাল্লে লৈসি ইচা চাফৎলে।"

ঐনা সুম য়েংথোকখিবদা অথোকপম খুঞ্জিন্দা কৌবিলিয়া খব ইকোয় কোয়না হৌবদু উখি। মদু কবিনো য়েংনীংদুনা মখোযদা "ঐহাক মসি য়েংলুখিগে।" হায়বল্লগা মদু তান্না পবপ পবপ চৎখি।

কৌবিলিয়া মঙা তকক অদুগী ময়ায়দা লৈতোং অমগী মথক্তা নূংগী য়ুম্বী অমা য়ুংলম্বা থেংনখি। নূং অদুদা ইবম্মী -

"This stone showed the Enclosure in which Lieutenant C J W Grant, Madras State Corps with 80 Sipahis of the 12th Burma Regiment Bengal Infantry and 43 Gurkha Rifles Bengal Infatry encamped and sucessfully defended against the troops of the Manipur State from the 1st to 9th April, 1891 Erected with the approval of Govt by the Superintendent of Manipur State"

Nov 1904 H Mexwell

নূংগী য়ুম্বী



হিপহল্লি অদুগা চাবা তুম্নবনি হায়দুনা খূবাক্তা মন্ত্র শোল্ল-শোল্লদুনা পুক্তা নাম্ববী। মন্ত্র অদুদি অসুম্না শোল্লি- "ওঁ হো রো সো তুম্মু হায় গুরুগী য়াথংনি।" অদুগা তূম্বদা মাঙলাক হারাক্লদবনি থবাক খায়দোকউ হায়দুনা থবাক্তগী মায়রোমদা কোক্কী লুখম ফাওবা খূবী খূদোম্বী পূন্না পায়দুনা খায়দোকহল্লি। অদুগা ফুঙ্গা ৱারী মচা মচা লীবিদুনা শীক নানবীদুনা মশুপূম্বা মথং মথং তুমহল্লি, ফৈজুপ শুপ্পীরম্মী, কাঙনচিংবা হোইদোকপীরগা কাঙ চঙদনবা কাঙ্খল য়েপশিনবীরম্মী।

অসুম্না মশু পূম্বা তূমহনখ্রগা- ইমাগী থবক্তা মতেং পাংবিরল্লগা ময়ুমদা হনখি। অবোক্কী য়ুমগা ঐখোয়গী য়ুমগা মরক্তা য়ুমলোন অহুমখক্তনি খল্লিবা।

ঙসিদি ইকোন কোন্না ঐগী ইনাক্তা লাকখি। চাক তুম্নবা মন্ত্র শোল্ল-শোল্লগা পুক্তা নাল্লগা হংলকখি - "মণি ! নখোয় ঙশাই অয়ুক একাগাড়ী তোংদুনা চংখিবদুদি কদাই ফাওবা চংলুই ? কয়াম ঙন্না হল্লকই ?"

"ঐখোয় থৌবাল য়ৌরুই, নুমিৎ তারমদাইদা হল্লকই। য়েংঙোই অবোক! অরোং তুরেলগী অৱাংদা অথোকপমগী খুনজিন্দা লম্পাক মচা অমদা কৌবিলিয়া পাম্বী মঙা তরুক্তা ইকোয় কোয়না হৌবা লৈতোঙ মচা অমগী ময়ায়দা নূংপাক অমা য়ুংদুনা লৈহৌই- মদুদা লেফটিনেন্ট গ্রান্ট কৌবা ইংরেজ সাহেব অমগী লাম্মীগা মৈতৈ লাম্মীশিংগা খৃ: ১৮৯১ ইংদা হায়বদি খোংজোম লান মমাঙ হৌজিক্তগী চহী ৫০ গী মমাঙদা এপ্রিল থাদা নুমিৎ মাপন্নী চুপ্পা লান থেংনখি হায়দুনা ইদুনা লৈহৌই। মফমদুদবু লান শোক্লখিবরা, অবোক নঙ খঙহৌবরা ? কনা কনা শোক্লখি, মৈতৈগী অথৌবা কনা কনা শিখি ? খঙলবদি মদুগী ৱারীদু খর লীবিয়ুবা।"

অবোক চোনু ঐগী নাক্তা ফজনা ফমথরক্লে অদুগা হায়রকখি- "অরোং তুরেনগী অৱাং থংবা তোর্ব্বান অথোকপম খুন্দা ইংরেজ সাহেবকা মৈতৈগা থেংনখিবা লান্দো ঐখোয়দি য়াইস্কুল লাকপগী লান হায়না খঙনৈ। নুংশিদা লানফম অদুদনি য়াইস্কুল লাকপগী মচা য়াম্লুংনা মপাবুংগা লোয়ননা মথ্বায় থাখিবদো ? মদুগী হাক্তক্তগীনি নখোয়গী অক্তাবোক শংবানবীনা লুহোংখিদ্রিবা-

অবোক্না মথং মথং লীথরকখি - "মতমদুদা ঐহাক চহি তরামঙা শুরে......"

# ৩

# চহী তরা শুরকপদা সনাহল

সনাহল সেঙ্গোই স্না চহী তরা শুরে। ওঝা ইবোতোন্না লাইরিক তাকপীরম্লগা চৎখিবতা ঙায়রি। মরৈবাক নুংশিবগী মতাং পারা অমা তম্বীবদা য়াওবা শ্লোক অমা চীনফা পুনবা হায়দুনা মুন্না য়েংলদুনা মেরা থাগী অয়ুক নুংশা তবুম্বদা সঙ্গাই মাঙ্গোলগী মচি অমদা ফক্তা ফম্লদুনা লৈরি - চীনফা পুননবা হোৎনরি। মতমদুদা স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপা অয়ুক অঙনবদা মণিপুর লেভিগী নোংমৈ হিদাক্তা খুৎলায় খরগা থুংলরে হায়দুনা য়েংশিন্নবা সনা কোনুং কারুবা হল্লকুম্মী। মচা নুপা শ্লোক অমা ফাননবা হোৎনরিবদুদা হংলকখি -

"সনাহল, করিনো নঙনা পারিদুবু ?"

"ওঝানা সংস্কৃত শ্লোক অমা চীনফা পুরম্মু হায়, মদু পারিবনি, পাবুং।"

"করি শ্লোকনো পারকউ তাসিদনা।" চঙশিল্লক্তুনা মচাগী মনাক্তা ফম্লরে।

"জননী জন্মভূমি শ্চ স্বর্গাদপি গবীয়সী। মসিবু করি হায়রিবনো পাবুং।"

"ইমা অমসুং পোক্লফম লমদম্মা স্বর্গদগীসু হেন্না চাউই হায়বনি।" মৈতৈ ঐখোয়গী পাউরৌদসু হায়নরি- "কোরৌ মানা ব্রাংবরা পম্বৌ মানা মহেল্লী, মালেম মানা লূম্বরা পলেম মানা মহেল্লী, পলেম পম্বৌনা হেনবরা পোক্লফম লমদম্মা মহেল্লী।"

"পাবুং স্বর্গ হায়বসিবু করিনো ? কদায়দা লৈবগে ?"

"স্বর্গ হায়বসে লাইশিংগী লৈফম লাইরৈবাক্লি, নোংথক্তা লৈ। নুংঙাইবা পূম্বনা তিল্লবা মফমনি অনা অয়েক লৈতবা অনীংবা অপাম্বা পূম্বা ব্রাত্তনা ফংবা, অইং-অশা মান্নবা শিদবশিংতনা লৈবা মফমনি। স্বর্গদা অপাম্বা পূম্বা হেক্তা পীরকপা কল্প বৃক্ষ হৌরি, খুইথবা নাইদ্রবা পারিজাৎ লৈরাং শাৎলি। স্বর্গদা লৈবা পূম্নমক নহা ওইদুনতা লৈ, হনুবা লৈতে।"

"অসুক নুংঙাইরবা অপাম্বা চানিং থক্লীংবা পোৎ পূম্নমক ফংলবা মফম স্বর্গ অসিদগী ইমা অমসুং পোক্লফম লমদম্মা হেল্লী হায়রিসে করিগীনো, পাবুং ?"

"সেঙ্গোই ! মচাগী মফমদদি মমানা খ্বাইদগী অথোইবনি। মমাগী হকচাং মচেৎনা মচা ওইরিবনি। ফজরবা মচু কয়ানা তিল্লবা মালেম অসে মমা নত্তনা কনানসু উহনবা ঙমদে, স্বর্গগী, লাই ফাওবনা উহনবা ঙম্বা নত্তে, মচা পূম্নমক মমাগী খোল্লাং অমৃত

থক্তুনা হিংলক্লিবনি, চাউবকলিবনি, মীবক্তা তিল্লকলিবনি -মসি স্বর্গনা ওইহনবা ঙমদে। মমানা মচা নুংশিবগুম জীব অমনা অতোপ্পা জীব অমবু নুংশিবা ঙমদে। মমানা মচাবু নুংশিবদি ময়াদা চাগদবা পোৎ অদু মচাদা পীজবগা মচানা মদু চাবা উবগা হ্বাওনা নোক্তুনা যেংলিবনি। মমাগী মতম্বাক্তা ঈশিং চৎশিন্দবা খোঙ হামজিন্দবা মচা লৈববা? মদুদা মমা অমত্তা শাউবা ব্রাবৌবা তুক্কচ্চবা কবিমত্তা লৈতবনি। মচাগী য়াইফনবতা খনবা, মচানা অব্রা-অনা তাবগা মানা হেন্না ব্রাবা মমানি। অসুম্না মমানা মচাবু নুংশিবা, মচাগী ফননবতা খনবিবা অসি স্বর্গদা ফংবা ঙম্বা নত্তে। অদুগা স্বর্গদি তবাই তবাইনা য়ৌবা ঙম্বা নত্তে। অদুনা মচাগী মফমদদি মমানা স্বর্গদগীসু হেনবনি।"

"অদুগা পোক্লফম লমদম্না স্বর্গদগী কবি হেনবগে?"

"ঐখোযগী পোক্লফম লমদমদি মণিপুব সনা লৈবাক অসিনি। লৈবাক অসিগী ঈশিং থক, লৈবাক অসিদা থোকপা মনা মশীং ফৌ, চেং, ঙা, চাক, চাদুনা ঐখোয হিংলিবনি। মালেম তাইবংগী ফজবা উবিবনি স্বর্গদা ফংবা পোৎনা হিংবা নত্তে অদুনা ঐখোযগী ইফমদদি স্বর্গদগীদি পোক্লফম লমদম্না হেল্লি। অদুনা ইবৈবাক পোক্লফম লমদম্বু নুংশিগদবনি। ইবৈবাক্কীদমক থব্রায ফা ওবা থাদোক্কদবনি।"

"পাবুং ! কবম্বা কান্দা কবিগীদমক ইবৈবাক্কীদমক থব্রায থাগদৌবিবনো ?"

"ইবৈবাক সমাজ অমনি। সমাজ অসিগী মনুংদা ঐ, নঙ, ঐগী নঙগী ইমুং-মনুং শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক লৈবিবনি, সমাজগী মনুংদতনি ধর্ম্মনা লৈবিবা, সমাজগী বাংমদা ধর্ম্ম লৈতে। সমাজ মুৎলবদি ধর্ম্ম মুৎলবনি। যেক্লবনা লান্দাবক্তুনা ইবৈবাকপু খুদুম চনশ্রবদি ইবৈবাক মীখা পোল্লে ইবৈবাক অসি মীখা পোল্লবদি ঐখোযগী সমাজ মীনায ওইবে নীংখা তমদ্রে অদু ওইববদি সমাজ অদু মুৎলে। মবম অদুনা ইবৈবাক কঞ্জনবা নীংতম্বা ঙাক্লবা সমাজ কন্নবা ধর্ম্ম মাঙদনবা থব্রায পাম্মুদনা যেক্লবগা লান থেংনদুনা য়েক্লববু মাযথীবা পীগদবনি।"

"পাবুং! কবম কবম্বা লৈবাক্তা মবৈবাক্কীদমক মথব্রায কৎখিবা কনা কনা লৈবগে?"

"মবৈবাক্কী মনীংতম্বা ঙাক্লবা মীনা তৌঙমদবা থবক তৌবম্লগা মবৈবাক্কীদমক মথব্রায কৎখিবা কয়া মনীংতম্বা পাম্বা লৈবাক খুদিংমক্তা লৈ। মখোয়গী মবক্তা থোইদোক হেন্দোকপা কয়াগী মমিং অমসুং মখোয়না তৌবম্বা থবক ইতিহাসদা শীংথাবি, অকল-অথৌগী মবমদা শৈথাবা কবিশিংনা লেংই, অছেবনা শৈথাই, ঈশৈ ওইনা শক্লবি। অসিগুমবা মবৈবাক নীংবা অথৌবা ফিদম্নফম ওইবা কয়াগী মমিং মীশিংগী মচীন্দা তত্তনা পন্নবি। অসিগুম্বা খবগী ব্রা তমগে মুন্না তাও"- ঐনা জিল্লাদা নোংমৈ হিদাক লৌবা চৎলুবদা ব্রাবী লীবা হৈবা সাহেব অমনা লীবদগী তাবকপনি।

হৌজিক্তগী চহী ২৪০০ রোমগী মমাঙদা "রোম" হায়না কৌবা লৈবাক অদুদা হোরেসস (কোকল) হায়না কৌবা থৌনা ফরবা মরৈবাক নীংবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক টাইবর তুরেল মথক্তা শাবা থোংলোমদগী রোম সহরদা চঙফম ওইবা গেট (থোঙজাও) অদু ঙাকপা কমাণ্ডর (লুচিংপুরেন) নি।

খৃ: মাঙ ৫০৭ তা ক্লুসিয়ম লৈবাক্কী নিংথৌ পোর্সেনানা অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোন অমা পুরক্তুনা রোম লৈবাক্তা লান্দাররুম্মী। পোর্সেনানা রোম সহর নত্তুনা জানিকুলম পূম্বা খুদুম চন্দুনা মী তাবা খুন পূম্বা মৈ থাদুনা মাঙহলম্মী। খুঙ্গংগী মী পূম্বনা রোম সহরদা চেনশিন্দুনা মথরাই হিংনরম্মী। পোর্সেনাগী লাম্মী তেঙ্গোন টাইবর তুরেল থক্তা শারিবা থোংলোমদা রোম তম্মা তাংথক নাইদনা চঙশিল্লরুম্মী।

লৈঙাকমপু কল্সলগা লোয়ননা সহরগী মপী মপা পূম্বা মফি তাখৎনদুনা সহরগী চেকপল নাক্তা থুংলরে। তুরেল তাবা সহরগী থোঙজাও মনাক্তা মখোয় লেপ্পা লেপ্পা ব্রা তান্নে। খন্ননীংঙাই মতম লৈতে য়েক্লবদি মাঙদা লৈরে। লৈঙাক মপু কল্সলনা হায়রকখি-"লৈবাক্কী লম জানিকুলম পূম্বা য়েক্লবনা খুদুম চনপ্রেদো অদুনা থোং অসি থদৎত্রবদি কনানসু সহর অসি কনবা ঙম্নরোই। মরম অদুনা থোং অসি হৌজিকমক থুদেকপা তাই।"

মতমদুদা সন্ত্রী অমা চেনশিল্লকখি অমসুং পাখৎপগা লোয়ননা লাউরকখি- "খৃৎলায় পায়বীরো খৃৎলায় পায়বীরো ইঙো কন্সল লার্স পোর্সেনা য়ৌরক্নে।" কন্সলনা য়েংথোকখিবদা লাম্মী ময়াম চৎপগী মখোঙদগী হাইগংলকপা উফুলনা অতিয়া পূম্বা পূমমম মম্মা পাইরম্বা উখি। মথ্থায় ব্রারবা কন্সল চেকপন্দা মমায় ওনশিন্দুনা তপ্পা হায়রকখি- "মাঙ থারকপা য়েক্লবা লাম্মীশিং অসিনা থোং অসি তেক্ত্রিঙৈদা ঐখোয়গী ইথক্তা লান্দারক্লনি, থোং অসিবু মখোয়না খুদুম চনখ্রবা সহর অসি কনবা ঙম্বগী আশা লৈতে।" মদু তারবদা থোঙ পুবা কমাণ্ডর হোরেসসনা হায়রকখি - "তাইবংপান্দা লৈরিবা মী পূম্বা লোইনা শিগদবা ঙাক্তনি, অহান অকোনগী ব্রাতনি। মপা মপুগী মোংফম কন্ননবা, মানা নীংজরিবা লাইগী লাইশঙ ঙাক্লনবা, মরৈবাক্কীদমক খুদোং থীবা অকি অখং কয়া মায়রোং য়াদুনা শিবদগী হেন্না ফবা মীশি অমা লৈবরা ? অদুনা ইঙো কন্সল ! হেক য়ারিবমখৈ থুনা ককথৎপীয়ু য়াম্ছৎপীয়ু থোং অসি। ঐনা ঐগী ইতেং পাংবা অনীগা লোয়ননা য়েক্ল-লাম্মী থিংজগে শান্ন-শান্ননা। থোংগী অতিংবা অথুবা লম্বীসিদা মী অহুমখক্তনা য়েক্লবা লীশিং লীশিং থিংবা ঙমগনি। হৌজিক থোং অসি ঙাক্লনবা ঐগী ওয়-য়েংতা কনা কনা লেপ্পীগনি ?"

# ২

# অবোক্কী ব্রারী

অবোং তুবেল থোংথক্তা খাঙবোক য়াইমবীনা মোইথেম তৌদুনা থম্বীবন্নবা চাউবা- ইম্ফালদগী শাগৎচবকপা মাগী ভাবকী দলান অবোং তুরেল তোর্বান্দা পূংতোই তোইনা নীংখায়খ্রে। মানা পীগে খল্লম্বা সবপ্রাইজ যাইমবীনা মঙোন্দা পীবন্নে। চাউবা যেৎথংবা মনাদু ঙাংলি ঙাংলি মথন্তা শোল্লি, "দাউসিদি!"

ক্কা মতপ্তা য়াওবা হিদাক মনাগী নেশা হম্বুবকপা মতমদা নুমিৎ চায়থবক্লে। চাউবগী ঙসিগী দাউ মতা অসি অতে অমুক হোৎনকবা কান্নগনি থাজদ্রে। অদুগা যাইমবীগী সবপ্রাইজ ক্কা মতপ্তুনা ঐখোযগী পুক ইথন থঙ্গত্তুনা কনা অমত্তা অবাম যৌবাংবগী ব্রা পন্নখিদ্রে। গাড়ী মমায লৈদুনা ইম্ফাল মাযগৈ পাংলক্লে। মোইবাংখোম যৌববদা বিদাযনদুনা মহৈ মহৈ ময়ুম মায়কৈ পাংনখ্রে।

ঐহাক ইথন্তা ঙসিগী থৌদোকশিংদু নীংশিং নীংশিং সাইকলদু ইল্লদুনা যুমদা চঙলকখি। কাউবা লৈতে নীংশিংখি - অথোকপম খুনজিন্দা কৌবিলিয়া পাম্বী মবক্তা যুংবা নূংগী যুম্বী অদুদা ইহৌবা লেফটিনেন্ট গ্রান্টকা মণিপুব লাম্মীগা ইং ১৮৯১ গী এপ্রিল থাগী অহানবা চযোলদা থেংনখিবগী ব্রাদু। যাম্না খঙনীংখি- লেফটিনেন্ট গ্রান্ট কনানো? অথোকপমগী লান্দা মৈতৈ লাম্মী লুচিংখিবা মৈতৈ পাথৌ অদু কনানো? ঐনা খনখি ঐখোযগী অবোক্তি খঙলমগনি মঙোন্দা হংলগে অদুবু অবোক্তি কৈথেলদগী হল্লক্লমখিবোই।

অসুম খন্না খন্না ঐনা থোঙ্গাল যৌবকপা মতম নুমিৎ তাবমদাই ওইবে। ইংখোলগী নোংপোক চীংখৈদা হৌবিবা হৈনৌ পাম্বী মশা তম্না নুংদাং যাবেক্লবা পাইবকপা চোঙানচিংবা উচেক কয়ানা ট্রাক ট্রাক খোংলি, শেন্দাং কযাসু যুমগী শাইজিন শায়াদা কোয়পাই পাইদুনা য়াবেকফম মহুম খিবি। নোংচুপ চীংদোন্দা ঙাইহাক্তং লেপ্তুনা লৈবিবা কোবৌহনবা নুমিৎকী ঙঙ্গ্রনবা মশেক্লা যৈবদা লিবি-লিবিবা নুংশিংনা থেংবদা লেঙ লেঙ চৎলিবা অশংবা হৈনৌ মনাশিংদু সনা মচু লোক্তুনা ঈবং লংনা ফজরে।

অসুম্না প্রকৃতিগী ফজবনা খব লৈতাববা ব্রাখলগা লোয়ননা থোঙ্গাল হেক লানশিল্লকপদা চেঙ চোইবা লোইরদুনা ইমাসু চেঙ থুম্মোক্তু পায়দুনা ফৌশুখোঙদগী

থোরকখি। ঐ উবদা ইমানা হায়রকখি, "ফরেদা নঙ হল্লকপা মণি, চাক থোংনবা শীং লৈত্রিবনি খর খায়দোরকউ।" "ইমানা চাক থোংনবা শীং" হায়না চাক হেক পল্লকপা অদুদা নুমিৎ চুপ্পা অমা চরা হেল্লবসু লাম্বা খঙলমদ্রবা ঐসে চাক খংলাম লাল্লকখি। পরপ পরপ সাইকল ঈনশিল্লগা ফি হোংদোক্তুনা শীংজঙ পুথোক্তুনা শীং খায়রম্মী।

মতমসিদা ইমানা তুলসীবুং, মাঙ্গোন দাড়ী ময়ায়, মমাঙথোঙগী থোঙবা অনীগী মমাঙ, ফুঙ্গা লাইরু, লৈমরেন কা, লাইনিংথৌ সনামহি কা লোইনা ব্রাই তৈথোক্লগা ধূপ থাউমৈ কৎলম্মী। অদুগী তুংদা চাকশঙদা থোংননবা য়েন্সাং শেল্লম্মী। মতমদুদা ঐসু শীং খায়বা লোইরদুনা শীং অদু চাকখুমদা ইমাগী মনাক্তা থল্লুরে। ইমাদা ঐনা হংখি-

"করি য়েন্সাং থোংগনি ইমা! ঐ চাক য়াম্না লামলে খর থুনা থোংবিয়ু।"

"ঙা থোংনি, নখোয়বু করিমত্তা চারক্তবরা ?"

"ফরক তারদুনা ঐখোয় লোইনা চরা হেল্লে।"

"নখোঙ য়াওবা কাঙবুনিনা চবা নামৎ শিংখৈ চৎলিনিদো, ঙস্থু ঙম্মীনে নখোয়বু!"

মতমসিদা ঐখোযগী বাজি অফিসতগী কুম্লকলে। মহাক মণিপুর ষ্টেট অফিস (সেক্রেটরিয়েট) কী কেরানীনি, খ্বাযনা গীবানী বাবু হায়না কৌই। ইমানা বাজিগী হোংদোক্লবা খুদৈ মোরা অরোনবদা লানশিল্লি। বাজিনা ফি হোংদোক্লগা অফিস কাবদা শেৎনরুবা ফি-ফৈজোম ফুরিৎ কোট মোজা ফুরিৎ মোজা খোঙুপ- পুম্নমক থুপচিল্লগা তোপ্না ফি অমাংবা উপুদা হাপচিল্লম্লগা অব্রাংথংবা শুমাঙ মচীদা ইমানা থনম্বা বালতী অমদগী ঈশিংনা মকোক মরু তূমথোক্তুনা ফজনা ঈরু-জথোক্লগা অশেংবা ইশু তাবা ফি হোংদোক্তুনা শমজেৎ নুংজেৎ হাপ্তোক্লগা তুলসী পূংদো মন্ত্র থীনা থীনা তরেৎলক হন্না কোয়রগা বৃন্দারাণী খুরুমলে। মতুংদা ইমুংদা চঙদুনা লাইনিংথৌ সনামহী ইমা লৈমরেন খুরুম্লম্লগা বকুল মখোঙ মদনমোহন মন্দির তান্না চৎখিদুনা সন্ধ্যা আরতী য়াওরুই। মতমসিদা ইমানা চাকশঙদা চঙদুনা তরা মথেল লাঙই।

সন্ধ্যা মতুংদা ঐখোয়গী অবোক কৈথেলদগী হল্লক্লগা চাক-ঈশিং চা-থক্লগা ঐখোয়গী য়ুম য়ৌরকখি। মশুশিংগী চাননবা ঙমোক ময়োম ময়োম পুরকই। অবোক্কী মিং চোয়নৌ কৌই। ঐখোয়না চোনু কৌই। ঐখোয়গী বাজিবু পোকপসু নত্তে, ইমাগী মমা-মন্দোনসু নত্তে। ঐখোয়গী বাজিনা মাম্মা কৌবা লৈকায়গী ইপুবোক

অমনা লৌবনি-য়ুম্নাক শাগে তিন্নদে, ইপুবোক্কী য়ুম্নাক লৈমপোকপমনি ঐখোয়গীনা এলাংবমনি। বাজ্জিনা অবোক্তা ইনেহন কৌই অহুম লোনবগী অহন্নী। মচা পোক্তে। ঐখোয়বু য়াম্না লুনা তৌই।

অবোক চোনু য়াইমবপ ওইনা ব্রাংচাউই, মশা পায় অদুবু মব্বদি খীংই, মশা উই। পান মনা য়োল্লি মোইবাংখোম কৈথেল্দা, ইপুবোক্লা তোংজে মবীন্দা হাও কাদুনা মনা পুবকই। ইপুবোক কশ্বীবোনগী ঈশিংখোংদা লেকপশিং অদুগা মনা পুমিন্নবকপনি। লেকমিন্নগদবদা অথুবা থবক অমগী চত্তবা য়াদদুনা মাগা মমান্নবা অমগা মখোয অনী অমুক অয়ুক্তা খৌপুম পাংখিবনি। নুমিৎ অদুগী নুংদাংদনি যাদুনাংনা ঈশিংখোংদগী মনা পুবশিং ফাদুনা হাৎখিবা। মবাইবক ফদুনা ইপুবোক হিংহৌবনি।

মোইবাংখোম কৈথেন্দা অবোক্কা থংননা ফম্বী মনা য়োনবী অবোক অঙাংজাওবী অমসুং ইবেংবম ইনে লৈবাক-হৱাই অঙৌবা য়োনবী, অবোক্কী পোৎফমগা মাযোক্লনা ফম্মী হিদাক অশুবা যোনবী ইনে ইবেমচা মখোয় পুন্না মীকৌ মীবম ফবী পোৎশিং ফবী ঙাক্তনি।

মোইবাংখোম কৈথেন্দগী কৃন্নক্লগা অহিংগী অহানবা শকক্তা ঐখোয যুমদা যৌবকপা অবোক চোনুগী শোয়ফদ্রবা কটিন্নি। মশুশিংগী মবক্তা অবোক্লা খ্বাইদগী হেন্না লুনা নুংশিনা তৌজবদি ঐখোযগী ইযাম্বা অহন তাচৌনি- মাগীদমক ঙমোক স্পেসিযেল তোঙান্না য়োমদুনা ঐখোয উহন্দনা পুবকই। মদু খঙদুনা ঐখোয মযাম ওমশিন্দুনা অবোক্তা হংই- "তাচৌগী কবি পুবকই যেঙ্গে, ঐখোযদসু খব পীযু।" অবোক্লা নোক্লা নোক্লা খুমই- "কৈসু পুবক্তেদা, নখোয ময়ামগী পুবকইবা সিদনি।" অদুবু ঐখোয লোইনা খঙই তাচৌগী স্পেসিয়েল পুবকই।

অবোক চোনুনা তাচৌবু য়াম্না নুংশিনা লুনা নীংই হাযবসি খৃ: ১৯৩৪-৩৫ ইংদা লৈকায়গী ড্রামা অমদা তাচৌনা প্লে অদুগী হেবো অভিমন্যু শায, নুংঙাযববা লীলা অদু মণিপুবেশ্বব মহাবাজ চুবাচন্দসু যেংখি। মহাক্লা লীলা অদু নুংঙাই, হেবো শাবিবা অদু ফৈ হায়না থাগৎপীবম্মী। বথী তবেৎকা লান শোক্লবদা ঈহং-নাইহং শাবে শাথীনা শোকলে উৎননবা মেক অপ তৌবগা থোবকপা তাচৌ উবদা খৃৎলায়না শোকপদগী ঈ তৈবিবদু থাঙ্গৈশেংবনি, লীলাদা মশু নুপাবু শাথীনা শোকহল্লে হায়না ও খোংনা কপখি, ভাবোক্লা মঙোন্দা যেংনখি। মানা লুনা তৌমনবা অদুদা তাচৌনা নোংমা হায়খি- "অবোক নঙনা ঐবু অসুক লুনা তৌবিসিবু নঙনা হযেং ঐগী ইচা ওইনা পোক্লক্তুনা ঐবু পঙনৈ নৈবিবগদবা মানখ্রেদা।" অবোক্লা খুমখি,- "ঐদি অমুক হন্না পোক্লবোইদা।"

ইং ১৯৩৭ তগী নাবা হৌগ্রবা তাচৌসু মেট্রিক পাস তৌরমতুং চহী ফাদনা খৃ:১৯৩৯ গী জানুয়ারী থাদা লৈখিদ্রে। তাচৌ শিবদা মহাক য়াম্না কপখি। তাচৌগা হাইফেৎ মশক মান্নবা পাখণ্ড উবদা মাগী নুংশিজরবা মশু অদুনি হায়না লুনা নুংশিনা হেক্তা তৌই। অসুম্না শিলেটতগী লাকপা তাদ কুঞ্জোবু তাচৌগা মশক মান্নে মশুদুনি হায়দুনা য়ুমদা লৈহনখি, লুনা তৌখি অমসুং নুমিদাং খুদিংগী মাগীদমক স্পেসিয়েল ঙমোক পুরকখি।

খৃ: ১৯৪১ হৌগৎলকপদা তাদ কুঞ্জো শিলেটতা হনখ্রে অদুম ওইনমক অবোক্না নুমিদাং খুদিং ঙমোক পুদুনা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকপদি তোকপা লৈখিদে। ঙসি নুমিদাংসু মতম চানা য়ৌরকখি। হেক য়ৌরকপগা মশু খুদীং মমিং কৌ-কৌদুনা ঙমোক য়েল্লি। ঐগী পালি য়ৌরকপদা হায়বকই -

“সে সে মণি নঙগী মযোম সিদা লৈরে।”

ঐহাক চঙশিন্দুনা অবোক্কী খুত্তগী ঐগী ময়োম লৌরুই। ঐনা পামজবা লৈবাকহন্নাই ওইবম্মী।

হেক লাকপগা পোখাদুনা লৈথোক্তে। মশুশিংনা ঙমোক চাবদু নোক্ল-নোক্লা ঙাইহাক য়েংলম্লগা হৌগত্তুনা ঐখোযগী ফমুং ফানুং কম্থোকপী, ফৈজুপ মোন শেমজিনবী কাঙখল থাবি কাম্খল মনুংদগী কাঙ হোইদোকই। অদুগা ইমাগী মতেং পাংবা ওইনা ইমুং ব্রাইরম শীৎচিনবী। অদুদগী ঐখোয বাজিগা ব্রারী শানা শানা ফুঙ্গাদা ঈশিং থন্না য়াওরবা খোঙহাম পুন থাঙ্গত্তুনা ঈশিং লুমই। অদুগা ইমানা চাক থোংবা লোইরদুনা ঐখোয়না চাক চারিঙৈদা অবোক ফুঙ্গা মনাক্তা ফক্তা ফমদুনা হিদাক ঙাম্থক অমা মাগী ব্রাকথৌ হিদাকপুদা পান্দুনা প্রোক প্রোক চিংদুনা থকই।

নুংদাংগী চাবা থকপা লোইরবা তুংদা বাজিদি ফুঙ্গা মনাক্তা ঙাইহাক ফম্মী অদুগা খোঙহাম পুন্দগী ঈশিং অশাবদু উগী খুদেংদা হৈদোক্লুনা মখোঙ মখুৎ হামদোক্লবা তুংদা ইমানা হানবা হিদাক ঙাম্থক অদু মাগী হিদাকফুদা পানশিল্লগা রবর তোংজৈ মচীন কোন তোপ্পদু পানশিল্লগা প্রোক প্রোক চিংদুনা থক্লম্লগা ফমুংদা কাখৎখ্রে।

ইমানা কোল-লীক ফেঙদোক ফেঙজিন লোইথোক লোইশিন তৌরিঙৈদা অবোক্লা ঐখোয়পূম্বা মথং মথং খোঙহাম পুন্দগী ঈশিং অশাবদু উগী খুদেংদা হৈদোক্লগা অমমমতা ওইনা খোঙ হাম্বীরম্মী। চাউরে পাখণ্ড ফারে খঞ্জরবা ঐগী ফাওবা খোঙ খুৎ হামদোকপী। অদুদগী অবোক্লা ঐখোয় পূম্বা অমমমতা ওইনা ফমুংদা পুশিল্লগা

অকনবা স্পুরিয়স লার্টিয়সনা হায়রকখি - "ঐনা নঙগী য়েত্তা লৈদুনা থোং অসি ঙাক্কনি।" "ঐনা নঙগী ওয়দা লৈগনি, থোংঙাকমিন্নগনি নঙগা" হায়বকখি-অথৌবা হামিনিয়সনা। লৈঙাক মপু কন্নলনা হায়বকখি - "হোবেসিয়স ! নঙনা হায়বদুমক তৌরসি।"

য়েক্লবগী চাউববা লান্মী তেঙ্গোন অদু মায়বোং য়ানবা অহুম অদুনা ফি তাখত্তুনা চঙশিনগ্লবা তুংদা অমুক পন্থবা তৌদনা কন্নল অদুনা মাঙ থানা অতৈনা তুং ইন্দুনা মখুত্তা শীংজং, থাঙ, য়োংচৈ পায়দুনা থোংগী বিমশিং অদু য়াম্বুংপা ককথংপা হৌগ্রে।

মতম অদুদা টুস্কান লান্মীশিং অদুনা সমুদ্রনা ঈথক হৌবকপগুম বেঙ্গুন খোংবা চামবীনা বেঙ্গুন খোং, শাবাও-লাল্লাওগা লোয়ননা থোংজিন তম্না চঙশিল্লক্লম্মী। অহুম অদুনা থোংগী মচীন্দা চীক্লা লেম্না লেপ্তুনা য়েক্লবশিং অদুবু য়েংদুনা লৈবম্মী। য়েক্লবা লান্মী ময়াম অদুনা মখোয় অহুমখক অদু উবদা হৌনা নোকখি। মখোয়গী মাঙ থাবা লান্মীলক্তগী অকনবা লুচিংবা অহুম আউনুস, মৈয়ুস অমসুং পিকস, থাঙ চুঙ্গোয় পায়বদুনা চোংথোবকখি অমসুং অখুবা লম্বী অদু মুন্ননবা মখোয়গী মায়োক্তা হোংচিল্লকখি। অদুবু য়েক্লবগী অকনবা লুচিংবা অহুম অদু থৌনা ফববা অহুম অদুগী মখুত্তা মখায় মাঙখ্রে। লার্টিয়সনা আউনুসবু, হাবমিনিষসনা মৈয়ুসবু অমসুং হোবেসসনা পিকসবু হাংখি।

অতোপ্পা য়েক্লবা লুচিংবা অহুম অমসু মখোয়গী মাযোক্তা অমুক হোংচিল্লকখি। মখোয়না অহুম অদুসু হাত্তোক্লে। হৌজিক য়েক্লবগী অনোকপা খোঞ্জেল তাদ্রে। হৌজিক শাউববা য়েক্লবগী মাঙ থাবা লান্মী পূন্বা পুল্লপ পূন্না হোংচিল্লক্তুনা মখোয় অহুমদগী তা তকক্খক্তুং লাপ্পা মফমদা লেপ্তুনা লৈবখি অমসুং অখুবা লম্বী অদু মুন্ননবা হোংনবকখি। থীন্দনা থোমজিল্লক্লিবা য়েক্লবা লান্মী মবক্তা ঝা ঝা নিন্নবকপা খোঞ্জেল অমা তাবক্লে - য়েংথোকখিবদা উবে - লান্মী মবক খায়না থোবকখি লুনাগী মবুংঙো অকনবা অষ্টুর, লাবা খোঙকাপ চাউকান চাউকান কাল্লদুনা, মী উশিত্তবা মীৎযেং লোয়ননা ফিদুপ মবি থোকপা চুঙ্গোয় লেংদ-য়ান, মহাক নত্তনা অতৈনা থাঙ্গৎপা ঙমদবা থাঙপাক অদু মখুত্তা পায়বদুনা মোমোন নোক্লা টুস্কান লান্মীশিং অদুদা হায়বকখি-"অষ্টুবনা লম্বী শেংদোক্লবদি নখোয় তুং ইল্লকপা কিবোইদবা ?" অদুদগী মাগী থাঙপাক অদু মখুৎ অনীমক্লা পায়বদুনা ঝাংনা থাঙ্গৎ হোবেসস তম্না হোংচিনখি অদুগা মাগী লৈজবী থানা হোবেসসকী মথক্তা য়াম্বুখি। হোবেসসনা য়াম্না হৈশিংনা লৈথোক্তুনা মাগী থাঙ চুঙ্গোয়না মদু ঙাকথোকখি অদুবু মাগী ফৈগলদা খব শোক্তুনা ঈখেং হাথখি। মদু উবদা টুস্কানশিংনা হবাউনা লাউখি।

হোরেসসনা লৈয়না লৈয়না মিকুপমুক্তং হারমিনিয়সতা গুরনপ্লগা শোক্লবা কৈনা তৌবগুম অষ্টুরগী মমাঙদা চোংশিনখিদুনা মাগী থাঙহাই অমুক্তা লুহপকা কোন্নবা অষ্টুরগী মঙক অদু ককথংখি। হৌজিক টুম্বান লাম্মী মরক্তা নাইতোম থোক্তুনা মখোয় অহুমগা লাম্বাগদবা লুচিংবা লৈরমদে, অদুনা পূল্লপ হৌদুনা লান্দানবা তুংদা লৈবা কাঙবুনা মাঙলোমদা চঙশিল্লু লাউরকখি, মাঙদা লৈবা কাঙবুনা তুংদা খর হন্দোক্লবা হায়বদগী লাম্মী মরক্তা হন্দোক হঞ্জিন ইরাঙ লাঙলি।

তাঞ্জা অসিদা শীংজঙ, থাঙ য়োংচৈনা য়াম্ভংপা থদংপা, য়েথংপা, থুগাইবদগী থোং অদু কীম্বুবক্তুনা ঈশিংদা তাগদবগী থরাক থরাক য়ান্দুনা লৈরম্মী। থোং তেক্ত্রিঙৈদো সহরগী লৈঙাকপা অহলশিং অদুনা লাউরকখি - "হোরেসস হন্দোবক্লো হোরেসস হন্দোরক্লো।" মখোঙনা নেংলিবা উবাকশিং অদুনা কীম্বুরকপা উবদা লারসিযস কা হারমিনিয়সকা অনীদি হন্দোকখ্রে। অদুবু মখোয়না হন্না য়েংলকপা মতমদা হোবেসসতি থোংগী থোংজিন্দা মথক্তা লেপ্তুনা যেক্লবগা লান থেংনদুনা লৈরম্বা উখি। মখোয় অনীনা অমুক হন্দুনা হোরেসসকী মতেঙ পাংগে হায়না হোংনবকপা মতমদা থোং পূম্বা তেক্তুনা ঈচেল থক্তা তাখ্রে।

থৌনা ফববা হোরেসস অকিবা লৈতনা লাম্থেংনরী, মায়বোং য়াবি যেক্লবা লাম্মী লীশিং কুম্ভ্রা কুম্ভ্রাগী তেঙ্গোন অহুম অদু। তুংদা কল্লবা তুরেলগী ঈচেলনি। টুম্বান লাম্মী লুচিংবা মেক্সটসনা নোকফেৎ তৌনা লাউবকখি- "হাৎলু, মাবু হাৎলু।" "হৌজিক মায়থীবে হায়না নশানা য়ানা চঙজবো ঐঙোন্দা"- লার্স পোর্সেনানা হায়রকখি।

মখোয় অনীগী মফমদা রা অমা ফাওবা খুমদনা মমায় লৈথোক্তুনা টাইবর তুরেলদা য়েংলগা হায়রকখি - "রোমানশিংগী মপা শক্লবা হে টাইবর তুরেল ঙসিদি ঐবু লৌশিনবীরো।" হায়না হায়না থাঙখুমদা থাঙ য়েপশিল্লগা তুরেলগী ঈশিংদা চোংথখি।

থোং থুদেকপ্লবনিনা লার্স পোর্সেনাগী লাম্মী রোমদা চঙবা ঙমদনা হনখ্রে। অশুম্না মরৈবাক নীংবা হোরেসসনা থবায়না পোম্থা ওইনা মরৈবাক রোম সহর কনখি।

"পাবুং হোরেসস থৌনা ফৈকো ! মাবু তুরেল মনুংদা অদুম ঈরাক্লদুনা শিণ্ড্রবরা?"

"মানি মহাক মখোঁনা য়াম্না লৈ - মরৈবাক নীংবা মীগী ফিদম্লফম্লি। নোং জাখিবনা চাংজৌ পানা চেম্লিবা তুরেলগী অকনবা ঈচেলনুংদা মহাক চোংথখি। মদুদা রোমগী মী পূম্বনা অমদি য়েক্লবা লাম্নীফাও য়াওনা খংলাউ লাউনখি। মাগী শোল্লবা ফৈবাক্তগী ঈনা তুরেলগী ঈশিং ঈঙাং ঙাঙলবদা মহাক শিরবোই নীংনখি। মহাক্না ঈনুং অদুদগী অমুক ফাওগৎলকপদা মাগী লুহূপ উবদা মহাক হিংলি হায়বা খঙখি। অহম্নক শুবা ফাওগৎলকপদা মহাক রোম সহর তোর্ব্বান য়ৌখি - লৈঙাকপা অহলশিংনা মাবু ঈশিংদগী চিংখৎপীখি- মনা ওইনা লৌচা পীখি- মাবু নীংশিংনবা মুর্ত্তি খিনবীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎপিখি।"

"পাবুং, মাগুম্না মরৈবাক নীংবা অতে লৈরিবরা অমনীদংগা তাকপীখো।"

"মশীং থীঙমদনা লৈ। মরৈবাক নীংখা তম্না থম্নবা অয়ৌবী অব্বাবা খুদোংথীবা কয়া মায়রোং য়াখিবদি মেব্বারগী রানা প্রতাপনি। মেব্বারদা রানা উদয় সিংহনা পাল্লিঙৈদা মোগল সম্রাট আকবরনা মেব্বারগী কোনুং চিতোরদা লান্দারকখি। চিতোর কন্ননবা লানফমদা মেব্বারগী অকনবা জয়মল্ল অমসুং পট্ট মপা মচা য়েক্লবা কয়া হাৎলম্লগা, লানফমদা মথব্বায় থাপ্রে, মোগলনা চিতোব জয় তৌখরে রানা উদয়সিংহ চেন্দুনা উদয়পুরদা কোনুং শেমদুনা পানখি। খৃ: ১৫৭২ দা রানা উদয়সিংহ শিরবা তুংদা মচানুপা রানা প্রতাপ সিংহনা মেব্বারগী সিংহসন কাখি। অদুবু মেব্বারগী মনুংদা মাগী লম ওইনা লৈরিবদি অরাবলী চীংলক্তা লম মচেৎ অমদা লান চেল্লকপা উদয়সিংহনা শেমগৎলম্বা অপীকপা কোনুং উদয়পুরগী মনাক নকপা চীংগী লম খরতনি। লৈহাও চেনবা লম কয়াগা লোয়ননা চিতোর কোনুং য়াওনা মেব্বার পূম্বদি মোগল নিংথৌরেন আকবরনা জয় তৌখিদুনা মোগলগী খুদুম মনুংদা লৈশ্রে।

মাগী হৌজিক লৈরিবা হায়ববু হাঙলবা লঙ্গৈ, কোনুং লৈত্রবা লৈবাক, হন্না হন্না মায়থীরবা নীংহন্নরগা শাগৈ-নাতৈ নক্লবা মরী মতা অমসুং অব্বাৎপতনা থল্লবা মব্বাক য়াওদ্রবা লাম্নী। অদুবু মাগী ঈগী পুকচেল চাউবা অমদি নীংহন্নদবা থৌনাদি মাঙদ্রি। মাগী ইমুং-মনুংগী মান মর্য্যাদা ঙাকপগা লোয়ননা চিতোর অমুক হন্দোক্লনা মাগী শক্তি হঞ্জিন্নবা অমদি মরৈবাক মেব্বার নীংতম্নবা অকনবা ব্বাশক লৌখি। মহাক থুনমক মোগলগা লাম্ছেংনরে।

হে শিংলবা অব্বাৎপা লৈত্রবা মোগল সম্রাট অদুনা পোথি-পোরম কয়ামুক শীন্দুনা রানা প্রতাপকী মশাগী ঈ মচীন-মনাউ শাগৈ-ঙাই, ধর্ম্ম তিন্নবা মরূপ মপাং কয়া মাগী য়েক্লবা ওইহন্দুনা মাগী মথক্তা লান্দাহনখি। অসুম্না মার ব্বার, অম্বর,

বিকানীর অমসুং বুন্দিগী রাজপুত নিংথৌশিং অমসুং মশামক্কী মনাওনুপা সাগরজি ফাওবা মোগলগী মীচঙ চঙখি। অদুবু মাগী অখাঙকনবদি খুদোংথীবা তার-তারগা হেন্না হেন্না হেনগৎলকখি।

অদুগা অনীংবা হন্দবা অমগা লোয়ননা চহী ২৫ চুপ্পা কনাগী মতেং য়াওদনা সাম্রাজ্য অমগা নাইতোম লানবাখি। মাগী রাশক্তি য়েক্লবগী খুত্তগী চিতোর হন্দোকপা ঙমদ্রিবা ফাওবা সনা লুপাগী পাত্রদা চাবা থকপা তৌরোই উনাগী পাত্রদা চাগনি, মোন্দুম মোন্তেক্তা তুমলোই চরুগী ফমুংদা হিপকনি, মপুনসি চুপ্পা মাগী রাশক অসি ঙাকখি। মসি নীংশিংবা ওইনা হৌজিকসু মাগী মচা মশুশিং থারা নালানা সনা লুপাগী পাত্রগী মখাদা লা থারগা চায়, ফমুংগী মখাদা চরু থারগা তুম্মী।

মানা অকনবা য়াথং পীদুনা থকসি-খাসি ঙাক্না চৎহনখি। মেবারগী প্রজা পুম্বা তম্পাক্তগী চীংদা হোংহনখি। অসুম্না মোগলনা খুদুম চনখ্রবা মেবারগী লৈহাও চেল্লবা তম্পাক কান্নদবা লমহাঙ শা-কৈনা থল্লবা মফম ওইহনখি। তারতার মোগলনা হায়জরকপা চাবৌ-মৌরৌনসি হায়বা রাফম অদু থৌওইনা তৌবমদে। খঙ হৈববা লানজিং পুরেনশিংগী মতেং অমদি পাউতাক মতুংইন্না হাঙলবা লনগৈদগী খজিক্তং অদুনা লৈবাক্কী থবক পাঙথোক্লম্মী। অনৌবা য়াথং অনৌবা লৌচা পীদুনা পীফম থোকপা লৈবাক্কী থৌঙম লেপ্লম্মী।

কুম্ভলমিবদা কোনুং হোংলে-গোগুন্দা ফজনা ঙাক শেল্লে, চীংগী লানবনশিং শেমগৎলে। পুমহাঙ হাঙলবা বাজপুতনাগী লৈকোন্দগী মোগলশিংনা কান্নবা পোৎশক অমত্তং ফাওবা ফংবা ঙমখিদ্রে। বানা প্রতাপপ্না অখন্নবা শগোল লাম্মী পুদুনা তম্পাক্তা হাইথদুনা মোগলশিংদা অরা-অনা মাঙ-তাকপা থোকহল্লি। সুরাটতগী মেবার ফাওদুনা মোগল সভা তান্না পুরকপা ইউরোপকী লল্লোনপোৎশিং লম্বীদা থত্তুনা মুল্লি। করিগুম্বা কান্দা য়েক্লবনা কোয়তান তান্নদুনা চীং অমদগী চীং অমদা চেন্দুনা খাঙই, ইমুং-মনুং মচা-মশু চীংদা ফংবা উহে রাহে চাদুনা হিংই। অদুবু হনবা লৈতনা মথক্তনা মোগলশিং মায়রোং য়াখি।

মোগল সম্রাট আকবরনা আজমিরদা মাগী মরু ওইবা লানশঙ ওইদুনা খৃ:১৫৭৬ তা রানা প্রতাপকী মথক্তা লান্দাখি। মোগলগা চারৌ মৌরৌনরবা রাজপুত নিংথৌ মচাশিংবু রানাপ্রতাপ্না ইম্বোকই, মখোয়গা লৈনবা মরী পুম্না ককথৎলি। অদুনা মখোয় প্রতাপকী য়েক্লবা ওই, মখোয় মোগলগী মীচঙনি। অসুম্না মাবু থাদোক্লনা য়েক্লবা মোগলগী মীচঙ ওইখ্রবা রাজপুত নিংথৌ পুম্বগী মরক্তা মারবার, অম্বর,

বিকনীর অমসুং বুন্দিনা অখোইবনি। অদুবু জয়মল্লগী মচানিং শক্তিগী মহৎ শিলহৌবশিং অমসুং সালুম্বরগী নিংথৌ অমদি দিলবারগী লৈঙাকপনা মাগী মতেং পাংদুনা মেবারগীদমক মথবায় কৎখি।

মোগলগী মীচঙদা লৈপ্রবা রাজপুত নিংথৌশিংগা প্রতাপকা কয়ামুক য়ানদবগে হায়বসি মানসিংহগা প্রতাপকা অনীগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোক অমনা তাকই। অম্বরগী নিংথৌ রাজা মানসিংহনা সোলহাপুর জয় তৌরগা হল্লকপদা রানাপ্রতাপকা উনগে হায়দুনা কুম্ভলমিরদা লাকখি। উদয় সাগরগী মপান্দা লৈতোঙ অমগী মথক্তা মাগী চানবা মথেল লুকোয় লাঙদুনা থমখি অদুগা মাবু তরাম্না ওক্লনবা প্রতাপনা মাগী মচা অমরদা শিন্নরম্মী প্রতাপ মশাদি কোক চীকলে হায়দুনা থোরকখিদে। রাজপুত নিংথৌশিংগী চৎনবী মতুং ইন্না অতিথিগী চানবা হাপ্পা পুখম অদু য়ুম্বু নিংথৌ অদুনা অতিথিগী মমাঙদা থমগদবনি। প্রতাপ লৈরমদবা উবদা মানসিংহনা চাক্লুক অদুদগী চাক মক্ত অনী অহুম লৌরগা অন্নদেবদা কৎলগা মকোক্তা হাপ্লগা চাক অদু চাদনা হৌগত্তুনা চৎখি। অমরসিংহনা লুক অদু খুনবীনবা হায়জবদা য়াখিদে। চৎলমদাইদা মানসিংহনা হায়রম্মী - "মানা কোক চীকপগী মরম ঐ খঙই হায়না রানাদা তম্মু। অরানবা অসিদি কোকহনবা ঙম্লবোই। অদুগা মহাক্না ঐগীদমক্তা ইমাঙদা পুখম অমত্তং থম্বীদ্রবদি কনানা থম্বীগনি।" মতমদুদা বানা প্রতাপনা হায়খি- "ঐনা পুখম অমা নমাঙদা থমহৌদবা অদু য়াম্না নুংঙাইতে। অদুবু ঐদি মচলনুপীবু তুর্কী মোগলদা থাজবা অমসুং চামিন-থকমিন্নরম্বা য়াবা বাজপুত অমগদি চামিন থকমিন্নবা ঙম্লোই।" রাজা মানসিংহনা অন্নদেবদা কৎলবা চাক মরু খর মাগী কোয়েত্তা হাপখিবা অদু লৌথোকপ্লগা হায়রকখি- "ঐখোয়না ইশাগী ওইজবা থাদোক্লিবা, ইচন ইচা তুর্কীদা থাজরিবসি নঙগী ইকায়খুম্নবা ঙাক্লনবনি, হেনগৎনবনি। খুদোংথীবা মরক্তা লৈবা পাম্লবদি লৈরো। অদুবু লৈবাক অসিদি নঙগী ওইররোই। ঐনা নঙগী নাপন অসিবু মাঙহনবা ঙমদ্রবদি ঐ মানসিংহ নত্রেদনা।" মদু তাবদা রানা প্রতাপনা হায়খি - "মতম পূম্বদা হরাওনা নঙগী মায়রোং য়াগনি। নঙগী ননেগী মব্রা আকবরবুসু পুবকপা কাউগনু।" মানসিংহ চৎপ্লে, মাগী চাকলুক থারম্বা লৈতোং অদু তৌথায়রগা গঙ্গাজল চাইথোক্লুনা শেংদোকখি।

ব্রায়ম পূম্নমক অসি অমত্তা চিখদনা সম্রাট আকবরদা তমখি। মদু তাবদা হায়ফম খঙদনা শাউরবা আকবরনা মাবু মাঙহন্নবা অকনবা লাঙ্গং চৎথরকখি।

হলদিঘাটকী লান:- খৃ: ১৫৭৬ তা আকবরগী মচানুপা য়ুবরাজ সেলিম্না রাজা মানসিংহ অমসুং সাগরজিগী মচানুপা শাঙল ওনশ্রবা মহবত খানগা লোয়ননা রানা

প্রতাপকী মথক্তা লান্দারকখি। রানা প্রতাপনা মাগী চীংগী লানবনশিং অমসুং থৌনা ফরবা রাজপুত লাম্মী লীশিং কুন্নীথোইগা লোয়ননা চাউরবা মোগল সম্রাজ্যগী লাম্মীগা লান পাখি।

তম্পাক্কী লম চীংখোঙ চীংয়াদি মোগল লাম্মীশিং অদু অথিংবা য়াওদনা পন্দনা চঙশিল্লকখি। কুম্ভলমিরগী অকোয়বদা মাইল ৮০ রোম পাক চাউবা চীংগী লমনি। চীংলম্নী অপাকপা লৈতে কোনুং তম্না চঙশিন্নবা। চীংগী লানবনগী চীংখোঙ অমসুং চীংদোন্দা রানা প্রতাপ্না মাগী রাজপুত লাম্মী থম্মী। মাগী ভিল লাম্মীশিংনা লীরুং তেন পায়দুনা, চীংদোন্দা নূং পৈখত্তুনা য়েক্লবা ঙাইদুনা লৈখি।

রাজপুত কাঙলুপ অমগী মথংদা অমনা মেবারগী অঙাংবা ফিরান পায়দুনা লানফমগী খুদোং থীরবা মফম থি-থিদুনা হোৎচিল্লি। প্রতাপ্না লমন খুমগে হায়দুনা মতম চঙনা মানসিংহবু থিখি অদুবু মফম কদায়দসু মাবু থিবা ফংখিদে। অদুম ওইনমক হলদিঘাটকী চীংলক্তা প্রতাপ্না মোগল লাম্মী ময়াম নৈখাযদুনা যুবরাজ সেলিমগী মনাক তান্না চঙশিল্লকখি অমসুং সেলিম তম্না তা লংশিল্লকখি। য়োৎ মপাক্লা মাগী তায়বোৎ অদু ঙাক্লমদ্রবদি রাজপুতকী তা অদুনা মাবু সোয়দনা লেংলমগনি। মোগল লাম্মীশিংনা সেলিম্বু কন্নবা প্রতাপ্পু পল্লোন নাইনা মরোন মবোন কোয়খ্রে। মাবু কন্নবা হোৎনবদা মেবাব অথৌবশিংনা মথবায় পাম্মুদনা লাম্বেংনদুনা মহাকপু য়েক্লবগী খুত্তগী কনখ্রে। রানা প্রতাপকী মশাদা মফম তরেৎতা শাথিনা শোক্লে। মাগা লোয়নবিবা মেবারগী ফিরান অদু উবদা য়েক্লবা পৃম্বা অমুক পুল্লপ হুপচিল্লক্লে, হন্দক্তি মাবু কনবা ঙম্বগী আশা লৈতে। অদুবু মপু নীংলবা মন কৌবা ঝল্লগী লুচিংবা অদুনা হোৎচিনখিদুনা মেবারগী ফিরান অদু প্রতাপতগী লৌরগা পায়দুনা য়েক্লবশিংনা মাবু মেবারগী রানানি হায়না খন্দুনা মঙোন্দা ওনশিল্লিঙৈদা শাথিনা শোক্লবা নিংথৌ অদুবু মাগী শগোল চৈতক্লা লানফমদগী থৈদোকখ্রে। লানফমদা ঝল্ল মথবায় থাখ্রে। রাজপুতকী থিংঙমদ্রবা থৌনা মোগলগী য়াম্লবা তোপকী গুলী মমাঙদা করিসু কান্নখিদ্রে। হলদিঘাটকী লানফমদা রাজপুত লীশিং কুন্নীথোইগী মনুংদা শুপ্নতগী লীশিং নিপান খক্তং হিংখি।

লোয়নবা অমত্তা য়াওদনা মথন্তা মরীল লৈববা চৈতক তোংদুনা শাথিনা শোক্লবা বানা প্রতাপ লানফমদগী চেনখি। চৈতক্লা মাবু নুমিৎ চুপ্পা অমা পুদুনা চংলম্মী। কনাসু কনাসু য়াওদনা মথন্তা লানফমদগী চেনখিবদু উবদা মোগল লাম্মী অনীখক্লা মাবু তান্নবকখি। খুৎলায়না শোক্লবা চৈতক্লি-তান্নরক্লিবা কাঙবুদুনা প্রতাপ্পু ফংগদৌরবদা চৈতক্লা চীংগী তুরেল অমা লান্না চোংদুনা মাবু কনখি। চীংগী অকনবা নূং অমদগী লাকপা অরংবা মঙাল অমনা মাবু তান্নরক্লিবা কাঙবু অদু মাগী খুনীংমক্তদা লৈরে

হায়বা খঙখি। মতমদুদা মাগী মশাগী মরোন্দা- "হো নিল ঘোরা রাঅসবার" (হো শগোল হিগোক তোংবা) হায়না কৌরকখি। প্রতাপনা য়েংথোকখিবদা শগোল অোংবা নুপা অমখক্তং উখি। মহাক অদু মাগী মনাও নুপা শক্তনি।

ময়াম্বুং রানাপ্রতাপকা নুংঙাইনদবা মরম অমদগী শক্ত মরৈবাক মেবারগী দেশদ্রোহী মীরৈহং ওইদুনা য়েক্লবা মোগলগী মীচঙদা লান য়াওখি। হলদিঘাটকী লান্দা মহাক্না আকবরগী লাশ্মী মরক্তগী শগোল হিগোক অদুনা লোয়নবা অমত্তা য়াওদনা তরক তরক চেনখিবদু উবদা মাগী মবুক্লীং খংওন ওনখি - শাওনীংবা নুঙাইতবা পূম্বা মাঙখ্রে নুংশিবনা থূম্মাংখ্রে। মহাকসু প্রতাপপু তান্নরিবশিং অদুগী মরক্তা য়াওশিনখি। অদুগা তান্নরিবা মোগল লাশ্মীশিং অদু অমমমতা ওইনা তানা লেংদুনা হাৎখি। ইকোন কোনবা খোরাসানী মোগল অদু হাৎলগা চঙশিল্লক্লুনা মপুন্সিগী অহানবা ওইনা মচীন মনাও চেজেৎ কোন্নখি। মফম অদুদা চৈতক শিরে। রানা প্রতাপনা চৈতকী শয়াঙ কূপ্পা ফিদু লৌথোক্লগা মনাও নুপানা পীবা শগোল অক্করা অদুগী শয়াঙ কূপনখি। মচীন মনাও অনী অদুগী খুকম খাজংনবদু কুইবমদে। মথব্রায় নুংঙাইববা শক্তনা-খুদোংচাবা ফংবদা মচীন মনাও অনী হেক্তা পূনগনি হায়না ব্রাশক্লগা ময়াম্বদা ফাগী ওইনা - "মীনা থব্রায হিংননবা চেনবা মতমদা কমদৌবগে ?" হায়না হংলম্লগা প্রতাপতগী বিদায লৌদুনা চৎখি।

অসুম্না খৃ: ১৫৭৬ কী জুলাই থা থব্রানগী ৭ নি পানবা নুমিত্তা হলদিঘাটকী চীং লম্বী অদু মেবারগী অথৌবশিংগী খ্বাইদগী হেন্না ফরবা ঈনা লৌখোং ওইনা চেলহনখি। রাজপুত নিংথৌমচা চামঙা হেন্না শিখি মদুগী মনুংদা গ্বালিয়রগী নিংথৌ বামসাহ্ অমসুং মাগী মচা খন্দেবাও অমদি ঝল্লগী লুচিংবা মন য়াওখ্রে।

হলদিঘাটকী লানফমদা মায় পাক্লবা সেলিমনা থা খরগী তুংদা অমুক হন্না প্রতাপপু মায়থীবা পীদুনা কুম্ভলমির কোয়শিনখ্রে অদুগা সাহবাজ থাজিন্দুনা সহর অদু চাইখাইরম্মী। অদুম ওইনমক প্রতাপপ্না হনবা লৈতনা মতম শাংনা লাম্থেংনরম্মী। মমৈদা আকবরগী মীচঙদা য়াওখ্রবা আবুগী দেওরা নিংথৌগী নমথাক লৌনমনা নাওগুন গুহাগী ঈশিং ফংহন্দদুনা শীজিন্নবা য়ারক্তবদগী প্রতাপ কুম্ভলমির থাদোক্লুনা চাব্রান্দা হন্দোকখি।

কুম্ভলমির জয় তৌরবা তুংদা মোগলশিংনা চঙশিল্লক্লুনা রাজা মানসিংহনা রেমতিগা গোগুন্দাগা চাইখায়রে, মহবত খাননা উদয়পুর পায়শিনখ্রে, অদুগা ফরিদ খাননা চাব্রান্দা লান্দানবা খারোমদগী চঙশিল্লকখি। অমসুং শাগেগী নিংথৌমচা অমনা ওখনা পানব্রারগী প্রজাশিংনা মঙোন্দা পীরম্বা মতেং পূম্বা থিংজিনখি। অগুম্না মায়কৈ

মরিমক্তা মাবু কোয়শিনগ্রবসু অমদি চীংনুং মানুংগী লৈবা মাগী অরোনবা লোংকম পূম্বা মোগলশিংনা লৌশিনখিদুনা প্রতাপকী আশা অমা ফাওবা লৈতবগুম উরবসু চীংগী লমদা খঙনবা খুদম ইঙ্গিৎ কল্লাগী মতেংনা মাগী লাম্লী হেক হেক খোমজিন্দুনা মোগলশিংনা ক্বিতম শেম শাগ্রিঙৈদা ইখঙ খঙহৌদনা লান্দাদুনা মোগল লাম্লীশিংনা অকিবা পোকপা লানওং থেংনরম্মী। অসুম্না য়াম্না হৈশিংনা মাবু ফাগে খন্না ফরিদনা পুশিল্লকপা লাম্লী তেঙ্গোন অমা চীং অনীগী মরক্তা থক্তুনা মী অমা ফাওবা খাক্তনা তুম্না হাংখি।

নোংজু খাদা চীংগী তুরেল পূম্বা ঈমায় চোন্না ঈশিং চেনবা অমদি মরক মরক্তা নোং কন্না চুবা মতমদা প্রতাপ পোত্থাবা ফংবা নত্তনা লান্দি লেপ্পা লৈরমদে। নোংজু থা মতুং ঈশিং তুংফমদা লৈবা ঈশিং অয়াম্বা চীংদা লৈবা থাতুগী মচুম্না হু চেলহনবা মতমদা লৈফম তাংদাংবা মফম খঙদবা শর্কউদবা য়েক্লবগা লান তৌবা অসি মোগল লাম্লীগী হৈনদবী খমথেংবিনি।

অসুম্না প্রতাপনা চহী কয়া লীশাং শীংনা মোগলশিংগা লাম্থেংনখি। অদুবু চহী লোইবকপা খুদীংগী মাগী উপাইসু হন্থরকখি, খুদোংথীবনা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকখি। মাগী ইমুং মনুংগী মী মচা মশু ফাবিখিগদ্রা হায়না মীপাইরম্মী। অমুক্তি মাগী থাজরবা কাবাগী ভিল প্রজাগী মতেংনা মখোয়বু ফাখিদৌবদগী কনবা ঙমখি । ভিলশিং অদুনা মখোয়বু থুম্মোক্তা হাগুনা জাবাবদা লৈবা তিন পেকফম খনীদা লোংপীখি। চাবান্দ অমসুং জাবারাগী উমংদা উদা শা-কৈদগী কন্নবা নিংথৌগী মচা মশুশিংগী তুমফম থুম্মোক কয়ামরুম য়ান্দুনা লৈ। অসুক্কী মতীক য়ারবা খুদোং থীরফাওবদা নিংথৌগী হৌন লোনচৎ ব্যবহার ঙাক্লা চৎলম্মী। মদুগী পাউ অরোনবা পাউ থিবা মীগী মচীন্দগী তাবদা সম্রাট আকবরনা প্রতাপপু থাগত্তবা ঙল্লমদে। হেন্না হেন্না খুদোং থীরগা হেন্না হেন্না বাবগা মথবায়দগী হেন্না নুংশিরবশিংনা মাগীদমক মাঙ থাদুনা শিবা উরগা হেন্না হেন্না থৌনা ফরকখি।

নোংমা-নোংমগী মাগী উপাই হন্থরকপনা চানীংঙাই থক্লীংঙাই লৈরক্লে চরা হেল্লকলে। চীংনুং লোংফম পূম্বা মাঙশিল্লকলে। ইমুং-মনুং, মচা মশুগী খুদোংথীবা খম থেংলক্লে। য়েক্লবা মোগলনা তকশিল্লকপনা নোংমদি মঙারক হন্না থোংলবা চাক চাবা ফংদনা মঙারক হন্না হন্দোক্তুনা মতু মচা পুদুনা চেনবা তাখি। চানীংঙাই থক্লীংঙাই লৈবক্লবা চরা হেল্লক্লবদা নোংমদি মাগী নুপীনা নাপী মরু খর তকখায়রগা শেম্বা তল খর তংখায় অমা তুংগী চরা ওইনবা খাক্লপা তংখায় অমদুদগী তল অমমম মাগী অঙাং ওইরিবা মচাশিংদা পীরম্মী। প্রতাপসু মখোয়গী মনাক্তা শাংদোক্তুনা মাগী

অরা-অনং খুদোংথীবগী মরমদা খন্দুনা লৈরম্মী। মতমদুদা মাগী মচানুপী অদু খংকপ কপ্পকখি- য়েংথোকখিবদা লমহৌদোং অমনা মখুত্তগী তল অদু লাক্তুনা চেনখিবা উরম্মী। মদু উকবদা মাগী মথক্সাই অদু খংশোন শোক্লুখি। খাঙজমদ্রবা অরাবদু কোক্লনবা মোগলদা চঙজরগে খনখি-চিঠি ইখি।

চিঠি অদু ফংবদা মখে লৈতনা হবাওরবা আকবরনা জয় ওইবগী কুম্মৈ তৌনবা শীনখি। কুম্মৈ অদুদা মানা তোংগদবা দলাই অদুগী মতুং ইন্না চংকদবা রাজপুত নিংথৌমচা পৃথ্বিরাজদা চিঠি অদু য়েংহনখি। পৃথ্বিরাজ বিকানীর নিংথৌগী মনাওনি - থৌনা ফবা লাম্মীনি, রাওাং হৈবা কবিনী, মীপৃক ওলহনবা গুন্ননি। মহাক্তি প্রতাপ্প নুংশিজবা লাইগুম্না নীংজবা নুপানী। চিঠি অদু উরুবদা মথক্সায় যাম্না রাখি। ইচম চম্না মহাক্না নিংথৌরেন আকবরদা হায়খি - "চিঠি অসে রাজপুত নিংথৌ অদুবু মীংচৎ থীহনগে হায়দুনা মাগী য়েক্লবনা শেমজিন শাজিন্দুনা ইরকপা চিঠিনি। মানা ইরকপা নত্তে। ঐনা মাবু মুন্না খঙই মহাক কৈদৌঙৈদসু নঙগী সিংহাসন অদু পীরগে হায়র-ফাওবা নঙোন্দা চঙজরোই। ঐহাক ঐগী মী থাদুনা প্রতাপ মশামক্তগী অচুম্না অদু অমুক্তা খঙজগে।" মদু মোগল সম্রাটনা য়ারদুনা মহাক্না প্রতাপ্তা মরু ওইনা চঙজবগী রাখলদু থাদোক্লবা ইখি -

"হিন্দুশিংগী আশা পুম্বা হিন্দুদা লৈ অদুবু রানানা মদু লৌদে। প্রতাপ নত্তনা অতৈ পুম্বদি আকবরনা থাক অমত্তদা থম্মী মবমদি ঐখোয়গী লুচিংবা নিংথৌশিংগী থৌনা মাঙখ্রে অমসুং ঐখোয়গী নুপীশিংগী ইজ্জৎ লৈত্রে। ঐখোয়গী জাৎ অসিগী কৈথেলদা আকবরদি ফৌমায় চাবনি। উদয়গী মচানুপা নত্তনা অতৈ পুম্বদি মানা লৈখ্রে, মহাক্তনি মানা লৈবা গুমদ্রিবা, মহাক্কী মমলদি মানা পীবা গুন্না শক্তিগী রাংমনি। অশেংবা বাজপুতনা নৌরোজগীদমক মশাগী ইজ্জৎ থাদোক্কদ্রা ? অদুবু কয়া অমদি মশা মশাগী ইজ্জৎকা শিন্নথোকখ্রে। পুম্নমক্না ক্ষত্রিয় অমা ওইবগী মচাক পুম্বা য়োম্থোক্লববা কৈথেলসিদা চিতোরসু কারক্লবরা ? মরল মথুম পুম্নতা নত্তনা মথক্সায় ফাওবা কথোক্তুনা পট্টদি মমল নাইদ্রবা লন অসিবু গুাক্তুনা থনম্মী। নীংবা কায়বনা মীবু মশাগী ইজ্জৎ মাঙজবা অদু য়েংননবা কৈথেল অসিদা কাবকহল্লি। অসিগুম্বা মিংচৎ থীববা থবক অসিদগী হামিরগী মচা মশুশিংতনা মশাবু কঞ্জবি। পৃথি পুম্বনা হংলি প্রতাপনা ফংলিবা অরোনবা মতেং অসি কদাইদগীনো ? মী অমা ওইবগী নুপা থোকপা থরায অমসুং মখুত্তা পায়বা থাঙশাংগী মতেংতনা মহাক্না ক্ষত্রিয অমা ওইবগী নাপন অদু গুাক্লিবনি। মীগী কৈথেলদা ফৌমায় চারিবা মহাক অসি কয়া কুইনবু লৈগনি নোংমদি শোয়দনা শিরগনি। মতমদুদা ঐখোয়গী জাতী অসিনা ঐখোযগী পুম্মাঙ

মাঙলব্য ইকোক কোক্লবা ইরমদম অসিদা থাননবা অশেংবা রাজপুত মরু অদু পীবিনবা প্রতাপপ্তা হায়জরগনি। মসিবু কনবিনবা অমদি মদুনা অশেংবা কোনশেং ওইনা ঈরং লংনা পাল্লনবা পূম্নমক্লা প্রতাপপ্তা মিৎয়েং থমজরি।"

রাথোর অসিগী চিঠি অসিনা মী লীশিং তরাগী পাঙ্গল প্রতাপপ্তা হাপখি। মাগী পীকথরুরবা মথব্রায় অদু চাউখৎহনখি অমসুং নৌহৌননা মাবু থবক্তা খোয়জংহনখি। মোগলদা চঙজবগী ৱাখল থাদোকখ্রে। লাল অদুম চখরম্মী। অদুবু চাউরবা মোগল লাম্নীগী ঈচেল অদু থিংবা ঙম্লক্রদুনা প্রতাপপ্না মরৈবাক মেৱার থাদোক্তুনা মরুভূমীগী ৱাংমদা সিন্ধু তম্পাক্তা লৈরুরগে, সোগদোলদা কোনুং শেমদুনা য়েক্লবগা মাগগী মরক্তা মরুভূমীনা থৎলসনু হায়দুনা মাগী ইমুং-মনুং, সিসোদিয় শাগৈগী নীংহন্নদ্রবা অকল অথৌ, মেৱারগী পুকচেল চাউরবা মেৱারদা লৈবা মীখা পোন্দৌ শরুক মরৈবাক থাদোকপনা ফৈ খনবশিংগা লোয়ননা অরাবল্লী চীংদগী কৃমথরক্তুনা মরুভূমী মচীন য়ৌরক্লে। মতম অদুদা মপা মপু হাক্তক্তগী মেৱারগী মন্ত্রি ওইরকপা রানা প্রতাপকী মন্ত্রি ভামা সাহনা মশানা পৈশিঞ্জবা লন-থুম পূম্নমক প্রতাপপ্তা কৎখি। শেনফম অদুদি লাম্নী লীশিং কুম্মঙাবু চহি তরানিথোই চূপ্না চাবা থাকপা তলব পীবা অমদি মখোয়গী খৎলায় পূম্না লৈবা ওক্লবা শেনফম ওইরম্মী। মদু হেক ফংবদা প্রতাপ সিন্ধু তম্পাক চৎপা তোক্তুনা অরাবল্লীদা হঞ্জিনখি। লাম্নী খোমগত্তুনা নৌহৌননা য়েক্লবগী মথক্তা লান্দাখি।

মহাক মরুভূমীরোমদা চৎখ্রে হায়না থৌৱা শাদনা দাৱরদা কেম্প তৌদুনা লৈরিবা সাহবাজগী মথক্তা ইখঙ খঙহৌদনা লান্দাদুনা মী অমা ফাওবা থাক্তনা লোইনা হাৎখি। চেনখ্রবা লাম্নীশিং অমেট তান্না তান্নদুনা মদুদা লৈরম্নশিংসু অমত্তা থাক্তনা হাৎখি। কুম্ভলমিরদা লান্দাদুনা আবদুলা অমসুং মাগী লাম্নী তেঙ্গোন্দুমা তুম্না হাৎখি। অসিগী তুংদা চীংগী লানবন কুন্থানিথোইসু হন্দোক্লে। চিতোর নত্তনা মেৱার পূম্নমক হন্দোকপতা নত্তনা মানসিংহগী লৈবাক অম্বরদা লান্দাদুনা অম্বরগী মরু ওইবা কৈথেল মালপুর চাইখায়খি। উদয়পুরসু হন্দোক্লে। অসুম্না মরৈবাক মেৱার মনীং তম্নবা খাংঙমদ্রবা অৱা-অনা কয়া খাঙদুনা মোগল সাম্রাজ্যগা লান থেংনখি। চিতোর হন্দোকপা ঙমদ্রে হায়দুনা মপুন্সি চুপ্পা চরুগী ফমুংদা হিপখি, উনাগী পাত্রদা চাখি। খৃ: ১৫৯৭ তা রানা প্রতাপ নোঙ্গাখি।

"পাবুং ! রানা প্রতাপসি থৌনা ফৈকো। মাগুম্না মী অমা পোক্লিবা জাতী অদো মরাইবক ফবা মগুণ লৈবা জাতীনি।"

"অদুনা মালেম পৃম্বনা রাজপুত জাতীবু শীংথানরিবনি। মেৱারগী রানা প্রতাপতি আর্দষ পুরুষনি, মরৈবাক নীংবা মী পূম্বগী ফিদম্নফমনি।"

ঐনা অবোক্তা হায়খি - রোম লৈবাক্কী মরৈবাক নীংবা হোরেসস অমদি মরৈবাক নীংবা মেৱারগী রানা প্রতাপকী ৱারী অসি তাবদা ওহ্নোক্লা নুংঙাইখ্রে, অবোক্তি ৱারী অসি কদাইদগী তারকপগে ?

"পাবুং সনাখ্বানা লীবা ৱারী পূম্বা য়াম্মুংনা ঐখোয়দা অমুক লীবিদনা ? মখা লীথবীরো অবোক।"

" য়াম্মুংনা পাবুং সনাখ্বাদা হঙ্গৎখি।"

"পাবুং! ঐখোয়গী লৈবাক মৈত্রবাক মণিপুর অসিদদি মরৈবাক নীংবা মরৈবাক্কীদমক থৱায়না পোম্থা ওইখিবা অমত্তা পোকখিদবরা ?"

"করিগী পোক্তনি মৈতৈ জাতীসু মগুণ লৈবা জাতীনি।"

"কনা কনানো অনী অহুমদংগী ৱারী লীবিয়ু।"

# ৪

# মরৈবাক নীংবা মৈত্রবাক মচা

"মবৈবাক্কীদমক মথৱায কখোক্লবা মবৈবাক নীংবশিংগী লক্তা ফিদম্নফম ওইবা অমদি নবুধৌ পুবেন চীংথংখোম্বা কার্ত্তা ভগ্যচন্দ্র মহাবাজনি। মেৱাবগী বানা প্রতাপ কুম্না য়েক্লবা অৱানা হন্না হন্না লান্দা মাযথীবা পীদুনা মবৈবাক থাদোক্তুনা চেল্লবসু চানীংঙাই থক্লীংঙাই ফংদদুনা খুদোংথীবা অৱা-অনা কযা মাযোক্লববসু কবি অমুক হাযগনি ইমুং মনুং কাযনদুনা মচা ফাওবা য়েক্লবনা ফাদুনা জামিন ওইনা থম্লবা ফাওবদসু নীংহন্নবা লৈতনা হন্না হন্না লান্দাদুনা য়েক্লবা অৱাবু মাযথীবা পীখিবা মবৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাকখিবা মবৈবাক নীংবা অথৌবনি।

খৃ: ১৭৫৮ মৈদিংঙু মবাম্বা গৌবশ্যাম্বা পাল্লিডুে চীংথংখোম্বনা যুববাজ ওইবিডুেদা অৱানা লান্দাবকখি। চীংথংখোম্বনা শমসোক্তা অবাগা লান থেংনৈ অৱানা লাকচবক্তুনা নীংহন্নবক্তনা ককচীংদা অমুক থেংনৈ অদুদা অবানা তকখাযবকপদগী মৈতৈ লাম্মী কাযবে লৈবাক তাকএ, চীংগী হাওখুন্দা লোত্তুনা খাঙখি। অৱাশিংনা নুমিৎ মাপন্নীখক লৈবম্লগা মবৈবাক্তা হনখি। অৱাশিংনা চৎখ্রবা তুংদা চীংদগী কৃম্লক্তুনা খুন লিংই মনীং তম্না পাল্ল।

চহী মঙাগী তুংদা খৃ: ১৭৬৩ দা চীংথংখোম্বা মণিপুবগী ফম্বাল কাবে। মচেনা পোকপা মমাক্লা নিংথৌ ওইববদা যাম্না হবাওনা আশা যাম্না চাউনা মোইবাং নিংথৌ খেলেম্বা মমাক নিংথৌ উনবা লাকখি। ৱাযেম্বম খেলেম্বা লান্দা থৌবা লুচিংবা অমা ওইনা খেলৈ নোংনাং তেলহৈবা হাযনা খঙনবা চীংথংখোম্বগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মবু মযাম্নুং মৈদিঙু গৌবশ্যাম্না মোইবাং নিংথৌ হাপখি। ফমফমলাংদা ফমহল্লগা চীংথংখোম্বা মহাবাজনা হংখি -

"মাম্মা ইবুংঙো মোইবাং নিংথৌ ! নমাক্কীদা লেংবীবকপবু কবি ৱাবম লৈবগে?"

"ইমাক নিংথৌ ইবুংঙো ইনিংথৌ মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা ! ইমাক ইবুংঙোনা মৈত্রবাক্কী ফম্বাল কাবদা যাম্না হবাওজদুনা নুংঙাইবা ফোংদোকপা লাকচবনি। ইচেমসিনা পোকপা ইমাক্কি ঐনা নিকব্বা পোৎ হবাও হবাও পীবক্কনি খন্দুনা পীকখ্রবা পোৎ অমখক্তংসু নিজগে লাকপনি।"

"লেঙবীরকপা নুংঙাইজে, হায়বীয়ু করিনো মাম্মা ইবুংঙো ?"

"ইমাক ইবুংঙো মৈদিংঙু ! নয়াম্বুং ইবুংঙো মৈদিংঙু মোরাম্বনা মাম্মবু মোইরাং নিংথৌ হাপ্পীরম্মে- কয়া নুংঙাইরে। অদুদা মোইরাংগী লমদি পীকপনিনা মসিগী চাথোক য়ামদে লৈঙাক সাসন নীংবা থুংদে। ইমাক ইবুংঙোগী লম মৈত্রবাক্তি চাউইদো। অদুনা ইমাক ইবুংঙোগী মৈত্রবাকসিদগী লম মচেৎ অমত্তং চীংঙা ফাওবসি মোইরাংদা খর পীবিয়ুনে ইনিংথৌ!"

"মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ ! ইরৈবাক্কী লম পীথোক্লদে।"

"ইমাক ইবুংঙো ইনিংথৌ চীংঙা ফাওবসি য়াম্মল্লবসু লোকপচীং ফাওবতংদি পীবিয়ুনে ?"

"মাম্মা ইবুংঙো ! ইরৈবাক্কী লম পীথোক হৈদেনে।"

"ইনিংথৌ ইবুংঙো ! খিত্তংসিফাও পীবিররোইদ্রা ?"

"মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ ! ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎনরক্তেনে।"

"অহুন্নক হন্না হায়জববু য়াবিদ্রেনে ইমাক নিংথৌ ইনিংথৌ ফৈ, ফৈ।" হায়রগা হৌগত্তুনা মফি অহুন্নক কল্লগা থুনা য়াঙনা কোনুংদগী থোকখ্রে। য়াঙ্গোই শগোল তোংদুনা শেম্বাংনা পাইবগুম মোইরাং মায়কৈ পাংখরে। মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মনি হায়দুনা তান্নহনদ্রে।

মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা থৌনা ফবতা নত্তনা অচাওরম কাবা পাম্বা মীনি। মহাক্না চীংথংখোম্ববু মখে লৈতনা ইকাই-নুংশি য়ান্ননা শাউখি। লমন খুমগে খনখি। মাবু তান্থোক্তুনা মণিপুর পূম্বগী মপু ওইগে নীংখি।

থীন্দে মহাক অব্রা লৈবাক য়ৌখ্রে। অব্রা নিংথৌদা চঙজরুরে মৈদিংঙু চীংথংখোম্ববু মণিপুরদগী তান্থোকপীয়ু হায়জরুরে। য়াবিরে, অব্রা লানগারক্লে। খৃ: ১৭৬৪ দা ব্রাকচীং থাদা চাউরবা অব্রা তেঙ্গোন তুমু য়ৌরক্লে। মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বসু অব্রাগা লোয়নরকখি। হরিচরন সেনাপতিনা তুমু কৈথেন্দা অব্রাগা শোক্লবদা মায়থীরদুনা মৈতৈ তেঙ্গোন নীংহন্নরকখি। মৈদিংঙু ফাইরেন ২৮ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা অব্রা লান থেংনবা চৎলি। ককচীংদা তেঙ্গোন শাই, চরুনা পন শাদুনা নুমিৎ কয়ানিমুক থেংনখি। মাঙদা য়াল্লবা অব্রা লাম্মীগা অকনবা লান পারিঙৈদা তুংলোমদগী মোইরাং লাম্মীনা তকশিল্লকখি। বাবাজি হরিদাস, বনলকচান, নাকনবা হাজারী অথৌবা অহুম লানফমদুদা মথব্রায় থাখি। তুংলোমদা লান্দারকখিবা মোইরাং

নিংথৌ খেলেম্বনা ইবুংশি দুর্লভ শাই লৌক্রাকপা হাজারী, চীংঙাখনবা হিনাওহনবা, শংলেন লাকপা শ্রী রাম- লুচিংবা মরি অসিগা লোয়নননা মনাওনুপা চন্দ্রমনিবু হাৎখি। মৈতে তেঙ্গোন তুমখ্রে, চীংথংখোম্বা মায়থীরে। মথব্রাই হিংনবা চেল্লে। মতাং অসিদা ইবুধৌ ইবুংঙো খম থেংনা ব্রাখি। য়েক্লবা অব্রা, মোইরাং লাম্মীনা চীং মান খাক্তনা মাবু থিখি তান্নখি।

হকশেনবা মনাই খরদংগা লোয়নননা ময়াং লৈবাক তান্না লান চেনবদা তোংজৈ মরীন লম্বীদা খৌপুম নুংবা কম্বীরোনদা অব্রা-মোইরাংনা থৎখ্রবদা লৈমতাক্তগী থঙ্গান লাংদানমৈ চরোই চকোৎলোং লাম্হোক্লগা নোনে তাখি। নোনে খুল্লাকপনা মমাংঙৈগী মোলোম অমদগী খুনগী নামুংবা মতমনি হায়দুনা খুন্দগী মপান থোক্লকখিদে, মীতোপসু খুন মনুংদা চঙহল্লমদে। নিংথেম্না মনাই খর থাদুনা চেং-চাক খর পীরকউ হায়না হায়হল্লুবসু লাযববা খুন্নি লৈজদে হায়না পীরকখিদে। নুমিৎ চুপ্পা অমা অঙম্বা চীং লম্বীদা লাকপগী ব্রারবা অরাম খৌরাংবনা চোকথরবা চরাম চদৎনরবা, লান্দা মায়থীরবা লানগাইদুনা চেল্লকলিবা মশাগী লাম্মী তেঙ্গোন তুমখ্রবা য়েক্লবনা কোয়তান তান্নবনা লোন্না মথব্রাই হিংনবা চেল্লিবা মরোল মরাং তাক্লবা নিংথৌ মরৈবাকমক্তা মাগী প্রজানা উশিৎপীদ্রবা মখোয-থীৎলবা মৈদিংঙু নবুধৌনা মবুক্লীং নুংহিক্লনা হায়খি - "ফৈ ফৈ, লৈতবা অশেংবমক্তা ওইরবদি ফরে, লৈনা লৈনা পীনীংদদুনা পীদবা ওইরবদি নখোয়গী খুন অসি চাকথুং-যিথুংদবা ওইরসনু!"

থাঙ্গেশেংবমক ইবুধৌ ইবুংঙো চীংথংখোম্বা লাইনিদো। চহি অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা নোনে খুন্দো চাবা ওক্লবা ফৌ থোকখিদ্রেদো।

অমুক পন্থবা তৌদনা চরাম-চদৎনরবা কাঙবু অদু ইরং তুরেল লান্দুনা শুক্লবা চীংলম্বীদা লুখম্বী তান্না চৎখি। থেঙলবা অহিংদা লুখম্বী য়ৌবকপদা খুল্লাকপনা মৈরা পায়দুনা নিংথেম্বু ওক্লম্মী। অরৈবা পান আলু মাইরেন পুথোক্তনা মখোয়বু চরা নোংখনহনখি। অহিং অদুমা লুখম্বীদা পল্লগা অয়ুক তু উরকপদা খেবু চীং মায়কৈ পাংখরে।

অথাপ্পদগী য়েংবদা লফু থরোগুম মতোন তুম্না নোংথকতা হাইগৎখিবা চীংখোঙদদি উমংগী উমং মোংশোংগী মোংশোং নৃঙ্গাইগী নৃঙ্গাই ঙাক্তনি। ইবুধৌ ইবুংঙো চীংথংখোম্বা মৈদিংঙু হকশেনবা মনাই খরগা উরক ব্রারক নারক মোংশোং লিক্তনা লম্বী হাইদক্তনা লৈচিলনা পৃম্মম মম্বা মফম লাম্হোক্তনা হাইগৎলকপনা খর ব্রাংখৎলকপদা নুংশা ফংলে লৈচিল চীংখোঙদা লৈহৌরে ফজরবা থেল অমা য়ৌরে চীং অমুক কানিংঙায় লৈত্রে খেবু চীংদোন য়ৌরে- হারিগী নিং নিং লমখুনুগী কুক্রুকু তাখিদ্রে।

খেবু চীংদোন ফজববা কুঞ্জবননি। চীংদোনসিদা হৌবিবা অশাৎপা লৈনা য়োল্লবা নাগেশ্বর পাম্বী মবক্তা উচেক লাংমৈদোংশিংনা কোয়পাই পাইদুনা শান্নবি। অয়ুক্কী নুংশা তবুম তবুম্বদা ইবুধৌ ইবুংঙো মৈদিংঙু চীংদোন থক্তা লৈবিবা চাউববা নুংজাও অহুমদুগী মবক্তা খ্বাইদগী ওম্বা খ্বাইদগী চাউবা নুংদুদা কাখৎখ্রে। নুংজাও থক্তুদা ফমদুনা নাগেশ্বর পাম্বীলক্তা কোয়পাই পাইদুনা শান্নবিবা উচেক লাংমৈদোংশিং য়েংদুনা ঙাইহাক্তুং পোত্থাবগা লেপখত্তুনা মাইকৈ মবি ওন্দুনা কোযয়েং য়েংখি। নোংপোকলোমদা য়েংলুবদা চীংলোন কয়া লান্না হুন্দোক্লল্লবা য়েক্লবনা মুলহৌববা পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক মণিপুর নীংশিংলুবদা নুংঙোল্লি, মওল মওল খল্লি - "ঐবু ইবৈবাক মণিপুর য়েক্লবগী খুত্তগী অমুক হন্না কনবা ঙল্লবোইদ্রা? ইবৈবাক্কী প্রজাশিংনা ঐবু নুংশিবিদ্রববা?" খনখৈ খল্লুবগা ইবুধৌ ইবুংঙো মৈদিংঙু ক্ষেন চাং লাইগী শাক্তি য়েংলগে নীংলক্লে।

ইবুধৌ ইবুংঙো মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা খেবু চীংদোন্দা লৈবা পাক চাউববা নুংজাওথক্তা মমায নোংপোক ওন্না তাবাক শাযদুনা লেপ্লগা হৌনা লাউবকখি "তাবীযু তাইবংগী অচৎ চঙা জীব পূম্বা! তাবীযু মীৎনা উবা, মীৎনা এদবা লাই পূম্বা! তাবীযু মাযশৈ ঙাকপা লাই কৌব্রু কৌনু লোযাবাকপা থাংজিং মাজিং বাংব্রেন খানা চাউবা! খঙবীয নুমিৎ শা থবাম্মীচাক! চীংথংখোম্বা ঐহ ক্লা পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক মণিপুরগী য়েক্লবা পূম্বা তানখাযদুনা ইবৈবাক ইবমদম কনবা ঙম্লোইদবা লৈববদি ঙসি কৌবা নুমিত্তা লম্লেন খেবু চীংদোন নুংজাও থকশিদা তিমেন তাবোন খৌশাবা অসিদা খোঙফম চোইদুনা চীংখাদা ওন্থদুনা যাইবী থবায মাঙবা ওইখ্রসনু। কবিগুম্বা ঐহাক্লা য়েক্লবা পম্বা তাম্বোক্তুনা অমুক হন্না মণিপুর সনা লৈবাক্তা পান্দুনা ইবৈবাক্কী সেবা তৌবা ফংবা ঙমগদবা লৈববদি খোঙফম নাম চোইদনা চেৎনা লেপ খৌশাবোন শুনা খৌশাবা ওম্বা ওইজগে ইবুধৌ পাখঙবনা শাক্তিনি, শ্রীশ্রী গোবিন্দগী নোংদম্মি।"

অসুম্না হাযবন্নগা নুংজাও থক অদুদা ইবুধৌ ইবুংঙো মৈদিংঙুনা চেন্না চোংনা মবাম মচা, অচৌবা, নূশেপ্পনচিংবা খৌশাবোল মাপল মক শুনা খৌশাখি। মশাপূম্বা হুমাংনা পূংলুপ লূপখি। অওইবমক খোঙফম নামত্তং ফাওবা চোইদনা চেৎনা অথোৎপা লৈবাক্তা খোঙনা নেৎপগুম খোঙফম নাইনা লেঙদনা খৌশাখি। ইবুধৌ ইবুংঙোগী খোঙ্গুল খেবু চীংদোন্দা হৌজিকসু লৈবি।

য়াম্না নুংঙাইনা মবুংঙো শ্রীশ্রী গোবিন্দ অমদি মবুধৌ পাখঙবা থাগোন্নদুনা নুংজাও থক্তগী লেঙথবকখি, যৌগল্লোইশিংগা চযোম থোক্তুনা চামিন্নখি। মতমদুদা

অথাপ্লদা তাম্না কৌবী উচেক অমনা "তাম তাম" খোংলকখি। ইবুধৌ ইবুংঙো চীংথংখোম্বনা লেপখৎলগা তরা চাক অদু চখোম অমা মখুবাক্তা হাপ্লগা খুৎ তিংখোক্লগা হায়রকখি- "চীংথংখোম্বা ঐহাকপু ঐগী ইরৈবাক মচা প্রজাশিংনা নুংশিবিরিবমক্তা ওইরবদি হে চেক্লা তাম্না! ঐগী খুত্তগী তরা চাকসি লৌদুনা চারো লাউ।"

অঙকপনি, তামনা কৌবী চেক্লা অমা পাইশিল্লক্তুনা ইবুধৌ স্নাম্বাগী খুত্তা তোংদুনা চাক চখোমদুমা মচীন্না লৌ-লৌদুনা চাখি।

নুমিৎ চায়থরক্লবদা ইবুধৌ ইবুংঙো নিংথেম চীংথংখোম্বা যৌগলশিংগা লোয়ননা খেবু চীংদোল্দগী কূমথরক্তুনা অখুই তম্না খোঙশানম্রে। অখুই খুল্লাকপনা খুনগী পম্ফোংদা ওক্লম্মী অমসুং চান-থক্লবসু শীল্লম্মী। অখুই খুল্লাকপদগী অবা-মোইরাং শামুগা লোয়ননা লুখম্মী য়ৌরক্লে হায়বা পাউ ফংবদগী অমুক পম্বুবা তৌদনা অখুই খুনৌরোমদা খায় তুরেল লাম্ফোকখি।

খায় তুরেল তোর্ব্বান্দা পাক্লবা লৈতেম মান্নরবা থেল অদুদা অতেঙ খুল্লাকপনা নিংথেম্বু ওক্লম্মী। মফম অসি য়ৌরকপদা ইধৌ স্নাম্বাগী লাঙ্গোই শগোল খুনেৎশা অদু চীংদুম মচা অমা কারুবদগী ওম্বুরক্তুনা শিখি, ইধৌ স্নাম্বাগী সনা পূক্লীং য়াম্না নুংনাংখি। অদুবু খায় তুরেল তোর্ব্বান ফজরবা থেল অসিনা নিংথেম্বু পূক্লীং শুক্লাংখিদুনা মফমসিদা ময়াং নিংথৌদা থাখিবা লাইবারগী পাউ ঙাইবা ওইনা নোংমা নিনিদং পনখিগে হায়না স্না পূক্লীংদা খনখি। অতেঙ খুল্লাকপনা ইধৌ স্নাম্বাগীদমক উনানা কূপ্পা সঙ্গায় অমা শারে। অসুম্না নুমিৎ খর লমদনখি। কবুইশিংনা মোই-তাই হায়না খঙনবা মৈতৈগী নিংথৌনা লৈরম্বা মকমনি হায়দুনা বরাক তোর্ব্বান লৈতেম মান্নবা থেল অসিবু মতম অদুদগী হৌনা তাইজিজাং হায়না খঙনখি। মফম অসিদনি ইধৌ স্নাম্বাগী হকশেনবা গুরুমচা অমুবী শর্ম্মগা অতেঙ খুনগী খুনবুগী মচানুপী অসিমলিউগা খঙনখিবা।

ময়াং নিংথৌগী মফমদগী নুংঙাইবা পাউ তারমদে, ইধৌ স্নাম্বা স্না পূক্লীং পেল্লমদে। তেখাও য়ৌরগে নীংদুনা তেখাওদা লাইবার থাখিবা নুমিত্তুমক্তদা অখুই খুল্লাকপনা থারকপা পাউ য়ৌরকখি-"অবা-মোইরাং লাম্মী অখুই খুন য়ৌরক্লে, মখোয়না পুরকপা শামু অমা খুঞ্জাশিংনা হাৎলুবদগী অখুই খুন খুম্ভাক্লে। য়েক্লবা অবা মোইরাং খায় তোর্ব্বানলেমদা হাইথম্রে।" অমুক পম্বুবা তৌদনা ইধৌ স্নাম্বা অতেঙ খুন ফাওদুনা ময়াং লৈবাক তাখি। ময়াং লৈবাক য়ৌবদা ইধৌ স্নাম্বাগী তুং ইল্লকপী খোঙ্গুল লীরকপী মহারাণী আখাগা লোয়ননা মজাইবুংঙো হেমচন্দ্র যুবরাজ উনরে।

অদুবু উনবগী নুংঙাইবদু কায়নবগী যুবকনা শনজিনখ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা মহারাণী আখা মজাইবুংঙো হেমচন্দ্র যুবরাজ অমীমক ময়াং লৈবাক্তা নোজখ্রে। লোয়নবীগা শেংনরবা মচনুপাগা কায়নরবা, মরোল-ময়াং তরুবা, য়েক্লবনা মরৈবাক মুনবীহৌরবা নিংথৌ অদু তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেও রাজেশ্বরগী মকাদা চণ্ডজফম লৌজখি।

অসুম্বা খৃ: ১৭৬৬ ইং হৌগংলকপদা ইথৌ ম্নাখ্বা চীংথংখোম্বা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেও বাজেশ্বরগী লৈবাক্তা শাইদাংদুনা লৈখি। অদু ফাওবদা মাগী অব্বাবা খুদোংথীবা পচেং য়ৌখ্রি। য়েক্লবা অবাগী মথা পোল্লা মণিপুর লৈবাক ঙাক্লিবা খেলেম্বনা তেখাও নিংথৌদা চিঠি ইরকখি- "মহাবাজগীদা শাইদাংদুনা লৈবিবা নুপা অদু চীংথংখোম্বা নত্তে, শাশিন্নবনি দগুি পীবিয়ু, নত্রগা ফাদুনা মণিপুব নিংথৌদা শিন্নবীয়ু।" খেলেম্বনা মশাবু মণিপুবগী নিংথৌনি হায়জে। চিঠি অদুনা ইথৌ ম্নাখ্বাবু তেখাও নিংথৌগী মবুক্তা চিংনবা পোকহল্লে। লৈবাক্কী অণ্ডম-অথৌশিংগা তান্নবদা "মৈতৈ নিংথৌদি লাইগী মচানি হায়নৈ, লাইগী শাক্তি য়েংলসি, অঙাওবা শামু ফাহল্লসি" হায়না লেপ্লবে। স্বর্গদেও বাজেশ্বরনা বাফম অসি খঙহল্লক্লবদা ইথৌ ম্নাখ্বা লু কোকপদা লেন তাবে, অব্বাবা খুদোংথীবা পন্দোম লোম্লে। মথক্তা খঙখি- "ঐবু শামু অঙাওবা, মথক্তা শেম্বাং পাইবা য়াদবা অসিবু ফাও হায়বিবা অসিদি ঐবু শামুনা নেৎখায়দুনা শিবসনু হায়বনি, ঐহাক শিবদা কবিসু নাচুংদে অদুবু ঐহাক শিবদা ইপা ইপু চেম্বুবা মখোয়গী মিংচৎ থীবদি শোয়দ্রেকো।"

ৱামনখিবনা -"হা গোবিন্দ! ঐবু কমদৌসিবা!" হায়বল্লগা নুংবংননা জ্ঞান মাঙদুনা ৱাম্থখ্রে। অসুম্না তবঙ মালঙদা লৈবিঙে মমীংতা শংশংনা উখি- মানা নীংজবা ইষ্ট দেব গোবিন্দনা সনা ফিগে থোন, ধবা চুড়ানা লৈতেং খুত্তা বাঁসী পায়দুনা মমাঙমক্তদা লেপ মোমোন নোক্লা হায়বকখি - "নুংশা থীগনু চীংথংখোম্বা! অঙাওবা শামুদো ঐনা ফাবিগনি। ঐবু মুন্না য়েংউ - হয়েং নঙনা মণিপুবদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমদা ঐগী মুর্ত্তি অসি মান্না নিরূপণ তৌদুনা ঈবাং পুজা তৌজৌ।" ইথৌ ম্নাখ্বা জ্ঞান লাক্লে মিকপ থোকলে অকি অখং লৈখিদ্রে। শামু অঙাওবদু কবিসু ওইদনা উখ্রে।

অকি অথং লৈতনা থৌনা ফনা চণ্ডশিল্লক্লিবা মখুত্তা খূৎলায় পাযদবা ইথৌ ম্নাখ্বা উবদা অঙাওবা শামুদু তেখবে। তেখাও লৈবাক্কী মীয়াম মাঙদা শামু অদু ফাদুনা তোংখি। তেখাও নিংথৌগী চিংনবা কোক্লে, লুনা তৌবে কার্ত্তা মিংথোল পীদুনা ইকাই খুম্নরে। ইথৌ ম্নাখ্বানসু ময়াম্বুং ইবুংঙো মৈদিংগু মরাম্বনা পোকপী মজাইবেম্মা ফোংদলোকপীবু তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেও রাজেশ্বরদা থাজদুনা ঙাই-শেন ওইবে।

মণিপুরদগী লানগায়দুনা চেল্লকপা চহী অহুম শুবা খৃ: ১৭৬৭ তা তেখাও নিংথৌনা পাংবা তেখাও লাম্মী ৮০,০০০ গা লোয়ননা মণিপুরদা লান্দাদুনা অৱাশিংবু মায়থীবা পীদুনা নিংথি ভুরেল ৱাংমা লাল্লা তাম্বোকখি। মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা মাগী তুংইনবা মোইরাং পুম্নমক্কা খারি লৌবুক্তা হাংলগা মোইরাং মকোক পুম্নমক মোইরাংখোমদা ফুমখি। ইথৌ চীংথংখোম্বা মনীং তম্লবা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। অদুবু সঙাইথেলদা কোনুং ওইরিঙৈ লৈতাদ্রিঙৈদা খৃ: ১৭৬৮ দা অৱা লানগারক্লুনা নুমিৎ ২০ নি লাঞ্জেননখি অসিগী মতুং চহী অনী লৈরগা খৃ : ১৭৭০ দা লানগারকপা অৱাশিং নিংথি খোঙবান্দা মায়থীবা পীখি অৱা লাম্মী ৭০০ হেন্না হাংখি। সিগী তুংদা অৱা লানগারকখিদ্রে। ইংনা চীক্লা মনীং তম্লা শ্রীশ্রীগোবিন্দা নিরূপণ তৌদুনা জগোয় বাস কত্তুনা চহী ৩০ হেন্না নুংঙাইনা পানখি। খঙঙেদনা উরেদনা ইথৌ স্নাখ্বাগী নীংহন্নদবা থৌনা।

"অদু পাবুং ! ঐসু ইথৌ স্নাখ্বাগুম্মা নীংহন্নবা লৈতনা ইরৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বদা শীংনরকপা য়েক্লবা পূম্বা হাংকনি- লান তৌনি।"

"মানি মদুমক্কি তৌগদবা। ইথৌ স্নাখ্বা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা ভগ্যচন্দ্র কার্ত্তা মহারাজদি য়েক্লবনা হন্না হন্না মায়থীবা পীরবসু অৱাবা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লরবসু নীংহন্নদ্রবা হনবা নাইদ্রবা থৌনাগা লোয়নননা হন্না হন্না লান্দাদুনা য়েক্লববু মায়থীবা পীখিবা মেৱারগী রানা প্রতাপকুম্মা মরৈবাক্কী মনীংতম্বা ঙাক্লবা হোংনবদা মথৱায় কখোক্লবশিংগী ফিদম্নফম্নি।

ইরৈবাক পোক্লফম লমদম মীখা পোনবা য়ারোই মনীং তমগদবনি হায়বা অসিগীদমক মথৱাই পাম্মুদনা য়েক্লবগা লাম্থেংনখিবা মরৈবাক নীংবা মী কাঙলুপ অমা চহী তরেৎ খুত্তাকপা মতমদা থোরকখি। মখোয়না মশাগী ওইজবা থিদনা মরৈবাক্কীদমক কখোক্লস্বনা মণিপুর হায়বা মিংসি মুৎলল্লগদবদগী কনখি। মখোয় অদুদি ইবুংসি হেরাচন্দ্র অমসুং মাগী খোঙলোই মৈতৈ পাথৌ অঙোম সুবুনাথ, অকোয়জম খম্বা, ময়েংবা শ্যাম, মোইরাংথেম লবঙ্গ, এলাংবা অমু অমসুং অমুদোন অদুগা শ্রীযুৎ গম্ভীর নরসিংহ মচীন মনাও অমসুং মণিপুর লেভি তেঙ্গোন্নী।"

"পাবুং ! চহী তরেৎ খুত্তাকপা হায়বসি করিনো ? কমদৌনা থোকখিবগে ?"

"খৃ: ১৮১৯ দা অৱানা লান্দারক্লুনা মৈদিংঙু মার্জিৎ মহারাজবু মায়থীবা পীদুনা মণিপুর লৈবাক অৱানা খুদুম চনখিবা কুম্মদগী খৃ: ১৮২৫ দা মৈদিংঙু গম্ভীর নরসিংহ মচীন মনাওনা অৱাবু মায়থীবা পীদুনা নিংথী ভুরেল ৱাংমা লাল্লা তাম্বোকখিবা কুম

কাওবা অসিবু চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়না খঙনৈ। মরমদি অব্বানা ওৎ নৈবনা মৈতৈ অমত্তা মণিপুর তম্পাক্তা খুন ন্সিংদুনা পানবা ঙম্লমদে। মী লৈত্রব্বা মণিপুর তম্পাক উ ব্বা নারক মোংশোংনা থল্লবা লম্লক্কী শা-কৈনা লৈফম উমং ওইখি।"

"পাবুং স্নাম্বা ! মখোয় অব্বানা ঐখোয় মৈতৈসিবু কয়া থীনা ওৎ-নৈখিবগে? করি মরমদগী অব্বানা লান্দারকখিবনো ? মখোয়না ওৎ নৈবদু থিংবিনবা মৈতৈ অথৌবা অমত্তা লৈতব্রা ? মৈতৈশিং কদায় কদায়দা লৈপ্লবগে ?"

"য়াম্না শাথিনা ওৎ নৈশ্রবা জাৎনি। হুন্দক মখোয়না মার্জিৎ মহারাজগী মতমদা লৈবাক অসিদা লান্দারকপা অসিদি মখোয়না লাকচবা শুকঙম ঙমদ্রবা মৈতৈ হায়বা জাৎ অসি মালেম অসিদা থল্লরোই পুংমুৎ-মুখৎলগে হায়না তৌরকপনি। ব্বাকচীং থাদা অব্বা সেনাপতি পাখাউন্না মৈতৈ লাখ অহুম হেন্না ফাদুনা মখুবাক্তা য়াইরীনা লেংদুনা অব্বা লৈবাক তান্না হোইদুনা পুখি। অব্বা সেনাপতি কানেউন্না লৈবাক চাবা অব্বা লাম্মী লীশীং অনীগা লোয়ননা অউ অউবা মৈতৈবু ওৎ নৈরম্মী। মমাগী মথাদগী মচা মুল্লগা লংখৎলগা তানা লেংদুনা হাৎলি, অঙাং কয়া ইমুংদা হোইজিল্লগা থোঙ মনীং মমাঙ লোনশিল্লগা মনুংদা মোবোক মৈ থাদুনা হাৎলি। অসুম্না মৈতৈ হায়বা জাতী অসি মুৎননবা হোৎনবকখি। মৈতৈ কয়ানা চীংগী হাওখুন খোংজাই কবুই মাও মাবাম তাংখুল চোথে কোম মখোয় মখোয়গী ঙাই লৈবা মফমদা থৈদুনা লৈনখি, কয়া অমনা উমং ব্বামং চীংমান্দা লোত্তুনা হিংনখি। উমংদা লোৎলিবশিংনা অব্বানা তারগা ফাবনি কিবনা অকপ্পা অঙাংগী মচীন মেল্লম্মী।

গম্ভীর নরসিংহ য়াওনা মতীক মগুণ লৈবা মৈতৈ নিংথেম মচা কয়া অমসু মার্জিৎ মহাবাজগী থৌশিলনা মণিপুরদা লৈবা ঙমদদুনা হান্নবা ময়াংদা তখেলদা তেখাওদা লৈনশ্রবনি। অব্বা লাম্মীনা তেংবাংবা মার্জিৎ মহারাজগী মখুত্তা মায়থীববা চৌরজিৎ মহাবাজনা মনাই মশলগা লোয়ননা ময়াং লৈবাক্তা লাঞ্জেন্দুনা লৈরম্মী। অব্বাগী খুত্তা মায়থীরবা মার্জিৎ মহারাজসু ময়াং লৈবাক য়ৌরকশ্রে। অদুনা মণিপুরদা অব্বাগা মায়রোং য়াদুনা লান থেংননবা লুচিংবা লৈরমদে। অদুনা অব্বানা মনীং তম্না মচোই মচোই তারবা মৈতৈশিংবু ওৎ নৈরম্মী। খুন্তাকহল্লি।

মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা কার্ত্তা মহারাজগী মতীক লৈবা মজাইবুংঙো পৃম্বা মমা তিন্নদবা চাবোম্নবগী নিংঙাই তৌনবা ফম্বান মিকাবা ঙাক্তনি। কাঙবু কাঙবু নাইনদুনা মুক্লবনা পূদ্রবা মৈতৈ ফুরুপ মপাঙ্গল হুম্বরকপা মণিপুরদা মহারাজ গরিবনিব্বাজনা লাক্লখিবা অব্বানা লমন খুম্নবা লান্দাবকখিরম্মী। মণিপুরদা চহী তরেৎ খুন্তাকখিবা অসিসু মার্জিৎ মহারাজনা মণিপুরগী ফম্বান মিকাবদগীনি। কার্ত্তা মহারাজগী তুংদা

পানবা লাবন্যচন্দ্র মহারাজনা ফম্বান্দা চহী অহুম শুরকপদা শগোল কাঙজে শান্নবদা শোকপগী নাম্নাদা ফম্বান মিকাবা মনাও ইবুংঙো মধুচন্দ্রনা ময়াম্বুংবু অদুম্ব লোইশিন্দুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। মধুচন্দ্র মহারাজনা ফম্বান্দা চহী ও শুরকপদা ফম্বান মিকাবা মনাও ইবুংঙো অনী চৌরজিৎ মার্জিৎ চহী মঙা মঙা নিংথৌ ওইনসি হায়না লৌতুনদুনা পূন্না লান হৌদুনা মধুচন্দ্র মহারাজবু তাম্থোক্তুনা চৌরজিৎনা নিংথৌ ওইরে মার্জিৎনা যুবরাজ ওইবে। মথং চহী কাসেম্বা নিংথৌ খুভম হক্তিন্নবা লানগারকপা মধুচন্দ্র মহারাজ শামুপনগী লানফমদা নোংগাখি। ফম্বান মিকাবা মার্জিৎ চহী মঙা ঙাইবা ঙম্নমদে। খৃ: ১৮০৬ চৌরজিৎ মহারাজনা ফম্বান্দা চহী অহুম শুরকপদা মার্জিৎনা ফম্বান মিকারক্তুনা লান হৌরুবদা মায়থীরদুনা অবা লৈবাক্তা চেনখিদুনা অবা নিংথৌদা চঙজখি। অবা কোনুংদা চহী তরেৎ লৈদুনা অবা নিংথৌদা হায়জখি ময়াম্বুং চৌরজিৎ মহারাজবু তাম্থোক্তুনা মাবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্লীয়ু- অবাগী মখা পোনবা নিংথৌ ওইগে কবো তম্পাকসু পীজগে হায়বদগী অবা নীংথৌনা লাশ্মী লাখ অমা অবা সেনাপতি পাখেককা লোয়ননা পীদুনা খৃ: ১৮১৩ দা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারকখি। মৈদিংঙু চৌরজিৎ মহারাজনা ককচীংদা নুমিৎ ১১ নি চুপ্পা লাম্থেংনখি। অদুবু মশীং য়াম্নবা অবা লাশ্মী থিংবা ঙমখিদ্রে। লান্দা মায়থীরদুনা চৌবজিৎ মহারাজ ময়াং লৈবাক্তা চেনখি।

মৈদিংঙু মার্জিৎ মহারাজ (১৮১৩-১৯) মণিপুবগী ফম্বান কাবে নিংথৌ হেক ওইবগা মতীক মগুণ লৈবা ফম্বাল তাম্নকপা য়াবা নিংথেম মচা পূম্বা লোইথোক্লবা হোৎনবকখি। অদুনা ইবুংসি হেরাচন্দ্র চীংদা খোংজাইবকতা নাথৈদুনা লৈখি, গম্ভীরসিংহ নরসিংহ ময়াংলমদা চেন্দুনা লৈখি।

মার্জিৎনা অবা কোনুংদা অকে অমৌ মরক্তা লৈরুবনা কোনুং ফজহনবদা অবা নিংথৌগী সঙ্গায় লুপানা কুঞ্জগুম মহারাজগী সঙ্গায় লুপানা কুপখি। মদুগীদমক্তা নীংতম্বা নিংথৌগুম্না অবা নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা কবো তম্পাক্তগী উ য়াম্লি। মসিগীদমক অবা নিংথৌ শাউদুনা লৈরিঙেদা অবা নিংথৌ শিবদুনা মচানুপা মাগীমরূপ অদুনা সিংহাসন কাবগী রাজ অভিষেক্তা মাবু য়াওরনবা হায়রকপা অদুসু য়াওরুদে। মরম অসিদগী অবানা মার্জিৎকী মথক্তা লান্দারকখি। লান্দা মায়থীরবা মার্জিৎ মহারাজ ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। মণিপুর চহী তরেৎ খুম্ভাকখি।

মশাগী ওইজবা থিদনা ইরৈবাক মণিপুরনা মনীং তম্নবা থবায়না পোম্বা ওইদুনা য়েক্লবগা লাম্থেংনখিবা মৈতৈ নিংথেম মচা অনী হেরাচন্দ্র অমসুং নরসিংহ- মরৈবাক নীংবা মীশিংগী কিদম্লফমনি। মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো ইবুংসি হেরাচন্দ্র

খৃ: ১৮১৯ গী লমজ থাদা খোংজাই হাওদগী কুল্লকুমা অৱা লৈবাক চাবা লাম্মীগা লাম্বেংনখি, অৱানা ওং নৈরিবা মৈতৈ মণিপুরী কয়া কনখিখি মহাক্লা মৈতৈ চাক চেনবা মরৈবাক নীংবা ৮০০ খোমগত্তুনা অৱা লৈবাক চাবা লাম্মীগী মথক্তা গোরিলা লান তৌখি। অহানবদা মোইরাং তাম্না মাবু ফাবা লাকপা অৱা লাম্মী চামগ্রাখক অদু মহাক্লা মৈতৈ অথৌবা সুবুনাথ, লবঙ্গ, খম্বা, শ্যাম অমসুং অমু এলাংবগা পুন্না লানবাদুনা মায়থীবা পীখি অৱা লাম্মী ২০০ হাৎখি অরেম্বনা কায়দুনা চেনখি। দাকু নিংথৌ হায়না খণ্ডনবা ইবুংশিং হেরোচন্দ্রবু কিবনা অৱা লৈবাক চাবা লাম্মী চেণ্ড চাক খোম্বা মপান থোকপা ওল্লমদে।

ইবুংসি হেরোচন্দ্রনা অৱাগী মখা পোন্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইকনি হায়না লাকপা ময়াম্বুং ইবুংঙো ইবুংসি য়ুমজাও তাববু মাগী মীচণ্ডদা য়াওহন্দুনা পুন্না হয়েলগী লান্দা অৱা লাম্মী ২০ খক হাৎখি। মখোয় মচীন মনাও অনীনা মোইবাংখোম অমসুং খোমিদোক্কী লানফমদা ককচীংদগী লাকপা অৱা লাম্মী তুম্না হাৎখি। শিংজমৈদা থেংনবা লান্দা পাথৌ লবঙ্গনা অৱা সর্দ্দাব অমুপালপাবু হাৎখি। অসুম্না লেপ্পা লৈতনা হিয়াঙ্গৈ থা ফাওবা থা নিপান চুপ্পা লান তৌদুনা লৈবাক চাবা লাম্মী তাকতক হাৎচিল্লকলে। সেনাপতি কানেউনগী লাম্মী তুমশিল্লকপগী ৱা, দাকু নিংথৌগী পাউ অৱা লৈবাক য়ৌখ্রে। থিন্দনা অৱা সেনাপতি পাখাউন অৱা লাম্মী ১,০০,০০০ (লাখ অমা) হেন্না পুবদুনা ককচীং য়ৌরক্লে। হেবাচন্দ্র অমসুং য়ুমজাও তাবগী অপীকপা লাম্মী মচানা অৱা তেঙ্গোল থিংবা ঙমখিদ্রে। থৌবাল চীংমাঙদা শোক্লবা লানফমদা হেরোচন্দ্রগী খোঙলোই অথৌবা কয়া মবৈবাক্কীদমক থৱায়না পোচ্ছা ওইখ্রে। ইবুংসি মচীন মনাও ময়াংলমদা চঙখি। মৈতৈ চাক চেনবা মতেং পাংনবা অমুদোন্দা শিন্নরমখি।

মশাগী ওইজবা থিদনা মমা লৈবাক নীংতম্লবা ৱাশক লৌদুনা মথৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা য়েক্লবগী মথক্তা লান্দাদুনা য়েক্লবা অৱাবু নিংখি তুরেল ৱাংমা লান্না তাম্বোকখিবা মৈদিংঙু নরসিংহ মরৈবাক নীংবা মীশিংগী থিদম্নফমনি। মৈদিংঙু মার্জিংকী থৌশিলদগী ময়াং লৈবাক্তা থৈইদুনা লৈখিবনি। মীবৈবাক অদুদা নোংমগী চরা তাম্নবা নোমদুনা হিংলিবা নরসিংহ য়েক্লবা অৱানা মণিপুর খুদুম চনগ্রে তাবদা থম্মোই কায়রম্মী। মবৈবাক মণিপুর মতৌ করম্না নীংভমহনগদগে হায়বা ৱাখলনা নুংনাংলম্মী। লেংওন্দবী পাং শীত্তুনা লাইগী খুদম য়েংখি। ব্রিটিস ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীগী মতেং ফংনবা গম্ভীর সিংহগা লোয়ননা টিলাইন চীংদা লৈবা অৱাগী লানবন্দা লান্দাদুনা অৱানা ফাপ্রবা ব্রিটিস অফিসার কনখি। মদুগীদমক তৌবিমল খণ্ডবা ওইনা মণিপুর লেভি শীংখৎপদা খুজু খুংলায় মতেং ফংখি। গম্ভীর নরসিংহ মচীন মনাওনা মণিপুর

লেন্তি তেঙ্জোন পুদুনা অৱা পূন্না মায়থীবা পীদুনা মরৈবাক মণিপুর মনীং তম্না লৈবাক ওইহনখি। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহনা মণিপুরগী ফম্বান কাখি নরসিংহনা সেনাপতি ওইদুনা মণিপুরগী য়েক্লবা পূমবা মাঙহনখি। খুন্তাক্লরবা মণিপুর অমুক শেমগত্নুনা মহৈ মরোং চূন্নবা নোম্বা কনবা মীনা থল্লবা লৈবাক ওইহনখি। খৃ: ১৮৩৪ দা মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহনা নোংগাম্রবদা মহাক্না ফম্বান কাবদা য়েংপীনবা কনা অমত্তা লৈত্রবসু ফম্বান কাখিদে। নরসিংহদি ফম্বান মিহৌদে। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহগী মচানুপা চহি অনীতা ঙায়রিবা নিংথেম পিশক চন্দ্রকির্ত্তীবু ফম্বান কাহনখি। মহাক্না যুবরাজ ওইনা লৈবাক্কী অঙম্বশিংগা লোয়ননা লৈবাক ঙাকই অমসুং নিংথেম পীশক্কী মথক্তা ফম্বান লান হৌরকখিবা মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মচা ইবুংসি তরংখোম্বা, মৈদিংঙু চৌরজিৎকী মচানুপা ইবুংশি ত্রিবুবন সিংহ অমদি মৈদিংঙু মার্জিৎকী মচানুপা ইবুংসি যুগীন্দ্র সিংহবু মায়থীবা পীখি। অমদি লমহেনবা অৱাং হাও, মনুং হাও অমসুং খাগী হাও পূন্না লাকশিনখি।

মনাও ইবুংঙো নরসিংহগী মতীক মগুণবু কিবা অমসুং কল্লকপা অমদি ফম্বান লানগী অৱাবা মিপাইবা নংলক্লবী মমাশিজ কুমুদিনীনা মগুণ লৈরবা মনাওনুপা নরসিংহনা ফম্বালগীদম পীক্লিবা মচাবু হাৎপীখিবা য়াই খন্দুনা ইবুংসি নবিন নেক্তুনা খৃ: ১৮৪৪ দা মনাও ইবুংঙো নরসিংহবু হাৎননবা হোৎনরুবদা ঙমদদুনা মচানুপা নিংথেম পিশক পুদুনা ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। মতমদুদা নবসিংহগী শক্তিদি মাবু লম্বীদা থত্তুনা ফাবা ঙম্মী। ময়াং লৈবাক য়ৌরবদসু ইংরেজ কম্পানী সরকারদা হাযবদা তাবোইদবা লৈতে, ফাহল্লগা পীরকহনবা ঙম্মী। অদুবু নরসিংহনা মদু অমত্তা তৌরমদে। অহোইনদুম ময়াং লৈবাক য়ৌরফাও অশোয় অঙাম থোক্তনবা য়েংশিনখি অমসুং ময়াং লৈবাক্তা লৈবদা ব্রিটিশ সরকারনা নিংথেম পীশকপু নিংথিনা ঙাকপী শেনবীয়ু হায়খি অমসুং কবো তম্পাক শান্দোকপদগী কারকপা আয়দগী থা খুদীংগী পেনসিন লুপা ১০০ খক পীহনখি।

মণিপুরগী হাঙলবা ফম্বানসু প্রজা ময়াম্না হায়জরবতদা কাখি। অমদি মাগী তুংদা মাগী মচা মশুনা কাদনবা য়াথংসু পীরম্মী। অসুম্না মশাগী ওইজবা থিদনা মরৈবাক্কীদমক কখোল্লবা নরসিংহ মহারাজ ফম্বান্দা চহী তরুক লৈরম্লগা খৃ: ১৮৫০ দা নোংগাখি।

নরসিংহ মহারাজ মরৈবাক নীংবশিংগী মিদম্লফমনি।

"পাবুং ঐসু ইবুংশি হেরাচন্দ্র অমসুং মৈদিংঙু নরসিংহ গুম্না ইরৈবাক্কীদমক লানফমদা থবায় কখোকপা পাম্মুজদে।"

"চুম্মী সনাহল ইরৈবাক্কীদমক্তদি থবায় পাম্মুবা হৌনদে। নুমিৎসু কারক্কে সনাহল- লোইশিল্লো ইরু মাইথজনবা।"

"পাবুং ! ঙসি ৱারী হৌরনী লেঙবিরকউ হায়রম্মী।"

"উম! মহাভারতকী ৱারী লৌশিং পাউতাক্না থনবা অফবা লমচৎ ব্যবহার হৌনবী তাকপা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈহনবা মী অমবু মীওইবা অমা ওইহনবা ঙন্বা ৱারীনি।" নঙসু তাও - ৱারী তাবা ওইনা ৱারীগী সেবাসু য়াওশিল্লু।"

৫

# মৈথী চীং (চারোন্নবগী নিঙাই) - ১৮৮৭

মৈদিংঙু নিংথেম পিশক্না থৃপখিবা চহী ফাদ্রি মচাইবুংঙোশিংগী লক্তা মোত য়াম্না খেন্নরক্রে। চারোন্নবগী নিঙাই লুবা হেক্তিন্নরক্রে। তুরোন্নবদগী চারোন্নবনা হেন্না খুদোং থীনীংঙাইনি। নিংথৌ মচা চারোন্নবগী নিংঙাই খুদোংথীবদি লৈবাক ঝাথোক ওইরিবনি।

মৈদিংঙু নাউজিংলেন নোংথ্রেনখোম্বা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নিংথেমপিশক ঈশ্বর মহারাজগী রানী মনাও ইবেম্মশিং মশীং য়াম্না য়ামই- মখোয়গী মনুংদা নিপান-মপানদি মচা নুপা নুপী পোকই। সুরচন্দ্র, পাকাসনা থঙ্গৌসনা, গোপালসনা মমা অমত্তনা পোকপনি - মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু লোকেশ্বরীগী মচানি। কুলচন্দ্র-মনাও ইবেম্মা চোংথাম চনু অনীগী অহন চোংথা অহন লোকেশ্বরীনা পোকপনি; মনাও ইবেম্ম চোংথাম চনু অতোম্বী চোংথা নহানা টিকেন্দ্রজিৎ কোইরেংগী মমানি। মনাও ইবেম্মা ওইনাম চনু ইবুংশি ঝলকির্ত্তী সেনাপতি পোকপীনি। মনাও ইবেম্মা হাওবম চনু রূপবতীনা অঙৌসনাগী মমানি। জিলাঙম্বগী মমাদি মনাও ইবেম্মা অকোয়জম চনু খাঙা লৈমনি। অসুম্না নিংথেম পিশক্কী লৌখৎপা লৌখত্তবা য়াওনা নিংথেমনুবী কয়ামুক লৈখিদবা নত্তে। মসি মৈদিংঙুশিংগীদি হৌনশানি। নিংথেম চীংথংখোম্বা কার্ত্তাগী লৌখৎলবী নিংথেমনুবী ৯৪, নিংথেম চেনখিবা ঢাকা তাবগীনা ৯৬ নি হায়নরিবনি।

তুরোন্নবগী নিঙাই খুদোংথীবদি মৈদিংঙু ওইবনা লায়না খাঙবা ঙম্বনি অচম্বা মীগী মতীক নত্তে। অদুবু চারোন্নবা নিংথেম মচাগী নিংঙাইদি মৈদিংঙুমক্না খাঙবা ঝাবনি, লৈবাক ঝাথোক ওইবনি। কার্ত্তা মহারাজগী চারোন্নবা মজাইবুংঙোশিংগী নিংঙাইদগী মৈদিংঙু অনী মতম নত্তনা নোঙ্গাখি, ইবুংশি কয়া ময়াং লৈবাক্তা চেন্দুনা খাঙখি মণিপুর লৈবাক চহী তরেৎ শুম্তাকখি।

চহী তরেৎ শুম্তাকঙৈদা অৱানা ওৎ নৈবনা মনীংতম্বা মণিপুর সনা লৈবাক মালেমদগী মমিং মুৎখিবা য়ানা লৈরম্মী। অদুবু মরৈবাক নীংবা মণিপুরী মচাশিং দাকু নিংথৌ হেরাচন্দ্র অমসুং মাগী কাঙবুনা মণিপুর মনুংদা গোরিলা লান তৌদুনা অৱা লৈবাক চাবা লাম্মী লৈতাহল্লমদে। অদুগা মরৈবাক নীংবা ময়াং লৈবাক্তা নাথৈদুনা লৈবা মণিপুরী মচাশিংনা ইবুংশি গম্ভীর নরসিংহ অনীগী লমজিং মখাদা মণিপুর লেভি তেঙ্গোন শেমগত্তুনা মণিপুরদা অৱা লাম্নীগী মথক্তা লান্দাদুনা মায়থীবা পীদুনা অৱা

পূম্বা নিংথি তুরেল ব্রাংমা লাননা তাম্বোকখি। অদুগা নীংতম্বা মণিপুর লৈবাক শেমগৎলে। চহি ৬০ হেন্না ঙঁংনা তপ্না লৈবাক মরা তপ্না পাল্লে। মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তীনা খৃ: ১৮৮৬ তা নোংগাম্লবদা মচাইবুংঙো অহল সুরচন্দ্রনা অয়েংপা লৈতনা মণিপুরগী ফম্বান কারে। ফম্বান হেক কাবগা চারোম্নবগী নিংঙাই মশোং কাঙলক্লে।

মৈদিংঙু সুরচন্দ্র চীংলেন লাম্থাবনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরবদা টিকেন্দ্রজিৎনা খনখি, মহাক্কী মতম লাকলে। মণিপুর লৈবাক্কী থবক্তা খাবৈ খারা শারিবা ইংরেজ পূম্নমক মরু ফুক্না হুন্দোকখ্রনি। অদুনা মাগা ব্রাখল মান্নবা থঙ্গাল-মেঙ্গ্বরগা লোয়ননা মদুগীদমক তত্তনা ব্রা তান্নরম্মী, খন্নরম্মী অমসুং মদুগী থবক পায়খৎনবা হোৎনরম্মী। অদুবু মখোয়গী থবক্তা চারোম্নবগী নিংঙাইনা বিঘ্নি ওইরকখি।

নিংথেম সুরচন্দ্রনা মনাও ইবুংঙোসিংবু মথং মনাও কায়দনা কুলচন্দ্রবু যুবরাজ, টিকেন্দ্রজিৎ কোয়রেংবু সেনাপতি, থম্বৌসনাবু শামু হঞ্জবা, পাকাসনাবু শগোল হঞ্জবা, গোপাল সনাবু ফুঙ্গানাই শংলাকপা অমসুং অঙৌসনাবু দলাইরোই হঞ্জবা ওইহনখি। ইবুংশি ঝলকির্ত্তী সেনাপতিনা ঙন্না নোঙ্গাখিবদগী কম্বান কোইরেংবু সেনাপতি হাপখিবনি। অদুবু চারোম্নবগী নিংঙাইনা মশোং কাঙলকপদা মপাবুং নিংথেম পিশক্কী য়াথং খৎন-চৈনদনা মথং মনাও কায়দনা পাল্লু হায়রম্বদু ঙাকপা ঙল্লক্রে। কাঙবু কাঙবু নাইনা মুক্লরক্লে।

মৈদিংঙু সুরচন্দ্র চীংলেন লাম্থাবগা মমা তিন্নবা মনাও ইবুংঙো থম্বৌসনা শামু হঞ্জবা, পাকাসনা শগোল হঞ্জবা অমসুং গোপলসনা ফুঙ্গাই শঙলাকপনা কাঙবু অমা ওইরে। মৈদিংঙু নিংথেম পিশক্কী লৈমা অতৈনা পোকপা মমা তিন্নদবা মজাইবুংঙোশিং মনাও ইবুংঙো কোয়রেং সেনাপতি, মনাও ইবুংঙো অঙৌসনা দলাইরোই হঞ্জবা অমসুং মনাও ইবুংঙো জিলাঙম্বনা কাঙবু অমা ওইনা খুৎ অনীসি হীরম কয়াদা অমগা অমগা থরুম তৌনদুনা মুক্লরম্বদগী মমৈদা খুৎ থোক্লখি। অদুগা নিংথেম সুরচন্দ্রনা নিংথৌ অমা ওইনা মচীন-মনাও পূম্নমকপু পোকমিন্নবা পোকমিন্নদবা থিদনা মীচং মীখায় নাইদনা চপ মান্ননা লুনা তৌবা ঙমদবা পোকমিন্নবনা হেন্না লূম্বদু উৎপা, মসিসু মাগী অশোনবা অমনি- মসিমক্লা খুৎমাবগী মরম অমনি।

খৃ: ১৮৮৬ তা নিংথেম পিশক থূপখ্রে। লোয়ন-লোয়ননা পোলিটিকেল এজেন্ট সার জেমস জোন্সটোনসু ত্রান্সফর তৌখ্রে। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তী মহারাজ সনা হাক্তক্তা মণিপুরগী লৈবাক মনুংগী লৈঙাক সাসনগী থবক্তা ইংরেজ গর্বনমেন্টকী এজেন্ট জোন্সটোন সাহেবনা কা হেন্না খুৎ থিংজিল্লকপদু য়াবতা নত্তনা লৈঙাক

সাসনগী থবক্তা তত্তনা পাউতাক ফাওবা লৌরকপা তাখি। অসুম্না মথং মথং থাক থাক মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙশিল্লকখি। ইংরেজ সাহেবশিংনা অসুম্না কা হেন্না খূৎ থিংজিল্লকপা অসিবু য়ানীংদবা টিকেন্দ্রজিৎপু মপাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তী মহারাজনা জোন্সটোন সাহেবকী পাউতাক মতুং ইন্না মতম খর থাঙ্গদা লোই থাখি। থাঙ্গা চীংদা লোই থাদুনা লৈরিঙৈদা মাগী থৌগন লাইশ্রবা হাজারীগা পূন্না য়েক্লবা বৃটিশপু মণিপুরদগী তাম্থোক্লবা অকনবা ৱাশক লৌখি। টিকেন্দ্রজিৎকী থম্মোয়দা মণিপুরগী নীংতম্বদা কনাসু খূৎ থিংজিনহল্লোই; খাবৈ-খারা শাবিবা ইংরেজশিংবু মরু য়াওনা ফুক্তুনা লংথোকখিনি হায়বা ৱাখল অসি মরা চেৎহনখি অমসুং মদু পাঙথোক্লবা তৌগনি হায়না অকনবা ৱারেপ লৌখি।

টিকেন্দ্রজিৎ তোপ গারোট লোয়শঙদা খৃ: ১৮৮৭ কী অয়ুক অমা চীক্লপনা থঙ্গালগা ৱারী ৱাতাই শান্নরম্মী-

"ইপু ! ইংবেজ সাহেবশিংসি য়াম্না কা হেল্লেকো।"

"চুম্মী সনাতন ! য়ুমদাংবনা কৈ নাবা হায়বদু তৌরবনি।"

"ঐখোয়গী ইরৈবাকসিদা ইপু, মখোয়না লল্লোন ইতিক্কীদমক লাক্লগা খুদোংচাবা লৌদুনা লৈবাক্কী সাসন্দা খূৎ থিংজিল্লকখি। পাবুং মহারাজগী মতমদা পাবুংদা মতেং পাংলিবনি হায়জিন্নরগা, মখোয়গী কান্ননবতা তৌখ্রবনি। মখোয়গী লৈফম চাফম থবক ইনখাং তৌফম ওইনবা লম খর ঐখোয়না পীখিবা লম অসিবু "ব্রিটিশ রির্জাব" হায়না কৌদুনা ঐখোয়গী লম নত্তবা মখোয়গী মরম মরৈবাকুম্না মফম অসিদা লৈবাক অসিগী ৱায়েন পথাপ চৎলোই মখোয়গী মরন্নাই ৱায়েন পথাপ চৎকনি হায়বা, মখোয়গী মতুং ইল্লকপা মখোয়গী থবক তৌবা মীশিং লৈবাক অসিগী প্রজা নত্তে মখোয়না অরানবা তৌরবসু ঐখোয়না বিচার তৌবা য়াদে মখোয়না তৌগনি দণ্ডি পীগনি হায়বসিবু করিনো ইপু, লৈবাক অমদবু সাসন অনী চৎনবা য়াবরা ? জোন্সটোন সাহেবনা হায়বা ৱা পাবুং মহারাজনা হেক্তা য়াথোকখিবা কয়ানা মখোয় অসি নাৱাংলবনি।"

"হৌজিক্তি ঐখোয়গী মতম লাক্লেদনা সনাতন। তপ্পা তপ্পা মখোয়সে লোইনা হেক তাম্থোকখ্রগা লোইরেদনা। পাঙয়াম য়াম্বসু নত্তে, অমমমতা হেক লোইথোকখ্রগা লোইরেদনা ?"

"অদুবু ইপু ! জোন্সটোন সাহেব চৎখ্রে - মাগী ম হুৎ মেজর ট্রোটলর লাকলে- মা শিখ্রে অদুবু মহুৎ গ্রীমরুদ লাক্লনি। মাগী মহুত্তা নত্তে সাহেব কয়া অমসু লম

কোয়বনি হায়, লম ওনবনি হায়, টেলিগ্রাফ তার তিংবনি হায়, লম্বী শেম্বনি হায় নোংমা কাংদে লাক্লিবা। চুম্নগী লম্বী শেম্বা তার তিংবনচিংবা অসি ঐখোয়গীসু খরদি কান্নে হায়ববু অয়াম্বদি মখোয়গী কান্নবনা হেনবনি ইপু। মখোয়না অৱা লৈবাক লৌশিনখ্রবা তুংদগী মখোয়না ঐখোয়দা য়েংবা মিৎয়েংসু খর হোংবা উই। ঐখোযগী ইনীং তম্বসি মখোয়গী মমিৎ নাবনি। অসুম্না নোংমা নোংমগী থাক থাক হেঙ্গৎনা খুদোংচাবা লৌশিল্লক্তুনা ঐখোয়গী ইনীং তমলিবা লৈবাক অসি মখোয়না য়োৎশিনখিদৌরি।"

"মদুমক্তি পাক হেক তৌরোইদা সনাতন। ঐখোয়গী লৈবাক অসি মখোয়গী মৰূপ ওইবিবা মিত্র বাজ্যনি। নপাবুং স্নাখ্বাগী মতমদগী ঐখোয়না মখোয়গী মতেং কয়া পাংলক্লি - মখোযনসু নোংমৈ , নোংমৈ হিদাক্লচিংবা কযা পীরক্লি, মতেং পাংলক্লি। মখোয়না হেঞ্জিল্লকলিবসিদি ঐখোয়না খূকউ খর শেঞ্জবগা লোইরে ইবুংঙো।"

"ইপু ! অৱা লৈবাক মখোযনা লৌশিনখ্রবা তুংসিদদি ঐখোয়গী লৈবাক অসি মখোয়গী লৈবাক্না মাযকৈ মবিমক্তা কোয়শিন্দুনা লৈবেদো। ঐখোয়গা যুল্লোন্ননা লৈরম্বা মনীংতম্বা লৈবাক তখেল ময়াং তেখাও খাহী, চীন, অৱা লৈবাক পূম্বা মখোয়না লোই চনখিদুনা মখোয়গী মখাদা লৈখ্রবনিনা ঐখোয়গা যুমলোন্নবা লৈবাক্তি মখোয় ইংরেজ সাহেবকী লৈবাক্না ওইবেদো ইপু! অদুগা ইংরেজ সাহেব নত্তবা অতৈ মনীংতম্বা লৈবাক্না হকথেংননা মরী লৈনবা সন্ধিনচিংবা তৌনবগী থবকসু ইধৌ স্নাখ্বা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগী স্না হাক্তক্তা য়েন্দাবো সন্ধি তৌনবদা ঐখোয়গীদমক ঐখোয়গী ইতেং পাংবিবা মরূপ ইংরেজ সাহেবশিংদা তৌহল্লুবদগী ঐখোয়গী ইশাগী হক অসি মখোয়না লৌশিনখ্রে, মখোয় খঙদনা অদুগুম্বা মরী অমত্তা ইনীংতম্না থম্বা ঙমদ্রে। অদুনা মনীংতম্বা অতোপ্পা লৈবাক্কী মমাঙদা ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসি মখোয়না ঙাক শেন্দুনা পালহনবা মখোয়গী মখাদা লৈবা লৈবাক অমা ওইনা উহল্লে। মরম অদুনা মখোয় অসি ঐখোয়গী মরূপনি ঐখোয়গী লৈবাক অসি মখোয়গী মিত্র রাজ্যনি হায়না মচীন্না হায়রবসু মখোয়না তৌথোরকপা থবক্লদি ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসি মখোয়গী মখাদা লৈবা লৈবাক্লি হায়না হেক হেক উৎলি।"

"মদুমক্তি ইবুংঙো ! পঙথেং থেংনদ্রিদা ?"

"ইপু মলেচ্ছ সাহেবশিং অসিনা পাবুং স্নাখ্বাদা কে সি এস আই হায়বা মিংথোল পীদুনা ইকাই খুম্নখিদনা ?"

"হোয়, ইনিংথৌবু ইকায় খুম্নবিখি। মদু ঐখোয়না থিবোমৈগী লান্দা মখোয়গী মতেং পাংলুবগীনি।"

"অদুবু ইপু! হায়রিবা মিংথোল উপাধি অসিদি মখোয়গী লৈবাক্কী প্রজাশিংগী মরক্তদা পীবা উপাধিনি। অদুনা মালেমগী লৈবাক অতৈদা ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসি মখোয়গী মখাদা লৈরবনি হায়বা উৎননবা ইঙ্গিতনি।"

"অদুম হায়নমক্তি খন্দে ইপুদি সনাতন। ঐখোয়না মখোয়গী মী অমা পজেং ফিবান পীবা য়াই - অদুগুম্বনি। অদুমকপু মখোয়না পঙহেন হেঞ্জিল্লকপদি য়ারোইদা। ইমা লৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বদা শীংনরকপা পুম্বা মায়রোং য়াবদা ইপুগী থাঙসি ময়া

"অদো ইপু ঐখোয় খূকউ শেনবা শেম শাবদি তৌবা তাই। নোংমৈ হিদাক পুথোবকপদগী নোংমৈ মখল, মখল বোম তোপ পুথোরকপসিনা লালগী লালওংসু মথং মথং হোংলক্লি। হকথেংনবা লান নত্তবদা থাঙ, তা, তেন, আরাম্বাইনা নোংমৈ তোপকা লানবা তৌবদি খর নোপ্পা থোকইদো ইপু। ঐখোয়গী লাম্মীশিং নোংমৈ পায়দুনা থেংনবা লানগী লাল্লোংসু তম্বীবা তাবনি, ননাই নিরঞ্জন সুবদারদা শিন্নদুনা তম্বীবসু হৌরবনি, অদুদা -"

"অদুদা করি তৌরবা সনাতন!"

"ইপু! সাহেবশিং অসিনা মণিপুর লেভিগীদমক ঐখোয়দা পীবক্লিবা নোংমৈ হিদাক মেগজিং অসি খজিক্তনি, য়াম্না য়ামখিদ্রবনি, নোংমৈ মশীংসু খজিক্তনি, লাম্মী তেঙ্গোল অমনা পায়বা কোন্নবা নত্তে-নোংমৈসু মল্লবা মখোয়না পায়নদ্রবা ঙাক্তনি। মখোয়দি অনৌ অনৌবা খূৎলায় পায়খ্রবনি। নিরঞ্জন সুবদারনা হায়বদি মখোয়না পায়রিবা খূৎলায়দি ঐখোয়গী সিদা লৈরিবা অসিদগী য়াম্না হেন্না ফগ্রবা ঙাক্তনি হায়।"

"মদু চুন্নব্বা য়াই সনাতন! অনৌ-অনৌবা খুৎলাই মখোয়গীসিদগী হেন্না ফবা কদায় কদায়দা ফংই হায়বা মাদি খঙবরা?"

"ইপু মখোয়না পায়রিবা খূৎলায়শিং অসিগা চপ মান্নবা নত্রগা হেন্না ফবা খূৎলায় মখোয়গী য়েক্লবা ওইহরিবা তত্তনা লাঞ্ছিনরিবা ফরাসি জর্ম্মনশিংগীসু লৈ হায়। মখোয়সু খূৎলায় য়োম্লি হায়। মদুগী মরম খঙনবা, করম্না লৈরগা পুরকপা মমল কয়া পীবা পূম্নমক খঙদোক্লবা অয়োনবা লাইবার অমদি থাম্রি ইপু।"

"মদুদি য়াম্না ফবা বানি, কয়াম থুনা পাউ ফংবা য়াই ইবুংঙো ?"

"পঙকুই কুইররোই ইপু ! ঐখোয়গী মীদু চন্দন নগড় য়ৌগ্রে হায়। পাউ ফাওনরম্বা য়ারে।"

"পাউদু তানিংগ্রেদা ইবুংঙো ইপুদি।"

মতমসিদা অকা মচা অমা চঙলক্লুনা কোয়রেং সেনাপতিদা খুরুম্মী।

"করি লৈ ?"

"অজ্ঞা ননাই লাইশ্রবা হাজারী লাকচরি, চঙজরকপা য়াগদ্রা হঙ্গৎচরকই।"

"ও ঃ মহাক লাক্লবোইরে, চৎলু চৎলু, থুনা চঙলকউ হায়য়ু।"

"মহাকপু কদায় চৎলুবগে ইবুংঙো?"

"ঐখোয়গী থবক্তুগীদমক মপান চৎলুবনি ইপু।"

ঙাইহাক লৈরগা লাইশ্রবা হাজাবী চঙলক্লুনা সেনাপতি কোয়বেংদা খুরুম্মী - 'অজ্ঞা' ! থঙ্গাল জেনেরেলদসু ওনশিন্দুনা "খুরুমজবি ইপু মেঞ্জব।"

"চঙলকউ লাও লাইশ্রবা ! খুদাদা ফম্মু।"

"ফনি অজ্ঞা!" হায়দুনা খূরু খূদক কুন্না ফমথে।

"হাজারী কৈদৌঙৈ থুংলে, করি পাউ লৈ, মঙ্গোল ওইবকপরা ?"

"অজ্ঞা ! ননাই ঐ ঙবাং নুংদাং থুংজরে। কলিকতাগী এজেন্ট অদু উনজবকই। মহাক পুদুচারীদগী হল্লক্লম্বতা ঙায়বী। মহাক্না হায়রকপদি থা অনীগী তুংদা খূৎলায় খর য়ৌরক্লগনি হায়না অজ্ঞাদা হঙ্গৎপীয়ু হায়জরকই।"

"খূৎলায়শিং অদুগী মমলনচিংবগী মতাংদদি করি কমদৌবা ?"

"অজ্ঞা মদুগী মরম পুম্বা খূৎলায়শিংদু সনা মিৎয়েং তাবিরগা লেপ্লসি হায়না হঙ্গৎচরকই।"

"ফরে ফরে পোখজরুরো। নয়ুমদা হন্দ্রিঙৈদা অমুক উনখিসি ঐখোয় তানগদবা য়াম্না লৈরি।"

হাজারী খুরুম্লগা চৎগ্রে। থঙ্গালনা মখা তারকখি -

"পাউসিদি নুংঙাইবা পাউনি ইবুংঙো ! খূৎলায়শিংদু লিজিম্নবা তস্বীনবা মীদি লৈগদ্রা সনাতন !"

"ইপু নিবঞ্জনসু খবদি খঙগনি। য়াম্বুং হাউজৌ সনা মেজরসু লৈরি অদুগা মখোয়দসু খুৎলায় তম্বীনবা মী অমা পীনবা হায়খিবনি। য়াম্বুং হাউজৌসনা মেঞ্জব যাইস্কুল লাকপনা হাকুম নোংমৈ হিদাক লৌবা চৎপদা মখোয়গী মেগজিং চঙদুনা য়েংলুবদা অনৌবা মখলগী অফবা নোংমৈ তোপনচিংবা য়াম্না উরকই। ঐখোয়গীসিদা লৈবিবশিংসিদি য়াম্না মল্লে - খব শিন্দোকসি হায়না যাম্বুং মহাবাজদা হাযখিবনি। অদুবু মদুগী ব্রাদু এজেন্টতা হৌজিক ফাও হায়দ্রি। হায়বসু যাদৌ মান্দে অদুনা ঐনা অতোপ্পা উপায় য়েংজবনি। অদুগা ইপু ব্রাফম অসি য়াম্বুং মহাবাজদা হঙ্গৎফম থোকই অদুদা যাম্বুংগী মওংসিদা ব্রা মাঙগদ্র নত্রগা ওন্না তৈননা খনখিদ্রা খঙদেনে ইপু।"

"মদুগী ব্রাফমদু ইশু ইপু মুন্না অমুক্তা খন্নখিসি।"

# ৬

# মহাভারত দ্রোন পর্ব্ব

মৈদিংঙু চন্দ্রকির্ত্তী মহারাজ নিংথেম পিশক্লা পাল্লিঙৈ সুরচন্দ্র মহারাজ চীংলেন লাম্থবনা সিংহাসন কাগদবা চহী মরি ব্বাৎলিঙৈদনি চহী অদুগী কাংলেন চিংখ্রবা মতুং হরিশয়ন নোংমা কোনবা ত্রয়োদশী নুমিৎনি, নুমিৎ অসিদা বকুল মখোং শ্রীশ্রী মদন মোহনজী মণ্ডপতা ব্বারী তাবা হৌই। নুমিৎ তরানি তাগদবনি। ব্বারীদি মহাভারতকী ব্বারীনি, মতাংনা কুরু ক্ষেত্রগী লান দ্রোন পর্ব্বগী মতাংনি। য়াম্না ঋঞ্জ চাউনা শীল্লাঙই। মতম অদুগী মণিপুর কোনুংগী অঙম অথৌ ব্রাহ্মণ রতন ব্রহ্ম সভাগী মেম্বর কয়াসু ব্বারী তাবা লাকই, ভাবক ওইরে। মরম অদুনা মখোয়গী ফিদা তোপ্না তোপ্না থাদুনা থম্মী। গুরু অরিবম মণ্ডপকা তেমশীংনৈ।

মোইরাংখোম বকুলমখোং শ্রীশ্রী মদন মোহনজী মন্দির মমায় মখা ওল্লি। মরম অদুনা ব্বারী লীবা ওঝাগী ফমফম ব্যাস আসন মণ্ডপকী ময়ায়দা মমায় অব্বাং ওন্না থাই। কৌনা ফক্কি মথক্তা অমোনবা অঙৌবা ফিদা থাই। ফিদা থক্তা লৈরোং য়েকপা মোনখুম্না কৃপ্লবা মোন অশাংবা অমা থম্মী। মোন অদু ব্বারী লীবা ওঝানা ব্বারী মতাং মতাংগী ওইনা গদানচিংবা খুৎলায় ওইনা শীজিন্নে-মরুওইনদি মানা কুইনা ফম্বদা ব্বাদনবনি।

ব্বারী লীবা ওঝাগী ব্যাস আসন মমাঙদা লাইরিক ফাল অমদা ফি অঙৌবনা য়োম্লবা মহাভারত পুরাণ অমা থম্মী, লৈশু কত্তুনা পুজা তৌই-মদুগী মনাক্তা মন্ত্র পুজাগী ধুপ থাউমৈ হৈরুক পানা থম্মী লোয়ন-লোয়ননা লৈ-নাচোম য়াওবা শেঙ্গা, হৈরুক হৈরা কবোক্লচিংবা বালভোগ য়াওবা লুকমায়, অশেম্বা পানা তাঙ্গ থন্না হাপ্লা লুকমায় থেনগত্তুনা থম্মী। লৈ চন্দন ধুপ থাউমৈ য়াওবা শেম্পাক অমসু লৈ। ব্বারী লীবগী ব্যাস আসনগী মাঙদা অরূবা অশেংবা ঈশিং থন্না য়াওবা খুজাই অমা লা তাঙ্গনা মখুম কৃপ্লগা লৈ-মনাক্তা লা তাঙ্গ মথক্তা অঙৌবা খুদৈ অমা থৃপ্লগা থম্মী।

মণ্ডপকী নোংপোক নোংচুপ খাদা ভাবক ফম্লবা ফকশাং মরি মরি থাই। অব্বাং থংবা নাকন্দদি লাইমাঙ অদু হাঙহল্লগা নোংচুপ থংবা নাকন্দা লিফক অদুগা নোংপোকথংবা নাকন্দা অতেনবা কৌনা ফক অহুম য়ুংনা য়ুংনা থাই। মদুগী তুংদা অতেনবা ফকশাং অহুম থাই। ব্বারী লীবা ওঝাগা মায়োক্লনা থারিবা কৌনা ফক অহুম অদুগী মথক্তা ফরাংজি ফিদা থাই। হেক মায়োক্লরিবা ফিদাদু অঙৌবা ফিদক

ফরাংজি থক্তা থাই। ফক মমাঙদা হিদাকফু থম্বাল শাবা সনায়োম্বা খিল্লি, লুপাগী চিনচুপ পানবা ব্রাগী তোংজে পাল্লি মদুগা লোয়ন-লোয়ননা ঈশিং থন্না য়াওবা খুজাই অমা লা তাঙনা কুপ্লগা অতোপ্পা তাঙ থক্তা খিল্লি মনাক্তা তাঙ অমগী মথক্তা চিঁদে খুঁদে অহনবা অমা ফজনা থুপ্তুনা থম্মী। মদু মণ্ডপ মপু রতনগী ফমফম্মী। অতোপ্পা ফরাংজি থাবা ফিদা অনীদুসু কোনুংগী ফম্লাইবা রতনগী ফমফম্লি। নোংপোক থাবা নাকনগী ময়ায়মক্তদা মমাঙথংবা শরুক্তা ফক মথক্তা ফরাংজি থারগা ফিত্তৌনা মথক্তা থাবা ফক মমাঙদা হিদাকফু, থম্বাল শাবা সনায়োম্বা খিনবা, ঈশিং খুজাই খিনবা, অত্তৌবা খুঁদে অহনবা থুপ্তুনা থম্বা ফিদা লৈ। মদু শ্রীশ্রী মদন মোহনজী ব্রারী মরূপকী অভিভাক স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগীনি। অসুম্না নোংচুপকী ফিদাগী ময়ায় মমাঙথংবা পরেংদা ফরাংজি ফিদা থারি - মদুনা লৈমসিজ স্না ইবেম্মশিংগী ফিদানি। মণ্ডপকী অব্রাং নোংচুপ কাচিন্দা লাগী লারৈ, ঙাম্বুক হিদাক অশুবা মৈ চুরবা তিকিনচিংবা বন্দোবস্ত তৌদুনা অবাংফম সেবারী লৈরি - মখোয়গী মরক্তা য়াওবি মশক মতৌ ফজবা গুলাপ মচু ফৈজোম শেৎপা নুপা মচা অমা।

নুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং অমরোম তারকপদা অয়ুক্কী চাক্লেন চানরবা তুংদা মহৈ মহৈ লাক্লদুনা মাগুপ অদু ঙরং ঙরং নীন্নরক্লে ভাবক্লা মণ্ডপ থল্লকলে - মণ্ডপকী নোংপোকথংবা ফক্লাং হাংদোক্লুনা মীনা ছোরোক য়ৌনা থন্না ফম্লরক্লে। মতম অদুদা ওঝা ব্রাবী লীবা থুংলরে। ব্রারী লীবা ওঝা ব্রারেপ্পা চাউবা মণিপুব শেৎ কায়না মমিং চৎলবা মাবু খঙদবা লৈত্রবা ওঝানি। ওঝাগী মিং ময়াং লৈবাক, তখেল তেখাওনচিংবা লমদসু শোন্নরিবনি।

ব্রারী লীবা ওঝা ব্রারেপ্পা চাউবা শকচাও মীজাও নত্তে। য়াইমরপ ওইনা চাউবা মীনি। ফুট মঙামখাইমুক ব্রাংগনি নোয়সু নোয়দে ময়াঙ কংবসু নত্তে। মশা নাল্লি উবিক নগুণ মচা তানা শি। হকচাংগী মফম মাপন শুনা চন্দন ইরং লংনা থিল্লি-লাইবক্তা থাবা ছাপা "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ" অউবা মীনা তশেং তশেংন পাবা থোকই। নটপালা ঈশৈ শকপনা শেৎপগুম ফিদুপ অহুম নাইনা ফৈজোম শেৎলী। শ্রীযুৎ ঈশ্বর মহারাজ নিংথেম পিশক্লা মনা ওইনা পীবা স্না খুজি তাল শি। চঙশিল্লক্লুনা ওঝা ব্রারেপ্পা ইষ্ট দেব মদন মোহনজী খুরুমলে, মন্ত্র পুজা পোৎলম মনাক্তা লাইরিক ফান্দা পুজা তৌদুনা থল্লিবা মহাভারত পুবাণ খুরুম্লবা তুংদা মণ্ডপ মপু, রতনশিং, স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপা, খা নোংপোক অব্রাংদা ফল্লিবা ভাবক পূম্বা খুরুম্লবা তুংদা নোংচুপ মায়গৈদা ফল্লিবী লৈমশিজ থৌরাণী ইমা ইবেল ভাবক পূম্বা খুরুম্লগা চঙখিদুনা মণ্ডপ ময়ায়দা থারিবা ব্যাস আসন্দা মরায়বক কৎলগা কাখত্তুনা ফমগ্রে।

ওঝা ব্রাবেপ্পনা ব্যাস আসন্দা ফমদুনা আচমন তৌদুনা মশা শেংদোকপা লোইবকপা মতমদুদা অরাগুকম সেবাবীনা চগুশিনখিদুনা লৈ চন্দন তৌবে, মথংদা বোবি ফি ওজাগী নঙ্গন্দা কৃপলে বোবিবে অদুগা ওঝা ব্রাবী লীবগীদমক তোপ্পা শেম্লবা ক্না অখেৎপা মপূম অহুম, পান মনা, য়ুবী, শিং, হিদাক মনা, মক মবাং, হোপ, শুনুনচিংবা যাওবা পান-তাঙ্গ অচৌবদু ওঝাগী মনাক্তা থম্লগা গুমজবা দক্ষিনা হাপ্পা তাঙ্গ অদু মহাভাবত পুবাণদা কৎলুবগা ওঝা ব্রাবী লীবদা কৎলবা তুংদা বোবিবা লোইবে। মথংদা সেবাবীনা লৈ চন্দনঅদু মগুপ মপুদগী হৌবগা স্নাখ্বা য়াইফুল লাকপা অমসুং অতৈ মকওইবা ভাবক পূম্বদা তৌববা তুংদা পান-তাঙ্গ অমমমসু যেল্লম্মী তাঙ্গদা ক্না অহুম শেম্বা , মগা শেম্বা, ক্না তংখায, মপূম হাপ্পা মী মীগী সামাজিক থাক্নী মতুংইল্লি। সেবাবীনা খুদোং হাল্লগা হিদাকফু পূম্ফাদা পানশিল্লি- অতৈ হিদাক হাল্লবা গুান্থুক কযা লাগী লাবৈগা লোযননা হিদাক থক্লীংবা ভাবক্তা লানশিল্লি অশুম্না হিদাক থক্লিংবনা হিদাক থক্লা থক্লা পান চানীংবনা পান চানা চানা ওঝা ব্রাবেপ্পনা লীবা ব্রাবী তাবম্মী। হিদাক হান্দুনা ভাবক্তা লানশিল্লিবা নুপা মচা অদু চহি তবামুক শুবনি - গুলাপ মচু শংবা চৈ জোম শেৎলি, অশংবা মচুগী বেসম ফুবিৎ লীৎলি মনাদা নাইনগী মহুক্তা সনাগী লোংপান থেৎলি। থব্রায যাওনা হিদাক গুান্থুক লানথোক লানশিন তৌবি।

ওঝা ব্রাবেপ্পা ব্রাবী লীবা হৌখ্রে :-

ওঁ নাবাযণং নমস্কৃত্য নবঞ্চৈব নবোত্তমং ।

দেবীং সবস্বতীং ব্যাসং ততো জযমুদীব যেৎ।।

পঙ্গুঁর্ভ্রমতি ব্রহ্মাণ্ডং মুর্খো বেদার্থ বি দ্ভবেৎ।

যৎ কৃপা লেশ মাত্রেণ বন্দে তং গুরুমীশ্ববম্।।

মায়ানা কৃপ্পবা জীবাত্মাগী মশক ওইবা নববু হায়বিবা নব খিবিক্নী অথোইবা ব্রহ্মগী মশক ওইববা নাবাযনবুসু অমদি অনী অসিগী জ্ঞান্তনা গুাল্লবী সবস্বতীবু অমসুং তপস্বী তিলক মহামুণি ব্যাসপু খুকমজবগা জয কৌবা ইতিহাসকী মশক ওইববা মহাভাবত কৌবা পুবাণবু শোনগদবনি শক্কদবনি।

খুকমজৈ মহামুণি ব্যাস তপস্বী তিলক-পবাসব মুণি চুপথাসোই দ্বিপতা নাউখাইবা তপস্যানা নবল ওইবা, বেদ মবি লৈবিবা কৃষ্ণৈ লীলা অযাম্বা, জযগা লোযননা ভাগবত অমদি পুবাণ পূম্বা লেংবীবম্বা খুকমজবি মুণিদেব নখোং থম্বাল খুযাখাদা-

খগুদ-উদ-কোকহুনবীবা জ্ঞানগী মগুাল পীবিবা

অমম্ববু মাগুহনবীবা লমজিং মৈবা ওইবিবা

খুরুমজরি গুরুদেব ঈশ্বর মশক ওইরিবা
খুরুমজে আখরাসিগী ইষ্ট দেব শ্রীশ্রী মদন মোহনজী
তিনবিরিবা ভক্ত বৈষ্ণব পূম্বগী মফমদা ঙক্তা ফিয়েৎ
খুবাং চাংজৌ তরা লোন্ন-খুরমজরি হন্না হন্না
মহাভারতকী ৱারীদি অমৃতগী ঈচেলনি
লাই ওইরবা ঐগী ওঝানা তাকপীবম্বদগী
ৱাহে অনী মরিদং পাণ্ডদ্রবা ঐনা খঙজহৌবা
থৌগঞ্জবনি সভাদা ভেগুস্থিহা ওইরবা পাণ্ডদ্রবা ঐনা
সত-নত ভঙ্গ ওইবা হায়রোইদৌবনা হায়খিবা
হাযফম থোকপনা হায়দবা অবাল-অহুই পূম্বা
হবি নামদি শোঞ্জরি খন্না
পুকচেল চাউরবা ভক্ত সমাজনা
ঙাকপী হৈবা গুণনা ঙাকপীয়ু হাযনা
হন্না হন্না খুরুমজবি।
মহাভাবতকী ৱাবীদি অমৃতগী ঈচেলনি।

বৈসম্পায়ন মুণিনা হায় তাবো জন্মেজয় মহারাজ ! কৌবব-পাণ্ডব নবুধৌ চাম্মা-মণ্ডানা ধর্ম্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রদা থেংনখিবা লান অঙকপা অকিবনা থনবনি। মমাঙদসু থোকখিদ্রি মতুংদসু থোক্লরোই।

মুনিদেব ! কপ্লৌরবা কৌরব-পাণ্ডব ইবুধৌশিংগী ৱারীসে তাবগী পেনবা নাইজদে। কুরু বৃদ্ধ ইবুধৌ ভীষ্মনা শরশয্যাদা চেপত্ত্রবা তুংদা গুরু দ্রোন্না কৌরবকী সেনাপতি ওইরে হায়বীগ্রে। গুরু দ্রোন্না পাণ্ডব ইবুধৌশিংগা করম্না থেংনখিবা তাজনীংলে লীথবীরো।

তাবিয়ু মহারাজ মহাভারতকী ৱারীসে অমৃতগী ঈচেলনি। তাবগী পেনবা নাইদবা জগতকী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী নামা মৃতনা থল্লবা ৱারীনি। পুক্লীং চঙনা তাবিয়ু মহারাজ! নবুধৌ ভীষ্মনা শরশয্যাদা চেপখিবা নুমিৎকী নুংদাং কুরুপতি দুর্য্যোধন, অশ্বত্থামা, কর্ণ, মাম্মা শকুনী, মনাও নুপা দুর্ম্মুখকা লোয়ননা দ্রোন গুরুগী মনাক্তা

লাক্লগা খুরুমদুনা হঙ্গৎখি - "ননাইনা নোঙ্গবা খোয়জংবীয়ু গুরুদেব! ইবুধৌ ভীষ্মনা পাণ্ডবপু নুংশিবনা তেংনা লাম্বাবিরমদ্রে। চঙজরবা ঐহাকপু গুরুনা চানবীয়ু। সেনাপতি য়াওদনা লান জয় ওইবা ঙমলোই চানবীয়ু গুরুদেব ! ঐগী ইমায় য়েংবীদুনা কৌরবকী সেনাপতি ওইবীয়ু, যুধিষ্ঠির ফাদুনা পীবিয়ু।" দুর্য্যোধনগী অৱাবা উবদা দ্রোন্না হায়রকখি- "তাও কুরুপতি,য়ারে ঐহাক সেনাপতি ওইগনি যুধিষ্ঠিরবু ফাবিগনি ঐহাক্না, অদুদা ধনঞ্জয় লৈবনা খজিক্তংদি চিংনৈকো। অদুবু চক্রব্যূহ শাদুনা অকনবা লান পাগনি।"

দুর্য্যোধন হরাওজরে। থিন্দনা গুরুদ্রোনবু সেনাপতি অভিষেক তৌরে। "গুরু দ্রোন্না জয় ওইরে কৌরবনা জয় ওইরে।" হায়না কৌরব লানশঙ পৃম্নীন নিল্লে। ধাক ধোল দামামা দফৎ য়ৈখি। দুর্য্যোধন হরাওজখি থোইদোক্লা।

অশোমদা পাণ্ডবকী লানশঙদা ধর্ম্মনন্দন যুধিষ্ঠির মচীন মনাও মঙা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা ঙসি তরানী চনবা নুমিৎকী লানফমদা লাকঙম ফাঙমদ্রবা মবুধৌ ভীষ্মনা তুরবদা হরাউ নুংঙাইনা দ্রুপদ, বিরাট, ধৃষ্টদুম্না, চেকিতান, সাইত্যকী, যু যুৎশু, অভিমন্যু দ্রৌপদীগী মচা মঙা ঘটোৎকচ পুন্না ৱাতান্নরম্মী। মতমদুদা দুত অমা চঙলক্তুনা তাক্লে "দ্রোন্না কৌরবকী সেনাপতি ওইরে। গুরু দ্রোন্না যুধিষ্ঠির মহারাজ ফাদুনা পীগে ৱাশকখ্রে।" যুধিষ্ঠির মিপাইরে হঙ্গৎখি শ্রীকৃষ্ণদা, "করি উপাই তৌগনি তাকপীয়ু হরি।" শ্রীকৃষ্ণনা নোক্লা নোক্লা হায়রকখি - "করিমত্তা নুংশা থীবিনু য়াম্লুং মহারাজ! দ্রোন্না নঙবু ফাবা করি মতীক লৈবগে? দাদয়াইমা ভীম্মু সেনাপতি হাপ্তুনা কল্লবা নকুল সহাদেবনচিংবনা নহাকপু ঙাক্কনি; দ্রোনদি লায়রদনা লাইমক্লা ফাওবা ননাক য়ৌরকপা ঙম্লোই।"

ৱা অসি তাবদা যুধিষ্ঠির হরাওজরে। ধর্ম্মনা ভীম্মু সেনাপতি অভিষেক তৌবে, জয় জয়কারনা পাণ্ডব লানশঙ পৃম্নিন নিনখ্রে।

অহানবা নুমিৎ নীনিগী লান্দা দ্রোন্না যুধিষ্ঠিরবু ফাবা ঙমদ্রবদা মথংগী নুমিৎকী লান্দা অর্জ্জুনবু থাপ্না পুথোকখিনবা শীন্নখি।

মথং নুমিৎকী অয়ুক্তা লাম্লুং য়ৌরক্লবা কৃষ্ণ অর্জ্জুনবু সংসপ্ত লাম্নীগা লোয়ননা লাক্লীবা তির্গত্ত নিংথৌ সুশর্ম্মানা লানশিংনখি- হায়খি, "ঙসিদি ধনঞ্জয় ঐগা লান পাসি, নঙগী নথৱায় লৌগে ঙসি, ৱাশকখরে ঐনা।" ৱাসি তাবদা মোমোন নোকখি অর্জ্জুন, লীশু হৈবা নরায়নী সেনাগা অকনবা লান থেংনখি।

সোমদনা গুরু দ্রোন্না মীনা চঙবা ঙমদবা চক্রব্যুহ শাখি, ব্যূহ মনুংদা মন্ত্রনা শেম্লবা খৃৎলায়না থন্না য়াওরম্মী। সিন্ধু নিংথৌ জয়দ্রথনা ব্যূহগী থোঙজিন্দা, নাক য়েৎ-ওইদা লাম্নীগা লোয়ননা কর্ণ অশ্বথামা, ব্যূহগী ময়ায় চবুক্তা মনাওশিংগা লোয়ননা

দুর্য্যোধন থমখি - মাগী তুংদা কৃপ, শল্য, ভগদত্ত থন্নম্মী। ধর্ম্মবু ফানবা দ্রোনগী লান হৌখরে। মিকুপ্তা তেঙ্গোল কয়া হাৎলক্লে! যুধিষ্ঠিরবু ফাননবা চঙশিল্লক্লে তেন্না নোং চুবগুম হৈথরক্লে - মিকুপ খর যুধিষ্ঠির গুরুগা লাম্বাখি। গুরু দ্রোন্না খুৎকাপ নোংশিল্লক্তুনা যুধিষ্ঠিরগী শগোল মরি হাৎখ্রে সারথি হাৎখ্রে, দলাই ফম্বাক য়ানখায়দুনা লৈমায়থক্তা লেপ্লিবা যুধিষ্ঠিরবু ফারগে হায়না দ্রোন গুরু দলাই থৌজিল্লকখি- কৌরব পূম্বা হরাউ মথোই কানখি, শোয়দনা ফাবে খন্নখি। তাঞ্জাসিদা ধৃষ্টদুম্ন্য দলাই থৌজিল্লক্তুনা দ্রোনবু থৎখ্রে। যুধিষ্ঠির নকুলগী দলাইদা কাখত্তুনা হন্দোকখ্রে।

দ্রোন ধৃষ্টদুম্ন্য অকনবা লান পাখি। অনীগী তেন্না নোংদোন কুপখি নুংশিৎ নাকোইদা শীৎখি। থীন্দে ধৃষ্টদুম্ন্যনা খুৎকাপ নোংশিল্লক্তুনা দ্রোনগী লীরুং ককখ্রে, দ্রোনগী ফুরিৎ য়ানখায়দুনা তেন তবাখক দ্রোনগী থবাক্তা থুম্না থাখি গুরু দ্রোন ব্রাম্থদুনা তাখি- পাণ্ডব পূম্বা হবাওনৈ। ঙাইহাক ব্রাম্থবগা গুরু দ্রোন জ্ঞান লাক্লে। অশাউবগা লোয়ননা তেন মনম মনম কাপশিল্লক্তুনা ধৃষ্টদুম্ন্যগী লীরুং ককখ্রে, মানা হুল্লকপা তাসু ককখ্রে। শাউরবা ধৃষ্টদুম্ন্য থাঙ চুঙ্গোই পাযদুনা দলাইথক্তে চোংথদুনা দ্রোনগী দলাই তম্না চেনশিল্লকখি। দ্রোন্না কাপ্লকপা তেন পূম্নমক কক্ কক্তুনা চেনশিল্লকপনা দ্রোনগী দলাই পনমাং যৌশিল্লক্তুনা শগোল মবি হাৎখ্রে, সারথি মঙক কক্লগা দ্রোনবু কক্কে চোংশিল্লি। দ্রোন্না অর্দ্ধচন্দ্র কৌবা তেন সন্ধান তৌদুনা ধৃষ্টদুম্ন্যগী থাঙ চুঙ্গোই কক্তুনা লৈমায়দা থাদখি অদুগা অমুক তেন তবানা ধৃষ্টদুম্ন্যগী থবাক্তা থুম্না থাখি। ধৃষ্টদুম্ন্য ব্রাম্থদুনা মালেমদা তাখি। দ্রোন্না তেন খুবাম খুবাম কাপ্তুনা পাণ্ডব লাম্মী মপৈ মপৈ হাৎখি। কৌরব তেঙ্গোলদি চক্রব্যুহ মনুংদা লৈবনা শোকহনবা ঙল্লমদে।

মদু উবদা নুংশা থীরবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির ব্রাফম অমা নীংশিংলক্লে। থীন্দনা অভিমন্যুবু কৌরক্লে। অভিমন্যু লাক্তুনা নিংথৌ চরন্দা খুরুমজে। ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়খি- "ইপাগী ইবুংঙো! নঙবু চক্রব্যুহ কাপখায়নবা মরম মুন্না খঙব্রনে?" অভিমন্যুনা খুম্নকখি, "পাবুং মহারাজ! কাপখায়দুনা চঙশিনবদি ঙমগনি থোরক্লবদি খঙদে। পলেম ইমাগী শিয়োম্নুংদা লৈরিঙৈদা ঐবু পোকপী পলেম্না হংবদা ব্যুহ কাপখায়দুনা চঙবগী ব্রারম পূম্বা পলেমদা তাকখি থোরক্লবা মরমদি পশ্চৌনা ইমাদা তাকখিদে। অদুনা থোরকপদি হৈজদে। করি তৌজৌ হায়বগে নয়াখং তাকপীয়ু মদু পাঙথোকচগে।" ধর্ম্মরাজনা হায়খি -"নপাবুংগা মাম্লনা লীঙ হৈবা নহাক্লি নঙগী নতুং ইম্নদি অকনবা কয়া চৎকনি; ব্যুহ কাপখায়দুনা দ্রোন হাৎলু ম্লেক্লা তেঙ্গোল তুম্না হাৎলগা থিন্দনা লাকউকো।" অসি হায়দুনা (মকোক্তা) সিং সিং নানবিখি।

অভিমন্যুনা নিংথৌদা হায়জখি- "নুংশা থীবিনু পাবুং মহারাজ ! ঙসিগী লানফমদা গুরু দ্রোন হাৎকেদো, য়েক্ল-তেঙ্গোল লোইথোক্লে দলাই সাজন তৌ ইপু সুমন্ত্র !" ঈনখৎলক্লিবা পাখঙনি, মথৌনাদা নোংশানি। মরকত মণি থাম্লবা চবৈ ফিগে শেৎপা লীশু হৈবা অকনবনি, তনৌববা শক্তমনি। অকিবা কৌবা লৈতবা অভিনা হায়খি সুমন্ত্র সারথিদা - "শ্রীকৃষ্ণগী মমাক্লি, অর্জ্জুনগী মচানি ঐ, মবোল অহুম অসিদা কনানো ঐনা কিদৌবা ? ইপল নিংথৌ যুধিষ্ঠিবগী মতেং ঐনা পাঙ্গনি, ঙসিগী লানফমদা ঐগী থৌনা উৎকনি।" সুমন্ত্র দলাই সাজন তৌখবে খূৎলায় শুনা হাপখবে। দলাই থক্তা ফন্ চোংখৎখি ব্যুহ কাপখায়গে চঙশিনখি।

ভীম্মচিংবা মহারথী কয়ানা অভিমন্যুগী মতুং ইন্নখি।

ব্যুহগী থোঙজিন্দা জয়দ্রথগা মিকুপ খবদং অকনবা লান থেংনবল্লগা জয়দ্রথবু মাযথীবা পীবল্লগা ব্যুহগী থোঙ কাপখায়বগা অভিমন্যু ব্যুহ মনুং চঙপ্রে। হেক চঙখিবগা তেন খুবাম খুবাম কাপ্তুনা য়েক্লবা কৌবব লাম্মী হাৎপা হৌবক্লে। শিববা লাম্মীগী ঈনা লানফম লৈমায ঈঙাং পাক্তক্লবে, - ঈগী ঈচেল ব্যুহগী থোঙলোমদা চেল্পবক্লি।

অভিমন্যুগী তুং ইন্নবকপা ভীম্মচিংবা পাণ্ডবগী অকনবশিং ব্যুহগী থোঙজিন্দা অকনবা লান পাবিবা জয়দ্রথনা ঙম্মা মাযথীবা পীদুনা কনা অমত্তা অভিমন্যুগী তুং ইন্দুনা ব্যুহ মনুং চঙবা ঙমখিদ্রে। নুমিৎ অদুগী লান্দা জয়দ্রথ মথন্তনা পাণ্ডবকী অকনবা পূম্নবু থিংদুনা থমখ্রে-কনা অমত্তনা মাবু মাযথীবা পীবা ঙমখিদ্রে।

ব্রাদু তাবদা জন্মেজয় নিংথৌনা মুণিদা হংখি - "হায়বীয়ু মুণিবব, জয়দ্রথনা কমদৌনা নুমিৎ অদুদা কল্লবা পাণ্ডবপু ঙমখিবা, শন্দোক্লা তাকপীয়ু।" মুণিনা হায় তাও জন্মেজয মহাবাজ, অদুঙৈ পাণ্ডবশিংনা কাম্যবন্দা লৈরিঙৈদা নোংমা জয়দ্রথনা বন অদুদা চৎলুই। মহাক্লা উনাগী খাংপোক মনাক্তা নাইতোম লৈবম্বী দ্রৌপদীবু ফাদুনা দলাই থক্তা হাপকৎলগা মবৈবাক তম্মা চেল্লম্মী। ধৌম্যনচিংবা মুণিনা মদু উবদুনা যুধিষ্ঠিবগী নাক্তা চত্তুনা তম্লুই। ব্রাদু তাববদা পার্থ বৃকোদব অনীনা তান্নখি। দলাইথক্তা কপ্ল-কপ্লা লৈরম্বী কৃষ্ণাবু উবদা শাউববা পার্থনা কাপ্লকপা তেন্না শগোলগা লোয়ননা সারথী হাৎলগা দলাই অদু ককথৎখি। দলাইদগী চোংথদুনা মথব্রাই হিংনবা চেল্লিবা জয়দ্রথবু বৃকোদরনা চোংশিল্লক্তুনা মশম লাক্তুনা ফারে, খুদুম্মা থাদুনা ময়া কুম্থা থুদেক্লে, ক্ষুরপ কৌবা তেন্না মশম কোকথোক্লে। যুধিষ্ঠিরনা হায়বদগী থাদি থাদোকপীরে। ইকায়বদগী জয়দ্রথ মবৈবাক সিন্ধু দেশতা হনবগী মহত্তা শুক্লবা উমংদা চঙদুনা শিব মহাদেব নীংখি। মহাদেবনা পেল্লদুনা "অপান্না বর নিজরো" হায়বিখি।

জয়দ্রথনা "লানফমদা পাণ্ডবপু ঙমজবা বর পীনবিয়ু হায়খি।" শিব মহাদেবনা হায়খি- "ধনজয় নত্তনা পাণ্ডব মখোয় মরিবু নোংমা ঙমজৌ লানফমদা" অসুম্না মহাদেবগী বর ফংখিবনা ঙসিগী লানফমদা ব্যূহগী থোঙজিন্দা পাণ্ডব মরিবু ঙমখিবনি জয়দ্রথনা। অসুম্না পাণ্ডব লাম্মী অমত্তা ব্যূহ মনুং চঙবা ঙমখিদ্রে।

চক্র ব্যূহ মনুংদা চাউরবা কৌরব তেঙ্গোল মমাঙদা নাইতোম লেপ্লিবা অভিমন্যু অকনবা মনাক্তা কনা উদবদা খনখি বিধিনা চানবীদ্রে ঙসিদি। অদুবু নীংহন্নবদি তৌরমদে। হন্নাইদ্রবা থৌনাগা লোয়নননা য়েক্ল মায়রোং য়াখি। কৌরব লাম্মীনা মায়কৈ মবি কোয়খ্রে- ব্যূহদগী থোক্লবা মরম খণ্ডবা অঙাংনি - পোননুংদা লৈবা চেক্লাগুপ্লে। অদুম ওইনমক অকিবা লৈতবা থৌনা ফবা লীশুবা-নোংজুথাদা নোং ফুদিং ফুনা চুবগুম তেন চবুন চবুন য়েক্ল-থক্তা কাপশিন্দুনা মাহুতকা, লোয়নননা শামু, শগোলগা লোয়নননা শগোল তোংবা লীশিং লীশিং, খোঙমী লাম্মী কোটি কোটি হাৎখি, মমাঙদা, কনা লেপ্পা ঙমখিদে। তেঙ্গোলগীদি মথক্তা চাক্ল-লম্মৈ ওইবনি, ঈনা তুরেল ওইনা ঈচেল নাইনা চেনবনি- অশিবা শগোল শামু, ককথৎলবা দলাই লীরুং তেন, মী মকোক, খোঙ খুৎ ঈচেলদুদা তাউথরি। অভিমন্যুগী প্রতাপ উবদা দুর্য্যোধন মায়থোং মকখি। উলুক কৌবা দুশাসনগী মপারী শাউনা হোৎচিল্লকখি। অভিমন্যুগী মাঙদা অকনবা লানবাখি। থিন্দে, মপা দুশাসনগী মাঙমক্তদা ফিরান ককথৎ শগোল মরিগা লোযনননা সাবথী হাৎলবা তুংদা তেন অনীনা উলুক্কী মঙক কক্লুনা হাৎখি। দুশাসন কয়া কপখি। মতুংদা কর্ণগী মপারী বৃষসেন অথৌবা দলাই থৌজিল্লক্লুনা অভিগা লান পাখি। থিন্দে বৃষসেনগী শগোল মরী সারথী হাৎখ্রে, অর্দ্ধ চন্দ্র কৌবা তেন্না থাবদা বৃষসেন অশিবগুম ব্রাম্থখী। মমাঙমক্তদা মচাবু মায়থীবা পীবা উবদা শাউরবা কর্ণ তেন খুবাম খুবাম কাপ্পুনা হোৎচিল্লকই অভিমন্যু তম্না। কর্ণগী তেন পৃম্বা ককথৎলগা তেন তরা নোৎশিন্দুনা কর্ণগী ফুরিৎ হৈরু ককথৎলগা তেন তরা নমথা থাখি, ব্রাম্থদুনা কর্ণবীর দলাইথক্তা তাখি, শাথৌবনা দলাই কাংমাই লৈখি। কর্ণ লানগাইদুনা চেনখ্রবা তুংদা দুর্য্যোধনগী মচা লক্ষ্মন লাঞ্জংলকই। অভিমন্যুনা হায়খি, "হন্দোকখো লক্ষ্মন শীংনরক্লনু শিদুনা তোক্লনি।" লক্ষ্মননা য়াদে, লাম্বাবে। অর্জ্জুনগীদি মচানা তেন অমনা কুণ্ডলগা কোন্নরবা লক্ষ্মনগী মঙক ককখরে। মনাওনা শিরবদা হোৎচিল্লকখি ময়াম্বা পদ্মবীর অভি মাঙদা। য়ৌরকপদা ঙায়রিবা পদ্মবীর তেন অনী কাপ্লক্লুনা হেক্তা মথব্রায় লৌখি। মচাগী মৈনা ঙাওরবা দুর্য্যোধন গদা শূদুনা হোৎচিল্লি অভি তম্না। দুর্য্যোধন উবদা হায়খি পার্থগী মচানা, "পাণ্ডবপু বনবাসি ওইহনবা, কুরুবাজ ইপন নিংথৌ নঙতবু ঙাইজরম্লিবনি লেঙদনা লানবাবীয়ু। অঙাংনী

হায়দুনা থৌওইদবা তৌবিনু, নথব্রায় পাম্মুরক্তুনা মায় ওন্দুনা চেনবীনু, ইপা-ইপলগী লমন শিংজগে, যমালয়দা থাজগে।" অসি হায়না হায়না থৌর-থৌরবা তেন কাপ্লক্লে, গদা তম্না তেন তরা কাপ্লক্তুনা গদা লায়না কক্খরে, ভল্ল কৌবা তেন তরা দুর্য্যোধনদা থা-খরে। তেনগী চৈনা ফংবদা মমায় ওন্দুনা চেনখরে দুর্য্যোধন। মতৌ অসুম্না কৌরবকী অকনবা পূম্বা মায়থীবা পীদুনা কৌরব লাম্মী মশীং নাইদনা হাংখি। কৌরব মচীন মনাও চামগী মচা পূম্বা ঙম্না হাংখিবনি পার্থগী মচানা। দ্রোন, কর্ণ, দুর্য্যোধন মরু লূক্লা ফম্বনি। অকনবা খাইবোক মাগী লান্দা তুরেদো- মনাও মরিফু তরামাপন অভিমন্যু খুত্তা লোইনা মায়থীবা ফংবনি। ঈনা তুরেল ওইনা ঈচেল কন্না চেনখিবনি। সঞ্জয়গী মচীন্দগী লানগী ব্রারী তারিবা ধৃতরাষ্ট্রনা চহি তরাতরুক মপূং ফাদ্রিবা অভিমন্যুবু থাগৎখি। অঙকপা লানফমসিদা অভিমন্যুনা রথী বৃন্দ কোটি অহুম, মচুম তারবা শামু বৃন্দ তরুক, শগোল লাম্মীগা লোয়ননা শগোল পদ্ম তরেৎ, খোঙমীদি মশীং থীঙমদমখৈ হাংখবে। অভিমন্যু লাম্বাগে হোৎচিল্লকপা শকুনীগী মচা অভিমন্যুগী তেন্না মনাগা মনাতোনগা কক্লগা মঙক কক্তুনা লানফমদা থাদখি। মচানা শিবদু শকুনী মমীৎ থীৎনা উখি। পার্থগী মচা উবদা যমগুম্না উবেদো, কিখিবনা কনাসু মমাঙদা লেপ্পুবা ঙমদ্রেদো। লানফমদুদা অভিমন্যুনা লানবাববা রথী কোটি কোটি যমালয়দা থাখিবা ঈগী তুরেল চেলহনখিবা মতৌ অদু উবদা মথব্রায় ব্রাববা নুংনাংলবা দুর্য্যোধননা গুরু দ্রোনদা ব্রাকৎখি - "গুরুনা অচানবা সেবক্কী মচানি হায়না থাদোকপীদুনা নমাঙমক্তদা মানা অসুম তৌরিবনি, ঐখোয়বু ইকায়বা পীরিবনি ঐগী তেঙ্গোল পূম্বা লোইনা হাংলম্লগা চৎখ্রনিনে ঙসিদি।"

দুর্য্যোধনগী ব্রাদু তাবদা শাউরবা গুরু দ্রোন্না হায়রকখি - "থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা নঙগীদমক লান তৌরিবনি, মদুমক্তদা নঙনা মদুম্বা খোন্দাদো থারিবনি। নখোয় অকনবা পূম্বা মাগা থেংনরবা ঙাক্তনি- কনানো হৌজিক মাগী মমাঙদা লেপ্পুদৌবা ? নঙগী কর্ণনা ঙম্ববা ? কনা লৈরি অঙাং লাম্বানবা।" নিংথৌনা হায়খি - "গুরুদেব নত্তনা অতৈ কনা লৈবগে ? মাবু ঙম্নবদি গুরুগী চরন নত্তনা হঙ্গৎচনি কনাদি ? ফাওর- ফাওরবা অকনবা মমিংতা মঙায়রে। য়েক্লবগী অঙাং অসিনা তেঙ্গোল অসুক য়াম্না হাংলিবা থিংজবা ঙমদ্রেদো।" দুর্য্যোধন মপাউ তাবদা গুরু দ্রোন্না হায়খি - "তারো নিংথৌ ঐগী ব্রাসি- নিয়ম চুম্বা লানফমদা অঙাংসে পাবা ঙম্লোইনে কৃষ্ণগীদি মমাক্লি, অর্জ্জুন মক্লা পোকপনি উরেদনা তৌরিবসে ! লৌনম লানফম নত্তনা অঙাং পাবা ঙম্লোইনে। লৌনম লানবু নত্তনা মাবু হাংপা ওইথোক্তবনি। ঐনা হায়রিবা ব্রাফমসি শুকশোয় শোয়দ্রবা ব্রাফমনি।"

গুরু দ্রোনগী ব্না তারবদা দুর্য্যোধন্না হায়খি, "তাবীয়ু গুরু ! মতম অমত্তদা রথী তরেৎনা পুল্লগ্না লাঞ্জংসি,-দুশাসন, কর্ণ, শকুনী, গুরু দ্রোন, কৃপাচার্য্য অশ্বত্থামা ঐ ইশামক য়াওনা পূন্না লাঞ্জংদুনা অঙাং অসি মাঙহল্লসি।" ব্নাদু তাবদা গুরু মায়থোং মকশিনখি- নুংশা মপী হোল্লি- "অসিগুন্বা লৌনম লান কনা তৌনখিদরি।" কৃপাচার্যনা হায়খি - "দুর্য্যোধন মদু ঐগী মোততদি য়ানিংদে।" দুর্য্যোধননা হায়খি, "মসিবু তৌদ্রবা ময়াম্বু হাৎলম্লগা শোয়দে অভিমন্যু চৎখিবা। লান অসিগী থৌবু ঐনি দোষ গুণ পূম্বা ঐগী দায়িনি। য়েক্লবা হাৎপা ঐগী ইথৌনি, অদুনা বথী তরেৎনা মতম অমত্তদা কোয়শিন্দুনা অভিমন্যুবু হাৎসি।" ব্নাসি তাবদা অচার্য্য নুংশা মপী হোল্লি, খল্লি- নত্তবা নিটি অসি ঙসি করম্না তৌগদৌরিবনো। "মহাপাপ অসিগী অমঙ্গলনা থল্লে, নুমিৎ তরানিথোই থোক্লুম নোংদোন অসি শাবে; মায়গৈ তরা ইমম্ মমখ্রে, য়েংবদা অকিবনা থল্লে, খঙহৌদনা কোক্তগী মুকুট তারে। য়াথং পীখ্রে গুরুনা- "পার্থগী মচা হাৎলুরো।"

রথী তরেৎ দলাই থৌজিন্নখি কোয়শিল্লুরে অঙাংদো। থব্রান থাগী মতমদা নোংখোঙ ফুইনা চুবগুম রথী তরেৎ অদুনা কাপশিল্লকপা তেন্না পূমম্ মম্খ্রে নুমিৎ মশক উখিদ্রে। নুংশিৎ নাকোইননা শীৎখ্রে। কৌরব কাঙবুগী চুমদবা লানওং উবদা অভিমন্যু ঙকখি। অদুবু অকনবা অঙাং অদু অকিবা নীংহন্নবা লৈতনা তেন সন্ধান তৌদুনা য়েক্লবগী তেন পূম্বা লোইনা কক্লগা রথী তরেৎমক মীপূম থীৎনা তেন তরা তরা থাখি। তেন্না পাল্লবা তরেৎতো জ্ঞান মাঙনা ব্নাস্থদুনা তাখি- সারথীনা পুদুনা তুং হন্না চেনখি। রথী তরেৎ অদু তরেৎলক লাঞ্জংখি - তরেৎলক অভিমন্যুগী খুত্তা মায়থীদুনা ব্নাস্থ-ব্নাস্থ চেনখি। অর্জ্জুনগী মচাগী মখুত্তা কৌরব লাম্মী কোটি কোটি তুবনি। শিরবা লাম্মীশিং অদুগী ঈগী ঈচেলনা ব্যূহগী থোঙলোমদা হেক হেক হাদোরকপা উবদা জয়দ্রথনা থিংদুনা ব্যূহ চঙবা ঙমদ্রবা অভিমন্যুগী তুং ইনবা ঙমহৌদ্রবা পাণ্ডবশিংনা অভিমন্যুনা লান জয় ওইরি হায়বা হেক হেক খঙই।

অভিমন্যুগী তেন্না পান্দুনা ব্নাস্থকুরবা রথী তরেৎ জ্ঞান লাক্লে। লফুগী বন্দা শামুনা নৈহৎলম্বগুম অভিমন্যুনা কৌরব লাম্মী নৈরম্বা সেনাপতি লক্ষা অমবু মশীং থীঙমদ্রবা লাম্মীগা লোয়ননা হাৎলম্বা উবদা মখোয় তরেৎমক মরু-লুক্রা লৈখি। দুর্য্যোধননা আর্চায্য গুরু অমদি কর্ণদা হায়খি - "য়েংখিয়ু অভিমন্যু মথন্তনা তেঙ্গোল লাম্মী ময়াম হাৎলিবসে - হৌজিক রথী তরেৎমক চঙদুনা অঙাং অসিবু হাৎশীয়ু।" কর্ণনা মখোয় তরুক্তা হায়খি- "অর্জ্জুনদগী অঙাং অসিনা মপাঙ্গল কনবা হেল্লি- মখূত্তা খূৎলায় পায়রিমখৈ মাবু মায়থীবা পীবা ঙল্লোই। অদুনা ময়াম্না চেকশিন্না

লাম্বাগদবনি মখূত্তা খূৎলায় পায়দ্রবা মতমদত্তা মাবু হাৎপা ওয়েখরি। কনানা মাপী লীরুং, কনানা লীরি কক্উ, কনা অমনা তেন্দোং কক্উ অমনা সারথী হাৎলু, অতোপ্পা অমনা শগোল মরি হাৎলু অমনা দলাই য়ানখায়য়ু!" অসুম্না তায়রগা রথী তরেং লাঙাংলক্লে অভিমন্যুবু কোয়শিল্লরে নোংখোঙ ফুমনা চুবগুম তেনগী নোং চুথরে। অয়ুক্তগী পোখাবা লৈতনা লান তৌরকপনা নুমিৎ তারমদাই মৌয়ক্লে, য়েক্লবগী ঙাকপা ঙমহৌদ্রবা খূৎলায় কয়ানা পান্দুনা ঈহিং নাইহিং শারবা মশা চোকখৎলক্লবা খূৎলায়সু লোইশিল্লক্লবা চহি তরাতরুক মপূং ফাদ্রিবা অঙাংনি। মতুংদা পাণ্ডবকী লাম্মী অমা ফাওবা ইনবিরক্লবা, খূৎলায় অমুক লৌফম লৈত্রবা, নায়তোম তারবা মহাক্লি। অদুবু অকনবা অঙাং অসিনা হনবা নাইদনা সন্ধান তৌদুনা অমুক্তদা রথী তরেৎমক্তা তেন্না থাখি। শাউরবা রথীশিং তোঙান তোঙান সন্ধান তৌনখি। কয়ারক হন্না সন্ধান তৌরবা তুংদা কর্ণনা অভিমন্যুগী লীরুং কক্খি। মথং অভিনা লৌখৎলকপা লীরুং অশ্বত্থামানা কক্থৎখি- গুরু দ্রোন্না কবচ কক্থৎলি, দুশাসননা সারথী মগুক কক্খি তরাইনা, কৃপা চার্য্যাগী তেন্না তেন্দোং ককখি, দুর্য্যোধননা শগোল মরি হাৎখি। মখূৎ হাঙলবা হনবা নাইদ্রবা অঙাংদো থাঙ চুঙ্গোই পায়দুনা য়েক্লবা তম্না হোৎচিল্লি, সেনা কয়া হাৎখি দলাই কয়া ককথৎখি, শগোল শামু শোইদংলি লানফমদা ঈনা লৌখোং চেনখি। অঙকপা অঙাংসে লানফমদা যমগী মশক ওইখরে।

মতমসিদা কর্ণনা লীরি নাকোং ফংনা চিংদুনা কাপ্পকপা তেন অমনা অভিমন্যুগী চুঙ্গোই ককখ্রে, মশা কন্নবা খূৎলায় য়াওদ্রে, থাঙশাং দুতা মঙায়রে মাইকৈ মরিমক্তগী তেন্না পাইশিল্লক্লি। হনবা লৈতে অকনবা, থাঙদু পায়দুনা চোংথোরক্লে লানফম য়ায়দা রথী তবেৎ তানখায়বে নাক- য়েত্তা লৈরম্বা মীগী মকোক কয়ামরুম কক্থৎখবে। মতমসিদা অশ্বত্থামানা তেন অহুম কাপ্পক্তুনা থাঙশাং অদু কক্থৎখ্রে। খূৎলায় য়াওদ্রে উপাই লৈতে অভিমন্যু বথী তবেৎ পোখাবা লৈতে অউপ্ লাংগী মতৌগুম মায়কৈ মবি হূপখরে, অঙাং হাৎকে লাঙলক্লে খূৎলায় মনম মনম কাপশিল্লক্লে। য়েক্লবগী খুত্তা থব্বায় মাঙবা তারে শোয়দ্রে খঙখি। অদুবু হনবা নাইদে অকনবা খোঙপাক্তা খুদুমগতনা হাৎখিবনি সেনা কয়া। খুরক হাঙদনা কাপ্পকপা তেনগী লক্তা নুংশা মপী হোন- খনখি,"শ্রীকৃষ্ণ ঐগী মামনি, পণ্ডৌনা পার্থনি, মখোয় অনীদি ঙসিগী লানফমসিগী মতৌসি করিসু খঙলিরোই, শিরমদাইগী মতমসিদা উজবসু ফংলরোই। ৱারী ৱাখোংসি খঙলবদি ইতুং ইনবীরক্তদবনিদো।"

অভিমন্যু তৌফম খঙদে, অতেকপা দলাই অমগী চাকা তন্না হেক পায় বিষ্ণু চক্রগুম্না হুক হুক লৈই, য়েক্লবা কয়া তরাইনা হাৎলি। মমৈদা কর্ণনা তেন অহুম

কাপ্লক্তুনা দলাই চাক্কা অদু কক্থৎখ্রে, মখুৎ হাঙলে অঙাংদো। অদুবু হনবা নাইদবা থৌনানি; খোঙপাক্কা খুত্তুমগতনা কাওদুনা থাদুনা রথী অযুত তুখিদো। অদুবু অতৎপা লৈতনা কাপ্লকপা তেন্না পানবদা শবৌ হায়বা শাদু মাল্লবনি ঈনা পূমলুপ লূপখরে। রথী তরেৎনা কাপ্লকপা তেন্না পানমনখিবনা অভিমন্যু ব্রাম্থদুনা লোংনা তাখি। মতমদুদা দুশাসনগী মচানা চেনশিল্লক্তুনা ব্রাম্থদুনা লৈবিবা অভিমন্যুগী মকোক্তা মুদগরনা থাখি। মতমদুদা নুমিৎ তাখ্রে লান লেপ্তুনা লানশঙদা হঞ্জিন্নখ্রে।

ব্রারী মতাং অসি য়ৌরকপদা ঙসাইমখৈ মখা চিক্তুনা শাওনা লৈরম্বা, ভাবকশিংগী খূদোং সেবা তৌরম্বা, গুলাপ মচু ফৈজোম শেৎপা, নাদা সনাগী লোংমপান চিনবা নুপা মচা অদু মম্মিত্তা মপি ওরো রো তানা কপ্তুনা লৈরম্মী। খুদোং সেবা চঙবা কাউখ্রে। মহাক মশামক অভিমন্যু ওইদুনা য়েক্লবগা লান কন্না পারম্মী। অভিমন্যুনি রথী তরেৎনা কোঁযশিল্লিবা খূৎলায় পূম্বা ককথৎপীখ্রবা। খনখি মহাকসু অভিমন্যুগুম্না লানফমদা য়েক্লবা তুম্না হাৎলম্লগা থব্রায় থাদোকখিগনি। চহী তরা শুরকপদা ঙায়বিবা নুপামচা অদু অতৈ কনা নত্তে, য়াইস্কুল লাকপগী মচা সনাহল সেঙ্গোই সনানি। মতমসিদা ভাবক্তা লৈ নাচোম বালভোগ য়েনবা লোইবে।

সন্ধ্যা আরতী মতম য়ৌরক্লে ওঝা ব্রাবেপ্পনা লোইশিন ব্রাবোন হায়বকখি - মসিগী মখা ব্রারী হয়েং থৌগন তৌজগে ঙসিগীদমক্তদি হৃদি শুদ্ধ কাবনগীদমক শ্রী রাধা কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা বিশ্রাম তৌবিনবা হাযজরি। ওঝা ব্রারেপ্পা হৌগত্তুনা সভা খুরুমলম্মী।

৭

# শংবান্নবী - ১৮৮৭

নুমিৎ অদু শ্রীপঞ্চমী নুমিৎনি। নুমিৎনা নোংপোক চীংদোন্দগী লীরুং অমরোম কাখৎলকপা নুংশা তবুম তবুম্না মতমদা ঈক মাইথজরগা চন্দন-চরা থিল্লগা লাই কৎনবা লৈ থিবা থোবক্লম্মী। লৈ হাপ্লবা য়েন্দাইদু পাযদুনা ছোরোক য়ৌরকান্দা কুদোম চৎসিগে খল্লম্মী। খংনীং-নীংশিংলকখি-য়াম্লুংখোয়গী শুমাংদা জাতিকুপ্পী যাম্না শাৎলি- ঙসিদি জাতিকুপ্পী নাচোম শেমদুনা বাধা গোবিন্দদা কৎলগে খন্দুনা যাম্লুংখোযগী শঙ্গায় তান্না চৎলম্মী। লম্বীদা তুবেল ব্রাংমা বামন লৈকাইদা লৈবী শংবান্নবী থেংনখি। গুরুমযুম নিংঙোন্নী বাশি লৈনা ফজবী নুপীমচা অমনি, ইমান্নবনি চহী তবামাথোইবোম শুবনি। মহাক তরু তরু ঈকমাইথজবগা চন্দোন চরা ইবং লংনা থিন মুগা ফিশেং শেৎ লাই প্রসাদ লুকফম অমা সেঙ্গাদা হাপ্লগা শুদোক্লবা অহনবা খুদৈনা কূপ্লগা কোকথোংনদুনা মপাবুং অঙ্গা বতনগী মতুং ইন্দুনা লাকখি। অঙ্গা বতন ফিশেং শেত্তুনা পুজাগী মন্ত্র যাওবা লাইবিক পাযদুনা হোবে হোবে চৎলি।

"শংবান্নবী ! কদাইদনো নঙদি পাবুংগা ?"

"পাবুং যাইস্কুল লাকপগীদা, পুজা অমগীনি; নঙদি কদাযদা ?"

"ঐসু যাম্লুংখোযদনি, লাইদা কৎনবা লৈ খিত্তং হেক্লুগে তৌবনি।"

অসুম্না ব্রাবী শানা শানা চৎমিন্নখিদুনা থীন্দনা স্নাখ্বা যাইস্কুল লাকপগী হোজং লানশিনখ্রে। ঙসিদি শঙ্গায মাঙ্গোন শুমাং শিৎ নান্না ব্রাই তৈথোক্লম্মী। শঙ্গায মাঙ্গোনগী অব্রাং থংবা নাকন্দা মন্ত্র পুজাগী পোৎলম লৈশ্রু তুলসীমনা চেং-থোইদিং, কুশী তামী ধুপ থাউমৈ হৈরুক পান্না থেন্দুনা লৈ।

পাবুং স্নাখ্বা যাইস্কুল লাকপা ফমেন্দা ফমদুনা, সনাতোপ্পা হিদাকফু থম্বাল শাবদা লুপাগী কোঞ্জিন তোপ্পা তোংজৈ নামিবী পান্দুনা ঙান্থক অউম্বদা মৈখু ব্রা ব্রা কাবিবা হিদাক অদু প্রোক প্রোক চিংদুনা খুদোং ফান্দুনা লৈবম্মী। মনাক্তা চঙশিন্দুনা খুরুম্লগা- "পাবুং স্নাখ্বা লাইগী লৈ খিত্তং হেকচগে।" হায়বম্লগা তুলসীবুং ময়াদা হৌরিবা জাতি পাম্বীদগী লৈ হেকপা হৌবম্মী।

ফুগাইনা শাৎলিবা জাতি লৈবাং লৈনম ফংবদা ইঙাও ঙাওরম্মী। লৈ হেকপা মঙম ইশান শান্দে। তুমিন্না লৈত্রবা মীৎ অনী অসিনা মাঙ্গোনলোমদা য়েংখিবদা

পাবুং স্নাঙ্খনা কককদগী হৈগতুনা - "গুরু ঠাকুর লেংশিনবীরকউ" হায়না কৌরকখি, অনীমক অমনা অমদা খুরম্রে। পাবুংনা হায়রকখি "খুদা খুদা" খুদা অমত্তা পুরকউনে। ইমুংদগী মুয়া অমা পুখোরতুনা থারগা- "অত্তা খুদাদা লেংশিনবীয়ু" হায়রগা ইমাসিনা শংবান্নবীদা ওনশিন্দুনা - "লাউ লাউ, লাই প্রসাদ লূককমদো অসিদা থল্লোরাও" -"ইচাদি চাউরক্লেদনা শক্কা শক রাশি লৈনা ফজরিবা -চওভু ইমুংদা নয়াশুং লৈবনি কৌখোরকউ খোইবী সনাসু খোরকউ হায়য়ু।" শংবান্নবী লুককম অদু শঙ্গায় মাঙ্গোনগী অরাংখংবা কোচিন্দা লৈবা লংনা কেওদোক্লবা পিথ্রাই শমুক মথক্তা থনল্লগা চওশিন্নতুনা পাবুং স্নাখ্বা অমসুং ইমাসিবু খুরুমল্লগা শঙ্গায় মনুং চওখি। পাবুং স্নাখ্বা শংবান্নবী উবদা ইশুম গুম্মংপগুম তৌই। থনখি ফজদৌরিদা নুপীমচাসে। ওসিগী নুমিৎ অসি শংবান্নবীসী ওইখ্রে।

ঠাকুর গুরুমযুম রতন ওইহাক পোখারবা তুংদা পুজা হৌননবা পুজাগী পোৎলম লাওলিবদু অমমম লৌখতুনা য়েংখ্রে-বাৎলম্বা পোৎচং পুম্বা মমসিজদা হায়দুনা পুখোরকহল্লে বাংখ্রে। ঠাকুর রতন সিজদগী তুকনা অমা লৌরগা ফিজুম ওইনবা খুদৈ অহনবা মতেক অমা পুদুনা তুরেল য়ৌখ্রে। তুরেল্দা মখোও মখুৎ হামদোক্লগা ফিজুম থাদুনা ঈশিং তুকনাদুমা শোক্লগা কারক্লে। ফিজুম থাদুনা শোক্লবা ঈশিং তুকনাদু শঙ্গায় মাঙ্গোনগী অরাংখংবা নাকন পুজা তৌফমদা থল্লগা লাইফক কৌনা ফকতা মমায় অরাং ওন্না ফমদুনা পুজাগীদমক য়ামনা ত্রিকোন মণ্ডল চতুষ্কোন য়েক্লম্মী, লা তান অমদা কৌ খর হাপ্লগা মদুগী মথক্তা মণ্ডক্তা হৈনৌ মনা মণ্ডা পুনবা কোরীগী ঘট চম্বু অদু থিল্লম্মী। চেং খোইদিং তুলসী মনা লৈও কুসী তামী মফম চানা চানা থমদুনা পুজা হৌনবা শেম-শারম্মী। মতমদুদা মুগা ফৈজোম শেংলবা ইন্নফি খাউওন ওন্না ইক্লবা য়াম্বুং শংবান্নবীগা লোয়ননা ইমুংদগী খোরক্লম্মী। নুমিৎ অদুদা অনী অসিনা ফজবদি শীংখাদুনা লোইবা লৈরবোই।

য়াম্বুং সনাহল পরণ পরণ চওশিন্নতুনা ঠাকুর রতনগী মনাক্তা লাইফক কৌনা ফক অমদা মমায় নোংপোক ওন্না ফমম্রে, শংবান্নবীসু ফক্লাং ময়াদা মমায় নোংপোক ওন্না ফমদুনা য়াম্বুবু চাগদৌগুম য়েংলম্মী। মখোয় অনীগী মতৌ য়েংলিওদা ঐহাক লৈ হেক্কনি হায়বা কাউথোক্লুই।

য়াম্বুনা মনাক্তা ফল্লরবা তুংদা ঠাকুর বিষ্ণুমন্ত্র শোন্দুনা আচমন তৌরে, য়াম্বুংসু আচমন তৌরে। মতুংদা ঠাকুরনা মন্ত্র শোল্ল-লোল্লদুনা ধুপ; থাউমৈ লৈও চেং খোইদিং পূর্ণ পাত্র হৈরক পান, আসন, ঘট চম্নুনচিংবা পুম্নমক তামীদগী ঈশিংগা লোয়ননা তুলসী মনা চেং খোইদিং চাইখোতুনা শেংদোক্লগা অর্চনা তৌরে। মথংদা

ঘট চকু মনুংদা সনা, লফোই, কা মনা, লৈশু, শেল ময়েক হাপচিন্নগা য়াম্লুনা খূকউ নাম লৈবাক শোক্লা কল্লগা মখুং য়েংনা ঘট চকু শোক্লুনা ঠাকুরনা মন্ত্র শীনুনা ঈশিং হৈরগা সিন্দুর তৈদুনা ঘট থিল্লে। অদুগী তুংদা ঠাকুর রতন্‌না পঞ্চ দেবতা-গনেশ সুর্য্য বিষ্ণু শিব দুর্গা-আবাহন তৌদুনা মখোয়গীদমক থারিবা আসনদা ফমহন্দুনা পুজা তৌখ্রে, স্বস্তী বাচন লোইখ্রে। অদুগী তুংদা মমায় অবাং ওন্না ফমদুনা য়েংথংবা খূকউনা লৈবাক শোক চেঙ থোইদিং কুশ তিংথৌ য়াওনা ঈশিং থন্না য়াওরবা কোরী পাত্র ওইগী খূৎনা শায়রগা য়েংকী খূৎনা মথক কূপ্‌ রতন্‌না মন্ত্র থীদুনা সংকল্প তৌখ্রে। অদুগী তুংদা ঠাকুরনা মন্ত্র শোল্ল-শোল্লদুনা সরস্বতি দেবী আবাহন তৌদুনা কৌরগা মাগী আসন থাবিবা অদুদা লেঙশিলহল্লগা ষোড় সোপচার পুজা তৌরে, ধ্যান তৌদুনা পুষ্পাঞ্জলী কৎলে অদুগা মন্ত্রনা প্রার্থনা তৌরম্মী। তুংদা দক্ষিনানচিংবা কৎলগা শান্তি মন্ত্র শোন্দুনা পুজা লোইরে, মাই খুকল্লগা য়াম্লুং হৌগৎলক্লে। হেক হৌগৎলকপগা অতে কনা অমদা য়েংলক্তে শংবান্নবীদা নত্তনা।

ঙসিদি অনী অসিগী অমগা অমগা য়েংনবসি মতা অমনি নহান মখৈগা মান্নদে লাই য়াওখ্রে।

মতমসিদা বাখ্রে মৈরাবা পোইলা মাগী অচানবা পরুবা অচৌ এলাংবগা লোয়ননা হোজংলোমদগী চঙলক্লম্মী। ঐসু লৈ হেকপা লোইবদুনা পাবুং স্নাখ্বা খুরুম্লগা য়াম্লুংগা শংবান্নবীগা অনীদা তাক্লল্লগা য়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

বাখ্রে মৈরাবা চঙলকপা উবদা স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপনা - "ওঝা পোইলা লেঙশিনবীরকউ - কনা লৈ খুদা অমত্তা" - মৈরাবা চঙশিল্লক্লুনা "স্নাখ্বা ইবুংঙো" হায়না খুরুম্মী অদুগা থারিবা ফিদা অদুদা ফম্মী। ঠাকুর রতনগা কৌনৈ চপ মান্ননা খুরুমমিন্নৈ।

অচৌ এলাংবা মাগী ওঝা মৈরাবনা তাক্লুনা স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপদা খুরুম্মী। মপোপ মতাং ফরবা নহা অদু উবদা স্নাখ্বা মমীৎ কুপ্তে- হংলকই পোইলাদা -

"কনানো অঙাংসিদে ?"

"ঐগী পরুবানি, ছিয়াংলমগী ননাই এলাংবা হঞ্জবগী মচানি, অজ্ঞা।"

"হঞ্জবগী মচা ওইরে - নপাদি ঐগী চান্নরবা মরূপনি, নচীন ননাও কয়া শুই।"

"ঐ ইথত্তনি অজ্ঞা।"

"চহী কয়া শুরে নঙদি এলাংবা ?"

"ককচীং বাইরি মাইমনা চৈ থাবা কুমদা পোকই হায় অঙা পাবুং, চহী ভরাজমদোই চঙলে।"

"অদুদি ঐখোযগী সনাহলগা লোঙ্গনিদনা - সেঙ্গোই লাউ চঙ্গশিল্লকউ অচৌসি ঐগী চান্নববা মরূপ এলাংবা হঙ্জবগী মচানি। নখোয় অনী খঙনৌ ইতাও শান্নৌ লুনা তিন্নৌ।"

সনাহল চঙশিল্লক্কুনা ওঝা মৈবাবা খুকম্মী, অচৌগা লেঙ্গোন্নে।

"ইতাও এলাংবা!"

"ইতাও স্নাখ্বা!"

মতমসিদা লাই পূজাগী বালভোগ হৈবা লফোই চুনচিংবা লা তাঙ্গদা হাপ্ল-হাপ্লদুদা শংবান্নবীনা যেল্লক্কুনা সনাহলগী থুংলবা তুংদা অচৌগী শকক পুশিল্লকপা মতমদা ঠাকুব বতন্না অচৌদা হাযবকখি - "ইবুংঙো অচৌ নচন নুপীদ্ খঙনৌ ঐনা পোকর্পান শংবান্নবী কৌবনি। সনাহলগীদি হান্ননা মচল ওইববনি।"

"ইতাও স্নাখ্বাগী মচল ওইবর্বাদ ঐগীসু ইচলনি শংবান্নবী।"

"মানি তাচৌ এলাংবা।"

মখোয অহুম ফাক ফাক নোকই। শংবান্নবী যাম্না হ্বাওনা উই। মাগী মিৎযেং নাযেং, থোইদোক্লা যাম্নুং স্নাখ্বাগা মাগা যেংনবা মীত্তা-লাক্তা তোপ তোপই মতা অমনি হাযবদু এলাংবগী মবুক্তসু ফাওই।

আর্চ্চা পুজা লোইবদুনা দক্ষিনা ফংলদুনা ঠাকুব বতন মযুমদা চৎননবা হৌগৎলকই মচানুপী কৌবদুনা - "ইবেম্মা চৎলসি।"

"পাবুং যাম্নুংখোযগী চৈবীগী কুম্মৈ ঙাইহাক্তং যেংখিসি।"

"নত্তেদা যুমদা থবক যাম্না লৈহৌবি, কোন্না অমুক যেংউ চৎলসি।"

শংবান্নবীনা লৈহৌনীংবদু উবদা সনাহলগা অচৌগা অনীনা হায়বকখি -

"লৈহৌবসনু অঙ্গা পাবুং ঐখোয় হোবেল থিনবীবক্কে।"

স্নাখ্বানসু হাযবকখি, "লৈহৌবসনুদা হোবেল অঙাংশিং থিলহল্লক্কে।"

"ফবে ফবে অদু ওইবদি ঐ চৎলে।" হাযদুনা স্নাখ্বাগা খুকম্নবগা পোইলাদগী বিদাই তৌদুনা ঠাকুব বতন চৎখ্রে। শংবান্নবী মোমোন তৌজে, সঙ্গাই মনুংদা থোইবীস্না কৌথোকপা চঙখি।

মতমসিদা ওঝা মৈবাবা পোইলা তুলসীবুং ময়াদা সনাহল অচৌ অনীনা পাযবা য়াবা মশাগা চপ-চপ চানবা চৈবী অনী থম্নগা মখোয অনীগী মফি শেম্নীবম্মী ফৈজোম গুঞ্জা তুংলোমদা য়েপখৎ খ্বাংলাক লাকশিল্লম্মী ফিদুপ অহুম থোক্লা শেৎলম্মী মকোক্কী কোকযেৎ খদাংচেৎ লাক্লা পুল্লম্মী, মখূত্তসু খূখাঙ শিবিবম্মী। অনীমক মপোপ মতাং ফৈ শকচাও মীজাওনি। মশাগী চহী তবানিথোই তবাহুমদোইতা ঙাযবিবা অঙাং ওইববসু চহী তবানিপাল তবামাপল শুবা পাখঙ মচাগুম্মী ফুট মঙা ইঞ্চি মাপললোম ৱাংগনি মশা মউ ফৈ মবে-মবে তায মৈতৈ লক্তদি মীজাওনি- মখোয অনীনা থাংবা খোঙথাঙ গম-গম লৈবাক নীকই খোঙথাফম কুৎপোই নীংই। মতমসিদা শংবান্নবী থোইবীস্নাগা লোযননা মুবা মচা অমমম পাযবদুনা ইমুংদগী থোবকখি।

মুবা অদু সঙ্গায মাঙ্গোনগী অবাংথংবা উখোকতেন মযাদা দাডী নকনা থাবগা যম্মিন্নে। থোইবীস্না শংবান্নবী লোঙ্গানি চহী তবা শুবে তবামাথোই চঙলে। কুচু পশোৎনি লম ঙাল্লি - থবো অশংবা কুচুনবী শংবান্নবীগা পূমখেন খেন্নে, চীং লেম্মী-বা কযা ৬াঙদবী থোযচৎনবী শক্তমনি, অদুবু থম্মোযদি মীনুংশিনা থনবনি, অশীন-অবাং যাম্না পামজবী ৱা ঙাঙবদা প্রেক প্রেক লাউবী বাশি লৈবী শংবান্নবীগা যাম্না খেন্নববসু মতুম-মতুম ওইনা ঙাঙ্থোবকপা ৱাঙাংনা অতাবা মীবু শুক্ষৎপা ঙম্বীনি। অনী ফম্মিন্নদুনা পাখঙ মচা অনীদুগী মবমদা মোংহাদনা ৱাবী শাবি, মবক মবক্তা ফাক ফাক হেক নোক্লকখি।

চৈবী হাইনবগী ফিজেৎ শেৎলবা ফিভম মুর্ত্তি ফজববা নুপা মচা অনীদুনা মখুৎ চাবা চৈবী অমমম্ পাযদুনা মমায ওনশিন্নদুনা থোংখোঙ শানা লেপ্লী। ষল্লুপ পুবা কাও অনী ৱাইনবগে হাযনা ফি ফি কাম্না ওনশিন্নবগুম্মী। মখোয অনীদা ওঝা মৈবাবনা চেকশিন ৱা কযামকম হাযবি - "নখোয় অনীমক্লা ফজনা ফাববা ঔবাইববা পাবানি, পাবুং স্নাখ্বাগী মাঙদা ফজনা উৎকদবনি। কাউগনু চৈবীদু কবম্না পাযগনি কবম্না হাইগনি কবম্না ফুবা কবম্না ঙাকথোকপা খৎথোকপা; চেকশিন্না শান্নগদবনি -শাউনবোইদবনি। পূক্লীং ঈংনা লৈগদবনি পাখৎলোইদবনি। লান্দা পাখত্তবনা য়েক্লবা ঙম্নবা অহানবা উপায়নি। চৈবী যৈনবা মখল তবানিথোই ঐনা নখোযদা তম্বীখিবদো নীংশিংলিকো।"

"নীংশিংজবি ওঝা।"

"মদু মথং মনাও নাইনা কাযদনা শান্নগদবনি - সে পাবুং স্নাখ্বাদা ভক্তি কৎলগা হৌবো।"

ওঝাগী য়াথং ফংলবদা চপ মান্নবা অনী অদু ওঝাদা খুকম্মী মপাবুং স্নাখ্বা খুবম্মী অদুগী তুংদা মখোয় অনী সেঙ্গোন্নে খুকম্নে অদুগা হন্দোক্লদুনা মাগী মাগী

নারুন্দা লৈগ্রে। অদুগী মতুংদা চৈবী হাইবা হৌনরকই। লৈতেংগী খুৎহাইনি- মথং মথং খোঙকম তরাতরুক তরানিথোই নিপান্দা হঙ্গৎ-হন্দা চৎনদুনা মীৎ থক্লা ফজনা অমনা অমবু শুন্দৎনবা হাইনরকপা চৈবী অদুনা পূময়োম য়োম চক্রগুম্না লৈয়রকপা অদুগী ফজবনা অয়েংবা পূম্না শুন্দৎখি। শংবান্নবী মমীৎ কৃপখিগ্রে শ্বর মতেক হোনখ্রে, ম্নাখ্বা সনাহল য়েংবদা ময়াদা হয়িং পাইশিনবা খণ্ডখিদ্রে। মীৎ কুপ্তুনা য়েংলিবী থোইবীম্নানা ব্রা অমা হায়গে তৌরুবদা তাদ্রদুনা খূনীংনা থিল্লফাও মচি লেঙখিদে। নুংশিৎ-নুংশা চপ লেপখ্রে - হৌজিক ফাওবদি ওঝা মৈরাবা মণ্ডক নোমদুনা য়েংলি।

পাখণ্ড মচা অনী অদুদি হৌজিক খোঙফম মণ্ডাদগী অহুমদা হম্বুরক্কুনা অলাট চক্রগী মতৌগুম লৈয়ন-লৈয়না হাইনরক্লে। চৈবীনা পূময়োম য়োমখ্রবনা পাখণ্ড অনী মশক উদবমখে চক্রনা উংবগুম উংলক্লে, মশা পূম্না হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলে, নুংশা মপী ফূয়ন-ফুয়না হোন্নরে। চৈবী হাইবা শরুক অমা লোইরে, নুংশা মপী শাংন-শাংনা হোন্দুনা অব্রা পোত্থানরে।

মখোয় অনী ঙাইহাক পোত্থাজনবা ম্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপদা ওঝা পোইলানা হঙ্গৎখি। হেক পোত্থাবা হৌবগা শংবান্নবী থোইবীম্না চেনশিল্লক্তুনা অচৌগা সনাহলগা মখোয় অনীদা হুমাং তৈথোক্লবা খুদৈ অহনবা অমমম লানশিল্লম্মী। অদুতা নত্তনা শংবান্নবীদি মশামক চঙশিনখিদুনা সনাহলগী হুমাং নপথোকপা য়াওরুই, সনাহলদা হংই - "ব্রারবরা?" ঈরাং হেক লাঙই। সনা শঙ্গায়নুংদা চঙদুনা খরূংদা যোকপা অরূবা অয়ীংবা ঈশিং তুকনা অমা থন্না শেঞ্জেং গিলাস অনীগা পুথোরক্কুনা ঈশিং গিলাস অনীদু মখোয় অনীদা অমমম লানশিল্লি। গিলাসতা ঈশিং হৈর-হৈরদুনা সনাহলনা য়াম্না খৌরাংনা কুৎকুৎ থকপদু হরাওনা য়েংই।

ম্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগা পোইলাগা ব্রারী শানখি-

"লৈতেং হাইবদি ফন-মফরে মীনা পঙলাক লাকচরোই।"

ঙাইহাক পোত্থারবা হুমাং হঞ্জিল্লবা তুংদা পোইলানা ম্নাখ্বাদা - "চৈবী ফূনবা হৌহঙরগে" হায়না হঙ্গৎলল্লগা পরুব্বা অনীগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হায়খি-

"চৈবী হাইনবদি অশোয়-অঙাম থোইনা য়াওখিদে খূজেংদু শাজেন খর হেন্না তৌদুনা হেন্না ফজহন্নবদি হোৎনবা তাই। মথংসিদি চৈবী ফূনবনি, মসিদদি নখোয় অনীমক য়াম্না চেকশিনবা তাই মরমদি মতাং অসিদি অরুব্বনি শোয়রগা শিবা য়ারিবনি। নখোয়না তমখিবা কাঙলোন তরানিথোই অদু মথং মনাও কায়দল্লা ফুনগদবনি। ফুথবা

ঙাকথোকপা থিনবা ঙাকপা হাইথবা হাইদৎপা মচেক্তা কোৎপা খত্তোকপা পূন্নমক নখোয় অনীমক হৈরবনি। অদুনা চেকশিন্না পাখত্তনা শান্নগদবনি। সে সে হৌরো স্বা” হায়রন্নগা হন্দোক্কুনা কমল্লে।

পাবং মচা অনী অদু থা-থাং লেপ্পুনা মমায় ওনশিন্নবুনা অমনা অমবু চাসদৌগুম য়েংনরম্মী। অদুগী তুংদা খোঙকম অহনবা চক্কওয়া লৈরনবুনা মশা পূন্না য়োন্না চৈবী হাইনবুনা অমনা অমবু মীং থকহন্দুনা অঙাং য়েংনরম্মী পুং থাবা পাক হৈনরমগে। অসুম্না ওইহাক লৈরনরবা তুংদা সনাহলনা হন্না পুং থাবা হৈবি- মদু ওকখোক্কনা অচৌনা অমুক নমথা-থারগা তুংলোমনা চেংখোকখি। অসুম চৌনা অনী চেংখোকপা চোংশিনবা য়েংলোমদা লৈরবা ওইরোমনা লৈরবা চপ চপ মায়না চৈবী কুপথা ঙাকখোকপা, য়েংলোম ওয়াোমনা হাইনৎপা হৈরোকপা, থিনবা কেকপা, মচেক্ল য়েবা খত্তোকপা তুংদা মাঙদা য়েথবা লৈথোকপা তাকখোকপা ওক্কপা হন্না য়েবা, খত্তোক্কপা মচেক্ল কোৎলন্না অশিনচিংবা ওঝানা ভক্তিবা চৈবী তত্তানিথোই অদু শুনা ফুনরম্মী হাইনরম্মী; মশা পূন্না হমাংনা পূমচোং নুংশা মপী ফুমন-ফুমনা হেন্নরম্মী।

অশোমদা কুম্মৈ য়েংজিবী নুপীমচা অনী অদুদি মমীং কুপখিদ্রে। থবায় তানা য়েংই অদুবু মীংয়েংদি মান্নদে। শংবান্নবীগী মীংয়েংনা সনাহলদা মানা লৈয়রে মাসু লৈয়, মানা চোংলে মাসু চোংই, মশা অদু পূমনোম নোম্মী সনাহলদা চৈনা খিত্তং থেংখি-লাকখিবা মদুগী চৈনা মঙোন্দা ফাওই; সনাহলনা খিত্তং লাকচবগুম উবদা হরাওবনা মোমোন নোকই, অচৌনা খিত্তং লাকচরপ উবা মমীত্তা মপি তরং তরং। চৈবী ফুনরিবা সনাহলদো মহাক মশামক্লি নীংই। থোইবীসনানা য়েংবনা চৈবী অনী ফুনবিবদু করম্বা খুৎফুনা কবম্বা খুলৈযদা কনানা কনাদগী হেল্লি- মানা উবদা ময়াম্লুং সনাহল য়েংনা হেন্না হৈনৈ ওইবোম থংবদো খব পঙদানৈ, অচৌনা ওইরোমদা হেন্না হৈশিংই।

চৈবী কাঙলোন তবানিথোই অকায অতোই য়াওদনা ফুনবা লোইববদা পোইলানা অঙাং অনী অদু খাল্লগা অনীমক স্নাখ্বা য়াইফুল লাকপগী মমাঙদা পুশিল্লক্কুনা খুকুল্লগা হঙ্গৎখি।

“স্নাখ্বা ঙসিগীদি মতাং স্বাইদা তেশিঞ্জবগে।”

“য়াবে যাবে ওঝানা ফজনা হোৎনবীবে; ব্রাবল্লনি মখোয অনীসু, মশা শেংদোকহল্লগা লাই প্রসাদ ফংনবা তৌবিবো। তারিবরা শংবান্নবী, থোইবী নখোয অনী ওঝা পোইলাগা নবুং অনীগা প্রসাদি খুলহন্নবা শেম শারো।” হায়বল্লগা সনা কোনুং কানবা ফিবোন হোংদোক্লবা শঙ্গায় মনুং লেঙশিনখি।

অচৌ, সেঙ্গোই অনী তুরেন্দা মশা শেংদোক্লুরগা ফিশেং শেত্তুনা চঙলক্নে শংবান্নবী থোইবী অনীনা চাক্লুক অহুম শেপ্লে। চাকচা ফাল অহুম মথং মনাও নাইনা থারে। চাক্লুকী য়েংথংবা নাকন্দা খুৎহাম শেল অমমমগা ঈশিংনা থল্লবা তুক্লা অমমমগা লোয়ননা লংনা কেঙলবা শেঙ্গেং গিলাস অমমম থল্লম্মী। মথেল লুকোয় হাপ্লা লোইরবা তুংদা ওঋা পোইলানা মকোক, য়াম্বুংনা মথং, অরোইবদা এলাংবা ফমখ্রে। খুৎহাম শেলদা খুৎ হান্নরগা চাক্লুকী য়েংথংবা মতোন্দা অউবা উদবা জীবশিংগী শরুক তমগ্রগা ঈশ্বরগী মিংখৈ শোন্দুনা প্রসাদি ফংবা হৌনখ্রে।

য়াম্বুংনা হংলকখি -

"শংবান্নবী, কচলিদৈসি করিনো ?"

"য়াম্বুং হৱাই থোংবনে, খর খঞ্জরকউরা ?"

"য়ারে য়ারে, ঙাক্রা তেঙ্গোইত্তা য়াওরিবসিনা করিনো ? লাই প্রসাদতবু ঙাক্রা থোংবা য়াওবরা ?"

"য়াম্বুং ঙাক্রা য়াওদে, পকৌরানি।"

শংবান্নবী থোইবী নোকই। ঙাইহাক লৈবগা শংবান্নবী চঙশিল্লক্তুনা হংজে পোইলাদা-

"প্রসাদি অসি খিত্তং ..."

"য়ারে য়ারে ওক্লে ইবেম্মা !"

"য়াম্বুং ! করি খঞ্জরকউগে - অনোইবসে খিত্তং"-

"ওক্লে য়ারে পূম্নমক। লৈরদি অতোৎপদু খর পুরকউ।"

শংবান্নবী চঙশিন্দুনা হাপই, অচৌদসু হাপ্লগা হংখি।

"তাচৌ ! অৱাৎ অপা করি পুজরকখোগে ?"

"পূম্নমক ওক্লে য়ারে।"

অশুম্না চাবা-থকপা লোইরবা তুং মচীন মখা তেংলে মখুৎ মশা হামদোক্নে - শংবান্নবীনা ঈশিং হৈ, খুদৈ লানশিল্লি।

পোইলাগা এলাংবগা য়াইস্কুল লাকপা খুরুম্লগা য়াম্বুংদগী বিদাই লৌদুনা চৎখ্রে। য়াম্বুংনা মাগী ওঋাগা মরূপকবু হোজং থাংম্না লান্না থিন্দোক্লুই, ঙাইহাক লৈরগা মপাবুং স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপসু কোনুং কাখ্রে।

সনাহলনা হংলকখি, "নগুবু নয়ুমদা থিনবীরোরা শংবান্নবী !"

"নত্তে য়াম্বুং মহাক লৈখিসনু হোরেল নুংখিল নুংদাইব্রাই থিনবীয়ু।" য়াম্বুংগা ঐখোয় অহুম কৈ য়েন শান্নখিসি, করি হায়গে শংবান্নবী নগুবু য়ানীংদবরা?

"য়াম্না ফৈনে মদুদি, য়াম্বুংগী মনাক্তা লৈবসে ঐদি য়াম্না নুংঙাইজে।"

থোইবীন্নানা কৈয়েন য়েকপা লাইয়ুম অদুগা পো য়াওবা লুবাক্তুগা পুখোরক্তুনা মখোয় অহুমগী মমাঙদা থল্লগা হায়রকখি-

"য়াম্বুং লাইয়ুমসু পোসু সিদা লৈরে, য়াম্বুংনা মীচগু অমা ঐখোয় অনীনা মীচগু অমা, য়াম্বুং কৈ পায়গদ্রা য়েন পায়গদ্রা ?"

"কৈ পায়গে অদুগা অপোবগী করি পোস্থা?"

"য়াম্বুংনা হায়বা অমা হেক্তা য়ারে।" শংবান্নবীনা খুন্নকখি।

"মাগীদি খগুদে ঐগীদি না লৈননি য়াম্বুং।"

শান্নবা হৌখ্রে য়েন মঙা মঙাগী কাঙবু মবি য়ুম মবিদা অমমম লৈ, কৈ অনীনা কারন অনীদা অমমম লৈ। পাক হেক চৎনদে ব্রাখল মুন্না খল্লগা চৎনৈ, য়াম্না চেকশিন্না শান্নে। অহানবগী খোঙচৎ মরীবক্তি কৈ অনী অদুনা কারন্দা চোং-চোংদুনা য়েন মবী চাথোকখ্রে। মঙারক শুবা খোঙচৎ পাক চৎপা য়াদ্রে - কৈগী চাফম পূন্না থোইবীসনানা থৎখ্রে- কৈ অদু কদোমদা চৎলগা খুদোংচাবা ফংগদবা মফম খনবা তারম্মী অদুনা খোঙচৎ অদুমদি মতম খর লৌবা তাই। তাঞ্জা অদু লৌদুনা থোইবীসনানা ব্রা হৌরকখি,

"য়াম্বুং ঙসাই চৈবী ফুনবদু য়াম্বুংগী ওইরোমগী খৃৎহাই খৃৎফৃ অদু খর শোল্লপ তৌনা উই; তাচৌ এলাংবনা ওই খর হেন্না হৈনবদৌনা উই - করিগীনো ?"

"অদুবুরা, অচৌনা হাইথরকপা ফুথরকপদুদা ঐনা য়েংথোকখিবদা শংবান্নবী পেরি পেরি তৌরদুনা ময়াং তেকথোক্তুনা লৈরম্বদুদা করিগীনো অচৌগী চৈবীনা ঐঙোন্দা ফুরগা শংবান্নবীদা পাল্লিসি হায়না খল্লুবদুদা খর কোমথোক্লুবা ওইরমগনি।"

"হোয়নে ঐনা ব্রাদু হায়গে হায়দুনা মঙোন্দা য়েংলুবদা মপি তাদুনা লৈবম্বদু উবদা করি তৌরবনো, কোন্না হায়রগে খন্দুনাঐসু অদুম তুমিন্না লৈরে।"

"য়াম্বুংসিমা !" হায়রগা শংবান্নবী ফাক ফাক নোক্লকখি।

মতাংসিদা থোইবীন্নানা ব্রারী শানা শানা পো মথং মথং চৎশিন্দুনা কৈগী চৎফম পুংথিং থিংলে শুমলে। সনাহল পোরে।

"পোরবনিনা নাদু লৈরগে য়াম্বুং।"

"ঙাইখো, পাঞ্জল মঙারক শান্নগদবনি,অহুমলক্তগী তাদনা থোইবনা লৈয়গদবনি।"

"ফরে" হায়দুনা মখা অমুক শান্নখ্রে।

থব্বায় য়াওনা শান্নখিবা অদুনা মতম হৌখিবা খঙহৌদে, নুমিৎ চায়থরক্লদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী থ্বাল আরতী তৌবগী শরিক খোঞ্জেল তাবক্লে - মমাসি থোরক্তুনা মচানুপাদা হায়রকখি - "ইচাসা থেঙখ্রে, শান্নবা লোইশিল্লো, পাবুং স্নাখ্বাসু কোনুংদগী কূল্লক্লনি। সনাহল, শংবান্নবীদো খর থিনবীরু ময়ুমদা নুংশা থীনরম্লনি।"

শংবান্নবীনা মাঙদা সনাহলনা তুংদা যাইস্কুল লাকপগী হোজং লাঘোরক্তুনা য়াইস্কুল ছোরোক্তা লাকমিন্নরে। মতম খর তুমীন-তুমীন্না চৎলম্মী। অদুবু অউবা মীনদি মখোয় অনী লোন্না লোন্না য়েংনবদু উদবা তৌরমদে। লম্বীদা লাকপী কন্নাগুম্বী মৌ নহানা থৌওইনা লেপ্তুনা য়েংলগা মচীন্দা শোলহৌই, "ওল্হোক্লা ফজখ্রেদা রাশি লৈখ্রেদা অঙাং অনীসে।" মখোয় অনী অসুম অসুম লাক্তুনা থুম্বুথোং লাল্লে বামোন লৈকায় য়ৌরে। থোং হেক লাল্লকপগা ঙসাইমখৈ ব্রা য়াম্না ঙাঙনীংবা খাঙদুনা লৈবকপদু খাঙবা ঙম্লক্লে, ব্রা ব্রেং ব্রেং ঙাঙ্বা হৌরক্লে শংবান্নবী।

"য়াম্বুং ঐদি নঙগী ননাক্তা লৈবসে য়াম্না নুংঙাই ননাক্তা লৈনীংই- করিগীনো?"

"অদুবুরো নঙ হেক উবগা ঐনা শুগৎপদুদা য়েংবা নুংঙাইবা ওইরিনিদা।"

"য়াম্বুংদি শুগৎলসু য়াম্না ফজৈয়ে।"

"সত্য অওইবরনে ?"

"সত্য সরিসো অওইবনে।"

"অদুবু ঐসু নঙনা ইনাক্তা লৈবসি য়াম্না নুংঙাই, নঙদি পাখোনসু য়াম্না য়াই; থোইবীদৌনা তৌদে; অদুগা নঙনা শুগৎপসু য়াম্না ফজৈ য়েংবা নুংঙাই।"

"এ:এ: ঐদি কদাইদা শুগৎলিবা ?"

"ঐনা নশম পায়দুনা চিংবদা নঙনা ননীং তেকথোক্তুনা শুগৎপদো ?"

"য়াম্বুং ঐদি নঙনা ব্রা ঙাঙবসি তাবা য়াম্না নুংঙাই তানীংদুনতা লৈ।"

"ঐসু নঙনা ব্রা চবেং চবেং ঙাঙবদু য়াম্না তানীংঙিনে।"

অসুম্না ব্রারী শানা শানা লাকপনা শংবান্নবীখোয়গী লৈরক চঙলক্লে, কোম্থোং উরক্লে, শংবান্নবীনা মখা তারকখি - "করিননো খঙদে য়াম্বুং ঐদি নঙবু অশোক

অনা অমত্তা থোকহন্নীংদে - নঙোন্দা অশোক অপন খিত্তং উবদা ঐগী ইশাসে নাবনা খাঙবা ঙমদে; ঙসাই তাটৌ এলাংবগা যাম্মুংগা চৈবী ফূনবদা তাটৌ এলাংবনা ওয়রোমদগী ফুবকপা য়াম্মুংনা ঙাকথোকপদো খব ব্রাবপ উই যাম্মুংদা চৈনা পানববা হায়না খন্দুনা ঐ নামনখিদুনা নঙ্গন তেকথোক্কুনা খাঙবনি য়াম্মুং করিমত্তা শোক্তববা?"

"পান্দেদা, কৈশু শোক্তেদা - নঙনা তেকথোকপদো নমিত্তা নপী তাবদো ঐসু উই।"

"কবিননো যাম্মুং ঐনা অসুম্না হেক হেক তৌবিবসে?"

"অদুবুবো, নঙনা অদুমমাইনা হেক হেক তৌবিসি ঐনা নঙবু নুংশিবননি।"

"নুংশিবা হায়বদি কমদৌবা জাৎনো?"

"হেবা শুমদৌবা জাৎনি - নঙনা নহান নৌপ্পা অতোনবদু পম্বদা তৌবদু অদুম হায়না" হায়বগা সনাহলনা শংবান্নবীবু চেজেৎ কোল্লগা মখজাই অনীদা ওন্না ওন্না চুপ্পীবম্মী।

"ও:ও: সি ওইবে। অদুদি যাম্মুং ঐসু নঙবু যাম্না নুংশি নঙবু অমুক্তা চুপকে।" হায়দুনা শংবান্নবীনা সনাহলবু কোল্লগা মখজাই অনীদা ওন্না ওন্না চূপ্পীখি।

# ৮

# ফিরিঙ্গী লমলৌ

শায়বা কল্লগা ওইনমই ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি। মসিনি মলেষনা মণিপুরদা তৌখিবা। শম্নু শম্নরুরবা নকশিন্নরুবদা খুদোংচাবা লেম্না মাঙহন্দবা ইংরেজ জাতীনি অদুগা চায়োন্নবগী নিংঙাইনা থবক অদু খঙথু থুজনহনখি মণিপুরদা। পলাসীগী লানগী তুংদা ভারত্তা ললোনবা লাকখিবা ইংরেজশিং অচৌবা শক্তি ওইরকখি অমসুং ললোন ইতিক তৌবগী মহুত্তা পাম্বৈ কয়ামকুম শিজিন্নদুনা লোইলম শন্দোকপা অমদি লৈঙাক সাসনগী থবক্তা পুক্নীং চঙবা হেল্লকখি। ইংরেজশিংগী অসিগুম্বা লোইলম শন্দোকপগী পাম্বৈশিং অসিবু মৈতৈশিংনা শম্না "ফিরিঙ্গী লমলৌ" হায়না খঙনৈ। লমলৌ অসিগী অহানবা খোঙথাঙদি খোংদাফম (ফমফম) লৌবা। মসিগীদমক মখোয়না খোঙদাগে খল্লিবা লৈবাক অদুগী নিংথৌদা খুদোন পোৎ অথেমপোৎ কত্তুনা মখোয়গী ফেক্তবীগা লোয়ননা লানবন মচা অমা শানবা লম নীগনি, লম অদুগী মমল লৌবীনু খাজনাসু কোকপীয়ু হায়গনি। অসুম্না খোঙদাফম ফংলবা তুংদা লল্লোন ইতিক্তা কান্নবা খুদোংচাবা লৌবতা নত্তনা লাম্মী পৈশিন্দুনা মপাঙ্গল কনখৎহনগনি। অসুম্না ফম্বা চল্লবা তুংদা লৈবাক অদুগী অভিভাবক শাদুনা লৈঙাক সাসন্দা খুৎ থিংজিনগনি। নিংথৌ শাগৈদুনা শোম্থবক্লবা, নিংথৌ মচাশিংনা ফম্বান লান তৌনবদা মখোযগী মতেং নিরকপা অমগী মতেং পাংদুনা অতৈবু নমথগনি। মখোয়না মতেং পাংদুনা ফম্বান্দা ফমহল্লিবা অদুনা কবিগুম্বা মখোয়না পামদবা য়ানিংদবা তৌরবদি অফবা লৈঙাক্কী মিংদা লৈবাক অদু মখোয়না লৌশিনগনি অসুম্না হিপ্পা চনখিবনি।

মোগল নিংথৌবেন জহাঙ্গীরগী ফরমান অমনা সুরাটতা খৃ: ১৬১২ দা ফেক্টরী লিংখৎখিবা ইংরেজ লল্লোনবা কাঙবু ব্রিটিশ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীনা রোবর্ট ক্লাইভকী মতমদা লৈঙাক সাসনগী থবক পায়খৎপা অনৌবা লম লৌশিনবা হৌরকখি। খৃষ্টগী শতাব্দী ১৯ হৌরকপদা কম্পানী অসিগী গর্বনর জেনেরেল লোর্ড ৱেলেসলীনা সবসিদিযারী এলাইয়েন্স প্রথা হৌদোক্তুনা মারাঠা, মহিসুর নিজামনচিংবা ব্রিটিশকী মখাদা থমখি, কম্পানীগী লৈবাক চাউথোকহনখি। তরামাপল শুবা শতাব্দীগী ময়াই য়ৌবকপদা গর্বনর জেনেরেল লোর্ড দালহৌসিনা হৌদোকপা অফবা সাসন অমদি দোক্ত্রিন অব লাপস হাযবা নীটিনা ভারতকী লেমহৌবা লৈবাক অয়াম্বা কম্পানীগী লৈবাক ওইখি।

খৃ: ১৮৫৭ কী সিফাই লালহৌবগী তুংদা কম্পানী মুৎথৎলে কম্পানীগী লম পূন্বা সরকারগী ওইরে। অসুম্না ভারতকী লমপূন্বা লৌশিনবদা শীজিন্নখিবাপাম্বে অদু মণিপুর লৌশিনবদা শীজিন্নখি।

ফিরিঙ্গী লমলৌদি মণিপুরগা ইংরেজ কম্পানীগা অহানবা ওইনা খৃ: ১৭৬২ দা চীংথংখোম্বা মহারাজনা হরিদাস গোসাইবু চট্টগ্রাম তান্না থাদুনা কম্পানীগী থৌপুবা হেনরী ভেরেলিষ্ট সাহেবতা মরূপ ওইনসি অমনা অমগী মতেং পাংনসি অৱাগা লান তৌনবদা মতেং খর পাংবিয়ু হায়না সন্ধি তৌনরুবদা ফেক্টরী অমসুং লানর্বন শানবা লম লেমনা পীয়ু, লাশ্মীগী অচঙবা খরচ্চ পুথোকউ হায়রকখিবা অদুনি। অদুবু সন্ধি অসিদি চৎনখিদ্রে। চীংথংখোম্বা মহারাজনা তেখাও নিংথৌ রজেশ্বরগী মতেংনা খৃ: ১৭৬৭ তা অৱাশিংবু মায়থীবা পীখি। চৎনখিদ্রবা সন্ধি অসিগী মতুং চহী ৬০ বোমদি ইংবেজ কম্পানীগা মণিপুরগা মবি লৈনখিদ্রে।

মথংদা চাবোন্নবগী নিংঙাইনা চহী তরেৎ খুন্তাকলবী মণিপুরবু পৃথিবী লৈমায়দগী মমিং মুখৎলগে হোৎনরিবা য়েক্লবা অৱাগী মখুত্তগী কনগে হায়না ৱাশক্লবা চারোন্নবগী নিংঙাইনা মণিপুবদা লৈবা ঙমদদুনা ময়াং লৈবাক্তা লৈখ্রবা মবৈবাক নীংবা মণিপুরী মচাশিংনা ইবুংসি গম্ভীর, নরসিং মচীন- মনাওগী লুচীং মখাদা মণিপুব লেভি লীংখৎপদা খৃৎলায়নচিংবগী মতেং থিরকপদা ইংরেজ কম্পানীগী মতেং লৌবা তাখি। মতেং অদু লৌকবা নুমিত্তগী মখোয়না নজর চঙদুনা ফিবিঙ্গী লমলৌ হৌথ্রবনি। মতেং অসি ফংননবা গম্ভীর, নরসিংহ অনীনা মঙক যোন্দুনা টিলাইন লানফমদা অৱাগী লানবন্দা লান্দাদুনা অৱানা ফাখ্রবা ফিবিঙ্গী অফিসাবসিং অৱাদগী মুন্দুনা মথৱায় কনবীখি। অৱা তেঙ্গোলবু মায়থীবা পীখি। খৃ: ১৮২৪ দা কম্পানীগী গর্বনর জেনেরেল লোর্ড অমহাষ্টনা অৱা নিংথৌগা লাম্ব্নিরে হায়না লাওথোক্লবা তুং গম্ভীব সিংহগা কম্পানীগা মণিপুরদগী অৱা তাম্হোকপদা মতেং পীবগী সন্ধি তৌনদুনা খৃ ১৮২৫ দা ব্রিটিশ লাশ্মী ৬০০০ ব্রিগেদিয়র জেনেরেল সুলধন্না কমান্দ তৌদুনা ঢাকাদগী কাছার তান্না লাকখি। অদুবু জিরি য়ৌরকপদা অনা অয়েক য়াওরকপদগী চঙশিনবা য়াদদুনা হন্দোকখি। গম্ভীর, নরসিংহদি মণিপুর লেভি সিফাই ৫০০ পুদুনা মণিপুর তম্পাক তারগা অৱা পূন্বা মায়থীবা পীদুনা নিংথি তুরেল ৱাংমা লান্না তাম্হোকখি। মণিপুর মনীং তমলে। কবো তম্পাক লৌশিল্লে। গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ ওইরে। মদু খৃ: ১৮২৬কী য়েন্দাবো সন্ধিদা য়ানরে। মরৈবাক নীংবা মণিপুরীশিংতনা মণিপুর মনীংতম্বা লৈবাক ওইহনবনি। অদুবু ফিরিঙ্গীশিং অসিগী মখৃৎ শাংদোকপসি য়েন্দাবো সন্ধিদগী হৌথ্রবনি। মখোয়না মরূপ ওইরিবা মণিপুরগী নিংথৌ তানদনা

মাগী অয়াবা মাঙজৌননা লৌবা তৌদনা অতোপ্পা মনীংতম্বা লৈবাক্কা সন্ধি তৌনবা বারেপ্পবদা মণিপুরগা মরী লৈনবা বাফম মণিপুরগী মীহুৎ শাদুনা মখোয়না লেপথোক্লগা য়ানখোকপ্পগা সহি তৌগ্রে হায়না পাউ ওইনা পীরকখি। মণিপুরগী নিংথৌনসু মরূপ ওইরিবা শক্তি অমনা য়াম্নবা তৌগ্নবা থবক অদুবু করম্না য়াদে হায়সিগে হায়না হায়হৌদবদগী মণিপুরগা মপান লৈবাক্কা লৈনবা মরীগী বারেপ্পবগী থবক মখোয়গী মপুক্তা লৈগ্রে অদুনা মপানগী মনীংতম্বা লৈবাক্না মণিপুরবু ফিরিঙ্গীশিংগী মখা পোনবা লৈবাক অমগুম ওইহনখি। মসি মণিপুর মপাল্লি গৃহজদ্রে মরূপ ফিরিঙ্গীনা মণিপুরগী কনবা তৌগনি হায়না খল্লি। অসুম্না খৃ: ১৮৩৪ দা লেপ্তেন্নেন্টগী মরীগুম্না সন্ধি তৌনবদা গম্ভীর সিংহ মহারাজনা কুবরুং হওবিকপুগা ফিরিঙ্গীশিংনা মুখা লৈবাক্তা নঙ্গোল ইথিক্তু তৌরগা লেম্না খুমোংচোরবা কুনবা অদা নিংথৌনা পান্না মচুং ইন্না মণিপুরগী লম কবো তম্পাকপু অদা নিংথৌনা পীখোকখি, মচুগী অশুঙবগী তুমনুংবা খুনিংগী লুপা ৫০০ থক মণিপুর নিংথৌনা পীরগনী, অসিগুম্বা য়ানচে অসিনা সহি তৌনবা থগুহল্লকখি। অসিগুম্বা ফিরিঙ্গী লমদৌ অসি মরূপ অমনা তৌরকপা ওইহনা য়েংলুনবা পাঙ্গল লৈতবা অদুদা নীংবা কায়রবা নিংথৌ থম্মোই লায়নানা নাদুনা চহী অদুমক্তা মহারাজ গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাখি।

গম্ভীর সিংহ মহারাজগা য়ানখিবগী মতুং ইন্না ফিরিঙ্গী অফিসার মেজব গ্রান্টনা কমান্দ তৌরিবা মণিপুর লেভি বাটালিয়নগী নোংমৈ মক লেম্না পীরম্বদু মহাবাজ অসিনা নোংগাখিবা চহী অদুদগী লেম্না পিখিদ্রে মদুগী মমল কবো তম্পাক শান্দোকপদা ফংবা শেনফমদগী কক্তুনা লৌহৌবে। অসুম্না খৃ: ১৮৩৫ তদি ফিবিঙ্গী লমলৌ মবা তাবা হৌবে - চহী অসিদা মণিপুবদা পোলিটিকেল এজেনসি হাংদোক্লে। মণিপুব লেভিগী অফিসাব লেপ্টিনেন্ট গোর্দন না অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবে। এজেনসি হাংবগী মবমদি মণিপুবগা ব্রিটিশকা মরূপ মপাং ওইনা লৈনবিবা মবী চেৎশিন্নবা অমদি মণিপুব সবকাবগা ব্রিটিসকা ঈ-পাউ ফাওননবা মেদিযম ওইবা অমদি সিমানাদা লৈবা মণিপুবীগা অব্রাগা খৎন-চৈনবা থোকপা থিংননবনি। অদুবু মরূ ওইবা মবমদি অব্রাগী লমদা লৈবিবা ব্রিটিসকী অপাম্বা অদু খুদোং চাবা হনগৎহন্নবনি। হৌজিক ফম্বা চনপ্রে হিপ্পা চল্লক্লনি।

মহাবাজ গম্ভীব সিংহনা নোংগাখ্রবা তুংদা মাগী মচা অঙাং ওইবিবা চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ হাপ্লগা লৈবাক্কী থবক্লা মাগী মহুৎ শিন্দুনা সেনাপতি নবসিংহনা পুবম্মী। মদু মরূপ ওইবা কম্পানী সরকাবদা খঙহন্খিবদা ফিবিঙ্গীশিংসিনা মদুবু য়াবিবে হায়না খঙহল্লকখি। হায়বদি ফিরিঙ্গীশিংসিনা মণিপুব অসি মখোয়গী মখাদা লৈরবা লৈবাক

অমগুম্না খনবা হৌখ্রে। মণিপুরীশিংনদি ফিরিঙ্গী সরকারবু মণিপুরগী মরূপনি হায়না অদুম খল্লি। নরসিংহ সেনাপতিগী মতৌক মগুণ উবদা মচাগী সিংহাসন মুনবীগদবা হায়না খিপাইরবী, মচাগী মিংদা লৈঙাক্কী শক্তি পুম্বা পায়নীংবী গম্ভীরসিংহগী মহারাণী কুমুদিনীনা খৃ: ১৮৪৪ দা নরসিংহ হাৎননবা তৌরুবা থৌরাং অমা মঙ্গল ওইদ্রদুনা মচানুপা নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি পুদুনা থৌরাং অদুদা য়াওরুবা অওম্বা কয়ামুক্তা লোয়ননা মণিপুর থাদোক্কুনা কাছার তান্না চেনখি অদুগা ফিরিঙ্গীশিংদা ঙাকপী শেনবীযু অমদি সিংহাসন হঞ্জিনবীযু হায়জরুই। ফিরিঙ্গী সরকারনা কবো তম্পাক অশানমন্দগী থা খুদীংগী লুপা ১০০ পেনসন পীখি অমসুং ফিরিঙ্গী সিফাইনা ঙাক শেন্দুনা থমখি।

খৃ: ১৮৪৪ দা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মণিপুর থাদোক্কুনা চেনখ্রবা তুংদা লৈবাক্তা পান্বা মতুংইন্না নরসিংহনা নিংথৌ ওইবদা মাগী মগুণ মুন্না খঙলবা ফিরিঙ্গীশিংনা অয়েংপা অমত্তা পীরক্তে, মহারাণী কুমুদিনীগী য়া লৌদে। অসুম্না চহী ৬ লৈরবা মতুং খৃ: ১৮৫০ দা নবসিংহ মহাবাজনা নোংগাখ্রবা মতুং দেবেন্দ্রনা পানবা হৌরকপা মতমদা পাখঙ ফাববা নিংথেম চন্দ্রকীর্ত্তি মাগী খোঙ্লোই কয়ামুক্তা লোয়ননা মণিপুবদা লান্দাবক্কুনা নিংথেম দেবেন্দ্রসিংহবু তাম্ছোক্কুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। নিংথেম চেনখিবা ধাকা তাবা মহাবাজ দেবেন্দ্র ধাকাদা ব্রিটিশশিংদগী কবো তম্পাক অশানমন্দগী থা খুদিংগী লুপা ৭০ খক পেনসিন ফংখি।

নিংথেম চেনখিবনা ঢাকাদা লৈখ্রবা তুং চন্দ্রকীর্ত্তিনা মণিপুরদা পানবা মতমদা ফিবিঙ্গী লমলৌ হিপ্পা চনখ্রে। নরসিংহ মহারাজনা পাল্লিঔদা লৈরম্বা মণিপুরগী লৈঙাক শাসনগী লমদা নীংতম্লম্বদু লোইখ্রে - ফিরিঙ্গী লমলৌদা লৈঙাক শাসন্দা ফাওবা ফোংনা খুৎ থিংজিল্লক্লে। ফিবিঙ্গী সরকারগা য়ানদবা হাও কাঙলুপ অমদা খুৎলায পী হায়বগী ব্রাথোক্তা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজবু চৈদুনা ব্রারকখি অমদি মানা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবসি ব্রিটিশ সরকারনা য়াবিবগী মখা পোল্লি হায়না ধমকা তৌরকখি। মসিগী তুংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ ব্রিটিশনা হায়বা ইনবা নিংথৌ ওইখি। ব্রিটিশ সরকাবনসু খৃ: ১৮৫১ দা মহাক্না মণিপুরগী সিংহাসন কাবদু য়ারে অমসুং মাগী তুংদা মচা মশুশিংবু নিংথৌ ওইহনগনি হায়বা অচেৎপা য়াথং মঙোন্দা খঙহল্লকখি। অসুম্না মরম ওক্লবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ভারতকী সিফাই লালহৌগী লুচিংবা সনা চহি অহম্ (ইবুংসি নরেন্দ্রজিৎপু) ফাদুনা ব্রিটিশ সরকারদা পীবগীদমক মনা ওইনা ব্রিটিশ সরকারনা থাঙ অমা ড্রেশ অমা অমসুং বেল্ট অমা পীখি। অদুগা মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট অমা থম্বসি মণিপুর প্রজানা পাম্নরে হায়না লৌখি অমসুং মাগী থৌশিলনা ফিরিঙ্গী লমলৌ মরা তাখি অমসুং মণিপুরগী চীং অমসুং তমগী প্রজাশিংগী মরী লাপথোক্লবা

হৌরকখি। খৃ:১৮৭২-৭৩ দা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট আসামগী চিফ কমিসনরগী মখাদা থমখি। চহী অসিদা এজেন্ট ব্রাউন্না শীন্দুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগা গর্বনর জেনেরেলগা শিলচরদা উনখি- মসিবু মণিপুরদা জিলা দরবার হায়না খঙনৈ।

পোলিটিকেল এজেন্টসি লৈয়তাববা তুং খৃ: ১৮৭৭ তগী মার্চ ১৮৮৬ ফাওবা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা সাব জেমস জোনষ্টোনগী মতমদদি ফিরিঙ্গী লমলৌ মতোল লোন্নক্লে। মহাক মণিপুর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী চান্নবা মরূপনি লৈঙাক শাসনগী থবকতা নিংথেম্না মাগী পাউতাক য়াম্না লৌবম্মী। মাগী পাউতাক মতুং ইন্না নিংথেম্না মচানুপা কোইরেংবু লম হেল্লি হায়দুনা থাঙ্গাদা লোই থাখি। হৌজিক ব্রিটিসনা মণিপুর য়োংশিনগদবতা মঙাইরে। মদুমক খৃ:১৮৮৬ তা নিংথেম পীশক্লা নোঙ্গাখ্রবা তুং ইকুই কুইদনা চাবোন্নবগী নিংঙাইনা থোকহনখি।

মণিপুবনদি ব্রিটিশবু মখোয়গী চান্নববা মরূপনি হাযনা খল্লি, মনীংতম্বা লৈবাক্লী নীংলি। ব্রিটিশশিংনসু মচীন্নদি অদুম্না হায, অদুগা তৌথোবকপা থবক্লদি মণিপুব মখোযনা লোই চল্লবা লৈবাক অমগুম্না উৎলি। মবম অদুনা মনীংতম্না হিংনিংলিবা মণিপুরী মচা সনা কোইবেং, থাঙ্গাল, সেঙ্গোই, হাজাবীগুম্বনদি মনীং তন্নীবা লৈবাক মণিপুরগী লৈঙাক্কী থবক্তা ব্রিটিশ অফিসাব অমনা খাবৈ খাবা শাবকপা অদু যাম্না য়ানীংলমদে। নিংথেমগী যাথং ওইবগী ইনবতনি। অদুনা নিংথেম পিশক্লা নোংগাখ্রবা তুংদা মলেষগী মথক্তা পৈখৎলম্বা অশাওবা নুংঙাইতবা পূম্বদু মথি ফোংলক্লে। মসিনা চাবোন্নবা নিংথৌমচাশিং খাইবুং-খাইবুং, নাকপাক-নাকপাক তানবকখি।

নাকন অমদা নিংথেম পীশক্কী তুংদা নিংথৌ ওইবা সুবচন্দ্র মহারাজ অমসুং মাগা মমা তিন্নবা মনাও অহুম পাকা সনা, থম্বৌ সনা অমসুং গোপাল সনা অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদনা মমা অমত্তা তিন্নদবা মচা মরী কুলচন্দ্র, কোইরেং, অঙৌসনা অমসুং জিলাঙম্বা। নাকল অমগী লুচিংবনা পাকাম্না অতোপ্পা নাকলগীনা কোইরেংনি, অনী অসি কন্না হিদান্নরিবনি। হিরম খুদীংদা মঙোন্দগী হেনবা কোইরেংবু পাকাম্নানা কল্লকই, কি অমসুং চিংনৈ অদুবু মহাক নিংথৌগা পোকমিন্নবা মনাওনি, মখোয়গী কাঙবুনা হেন্না চাউফম থোকই খুদোংচাবা অপাম্বা পুম্বা ফংফম থোকই খল্লি। অমদি ময়াম্বুং নিংথৌবুদি মপাবুং নিংথেম পীশক্তা তৌবগুম্না ব্রিটিশশিংনা ঙাক শেনবীরি অমসুং মাগী য়েক্লবা পূম্বা ফিরিঙ্গীশিং মায়থীবা পীগনি হায়না খল্লি। নিংথেম সুরচন্দ্রনসু অদুম্না খল্লি অদুনা মপাবুং সনা হাক্তক্তা লৈবাক্কী শাসন্দা এজেন্টনা খাবৈ খরা শারকপা থিংগে হায়না খন্দে। অদুগা নিংথৌ সুরচন্দ্রনসু মমা তিন্নবা মনাওশিংগী মীচং চঙই

হায়না মমা তিন্নদবা মনাওশিংনা খল্লি অমসুং ময়াম্বুং নিংথৌনা মমা তিন্নবা মনাওশিংগী ব্রা লৌদুনা মখোয়বু নিংথৌশেম্বগী মরাল পীদুনা অন্নাফমদা তাগদ্রা হায়না নুংশা থ্রী চিংনৈ।

মাগী গাদি অসি ব্রিটিশ সরকারনা ঙাক শেন্দুনা থম্বীরি হায়না খল্লিবা সুরচন্দ্র মহারাজদি মপাবুং মহারাজগা এজেন্ট জোন্সটোনগা নক্লবা মরী লৈবা অদুগুম্না এজেন্ট গ্রীমউদকা নক্লদে। কোইরেং সেনাপতিনা গ্রীমউদকা হেন্না নক্লবা মরী লৈ। জোন্সটোন অমসুং গ্রীমউদ অনীগী থৌশিলসু খৈন্নে। ব্রিটিশ সরকারদি হৌজিক মখোয়গী ইন্টরেষ্ট শোকপা নত্তবা থবক্তা খোয়জংদে। পুম্নমকসিগী মথক্তা নিংথৌ অমা ওইনা মনাও পুম্নমকপু পোকমিন্নবা পোকমিন্নদবা থিদনা মীচঙ-মীখায় নাইদনা চপ মান্ননা লুনা তৌবা লোয়নবা ঙমদবা অসি মাগী অশোনবা দোষ অমনি।

ময়াম্বুং ওইজরবসু কোইরেংগা পাকাসনাগা পঙহন হন্নবা নত্তে। অদুবু কোইরেংনা হীরম খুদীংমক্তা মঙোন্দগী হেনবা অমদি প্রজানা য়াবা অদু উবদা পাকা সনাগী কল্লকপগী ঙমখৈ লৈরমদে। পাল্লিবা নিংথৌগী হেক পোকমিন্নবা মনাওনি হায়না মুক্তনা কোইরেংবু মানা শীংনরম্মী অমদি তৌফম থোক্তবা কয়ামরুম তৌরম্মী। নিংথেম সুরচন্দ্র মদু খামজিনবগী মহুত্তা খঙশিন্নরমদে মবম অদুনা পোকমিন্নদবা চারোন্নবা কাঙলুপকী চিংনবগী মচাক ওইরক্তনা উংখৎনরক্লিবা মৈগী চীং পোকখায়নবা মরম ওইখি।

মতমসিদা পৃথ্বীগী হোংলক্লিবা রাজনিতিগী ফিভম অসি মণিপুরগী শাসন পাযরিবশিংনা খঙদবরা, থৌশাদবরা নত্রগা চারোন্নবগী নিংঙাইনা লাকহৎখিদুনা মদুদা পুক্নীং থিংজিল্লুবা ঙমদবা ওইবরা অমদি ওইনি। মণিপুরদি চহী ৬৬ কী মমাঙদা ফিরিঙ্গী কম্পানী সরকারনা হায়খিবা মণিপুরদি ফিরিঙ্গী সরকারগী মিত্র রাজ্যনি হায়বদু কন্না থাজরি। অদুবু ফিরিঙ্গী অফিসারশিংগী ব্রাখলদি য়াম্না হোংলে। হৌজিক ভারত্তা কম্পানীগী শাসন লৈত্রে। ব্রিটিশ সরকারগী শাসন্নী লোইলম শন্দোকপনা মখোয়গী অপাম্বনি। খৃ: ১৮৮৫ দা অহুমশুবা এঙ্গলো বর্মিজ লানগী তুংদা অন্না লৈবাক পুম্বা ব্রিটিশনা জয় তৌখ্রবদা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যদা নুমিৎ তাবা লৈত্রে- জয় ওইরবা ফিরিঙ্গী অফিসারশিং মখৌ পোঙলে ঙকচাও থেক্লে - মখোয়গী লোইলম্না ইকোয় কোয়শিল্লবা খৃজিন মমায়মুক্তা পাকপা মণিপুরনা মনীং তম্না লৈবসি মখোয়গী মমিৎ নাবনি। অদুনা ঙারাকপীনা ঙা লুম্বগুম লাক্লনবা লুমদুনা তাঞ্জা য়েংদুনা লৈপ্রবনি। চারোন্নবগী নিংঙাইনা তাঞ্জা অদু খৃ: ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বরদা পীখি। মদুদা শম্বন্না হবাই মতোন অদুম চাখ্রে। ফিরিঙ্গী লমলৌ মপূং ফাখি।

৯

# পাখণ্ড মচা সনাহল

খৃ: ১৮৯০ চঙলকপদা মণিপুরগী মরু ওইবা তাংফম অমা য়ৌরক্লে। চহী অসিদা স্নাখ্বা সনাহল সেঙ্গোই সনা চহি ১৮ চঙলে, পাখণ্ড মচা ওইরক্লে। অদুগা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌমিন-কামিন্নরকপী শান্নমিন্নরকপী তুরেল ম্বাংমগী গুরুময়ুম নিংঙোল অশংবী, শংবান্নবীসু চহী তরামঙা মপুং, তরাতরুক চঙলক্লে, মপুং মরৈ ফারক্লে থাগী থাবোম ঈল্লক্লে। খঙহৌদনা নোংমা অয়ুক অমা মথন্তা শকয়েং মিংশেল অমদা মশাগী মমায় মায়থোং অদু উরুবদা মথন্তা ঙকচখি। হায়জখি মথন্তা - "ঐসিবু অসুক ফজরবরনে?" "ফজৈ ফজৈ।" মহাক মতা অমা ওইনা রাশি লৈনা ফজরবী লৈশাবী মচা অমা ওইরম্লে। মহাক মথন্তনা খনবা নত্তে, মপা মমা, মবুং মৌপ্বা, মচে মনেম, লৈরোই লৈকায়গী মী পুম্বনা হায়নরবী শীংথানরবী অমা ওইরবনি। কৈরোই লৈকায়তা নত্তে, য়ুম্লোন কৈরোন্নবা খুন লৈকায় লান্না মাবু ফজবী অমনি হায়না উরুবা মী পুম্বনা হায়নবী, লম্বায় ইম্ফাল তূনা শোন্নরবী শীংথানরবী অমা ওইরবনি। থোইদোক্লা সনাহলগী মিত্তদি মানা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবিনী।

য়ান্নবা শাংলবা অমুবা শন্নাংনা মথোই কাহল্লবী মায়থোংদা তুমিন্না লৈতবা মরোল লোনবী মিৎস্নানা অউবা খুদীংদা - "ঐবু উরগা করি খনবগে" হায়না হংলিবী, থীক থা ফন্না তোঙ্গাননা চাউদম শাংদম ফজবী ঈহল তল্লকলিবী শংবান্নবী ফিভম্মা নহা অহল খায়দনা উরুবা পুম্বা থম্মোয় ঈরাং হৌহল্লি।

শংবান্নবী মশক মতৌ ফজবা হেঙ্গংলকপগা লোয়ননা মশাগী ম্বাখল পুক্লীংসু মওং মতৌ মশক হোংলক্লি, করিননো হায়বদা মশামক্তি খঙবা ঙমজদে। অঙাং ওইরিঙৈদা হৌজিক্তগী চহী অনীগী মমাঙ ফাওবদা অমুক্তা খল্লমদবা ম্বাখল কয়া মবুক্লীংদা ফাওরকখি খঙনীংবা কয়া হেনগৎলকখি। ইচম চম্মা লোয়নজরকপা স্নাখ্বা লৌথুপ লৌকোই লৈনরমদবা অদু মাঙখিদুনা হঙ্গোইরপ তৌনা লোয়নবা হৌরকখি হান্নগী মাবু উরগা হরাওবা অদুদি হম্হরমদে হেঙ্গৎলকখি মবুক্তসু হান্না খল্লমদবা জাৎ জাৎ খনবা হৌরকখি। মাবু য়েংদুনা লৈবা য়েংনীংবসু হেঙ্গৎলকখি, অদুবু মিৎচিনা য়েংবা নত্তনা হান্নগুম্মা পুংয়ান চানা লেপ্তুনা মমিৎ মমিৎ মিৎচাননা য়েংবদি ঙমলক্তে হরান মিৎয়েংনা শিনপ্লে। মহৌশাগুম ইচম চম্মা থৌনা ফনা মায় ওনশিন্দুনা স্নাখ্বাদা হায়নীংবা ম্বা হেক্তা হায়বসু ঙম্লক্তে লৈয়েংদা খুর্জি ফায়রক্লে। স্নাখ্বানা করিগুম্বা ম্বা অমা হায়রক্লবসু মমায় লুকথদুনা নত্রগা নাকন্দা লৈয়থোক্তুনা তায় পুংয়ান চানা

লেপ্পা ওমদে। পাউখুম পীবা তান্নবসু মচাক চেন্না লেংফাত্তনা মমায়দি ওনশিল্লত্তনা খুম্মী । করিগুম্বা স্নাখ্বানা মাঙ্গী মনাক য়াম্না নক্লা লেপরবদি স্বায় স্বায় পাখৎলি। করিগুম্বা স্নাখ্বনা খুৎনা মখুত্তা মশাদা খেংলক্লবদি ইলেক্ট্রিক শোক ফুম্না জিং লাউই - মশা পুম্না মতু চুংই - করম্বা রহস্যনো ? অসুম্না মী অতৈগা মান্নদবা, স্নাখ্বাবু উরগা পোক্লিবা অঙকপা অসি করিনো - স্নাখ্বাগী মশাদা লৈরিবসি করি ওইরিদগে হায়না শংবান্নবী য়াম্না হেক্তা খঙনীংখি।

স্নাখ্বা সনাহন্ল সেঙ্গোই সনাসু অদু মঙায় মশাদা অহোংবা খর থেংনরক্লি। মখোল ওল্লক্লি হঙোই মাল্লকপগা লোয়ননা কোইনৌ হৌরক্লে,মপাঙ্গল কনবা হেনলক্লে। শংবান্নবীগা মাগা লৈনবা মরীসু মওং খর হোংলক্লি। হান্নগী অঙাং ওইরিঙৈগী শান্নমিন্নবা লোয়ননা লৈমিন্নবা ইচম চম্বা নুংঙাইবা অদু নত্তবা হকচিনবা হেন্না লুশিল্লকপা মরী অমা মাগী থম্মোইদা ফাওরকখি। শংবান্নবী উরগা নুংঙাইবা, মাগী মনাক নক্লা লৈনীংবদি হেঙ্গৎলক্লি অদুবু মঙোন্দা হায়নীংবা হায়বা ঙম্বগী থৌনাদি হন্থরকপগুম তৌই। শংবান্নবীগী মনাক নক্লুবদা মশাদা ঈনিল অমা ফাওরকই, স্বায় স্বায লাউবগুম তৌই, মদু হান্নদি তৌবমদে কবিননো ? শংবান্নবীগী মশা পুম্বা পায়দুনা নান্দুনা কবি করম্বা অহোংবা লৈববগে য়েংনীংই, অদুবু শংবান্নবীগী মখুৎ পায়রুবা মনাক নকশিল্লুবদা জিং লাউবা অমা ফাওবকপনা য়োৎচাবীগী মান্নবা পোলনা হন্দোক্লবগুম স্নাখ্বা সেঙ্গোই সনা থক থক হন্দোকই, থৌনা পুম্বা হন্থখি- মসি হান্না তৌবমদে-শংবান্নবীদি কমদৌবা, নীংশিংলকখি -

চহী অহুমগী মমাঙ মেরা থানি। ইম্ফাল তুরেলগী ঈশিং তরু তরু খ্বাংতপ নানা চেল্লি। থুন্নুথোং খুনীং থেক্তগী শিংজমৈ থোং য়ৌবা তুরেলগী ঈচেল চুমদ্রীং চুম্না চেল্লি, থেল্লবদা খ্বাং য়ৌই অয়াম্বা মফমদা লেপ থুম্না লুই। ঈরোয়বা ঈরুপ্পা শানবা তান্নবা ঈশিংদা অমাং কৈরোই শান্নবা য়াম্না নুংঙাইবা মতমনি। পাখঙ মচা লৈশাবী মচাশিংগী নুংঙাইজবী মতমনি। স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী হিদেন তাফমদা ঈনখৎলক্লিবা নুপা মচা খর ভুম থুগাইবী শান্নরি।

স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী হিদেন তাফম তোর্ব্বান য়াংবীথক্তগী তুরেলগী ঈচেল য়ৌবা ফাও তরু তরুই অমোৎ-অকাই লৈতে, স্নাখ্বাগী মনাইশিংনা নুমিৎ খুদীংগী বাই শীত্তোকই - অঙম্বা লৈরায়দা থাক থাক তুরেলগী ঈশিংগা তাইনফম ফাওবা শেম্মী। ঈশিংগা কংফালগা তাইনফমদা খুনেৎ খুদা নুংপাক অচৌবা অমসু লৈ। ছোরোক য়াঙবীদগী তোর্ব্বান ফাওবা অশংবা তিংথৌ হৌই চাংচপ মান্নবা ককপগুম তরু তরুই, তোর্ব্বান অদু লমপাক মচা অমনি- লম্পাক অদুদা অয়ুক অমদি

নুমিদাংবাইরমদা নুপামচা নুপী মচাশিংগী শান্নফমনি। নুপী মচাশিংদি, মরুওইনা নুংথিল নুমিদাংবাইরমদতা শান্নে। অয়াম্বা মতমদা মখোয়না শান্নবদি উলাউবী তান্নবা অমাং কৈরোই তান্নবা, ক্লাক-ক্লাক শান্নবা, ক্লাক মাঙজোং তান্নবা সেবতী কাওনবা অসিনচিংবা নোংমা নোংমগী থোকউ-থোকউবা। তোম্দোন, থরো, পিশক, থোইবী, ইন্দু মখোয়গী লিডরনি। মরক মরক্তা তুরেন য়াংমগী বামন ইবেম্মা শংবান্নবীসু শান্নবা য়াওরে। মানা য়াওরবা নুমিত্তুদি য়াম্লুং সেঙ্গোই সনা লেঙদ্রবা ভাবক্লি। মাগী মমান্নবা লোয়নদুনতা লৈবা ইবোবী, তোম্বা, নুপামচা ভাবক অদুম ওই, সেঙ্গোই সনাদি মমিৎ কুপতে, মাগী মিৎয়েংদগী শংবান্নবী শুক্লান নাম্থোক্তে। য়াম্লুংনা ভাবক ওইবনা শংবান্নবীসু থব্বায় য়াওনা শান্নে।

নুপামচাশিংনা অয়ুক্তা চেঞ্জোং মাঙজোং চৈতেক কোৎপী এরি দুরী- নুংথিলদনা অথালী পাথালী, আগর গোমতা টিকেৎ কোয়বীনচিংবা নোংমা-নোংমগী থোকউ থোকউবা। সেঙ্গোই, তোম্বা, ইবোবী, নুপামচা মখোয়গী লিডরনি।

ঙসি অয়ুক লম্পাকতা থোক্লরকপদা মখোয় মরি থেংনখি। ঙরাং সেঙ্গোইনা চেঞ্জোং থোইখিবদু নীংশিংদুনা ইবোবীনা শীংনরকখি।

"সনা ঙসি চেঞ্জোং শানবা তান্নসি।"

"ফৈনে, নঙ হান্না চোংলো।"

ইবোবী মফি তাখত্তুনা গজ ২০ মুক লাপ্পা মফমদগী চেল্লক্তুনা চোংলম্মী লম অহুমলোম শান্না তাই। মদুগী মপাদা চৈ য়ুংদুনা থম্মী।

"মথং নুপামচা নঙ চোংলো।"

চোংই, ইবোবীদগী ফুট অমা হেন্না শান্না অদুবু চোংফমদা খোঙপাক অমা হেঞ্জিনখিবনা ফাউল তারে লৌদ্রে।

"মথং তোম্বা নঙ চোংউ-"

তোম্বা চোংলে অদুবু ইবোবীগীদু য়ৌবা ঙমদ্রে। মমৈদা "ঐ চোংলগে" হায়দুনা সেঙ্গোই সনানা চোংবদা ইবোবীগী অদুদগী খুদুপ অমা হেন্না শান্না চোংলে। মতুংদা ইবোবীনা অহুম্লক চোংবদা সেঙ্গোই সনাগীদু য়ৌবা শকঙম ঙমদ্রে। সেঙ্গোইনা থোইরে ইবোবী পোরে।

ইবোবী মথ্বায় নুংঙাইতে হায়রকই - "সনা চেঞ্জোংদি নঙনা থোইরে, মাঙজোং ওইনা তান্নসি।"

"ফৈনে" - মাণ্ডজোং তান্নরে ইবোবী পোরে। অসুম্না খোংখাই খূবৈদসু ইবোবী পোরে। ইবোবী মথব্রায় নুংঙাইতে - "খোঙবী মাণ্ডজোং শীংনরক্লে। সনা ঈরুজনীংলক্লে অদুনা অহুম্লক চোংবদা খোংবী পায়বা মখূৎ নাম্থোকশিন্নদুনা ফাউল তাহল্লে - ইবোবীনা থোইরে মখোয় মরিমক ঈরুজবা কূমথরক্লে।

তুরেল তম্না কূমথরকপদা - "ভূম থুগাইবী শান্নখিসি।" ইবোবীনা হায়রকখি। "ঙবাং ভূম অমমম লেমহৌবনি - মদু শান্নখিসি।" মখোয় অনীনা পাংশিল্লকখি। তঙায় ফদনা সনা য়াবা তাখি।

স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী হিদেন তাফম তোর্বান মথক্তগী তুবেলগী চাংজৌ ফাওবা শিরি থাক থাক লৈরিবা অদুগী অব্রাংথংবা নাকন্দা গজ অহুমলোম শাংনা ভূম ওন্থফম অকুৎপা অদু লৈ। মখাদা থুগাইনবা ভূম থমফম অকুৎপা অদুসু লৈ। মাগী মাগী ভূম পুথোক্লরক্লে। অকুৎপা অদুদা সনাগী ভূম অদু থম্লে। মদু থুগাইনবা ইহান হান্না ইবোবীগী ভূম অদু ওস্থহল্লকখি। অদুবু করিমত্তা অতেক অকায় থোক্লমদে। অদুম্না তোম্বা নুপামচা অনীগী ভূম্নসু করিসু শোকহনবা তৌবমদে। মথংদা ইবোবীগী ভূম থম্লে, মথক্তা তোম্বা অমসুং নুপামচাগী ভূম ওন্থবদা কবিসু তৌদবা অদু সনাগী ভূম্না থেংবদা মযি চৎলে। মথংদা তোম্বগী ভূম অদু সনাগী ভূম্না থেংবদা পৃংতোই তোইবে। মথংদা সনাগী ভূমদা থেংলুবদা নুপামচাগী ভূম উফুল ওনখ্রে- ইবোবীগীসু পৃমতোই তোইরে। মখোয অহুম্না হাযবকখি- "সনা নঙগী ভূমসি নূং ফুস্মালে-যেংখিসি।"

"নখোয যেংজহৌরো" হাযরম্লগা মাদি ঈশিংদা চোংথদুনা ঈবোযখ্রে। মখোয় অহুমসু ভূমদু মেত্তুনা শিক্তুনা যেংলম্লগা থোক হুন্দোক্লমদুনা ঈশিংদা কূমথরক্তুনা ঈবোইমিন্নরম্মী।

মতমদুদা স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী হিদেন তাফমদগী অব্রাংলোমদা গজ ১০ মুক হাইগৎলগা মায়োক্লনা লৈবা তুবেন ব্রাংমা গুরুময়ুম রতনগী হিদেন তাফমদা লৈশাবী মচা অহুম-মরিগা মৌনহা অনী অহুমগা কূমথবক্তুনা চেংহী লুজবা যাও, ঈশিংদা কূমদুনা ঈরোয়বা য়াও, ঈরুপ্পা যাও তৌদুনা যাম্না লাঙলম্মী। সেঙ্গোই সনানা নুপীমচাশিং অদুগী মরক্তা শংবান্নবী য়াওই হায়বা খঙখি, হেক খঙবমক্তদা মহাক মনাক্তা য়াম্না চৎনীংলম্মী ঈরুজমিন্ননীংলম্মী। মানা হায়রকখি-

"ঐখোয় ঈরুপ্পা শানবা তান্নসি।"

"ফরে ঐ হান্না লূপ্লগে" হায়দুনা ইবোবী মমায় মখা ওন্না চূপ লুপখি। মিনিট অমরোমগী তুংদা খারোমদা গজ ২৪/২৫ লাপ্না লৈবা সুবদারগী হিদেন তাফম

হেন্দোক্লগা ফাওগংখি। মথংদা তোম্বা, তোম্বগী মথংদা নুপাময়চা মথং মথং ঈরুপ্তুনা মিনিট অময়োম্মগী তুংদা ইবোবীগী মনাক্তা ফাওগংনখি অদুমু অনী অদু ইবোবীগী মপা হেন্থবা ওয়খিদে। মথংদা সনা মমায় মখা ওন্না লৃপখি। অদুবু মিনিট মঙা তরুক হেন্নফাও ফাওগংলক্তি, মখোয় অহন্না খন্নে - মাদি শানবসু য়ান্না শানবনি কুইনসু লুপ্পা ওম্বনি, ঐখোয়বু হেন্দোক্তুনা থাগ্গা চংগ্রমাল্লে মখোয় অহন্মক মখা ওন্দুনা শিংজমৈ থোংলোমদা মমিং শংদোক্তুনা য়েংলম্মী। মিনিট তরাবোম হেন্নফাও ফাওগংলকপা উদ্রবদা মখোয় নুংশা থীনবে, লাইনা লৌত্রমাল্লে খন্নবক্লে কাখংলসি হায়নরম্মী।

সেঙ্গোই মমায মখা ওন্না লৃপগ্রবসু ঈশিং মনুংদা মমায় অৱাং ওন্না ঈচেলগা লাপ্লেংনদুনা অদুম হাইগংলকপনা বতনগী হিদেম তাফম য়ৌরক্লে। ঈশিং মনুংদা লৈশাবী মচা অনীগী মখোঙ নাম-নামা পাযদুনা চিংলল্লগা ফং লিংখিংখিদুনা শংবান্নবীগী মনাক যৌপ্লে। লৈশাবী মচা অনীদু খংদুনা ইপা পাখংনা - "হো ইমা!" হাযনা লাউদুনা ঈশিং মনুংদগী অকিবগা লোযননা কংফানলোমদা চেনখংলম্মী। চেংহী লুজবিবী মৌ নহাশিংদুনা "কৈদৌবে কৈদৌবে হংলম্মী।" লাইনা খোঙ পাযদুনা চিংলল্লে হাযদুনা তোৰ্বান্দা কাখংলম্মী মবাঙ মবাঙ তৌবম্মী তাঞ্জা অদুদা সনানা শংবান্নবী মমাঙমক্তদা ঈশিং মনুংদগী ফুক ফাওগংলম্মী শংবান্নবী খংপ্রেক খংদুনা পাখংপগা লোয়ননা লাউবকখি - "হো ইমা!" অদুগা তুথবকলমই, সনানা মাবু সুপকোন কোনশিল্লম্মী। শাওমনখ্রদুনা - "নপা" চৈগে তৌবকপদা যাম্নুং ওইবম্বদুদা মখা ক্রক চীক্তুনা তৃমিন্না লৈখি। খুদক্তুদা সনানা হায়খি - "শংবান্নবী চেংহী লুজমিন্নকসি। হো ইচে হো ইতৈমা চেংহী লুজবা খিত্তা যাওজগে।" হায়না হাযনা শংবান্নবীগী মখুৎ পাযদুনা চেংহি লুজবিবদু তম্না চিংশিনখি। মৌ নহাশিংদুনা হাযখি,

"মঙাও থীনা ঙাওব্রেদা সনা নঙসে!"

"য়াম্নুং কৈদৌনা ঙাওশিন্নবিনো কযাম পাখংলুবে ঐদি।"

"ঐখোযসু লাইনা খোঙ পায়দুনা চিংলে হায়দুনা কযাম কিকরে।"

"য়াম্নুং মতুংদদি অসুম্না তৌবি লাকপীনু।" - এ চেংহীবু অদুম লুজবা হৈনবথা সে ঐ লুজবিগে হায়দুনা চাইথশেলদগী চেংহী খুজোক খুজোক লৌদুনা শংবান্নবীনা মকোক্তা শ্রু শ্রু নোইদুনা লুজবীবম্মী।

ৱাবী ৱাতাই শাদুনা মৌনহাশিংদুনা ফাগী ফবাং তৌদুনা সেঙ্গোই, গোপীলক্তা কৃষ্ণগুম ৱা ৱা নোক্তুনা লৈবি। অশোমদা ইবোবী, তোম্বা, নুপামচা মখোয অহম

তফিং তফিং সুবদারগী হিদেন্দা কাখৎলগা তোর্বান্দা ঙাইহাক্তং মমায় মখা ওন্না লেপ্তুনা সনা কবিগুম্বা তাউখৎলকপ্রা য়েংলম্মী, উবা ফংলমদে, হিদেন তবেৎ নিপান লান্না মখাবোমদা চেঙ্গদুনা য়েংলুই, কন্দায়দসু মাবু উবমদে। মখোয়গী মবুক্লীংদা সনাহল মথকলোমদা ঈকপুনা চংলম্বা য়াই হায়বসি শুকখন খল্লমদে অদুনা অব্রাংলেমদা থিবা যেংবগী ব্রাখল শুক্লে লৈবমদে। অদুনা ইপা পাখৎনা সনাহল লাইনা লৌখ্রে হাযনা স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী সঙ্গায়দা পাউ পীবম্মী। নুংশা থীববী মমাশিজনা মনায় মশল থাদুনা স্নাকোনুংগী স্নাখ্বাবু কৌহনখি, মাইবা মাইবী তানদুনা শিংজমৈ থোংদা তাইবেন মনা খবায় খলহনখি। অদুগী তুংদা তুবেন্দা ঈকপুনা থিননবা কাঙবুগা চংননবা শেম শাবিঙৈদা কবিমত্তা তৌদবা সানা ময়ুমদা চঙলকখি।

থৌদোক অদু চহী অনী ফাদ্রি। থৌনা ফনা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা হায়নীংবা হাযবা ঙল্লম্বা থৌনা অদু ঙসিদি লৈত্রে। মাবু হেক উবদা হায়গে হাযনা শাগৎলম্বা ব্রা পূম্বা মাগী মনাক হেক য়ৌবগা লোইনা হেক্তা কাউবা, ওন্ন-তৈননা হায়বা মদুসু মযেক শেংনা হাযবা ঙমদবা লৈবোয়-লৈফায তৌবিবা অসিবু কবিননো ? মাগী মবমদা ব্রাখল যাম্না খল্লি, ভাবনা দলান শাই। মহাকপু ঐতগীনি খল্লি, কনা অমত্তা মাগী মনাক নকহন্নীংদে। কনাগুম্বা পাখঙ মচা অমা মাগা ব্রাবী ব্রাতায শাবম্বা উকব়দা খোযশাওনৈ, মসিবু কবিগীনো ফল্লে ফম্না খল্লি, চংলে চংনা খল্লি, তূমলে মঙদা উই, তূমদ্রে মাঙদা, ঐগী ব্রাখল পূম্বা মাতনা থল্লি, অতৈ অমগী মফম লৈতে। অতোপ্পা নুপীমচা অমগী মনাক্তা চংলুবা ব্রা ঙাঙলুবা লঙনকবা কবিসু তৌদে মহৌশাগী মহৌশানি। অদুবু শংবান্নবীগী মনাক নক্লুববা মাগী ঈনিন্না হুকচাংসি ফোঙ-ফোঙ শাই, থেংলুবদা ইলেক্ট্রিক্ত সোক জিং লাউই মী অতৈদা যাওদবা কবম্বা পোৎশক অমা মাগী মশাদা যাওবগে?

সেঙ্গোইসনাদা তাবিবা দষা অসিমক শংবান্নবীদসু তাবম্মী। অঙাং ওইবিঙৈগী লৌথুপ লৌকোই লৈবমদবা ইচম-চল্লম্বা অদু মাঙ্খ্রে কবিননো খঙদে ইকোই-কোইবে। থাগী থাবোম ঈল্লকপা অহানবা থাগী খোঙচৎ লাকপা মতুং ব্রাখলগী ঈবাং মবাং কাযবক্লি, খঙনীংবা হেঙ্গৎলক্লি। যাম্লুং স্নাখ্বাগী মবমদা কুপ্না থিগৎলক্লি। অদুনা নোংমগী মনুংদা পূং কুনমবিদি মাগী ব্রাখলনা থল্লি।

ঙসি নুংথিল শংবান্নবী থোইবীসনা উনবা লাকই। মরু ওইবদি যাম্লুং স্নাখ্বা উনবা মঙোন্দা ব্রাফম অমখক হঙ্গৎপা লাকপনি। ব্রাফম অদু মশা মথন্তা হাযজগে নীংবনি অদুবু মশানা হায়বা ঙমদ্রদুনা থোইবীসনাবু হাযহনবনি।

"যাম্লুংদা হায়ববু নশানা কোক হেক হাযযু।"

"থোইবী! ঐনা হায়রদি য়ারক্লোই, নঙ খর হায়বীয়ু, নঙসু য়াওগদবনি হায়য়ু।"

"হাইমা ঐবু য়াওগদ্রনে ?"

"ই: ই: ঐনা ঙসাইখে হায়রিসিবু উখোকতেন্দরা ? নঙ য়াওদবা য়াবরনে?"

"ঐ য়াওরগা নখোয়বু নুংঙাইদ্রাম্মি।"

"ঙকত্রদো ! অদু ওইরসু য়াওদ-য়াদে, খর হায়বীয়োম্মি।"

"নঙ নশানা হেক্তা হায়জৌদা।"

অসুম্না মখোয় অনী অমগা অমগা "নঙ হায়য়ু নঙ হায়য়ু" হায়দুনা ইন্নরিঙৈদা য়াম্মুং সনা চঙলকই, হংলকই, "করিনোনে নখোয় অনীনা হায়নরিবদুবো কনাদা করি হায়বনো ?" মখোয় অনীমক তুমীন-তুমীন লৈ চেক মোক লাউদে শংবান্নবী মমায় ঙাঙশিল্লকই নাতোন শুমাং হুমাং মবিক-মরিক কারকই মাগী মতৌদু উবদা থোইবীসনা খোয়রুম তৌই, মমায় হাইগত্তুনা মযাম্মুংদা ওনশিল্লগা তপ্না হাযবকই, - "অদুবুরা য়াম্মুং কাইনদা জগোই বাস য়েংবা খব পুবিয়ু হায়বিবা।"

"কৈদৌঙৈ শান্নদৌবিবা কনা কনা যাওদৌবিবা ?"

"অদুবুরা শজিবু পুর্ণিমা নুমিত্তা, শংবান্নবীগী মচেবেম্মগী মচানুপী থবানা থৌবাণী শারিবনি।"

"শজিবু পুর্ণিমাদি শংদৌ মান্দে।"

"জগোইদো পাবুং স্নাশ্বানা ঙাক্কদৌরিনি য়াম্মুং নহাক চত্তবা য়ারোইয়ে; লাই খুরুম্মীংদুনা তৌবনি ঐসু চত্তৌরিবনি।"

"অদুদা.....!"

মতাংসিদা শংবান্নবীনা ফেনজিল্লকখি।

"অদু-অদা খঙদে য়াম্মুং জগোই রাস খুরুম্না ঐখোয়বু পুবিদবা শুকয়া য়ারোই।"

# ১০

# কাউন্ট লালী যুনিয়র

মণিপুর সনা লৈবাক্না মনীং তম্লীঙৈ, মনীং তম্না মৈদিংঙুশিংনা পাম্লিঙৈ মতমদা মণিপুরদগী মপান্দা থাদোকপা মপানগী মীনা য়াম্না পাম্না লৈনবা লল্লোন পোত্তি ষন লাবা, ইরোই অমসুং শগোলনি। ময়াং লল্লোনবা কাঙবু-কাঙবু চহী খুদীংগী মণিপুরদা লাক্তুনা ষমোক য়াম্না য়াম্না লৈদুনা মণিপুর মপান্দা পুথোকখি। মীরৈবাক মচা লল্লোনবশিং অদু সনা-কৈথেলগী নোংচুপ্তা লৈবা অহাঙবা মফমদা মখোয়গী য়ারেকফম ওইদুনা অহিং লেকই। অসুম্না নুমিৎ কয়ানীমুক ফাইদনা লৈরগা অপান্বা মশীং শুনা ষমোকশিং লৈরগা তোংজৈ মরীন্দা পুখি।

মীরৈবাক মচা লল্লোনবশিং ব্রিটিস ইণ্ডিয়া সরকারগী শক্তাক চে অমমমগা লোয়ননা মণিপুর চৎপগী য়াথং চে অমমম পায়। মণিপুরদা চঙবগী য়াথং চে অদু চন্দ্রপুরদা মণিপুরগী থানানা চুম্মী য়ারে হায়না সিল নমগনি, সিল নমদবা চেদি চৎনবা য়ারোই। শক্তাক চে, য়াথং চে য়াওদবশিং মণিপুরনা ফাদুনা দণ্ডি তৌবা য়াই অসুম্না মীরৈবাক মচা লল্লোনবশিং অহিং য়ারেক্লিবশীং মাগী মাগী চান-থক্লবা থোং থাক্তুনা শেম শারিঙৈদা মখোইগী মরক্তা য়াওরকপা মশক লোৎপা ফিরিঙ্গি অমনা মথন্তা লাউনা ৱারী শাবগুম হায়বকখি - "কাউন্ট লালীনা হায়রকপদি ষমোক অফবা লৈগে হায়রবদি মণিপুরদা চৎলু। অদুবু ঐহাক মফমসিদা নুমিৎ মঙানী শুরে কদায় ষমোক অফবা অমা ফাওবা ফংদ্রি।"

মণিপুর মহারাজগী মীরৈবাকমচা লল্লোনবশিং য়েংশিনবা অঙম্বশিংনা মখোয়বু য়েংশিনবা হেক লাকপা মতমদা মহাক্না ৱাহৈশিংসি হায়দুনা হেক হেক লাউই। কনাসু থৌওইনা তাদে অদুম চৎনখি। মঙানীশুবা নুমিৎ অদুদদি হাজারীনা থাদোরকপা অকামচা অদুনা তারদুনা কোনুংগী অঙম্বশিংদুনা চৎখ্রবা তুংদা লাউরিবা মীরৈবাকচা লল্লোনবদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা লোল্লপ্না হায়রুই।

"নহাক কাউন্ট লালীরা ? ফর-ফরবা ষমোক হাজারীগী য়াম্না লৈ।"

"(খর লোল্লপ্না) হাজারী খঙবিবরা ?"

"খঙই।"

"মহাক ঐগী মরূপ্নী ঐ মাগা অমুক্তা উনজগে ? মাগী ষমোক য়াম্না লৈবা নত্রা? ঐবু মনাক্তা অমুক্তা পুবিয়ু।"

"মহাক্না অদোম্বু মা উনরমদনা চৎখিনু হায়- ষমোকসু মাগী য়াম্না লৈ। অদুবু হৌজিক মাগা উনবদি ফংলোই।"

"করিগীনো ?"

"মহাক হৌজিক মফমসিদা লৈতে।"

"কদাইদা চৎখি ?"

"অৱাং হাও, ঙাওই হায়দুনা লাকশিনবা চৎখি।"

"কৈদৌঙে হল্লক্কনি ?"

"চয়োল অমা ফাখ্রে- ঙসি নোংমা নিনিসিদা য়ৌরক্কনি। স্নথোং অচৌবদা থুংলনি।"

"মহাক হেক লাকপগা ঐবু মনাক্তা খর পুবিয়ু।"

"ফৈ, ঐ নঙবু লৌবা লাক্কে।" হায়রম্লগা হাজারী মনাই হনখ্রে।

মথং নুমিৎকী নুংথিল, নুমিৎ চায়থবকপা মতমদা কংলাগী নোংচুপ স্নথোঙদা মী ময়াম মরাঙ-মরাঙ তৌনরকপা লালীনা উখি, তাখি জয়ধ্বনী লাউনরকপা - জয় জয় মণিপুরেশ্বর মহাবাজকী জয়, য়াইফবে যাইফরে লাইশ্রবা হাজারীনা য়াইফরে, "য়াইফরে য়াইফরে সনাহল সেঙ্গোই সনানা য়াইফরে- জয় জয় মণিপুরেশ্বর মহারাজকী জয়।"

শাফি-লানফি শেৎলবা ওইথংবা নাকথংদা থাঙশাঙ, য়ান, নমদা চুঙ্গোই, মথাদা আরাম্বাই থন্না হাপ্লবা তেন্দোং য়াল্ল-শগোল তোংবা অনীনা মাঙ থারদুনা নোংমৈ লেংথোং নানা পায়বা লাম্মী কুনখক খোঙথাং মান্ননা চৎলি। মদুগী তুংদা মখুৎ তুংবুন্নরবা লানফা তরামঙা পুন্না থৌরীনা পুল্লগা লাম্মী অহুম্না থৌরীগী মচীন পায়দুনা চিংদুনা চৎলি, মখোয়গী তুংদা তা পায়বা লাম্মী য়াখৈ, থাঙ চুঙ্গোই পায়বা লাম্মী য়াখৈ পরেং লেংদুনা জয় ধ্বনী লাউদুনা লাক্লি।

স্নথোঙদা লান ঙম্লক্লবা কাঙবু অদুবু বাজাই বেঙ্গুন্না সলামী খোংদুনা তরাম তরাম্না ওক্লি। মাঙ থারিবা শগোল তোংবা পজেং ফিরান থেৎপা চীংলেম্বা অদু লাইশ্রবা হাজারীনি। অতোপ্পা অমদুনা মী লাই কিদবা ঈনখৎলক্লিবা পাখঙ সেঙ্গোইসনানি। লানঙম ফিরান থেং লানফা কয়া ফাদুনা হল্লকখিবনি জয় ধ্বনী লাউদুনা। সনা সেঙ্গোইগীদি অহানবা লানফমনি। সনা কোনুং স্নথোঙদা বেঙ্গুন্না সলামী ওক চঙখি সনা কোনুংদা, লালী মমিংমক্লা উখি কৈথেল্দগী।

নুমিৎ অদুগী সন্ধ্যা মতুংদা হাজারীনা অকামচা অদু থারক্লুনা লালীবু লৌরুই। পোৎয়োম অমা লেংথোং নাদুনা লালী হাজারী মনাক য়ৌরকখি। হাজারীদা সলাম তৌরম্মী। সলাম ওক্ল-ওক্লা হাজারীনা হায়রকখি-

"চঙবীরকউ কাউন্ট লালী; কয়ানী শুরে ইস্ফালদা।"

"চয়োল অমা ফারে।"

"ঙাইবদা বারম্লনি, ঐহাক লৈবাক্কী থবক চত্তবা য়াদদুনা চৎলুবনি, অদুনা মতম চানা উনবা ঙমদবনি। খুদোং চাদবা লৈতেকো ?"

"হৌজিক ফাওদি লৈত্রি ? সার।"

"থবক্তি মঙ্গোল ওইরবরা ?"

"য়াম্লমক মঙ্গোল ওইরে।"

"অদুদি চৎসি স্নাখ্বা সেনাপতি উনকুবসি।"

অসি হায়রদুনা অকামচা অনীনা থৌগল তৌ হাজারী লালী তুং থা-মাঙথা সেনাপতিগী সঙ্গায় তম্মা লাকখি। সেনাপতি সঙ্গায় শঙবা লাল্লুপচিংবদা হায়দুনা উননবা য়াথং লৌহল্লুরে। হোজং লানশিন্দুনা চঙলক্লগা মৈ ঙান্না থাল্লবা সঙ্গায় মাঙ্গোন্দা ফমদুনা লৈরম্বা সেনাপতি কোইবেংদা খুকুম্লগা হাজারীনা হঙ্গৎলম্মী-

"অজ্ঞা, ননাই ফবাসি মচাদু যৌবক্লে, পোত্তুসু লোয়নরকই।"

"কনা লৈ খর কৌশিল্লু।"

"কাউন্ট লালী যুনিয়র, অজ্ঞা।"

লালী চঙশিল্লক্লুনা সেনাপতি কোইবেংদা সলাম তৌনা তৌনা হায়রকখি-

"য়োর হায়নেস, ঐহাক ফ্রান্সতগীনি। ঐগী মিং লালী কৌই। খ্বাইনা ঐবু কাউন্ট লালী যুনিয়র হায়না খঙনৈ, শ্রীরঙ্গপত্তনগী সুলতান টিপুগী গোলন্দাজ লাম্মীগী সেনাপতি কাউন্ট লালীগী মশু শুথাংনি। মিষ্টর হাজারীগী মরূপনি। মিষ্টর হাজারীনা হায়রম্বা মতুংইন্না সেম্পল অহুমখক পুজরকই সনা মিংয়েং তাবীয়ু।"

"চঙশিল্লকউ লালী, তাঙবলদা ফমউ। কদায় সেম্পল অহুমদু য়েঙ্গে।"

"য়েস য়োর হায়নেস।" হায়রগা মানা পুরকপা পোৎ ময়োম অদু হাংদোক্লুনা য়েংহল্লম্মী। নোংমৈ অশাংবা অনী, অতেনবা অমা, মেগজিন নোংমৈ অশাংবা অতেনবগী মরু খর অমসুং নোংমৈ হিদাক লালীনা মথং মথং উৎলকখি।

"য়োর হায়নেস মসিদি সোট গন্নী। অমুক কাপ্পদা সোট অমদগী হেন্না কাপ্পা য়াদবা নোংমৈ হিদাক হাল্ল-হল্লগা কাপ্পা খূদোং নোংমৈনি। মসিনা রাইফলনি মেগজিন্দা সোট তরা তরা হাল্লগা অমুক হানবনা তরারক কাপ্পা য়াই। মসি অনৌবা মোডেল্লনি ইউরোপতদি হৌজিক মসি ওাক্তা শীজিন্নরে। মসিগী মরু অসি খুদুপ ১২০০ লাপ্পা টার্গেট ফাওবা পানবা ওস্মী। অতেনবা নোংমৈ অসি রিভোলবরনি অমুক্তা সোট তরুক হাল্লি। তরুকলক কাপ্পা য়াই খুদুপ য়াংখৈ হেন্না শাল্লি।"

"থাঙ অতেনবা ছূরী অমা য়াওরিবসিনা করিনো ?"

"য়োর হায়নেস ! মদু বেয়োনেটনি, রাইফল মতোন্দা থেৎলগা হকথেংনবা লানফমদা শীজিন্ননবনি।"

"মসি শীজিন্নবদি কনানা তম্বীগনি, হাজাবী।"

"ননাই নিরঞ্জন সুবদারনা অদুম তম্বীগনি, অজ্ঞা ?"

"লালী ! রাইফলগা রিভোলবরগা অসিদগী হেন্না ফবা খূৎলায় লৈরিববা ? তোপ নোংমৈ অফবা লৈবরা ? ঐখোয়না খূৎলায়শিং করম্বা কান্দা ফংগনি ?"

"য়োর হায়নেস! খূৎলায় ময়াম অমদি থা মরীগী তুংদা থুংলগনি। ব্রিটিসনা শাসন তৌবা লম ফাওদুনা খূৎলায় পুশিল্লকপা অরায়বা ওইদে। মখোয়না পার্মিৎ পীদে অদুনা লোন্না পুশিল্লকপা তাবনি।"

"চুস্মী লালী, ব্রিটিসনা অব্রা লৈবাক লৌশিনখ্রবা তুংসিদদি মণিপুর অসি মখোয়গী লমনা পূংকোয় কোয়শিনখ্রেদো। অদুম ওইনমক মরুগা কোন্ননা রাইফল চহুমখক্কা রিভোলবর তরা খক্তংদি থুনা য়ৌরকপা পাস্মী। হাজারী, বোইনা খর পীনবা শীনখো।"

"য়াম্মা ফনি, অজ্ঞা" হায়না সেনাপতি খুরুম্লগা হাজারীনা লালীদা চৎননবা ইঙ্গিত তৌরকখি। লালী হৌগত্তুনা "য়োর হায়নেস" হায়না সেনাপতিদা সলাম তৌরল্লগা থোকমিন্নখ্রে।

মতমদুদা হোজংলোমদা মরাং-মরাং তৌনরকখি লাউনরকখি "কনানো", "ফারো ফারো"। গুরুং গুরুং চেন্নরকখি। ওাইহাক লৈরগা লাল্লুপ চিংবা তংকোনা মখূৎ তুংবুন্নরবা নহা পাখঙ অমা ইবুংসি সেনাপতিগী সঙ্গায় শুমাঙদা পুশিল্লকখি। তংকো চঙশিল্লক্তুনা খুরুম্মী, ফারক্লিবা পাখঙ অদুসু খুরুম্মী।

"কনানো সিদে, তংকো করি তৌরে।"

" অজ্ঞা, লৈপল মরুমদা লোন্না লৈরম্বা থেংনদুনা ফারকপনি। ইবুংসি শগোল হঞ্জবগী মনাইনি।"

"ইনাও পাকাগী মনাই ওইরে। নঙদি লৈপল মরুমদা কৈদৌরুরিবা ?"

"অজ্ঞা মনাও ইবুংঙো শগোলহঞ্জবনা ময়াং লল্লোনবা অমা ননাই হাজারীগা লোয়নননা চৎখিবদু কদায়দা চৎলিবনো য়েংলুচো হায়না থারকপনি অজ্ঞা !" নিক্লা নিক্লা খুমলকখি।

"এ: অদুগী ওইরে। অদুদি অতৈ কনাসু নত্তে, মীরৈবাক মচা লল্লোনবদু ঐগী মরূপনি, ঐগা উনগে হায়বদুদা হাজারীগা লোয়নননা ঐগী সিদা লাকপনি নবুংঙোগী য়াথং ওইরবদি ঐগীসিদা কোক চঙলকপা য়াদ্রা ? করিগী লৈপল মরুমদা লোন্না লৈরুরি।

"অজ্ঞা ননাই খঙদদুনা তৌবনি ননাইবু ঙাকপীয়ু।"

"ফবে ফরে ঙসিসিদি কৈশুম শঙদা লৈরুরো। তংকো ! নহা অসি কৈশুমশঙদা থমজিল্লুচো মী অতৈগা উনহনগনু।"

কোইরেংনা খনখি, মানা তৌবা থবক পূম্বদা মিৎয়েং চঙবা চিত্রগুপ্তা চুরানথাবা কয়ামরুম লৈরে, ইপু থঙ্গাল তানদবা য়াদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা হল্লকপা তংকোদা য়াথং পীখি। "ইপু থঙ্গাল কৌরু।" কোয়রেং মখা তারকখি "হাজারী, চুরানথাবা লৈরে। লালীদো নোং ঙান্দ্রিঙৈদা মণিপুর থাদোকখিনবা খর হায়রু।"

# ১১

## কাইনদা ৰসন্ত ৰাস

নিংথম কাপ্পী লোইখরে উরি-ৱাওরি থাগী লুৱাওবা খংগোনবা চৎখরে মণিপুর তম্পাক্তা বসন্ত ঋতু য়ৌরক্লে। অরীবা উনা কেনখ্রবা উশা-ৱাশাদা উনৌ-ৱানৌ চোংলকলে। হৈনৌ মপাল শারক্লে। নামিবা মালয়া নুংশিংনা লিরি লিরি কাঙহাই চামর যৌগল তৌ নীংথিজরে মণিপুর তম্পাক কুঞ্জবন অদুবু খুৎনা শোক্ত্রিবা খুৎশেমগী মমি তাদ্রিবা কাইনা চীংগী বসন্ত কুঞ্জবন উরুরবদি তম্পাক্কী বসন্ত কুঞ্জবন থৌওইরক্তবসু য়াই। পুরান্দা শীংথারিবা মণিপুর গোবিন্দ শাফোংফম ভাম্মুখ গীরি কাইনা চীং। কোরৌহনবনা খলোংদা লেপ্তুনা য়েংবদা ইহান হান্না উবা, মাবু মায়োক য়াবা চীংগী বসন্ত কুঞ্জবন পূক্লীং হুনা শুঙ্কৎপনি, কুঞ্জবন অসিদনি শ্রীশ্রীগোবিন্দগী ফংঙমদ্রবা বর ফংখিবা অনীনা।

অয়িঙ-অশা মান্নরক্লি বসন্ত কুঞ্জবন্দা। মপান্দা লমহাঙদা নুংশা য়াক্লা শাদ্রি, ইমুংদা উরুমদা তরৎ তরৎ ঈংলম্বসু ফরক্লে শম্না হায়রবদা অচীক অশা মান্নবা পুক্লীং হকচাং নুংঙাইহনবা মতমনি। উনৌ-ৱানৌ চোংলকপা উচেক মখল কয়াগী হৱাও ঈশৈনা পূক্লীং ঈথক হৌবনা শাবী-শানৌ কয়া মালহৌনরে। মখোয়দুগী মরক্তা সেঙ্গোই শংবান্নবী য়াওরে। ৱাখলগী ঈহুল হোংলে বসন্তনা মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লি অনীদুসু অথিংবা লৈতনা তাংথক নাইদনা চেনশিন্নরক্লি।

শংবান্নবী নুমিৎ তাবা ঙাইঙমদে, লাঙতক্লনা ঙাইহিরি লাবা খোঙদোই হুল্লকপা। থোঙ্গাল্লোমদা মুনা-মুনা য়েংলি। চবোৎ মরা শংব্রে খোংজাই নাপী য়েনশীন্নচিংবা ময়াল শুনা হাপ্তুনা মুন্না ফুৎলবা চেংহী উতি লুজদুনা, ইম্ফাল তুরেলগী তোৰ্ব্বান হিদেন মতা ফবদা নুরা চকা নন্দুনা ঈরু মাইথজরগা ফিশেঙ শালু ফনেক শেৎ খুরখুল মুগা ফি ফুরিৎ ঙকশম কোৎপী লিৎ, সনা ফিগে মচুগী ফি মতেক ইন্দুনা চন্দন চৱা লংনা থিন্দুনা লাৎচরিবা লাই মদন-মোহনজিগী সেবা লোইরগা পাম্মুবগী মেলন খূদোন চিগোংলৈ শংব্রে ব্রীনাম নাপী জাতিকুপ্পী, তখেল্লে নাচোম শেল্লগা ষা-চন্দন অতকপা চাইরগা লাইদা কৎলবা নির্ম্মল্য পাম্মুবগীদমক চেকশিন্না থমলি। পাম্মুবা লাক্লগা নাপ্পদা থেৎপীগনি তিনমু লাইমু ভুৎ প্রেত ঙাকথোক্লবা।

মাগীনি হায়না খঞ্জখিবা মিকুপ অদুদগী পাম্মুবা খংহেন হেঙ্গৎলকখি। মাগীতা ওইনীংখি, অতৈ কনা অমত্তগী খূৎ চঙহন্নীংখিদে।

"কল্লকপসু হেঙ্গৎলক্লে, মিহৌবসু য়াওরে, করম্মো ঐনা তৌদৌরিসিবো।" শোগ্গখি শংবান্নবী মথন্তা চীকথরক্লবা সন্ধ্যা মতুং অদুদা।

ঙরাংসু অৱাংথংবদা লৈবী মমান্নবী ইবেমচানা হায়খি, "করিনো ইবেম্মা নঙনা তৌরিসিবু অতাক অফোংনরে হায়বনি।"

"ঐনা ফন য়াম্না তুমিন্না লৈরবসু, ঐগী তুংদা মুশুক-মুশুক ৱা-ৱা লাউরসিবু অমুক লোৎলুবগী করি কান্নরিবগে ?"

"অদুবু মানদি খঙলবরা হায়বনি ?"

"করিগী খঙদনি পিশক পিক্লিঙৈদগী অদুম লোয়নরক্লবনি।"

"ঐনা হায়বদি নচীন কাওথোক্লরবরা হায়বনি।"

"মদুবু করি দরকার লৈরিবগে ? মিৎনা কয়াবক হায়ব্রে, নামিবদা কয়ারক পাউজেনব্রে, মুশুক-মুশুক্লসু হায়ব্রে।"

"পাউখুমদি ফংলববা ?"

"ফংব্রে পীরকব্রে, মিৎনা লখারক ইঙ্গিতনা কয়ারক।"

"অদু ওইরসু ইবেম্মা মচীন মক্লা অমুক্তং হায়হনবদি ফৈ।"

"ফৈ ঙসিমক.... খঙদে, খঙদে ইবেম্মা, ঐগীদি পূম্নমক অসি থৱায় হকচাং, পূক্নীং ৱাখল পূম্নমক মাগীনি।"

অসুম্না মথন্তা ৱারী শারম্নদগী ফুক হৌগত্তুনা মপান থোকপ্রে। কাইদ-কাইদা চৎখিদুনা তুলসীবুং য়ৌপ্রে। বৃনারাণী মনাক্তা লৈবিবা যাতিগী মখুৎ পায়রদুনা হংখি, "কমদৌসি হায়বা ? কয়াম ৱাৎলিগে য়ৌরক্দবা ?" যাতি তুমিন্না লৈ খুন্নক্তে। মহাকসু মাগীদমক্তা লাঙতক্লরি ঙাইহাক তুমিন্না লৈবগা লৈ খুজোক অমা পীন-পীনা খুন্নকখি - খঙদেদা ঐসু মাগী নাপ ঙাইবি।" মখোয অনীমক বৃনারাণীদা ওনশিন্দুনা খুরুম্লগা হঙ্গচ্চখি - "ইমা ! কয়াম ৱাৎলিবগে য়ৌরক্দবা ? লাক্লরোইদ্রনে ?" মখোয় অনীগী মতৌ উবদা নোকমি নোকমি বৃনানা হাযরকখি।

"ঐ লোইনা খঙঙী, ৱারুরনু য়ৌরক্লনি।"

কুইদ্রে, কোম্ফোংলোমদা মী খর লাকপগী খোঞ্জেল তারে। চাউদম শাংদম য়াম্লুং সনাহল্লনা মাঙ থারদুনা মরী মরী চঙলকখি অচৌ এলাংবা লৈরিক, লৈরিক্কী মমা সুবদারনী, থোইবী সনা মমাশিজ য়াইস্কুল লাকপী লোয়ননা ময়াং ইম্ফাল তোম্বা।

লাঙতক্লুনা কুইনা ঙাইরবা তুংদা ইখঙ খঙহৌদনা মাগী য়াম্নুং ফুং হেক ফাওরকপদা শংবান্নবী ইপা পাখৎকুম তৌই তথক-তথকই। অদুবু মিংশিং নাশিংবী পাইরক লৌশিং লৈবী শংবান্নবী তিন কুৎ য়োৎ মোমোন নোক্লা হায়রকখি।

"য়াম্নুংখোই য়ৌরকমন্দ্রবা অদুদা মপান থোক্লদুনা ঙাইরমলিবনি লেঙশিনবীরকউ য়াম্নুং,তাচৌ, তাতোম্বা, ইমাসি ইমাইবেম্মা, সুবদারনী করিনো থোইবী সনা লৈরিক নখোয়না ইকোই কোইরিসিবু।"

শংবান্নবী কোয়রাং লাঙই। মাগী মখোল তাবদা মমা থৌরাণী থোরক্লুনা "লেঙশিল্লকউ ইবুংঙো, লেঙশিনবীসি মমাসি মমাইবেম্মা! শংবান, নম্মান্নবী সনাগা লৈরিক্কা কৌশিন্দুনা ফম্মিন্নৌ; ইবুংঙো অনী সোমদা", হায়দুনা পাখঙ অহুমগা মমা অনীগা কৌশিন্দুনা ফম্মিন্নখ্রে, লৈশাবী অহুমদুনা শংবান্নবীগী কা য়ৌখ্রে।

মীতেক মীরৌ খঙবী য়াম্না উগনবী থোইবীসনা শংবান্নবীনা শেমদুনা থম্লম্বা তখৈল্লে নাচোমশিংদু উবদা হায়বকখি।

"শংবান্নবী নঙবু হেক উবদা ঐখোয় য়াম্নুংদি মশাদো অরাজনা ফুং ফুং কারবনি, সিদৈ তখৈল্লে নাচোমসি মাগী নত্রা ? মসি উববদি মা মথোই কারনি। নঙনা নাচোমসি মাগী নাপ্পদা হেক থেৎপীরবদি নুংঙাইবনা লুতোন শাৎনিকো !"

"অদুবুদি লৈরিক্কা তাচৌগসু অদু মঙাই, নঙগা তাতোম্বগদি কমদৌবা।"

"হোয় লৈরিকসু তাচৌ উবদা ইপঙ পঙথৈ; তাতোম্বগীদি খল্লনুদা, মাগী সিদি লৌশিত্তা খাজনা থীবা হায়দুনি।"

মখোয় অহুম বা লাউনা নোকই। শংবান্নবীনা মখা তারকই।

"হোয়দা হোয়দা, নাচোম অদো নখোয় অনী-অনী লৌরো অদুগা অমমম মখোয় অনীদা থেৎপীগেরা পীগেরা তৌরুরো। ঐগী অনী খাকপীরম্মু।"

"নঙগীদি কমদৌদৌরিবা ? থেৎপীদৌরিরা পীদৌরিরা ?"

"মদু ঐনা থোকপা তৌজগে।"

"অদুবু ঐখোয় চপ মান্নসে হায়বা," লৈরিক্কা হায়রকখি। লৈরিক থোইবীসনা মখোয় অনীনা তখৈল্লে নাচোমদু অমমম মশা-মশাগী নাপ্পদা থেৎলগা লেমহৌরিবা নাচোম অনীদু লা তাঙ্গ অমদা হাপ্লগা পুথোরক্লুনা অচৌ তোম্বগী মমাঙদা থম্লগা হায়রকখি - "তাচৌ তাতোম্বা নখোয় অনীগীনি হায়দুনা শংবান্নবীনা পীরকপনি অমমম লৌবিয়ু।" অদুগা থোইবী সনানা মখা তারকখি, "য়াম্নুংগীদি মহাক মশামক্লা পুখোকচরক্লে হায়হৌবনি।"

ঙাইহাক লৈরগা লা তাঙ্ক অমদা তখৈল্লে নাচোম অনীদু হাপ্লগা মখুৎনা পায়দুনা খোরল্লগা, "য়াম্বুং নাচোমসে ঐনা শেমজবনি অমত্তং য়াম্বুংদা কচ্চগে।" হায়দুনা নাচোম অমা লৌখৎলগা মখুৎনা পীগে চঙশিল্লকপা মতমদা সনাহলনা হায়রকখি, "ফরেদা, কোয়েত্তা ফজনা থেৎপীরম্মো।"

শংবান্নবী সনাহলদা ওনশিন্দুনা পূংয়ান চানা লেপ্তুনা সনাহলগী কোয়েৎ ফৈয়েৎকী য়েৎথংবা নাকচি উরিকসেৎ থেৎফম অদুদা নাচোম অদু থেৎলল্লগা খোঙকাপ অমা হন্দোক্লগা মশাগী নাচোমদু লৌদুনা মথস্তা নাপ্লদা থেৎকে তৌরকপা মতমদা ঙসাইমখৈ শুঙ্কৎলুরবা সনাহলনা, "ঙাইখো শংবান্নবী নঙগী নাচোমদু ঐ থেৎপীগে।" হায়দুনা মখুত্তগী নচোমদু লৌরগা পূংয়ান চানা শংবান্নবীগী মমাঙদা লেপলী। শংবান্নবীনা মাগী কোকয়েত্তা নাচোম থেৎপীনবা লেপ্পা মতমদগী হৌনা ঙসি শুঙ্কৎনা ফজরবী মাবু উবদা মখোয় অনীগী মশাদা জিং জিং লাউবা অমদি ফাওববনি মখুত্তগী নাচোম তাগে তৌই। চেংহী অফুৎপা লুজবগী নুংশিরবা শমনম অমদি তখৈল্লে নাচোমগী লৈনম্মা মব্রাক চেলহল্লবা শংবান্নবীগী মশাদগী থোবকপা ঈনখৎলকপগী ইনিন অমনা মযাম্বুং য়াখ্বা সনাহলগী মশাদা ফূং ফূং কাববা হায়ফম খঙদবা ঈবাং অমনা মশাদো পূমথন থল্লম্মী। মাতা নত্তে শংবান্নবীসু অদু মঙাই মশা অদু শিবুং-শিবুং লাউই ইপঙ পঙথরকই। মশা মরু তক -তহেন মশাদা শেৎপা পকচরবী অহনবা ফিজেৎনা লোৎপা য়াদ্রবী লমহেনবী মথোক কারক্লিবী চহী তরাতরুক মপূং তরাতরেৎ চঙলক্লিবী পোমশাৎনবি থস্বাল মাল্লবী শীংথানরিবী শংবান্নবীনা পূংবা চানা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হেক লেপ্লবদা সনাহলগী মবুক্লীংদা মাবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা চুপ্লীংলম্মী অদুবু মশাদি তনিক-তনিক্লম্মী। চহী মঙাগী মমাঙদদি ইরায় লায়না মাবু কোনশিন্দুনা চুপ্লীখিবনি। হৌজিক্তী মদু ঙমদ্রেকো মসিবু করিননো খন্না খন্না মখুৎ তনিক-তনিক শংবান্নবীগী য়েৎথংবা নাপ্লদা নাচোম অদু থেৎপীরগা ফন-কুইনা চাগদৌগুম য়েংদুনা লৈবম্মী। যাম্বুংগী মিৎয়েং মাঙদা চুম্মা লেপ্পা ঙমদ্রবী মশা ফেরে-ফেরে হাইগুম তৌববী অদুবু মফমদুদগী লেঙবদি ঙমদ্রবী শংবান্নবী চহী মঙাগী মমাঙদা য়াম্বুংগা মিৎচানদুনা য়েংদুনা লেঙদনা লৈখিবী হৌজিক্লা মদু শুকঙম ঙমদ্রবী অদুনা মমিৎ লৈখাদা য়েংদুনা খোংবীনা লৈবাক তক্কুনা খোল লোরপ্লা হায়রকখি।

"কৈনো য়াম্বুং অদুম্মা য়েংলিবদি ?" মদু তাবদা মঙ মঙলুবদগী মমিৎ মনা তশিং-তশিংলক্লবা সনাহলনা মোমোন নোক্লা-নোক্লা হায়রকখি।

"অদুবুরো নঙসে নশক য়াম্মা ফজরম্লে, অদুদা য়েংনীংদুনা য়েংবনি।" শংবান্নবী নোকফেৎ তৌনা, "য়াম্বুংসিমা!" হায়রম্লগা মচেগী মচা পোৎলোই শেংনবা শেম-শারিবা অদোমদা চৎখ্রে।

হ্দিাক ঙাম্বক অমরোমগী তুংদা কাঙবু অদু খোঙ শান্দোরক্লে কাইন, চীংগোন তম্না। লৈশাবী অহুম মমা অহুম পাখঙ অহুম, থৌরাণী শাবী, মাগী মপা মমা থৌরাণীবু মপানা পোদুনা, পোংলোইশেংগী পোংলোই লুবাক কোকথোঙ নাদুনা থাংমৈ অঙানবা হাফ লেম্প পুবা নহা অমনা মাঙ থাদুনা জুজা ইরাঙ লাঙদুনা মী তরামরীগী খুৎপু অদু চৎপা হৌরক্লে নোংপোক পাংনা পুর্ণিমা থাজগা মায়োক্লনা। অমগী মনাক্তা অমুক চৎ, অমগা ৱারী মতেক শা মথৱাই নুংঙাইজরবী শংবান্নবী ইরাঙ লাঙই। কাঙলুপ নাইনা তোঙান-তোঙান ৱারী শানদুনা লাকপনা কোংবা কৈথেল লাম্থোরক্তুনা তাকখোক লৌকোল শম্লক্লে। থীন্দনা বামন কম্পু ফাওদুনা ইরিলবুং য়ৌরে।

চথোক্তুনা ঙসি লমশাঙ খঙচৎ-চৎপা অদুদা লৈশাবী মচা অহুম লৈরিক, থোইবী, শংবান্নবী ইরিলবুং য়ৌরকপদা খোঙ থাংবা খর ৱারপ তৌরক্লে। উরীনা অনকপা উপালগী মতেং লৌবগুম নক্লনা চৎলিবা পাখঙগী ঙাক্লৌ থিনরকখি। ইরিলবুং থোংথক্তা লেপ্তুনা ঙাইহাক পোখাবা ওইনা অতিয়াগী থাজনা ইরিল তুরেল ঈচেল নুংদা কূমদুনা ঈরোইদুনা শান্নবদু য়েংলম্মী। ঈথক ঈপোম্না থেংবদা থাজনা ঈংদুনা থক থক নীকপদো মখোয় তরুক্কী মমিত্তা নুংঙাইরবা কুম্মে ওইরম্মী।

ঙাইহাক পোখারবা তুংদা চৎলসি হায়নরক্তুনা থৌরাণী পোবা মপানা মাঙ থাদুনা মমা অহুম চৎপা হৌম্রে। মখোয় খোংজি চীংজিন ওই, ওই, নাতৈ থনমদুনা থোংগ্রাংবী য়ৌরক্লে। থোংগ্রাংবী লৈতান্না কনশিনবা লম্বীনি, কনশিল্লবা ষণ খোঙগুন্দা নেৎলুরবদি খোঙশা থবৎ-থবৎ তৎলিবা জাৎনি। শংবান্নবীদি চানমক্লা খোঙ থাংদুনা চৎপা ৱারম্মী সনাহলনা মখুৎ পায়দুনা তেঙবাংবিরম্মী। অদুবু মখোয়না কৈরাও লমখায় য়ৌরকপদদি মাঙগী কাঙবু য়াম্না শাংনা হেনগৎখিদুনা মশক উবা ফংখিদ্রে।

থোংগ্রাংবীদগী কৈরাও লম্বীদা হাইজিন্নরকপদা চৎপদা ৱানরক্লবা কাঙবু অদু কাঙলুপ মচা-মচা থোক্লা খাইদোক্লদুনা চৎনরকখি। খাইগী মাঙদা থৌরাণী নম্বো পোরিবা মপা মমা পোংলোই শেংগী অমসুং থাওমৈ অঙানবা পুবা, মথংদা মমা অহুম অদুগী তুংদা পাখঙ অহুমগা লৈশাবী অহুম অদুগী কাঙলুপ। অকোনবা কাঙলুপকী মনীং খোম্বা সনাহল শংবান্নবীনি। চৎপা ৱানরক্লবা খোঙ থাংবা য়ানরক্তুবা চৎমিন্নরিবা পাখঙশিং অদুগী মতেং তঙাই ফদনা লৌনরকখি। খাইদগী হেল্লা পাঙব্রিবসি শংবান্নবীনি অদুনা খাইসী মনীং খোল্লিবনী। অহানবদা মখুৎ পায়দুনা চিংলম্বদগী কৈরাও খুনয়া য়ৌরকপদদি সনাহলনা মখুৎ ওইনা শংবান্নবীগী মখুৎ য়েংৎ অদু খুরক লোনশিন্দুনা পায়রগা য়েৎথংবা পাম্নোম্বদু সনাহলগী ওইথংবা সেম্রাক্তা চপ্তুনা

চংমিন্নরক্নে। সনাহলগী ঙাক্নৌ ফংজবদা শংবান্নবী মপান্দল খর কনখৎচরে। ৱারী শানা-শানা খোঙথাং মান্ননা চত্নুনা কৈরাও য়েংওই নাতে থনম্লগা খনরোক চীংজিন য়ৌরক্নে। য়েংকী খূৎনা ওইগী খূৎ পায়রুবদা য়োংচাবীগী মান্নদবা পোল অনী চিংশিন্নবগুম অনী অদু নকশিন্নখরে, শরুমদা ফংবদা জিং-জিং লাউরম্না ফূং-ফূং কারম্না ঈনোৎ অদু মাঙখ্রে, নক্লবগী নুংঙাইবনা স্বগগী লৈকোন্দা কোয়বগুমখ্রে। খনরোক চীংয়াংদা লেপ্তুনা লুপা মচু থাবলনা চামথোক্লবা তুম্বক-তুম্বক চীক্লা মোং হাদনা তারিবা খনরোক্কী ইনা কুপ্পা য়ুমশিং য়েংনা য়েংনা খনরোক য়েংওই নাতে থনমদুনা লাকপনা শনরোক চীংজিন য়ৌরক্নে। অসুম অসুম লাকপনা শনরোক চীংয়াং য়ৌরকপদদি মাঙগী কাঙবু কৌবদা তাদবা লম য়ৌনা থাপখ্রে। মখোয় অনীতা নাইতোম তাহৌবে হায়বগী চীংনবা করিমত্তা লৈরমদে। য়াম্মুং সনাহলগা লোয়নরিঙে শংবান্নবী অকি অখং লৈবমদে।

শনরোক লাম্ফোক্লুনা ৱাইথৌ মপান থিয়াম চীংজিন য়ৌরকপা মতমদা মাঙ থাখিবা মৈ অঙানবদু উবা ফংখি। মৈঙান্দু উবদা সনাহলনা হায়রকখি, "শংবান্নবী আদা উবিবা মৈ অঙানবা অসে নখোইগী ইচেখোই কাঙবুনি, মখোয় য়াইথিবী খুন লাম্ফোক্লুনা তাংখুল লেম্বা খুন লোমদা চঙশিনখ্রে। লেম্বা খুন্দগী কাইনদি য়াম্না নক্নে। মখোয় মতুং ইন্দুনা লেম্বা খুন লোমদা চৎলবদি ঐখোয় য়াম্না থেঙনা থুংগনি অদুগা থিয়াম চীংজিন সিদগী মাঙদা উরিবা চীংদোঙ অসি হেক লাম্ফোকপদা কাইনা পোপ হেক্তা তারে, য়াম্না শমই। মসিদা চৎলবদি ঐখোয়না হান্না য়ৌনি। লম্বীসিদি খরদি ঙমই অদুগা চীংথক্কী উমংনিনা খরসু শূকই। ঐদি মখোয়দগী হান্না য়ৌনীংই, চীং অসোমদা চৎখ্রসি করি হায়গে নঙবু কিব্রা ?"

মাগী য়াম্মুংনা মনাক্তা লৈরবদা থৌনা ফরবী অকিবা লৈত্রবী শংবান্নবীনা হায়রকখি, "য়াম্মুং ঐসু মখোয়দগী হান্না য়ৌনীংই। য়াম্মুং নাক্তা লৈরিঙৈদা কনানো ঐনা কিগদবা ? য়াম্মুং কারসি চীং।"

মখোয় অনী লেঙ্গোন্নদুনা কাবা হৌখ্রে। সনাহলনা মখূৎ ওয়না শংবান্নবীগী লেংজুমদা কোল্লগা মখূৎ য়েংনা থাঙখুমদগী শত্তোক্লগা থাঙশাং অদু পায়রদুনা তপ্না তপ্না কারকপনা চীংয়াঙ য়ৌরকপদা শজিনা খোংবা কৈনা ঙংবগী খোঞ্জেল তাখি। খোঞ্জেল অদু তাবদা শংবান্নবী য়াম্মুংদা তপ্ নপশিল্লকখি, মচীন্দদি কিদে হায়। সনাহলদি খোঞ্জেল অদু তাবদা ফদোমদা কয়াম লাপ্পা কৈ অদু লৈবগে হায়বা খঙখি। "কৈসু তৌরোই করিমত্তা নুংশা থীনু শংবান্নবী !" হায় অদুগা মশাদি য়াম্না চেক্নশিন্না মিকুপ নাহম শিংনা লৈরম্মী। মরমদি মহাক কৈগী শাজৎ মুন্না খঙই; কৈ ফাবা কয়ারক

য়াওগ্রে অনী অহুমসু বাগ্রে। চীংয়াংদগী খোঙকাপ তরামুক্তং কাইনারোমদা কুমথরকপদা মোংশোংলক্তা শ্রোং-শ্রোং লাউবা খোঞ্জেল নকশিল্লকখি, থীন্দনা কৈজাও অমা মখোয়গী মথক্তা চোংশিল্লকখি। খুৎলৈ থুনা শংবান্নবীবু শোক্লোইদৌবা জাগা অমদা ইল্লোকখ্রগা সনা মশামক্লা ওইবোম থংবা নাকন্দা লৈনা লৈনা থাঙ অদু হাইখি। হৈত-নুংদবা য়াম্নুং নত্তে, থাঙয়ান অমুক্তদা কৈজাও অদুগী খুমাঙ অনী কক্তুনা থাদখি-মাঙদা খোঙকাপ তরামুক লাপ্লা মফমদা কৈ অদু পোপ তাখি। খুমাঙ অনী ককখ্রবা কৈদু তাখিবা মফমদগী লেঙদ্রে। সনাহল থুনা য়াঙনা চঙশিনখিদুনা থাঙনা থিন্দুনা কৈদু হাৎখি। শংবান্নবী য়াম্নুংগী থৌনা হৈ-শিংবা উবদা মবুক্লীংদা শকক লীশিং-লীশিংলক হন্না থাগৎখি মশাগী থবায় হকচাং ব্রাখল পূম্বা মঙোন্দা লুপখি। য়াম্নুংগীদমক মথবায় ফাওবা থাদোক্কে খনখি। মাগী লৈজবা খিবিক মঙোন্দা কখোকখি।

কৈ হাৎলবা তুংদা তপ্না-তপ্না কুমথবক্তুনা কাইনা য়ৌবে। বাস মণ্ডল মাঙ্গপতা ফমদুনা মোং হাদনা লৈবন্মী। ঙাইহাক লৈবগা লেম্বা খুনলোমদগী লাকপা কাঙবু অদু থুংলবে। মখোযগী তুংদা থাপ্না নীংখোমহৌবা অনীদুনা হান্ননা য়ৌবক্তুনা লৈবম্বদু উবদা ঙক্লখি।

# ১২

## রেঞ্জ ফায়ারিং

সনা কোনুং কংলাগী অরাংদা সিনাম চীংজিনদা নোংমৈ কাপ্পা জান মাবিবা তম্ফম রেঞ্জ লৈ। খূদুপ চনী পাকপা খূদুপ লীশীং অনী শাংবা লমহাওনি; মসিগী অরাংথংবা নাকন অদু সিনাম চীংগী নোংপোক্লোমদা হাইথবকপা চীং নাপোম্নী। চীং নাপোমসিগী চীংখোঙদা পান্দমফম টার্গেট ২০ খক্ মথং-মনাও পরেং শানা খুদুপ মরি মবি লাপ্পনা থিল্লি। টার্গেটশিং অদু নম্বর অমদগী কুন ফাওবা মথং-মথং থায়। টার্গেট খুদীংমক্তা সার্কল মবি মবি যেকই। মযাইথংবা সার্কলদু বুল কৌই, মসিদা পানবা খুদীংমক পোইন্ট মবি মবি ফংই, বুলগা তাইনবা অনীশুবা সার্কল ইন্নবদা পাল্লগা পোইন্ট অহুম; ইন্নবগা তাইনবা অহুমশুবা সার্কল মেকপাইদা পাল্লগা পোইন্ট অনী; মেকপাইগা তাইনবা মবিশুবা সার্কল আউটবদা পাল্লগা পোইন্ট অমা ফংই। আউটবগী মপান্দা পানবা মখৈ রাস আউট হায়বদি জেবো (শুন্য) ফংই।

টার্গেট থিল্লিবদুগী মমাঙদা অশাংবা লাংখোং লৈ। লাংখোংদা নিরঞ্জন সুবেদারগী বেঞ্জ ফেটিগ দিটেল লৈ, মখোযনা টার্গেট শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌবনচিংবা বেঞ্জগী থবক তৌই। টার্গেটতগী খুদুপ যাঙখৈ চনী চাতবক্ক, লীশিং লীশিং অনী লাপ্পা মফমদা নোংমৈ কাপফম পল্লী লৈ। দিটেল অমমমদা রিক্রুইট কুন চাংয়েং তৌবা যাই।

ঙসি মণিপুর লাম্মীদা ভর্ত্তি তৌবরা ট্রেনীং লোইববা রিক্রুইটশিংগী খুৎচুম্না তান্নবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা মণিপুর লেভিগী সুবদার ইবুংসি হাউজৌ মানা হুন্দক্তা জিলাদগী পুথোরকপা ব্রিটিস সরকারনা পীরকপা মার্টিনী রাইফল অমসুং তোপ অনী অদুসু চাংয়েং তৌগদৌরি। সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎকী য়াথং মতুং ইন্না চোংথা মিয়া, নিরঞ্জন সুবেদার অমসুং হাজারীনা শীল্লি। বাজায় বেঙ্গুন খোংদুনা কুম্মৈ য়েংবা মৈদিংঙু চীংলেন লাম্বাবা মণিপুরেশ্বর মহারাজ সুরচন্দ্র অঙম অথৌ মনাই মশল পুন্নমক্তা লোয়ননা রেঞ্জদা লেঙথোরক্লে। অঙম অথৌলক্তা থঙ্গাল জেনেরেল সৌগাইজাম্বা জেনেরেল য়াওরে। এজেন্ট গ্রীমউদ অমসুং মাগী নুগী ইথেলসু মৈদিংঙু অমসুং টিকেন্দ্রজিৎকা থংননা মমাঙগী পরেংদা ফম্লম্মী। চোংথা মিয়া নিরঞ্জন অনীনা সেনাপতিগী য়াথং লৌরগা মৈদিংঙুদা খুরুমদুনা হুঙ্গৎলগা কুম্মৈ হৌগ্রে।

রিক্রুইট কুন-কুন্না শাবা দিটেল তরাখক চাঙদম্নবা অদুদা য়াওরম্মী। অয়াম্বা রিক্রুইট রাস আউট ওইরম্মী, বুলদি লায়রদুনা আউটরদা ফাওবা পানবা ঙম্লমদে।

রিক্রুইট তরামঙাখক্তং ৫০% পোইন্ট ফংবা ঙমখি। সেন্ট পারসেন্ট ফংবা অনীখক্তং য়াওই-মখোয় অদুদি হাজারীগী সেবক য়াইরিপোক অচৌ অমদি মৈরাবা পোইলাগী সেবক অচৌ এলাংবা। মখোয় অনীনা মকোক ওইরে।

মথংদা ইবুংশিশিংগীতা ওইবা পাখঙ তরাখক তান্নবদা সেঙ্গোইসনা মথন্তনা বুলদা লোইনা পান্দুনা পোইন্ট চামদা চামা ফংদুনা চাংদম্নবা অদুগী মকোক ওইরে। সেঙ্গোইসনাবু মতোল ইবুংঙো কোইরেং সেনাপতি অমসুং থঙ্গাল জেনেরেলনা য়াম্না থাগৎপীখি। মপাবুং য়াইস্কুল লাকপা নোকমী-নোকমী তৌজখি। অচৌ জুরানা মকোক ওইরকপদা হাজারী মৈরাবা য়াম্না হরাউখি অদুম ওইনমক হাজারী মৈরাবা থঙ্গাল অহুম্মক্কা মখোয় অহুমদা হায়খি।

"নোংমৈদি লাপলৌ লুমলৌনি নুপা থোক্তবা। তশেংনা নিপা থোকপা ক্ষেত্রী মচাগী লান্দি হকথেংনবা থাওগী লান্নীদো।"

মৈদিংঙু চীংলেন লাম্থাবানা মনা মথুম য়েম্থোকখি। সেঙ্গোইসনা অমসুং অচৌ জুরাদা রেসম ফুরিৎ শাইগকপা কোয়েৎ অমসুং উরিকসেক পীখি।

মনা-মথুম য়েম্থোকপ্রবা তুংদা জিলাদগী নৌনা পুথোরকপা তোপ অনী অদুগী শানবা অমদি টার্গেটিতা পানবা ঙম্বগী চাংয়েং তৌবা হৌরম্মী। চাংয়েংদি টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতি অমসুং পাকাসনা শগোল হঞ্জবা অনীনা তৌরম্মী।

টার্গেটিতগী খূদুপ লীশিং অমা লাপ্না তোপ অনীদু খিল্লম্মী। শগোল হঞ্জবা হৌগত্তুনা তোপ মনাক্তা চঙশিনখি, তোপ কাপ্লা থব্রায় য়াওনা য়েংলিবা এজেন্ট গ্রীমরুদ অমসুং মাগী মেম সাহেব ইথেল অনীনা শগোল হঞ্জবদা গুদ ব্রিইস তৌই। শাবান নেমতক তৌনা মশা নোয়বা মমায় কোয়পাক্লবা লেপ্পা লৈতনা ক্বা উমশায় তৌবনা অমুক্কা হেন্না পাক্লা উরবা পাকা সনা পরপ-পরপ চঙশিনখিদুনা নিশান তৌর-তৌরগা মঙারক-মঙারক কাপখি। পানবদি লায়রদুনা টার্গট য়ৌগদবা খূদুপ কুনমুক ব্রাৎলিঙৈ লৈমায়দা লোইনা তাদুনা উফুল ফ্রোং ফ্রোং হৌরম্মী। ইথেলগী মমাঙদা মমায় ঙাংলপ হুমাং অনপ্লা কানা ফমফমদা হঞ্জিন্দুনা ফমখি।

মথংদা লেঙখৎলকলে টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতি তোঙ্গাননা ব্রাং চাউরবা, ফিভম্ মুর্ত্তি ফজবা চীং লেম্লবা, গুলাপ মচু মুগা ফৈজোম শেৎ, কোয়েৎ ফৈয়েৎ য়েৎ উরিকশেৎ থেৎ। এজেন্ট গ্রীমরুদকী চান্নবা মরূপনি, ইথেলগী মিৎ থঞ্জবনি। মখোয় অনীনা টিকেন্দ্রজিৎ হৌগৎলকপদা গুদ ব্রিইস তৌনা ফমফমদগী হৌগত্তুনা হায়রকখি- "গুদ লক য়োর হায়নেস"। মমিৎ কুপ্তুনা য়েংখি থঙ্গাল জেনেরেল মোং হাদে কোইরেং সেনাপতি তপ্না চঙশিনখি তোপ অনীদুগী নাক্তা। তোপকী সাইট অমসুং

রেঞ্জ চেক তৌরে নিশান শেমলে অদুগা মরু মপ্তা-মপ্তা হান্দুনা মথং-মথং কাপখি। য়েংউ টার্গেট পুম্নমক মথং-মথং তোপকী গুলীনা পান্দুমা লোইনা কাপখায়ব্রে- ময়াম পুম্বা খুবাক প্রোক্ক-প্রোক খুনখি। ইথেল, শ্রীমরুদ ফমফমদগী ফুক হৌগত্তুনা সেনাপতিগী নাক্তা চণ্ডশিন্দুনা খুং শোক্লা কংগ্রেচুলেসন তৌখি। পাকাসনাতদি কোইরেংবু থানা য়েংখি।

তোপ অনী অদুগী মেক্সিমম রেঞ্জ খুদুপ লীশীং অনীদগী কান্নদসু শগোল হল্লবগী গুলীশিং কদায়দা পাইথোকখিবনো খণ্ডব্রে টার্গেটতা অমা ফাওবা পান্নমদে সেনাপতিগীদি গুলী খুদীংমক টার্গেটতা পান্দুনা টর্গেট তরা থোম্বদংলে। ময়াম খুবাক প্রোক-প্রোক খুনখি-ইথেল হরাওবনা মমিংনা নোকখি। মদু উবদা পাকাসনা খোয়দৌ প্রোক-প্রোক চাকখি।

অসুম্না রেঞ্জ ফায়রিং লোইরবা তুংদা মৈদিংগু সুরচন্দ্র মহারাজ মনাও ইবুংঙো অহুম পাকাসনা থম্বৌসনা অমসুং গোপালসনানা যৌগল তৌদুনা কংলা কোনুং সনাসঙ্গায় নুংদা হঞ্জিনখি। এজেন্ট মতৌ মনাওসু কৌশ্বৌজম য়ুম্ফম রেসিডেন্সিদা হঞ্জিনখি। সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ ময়াম্বুং মহারাজ খুরুম্নগা বিদায়নদুনা মনাই হাজারী, মচাইবুংঙো সেঙ্গোইসনা অমসুং ইপু থঙ্গাল জেনেরেলগা লোয়ননা বারী শানা-শানা তোপ গারোট লোয়শণ্ড তম্না লাকমিন্নখি। লম্বীদা টিকেন্দ্রজিৎনা হায়রকখি।

"ইচা ইবুংঙো সেঙ্গোইসনাদি নোংমৈ কাপ্লবু য়াম্না হৈরম্মীনে। কদায়দা কমদৌনা তম্মুরিবা ? স্বাইদদি নোংমৈ পায়বা অমুক্তসু উদে।

"ইতোল স্নাখ্বানা নুংশিবিদুনা তাকপীবনি, কৈসু খণ্ড্রিবা হৈত্রিবা নচানি। পাবুং স্নাখ্বানা জিলাদা মণিপুর লেভীগী নোংমৈ হিদাক লৌথোকপা চৎপদা হুন্দক যৌগন তৌজরুই। মদুদা চয়োল অমরোম মলেষ পল্টনদা লৈবগী খুদোংচাবা ফংজরকই, মদুদা তমজরকপনি অজ্ঞা।"

"নঙ জিলা চৎলুবোইরে ? করি করিদি থেংনরকই ?"

"অজ্ঞা ব্রিটিস সরকারগী খুৎলায় থম্ফম মেগজিংদা অনৌবা মখলগী নোংমৈনচিংবা খুৎলায় মখল থর উজরকই, মদু ঐখোইগীদি লৈতে। মখোয়গীদা লৈহৌবা নোংমৈদি অমুক্তদা মরু তরা হানবা য়াই তরারক কাপ্পা য়াই। ঐখোয়গীসিদা লৈরিসিদি অমদগী হেন্না হানবা য়াদে অকাপ খুদীং হানবা তাই। ঐখোয়গীসিসু তরা হানবীদা ওম্বোকসি অজ্ঞা ?"

"ঐসু অদুম্না খল্লিবনি য়াম্বুং মহারাজদসু হঙ্গৎলবনি।"

"ইতোল স্নাখ্বা ! নোংমৈগী লাল অসি লাপলৌ লুম্ফুনি নুপা থোক্লে হায়না খঞ্জে, থাঙ পায়দুনা য়ান্নবনা ক্ষেত্রী মচাগী নুপা থোকপা লান্নী খঞ্জে।"

"নঙনা হায়রিবদু য়াম্না চুম্মী। অদুবু হৌজিক কালগী লাল্লোংদি বম তোপ নোংমৈগী লান্নী। খূৎলায়শিং অসিনা ফিরিঙ্গী ব্রিটিসনা অৱা লৈবাক য়াওনা ভারত পূম্বা লোই চনখ্রবনি। মতুংগী লান্দদি থাঙ-তা, লীরুং-তেন পঙসি শিজিন্নররোই।" অদো ইচা ইবুংঙো নঙনা থেংনরকপা অতৈদি করি লৈরি ?

"অজ্ঞা জিলাদা ইংরেজগী লাম্মী মশীং য়াম্না হেঙ্গৎলে হায়নহৌই। অদুগা অজ্ঞা কাউন্ট লালী হাযবা অমগী মীনি লাইশ্রবা হাজারীগী মরূপনি হায়বা অমা থেংনজরকখি। মহাক চট্টগ্রামদগী লাকপনি নুমিৎ খরনীগী তুংদা মণিপুর য়ৌরক্কনী, হাজারীদা মাগী পোৎ খব পুরকই তম্বীযু হায়রকখি। ঙরাং হেক থুংলবগা মঙোন্দা পাউ পীজখ্রবনি।"

"মদুগী ৱাফম খন্নদৌরি নঙসু য়াওখো।" অসি হায়দুনা মখোয় মরিমক তোপ গারোংকী মনুংগী কা অমদা চঙখি।

অসোমদা সনা সঙ্গায়নুংদা মযাম্বুং মৈদিংঙু চীংলেন লাম্থাবা সুবচন্দ্রগা চঙমিন্নখিবা পোকমিন্নবা মনাও অহুম্মক্তা নুংথিল চুপ্পা লৈদুনা মযাম্বুং টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিগী মথক্তা ৱাকৎলম্মী। মরু ওইনা পাকাসনা শগোল হঞ্জবনা মযাম্বুং নিংথেমদা হঙ্গৎলম্মী -

"য়াম্বুং মহাবাজ ! য়াম্বুংনা মণিপুরগী নিংথৌনি, ঐখোয়না নিংথৌগা পোকমিন্নবা মনাওনি। অদুবু মণিপুর প্রজানা ঐখোইদগী হেন্না মাবু ব্যবহার তৌই। ঐনা নীংজবদি প্রজানা ব্যবহার তৌবসি য়াম্বুংদগী ফাওবা মানা হেনব্রা খঞ্জে। এজেন্ট সাহেব মতে মনাওনসু মাবুনা হেন্না লূমনা লৌবা উই। য়াম্বুংনা মাবু খব চেকশিনবিবা ফৈ।

"কৈসু তৌরোই কবিমক্তা নুংশি থীনু পাকা ! পাবুং স্নাখ্বাগী সনা য়াথং, "নচীন ননাও মথং-মনাও কায়নদনা পাল্লু- হাযবদু নয়াম্বনা কায়দনা ঙাক্লী।"

"যাম্বুং য়েংবীযু মাগী শক্তি নোংম-নোংমা হেনগৎলক্লি অদুগা য়াম্বুংনা করিমক্তা থৌশাদনা লৈথোকপীরি। য়াম্বুংনা নীংঙাইদনা লৈরিঙৈদা মখোয়না ফম্বান লান লানগারক্তুনা য়াম্বুংগী ফম্বান মুনখিবা য়াই।"

"করি হায়বা ! ফম্বান লান হায়বা ! ময়াম্বা ঐগী ফম্বান কন্নবগীদমক মথৱায় খূবাক্তা হাপ্পুনা লান থেংনখিবা লানগারকপা ইতোল ইবুংঙো বোরাচাউবা মচা ইবুংঙো

ব্রাংখৈবাকপা ইবুংসি যুগীন্দ্রবু মায়থীবা পীখিবা ইনাও কোইরেংনা ফম্বান লানগারকপা। মদু খক ওইবা য়ারোই, অদুগী মথক্তা ইপু থাঙ্গালখোয়সু লৈরি করি অমত্তা নুংশা থীগনু। অদুগা মখোয় হায়বদি কনা-কনা?"

"অজ্ঞা য়াম্বুং কুলচন্দ্র যুবরাজ, য়াম্বুং কোইরেং সেনাপতি অঙৌসনা জিলাঙম্বা। ঐনা তাজবদদি মখোয় মরি তত্তনা উনৈ ব্রা তান্নে হায়।"

"পাকা মচীন মনাও উনববু করি তৌবগে? নখোয়সু ঐগা উনরি দরকার মতুং ইন্না মখোয় ঐগসু উনৈ।"

"য়াম্বুং মাগী কা হেনবা থবকশিং য়াম্বুংদি উনা-উনা উদবনি য়াম্বুংদা শুকহং হঙ্গৎতনা ফিরিঙ্গী ললোনবা অমগসু লোন্না-লোন্না উনৈ হায়। অদুগা ফম্বান লান্দা মরাল লৈরবা তংকোনচিংবা মাগী মনাই অচানবা ওইখ্রবনি।"

"ফৈ-ফৈ ঐ য়েঙ্গে, মরালবু লৈরবদি মতীক চানা ব্রারক্কনি।"

ময়াম্বুং মহারাজগী ব্রা অসি তাবদা মথব্রাই খর নুংঙাইজরদুনা পাকা সনা ময়াম্বুং খুরম্লগা নুমিৎ তারমদাইদা সনা সঙ্গায় থাদোরকখি। ঙসি ফায়ারিং রেঞ্জদা কোইরেংগী মাঙদা চাং তাখিবা ইথেলগী মাঙদা ইকায়বা নংখিবা এজেন্ট মতৌ-মনাওনা কোইরেংবু থাগৎখিবা অদুনা প্রোক-প্রোক চাকহনখিবা অমদি ভাবক ময়াম্না মঙোন্দা নোক্লা মিৎয়েংনা য়েংগুম তৌখিবা অদুনা খোয়রাঙ খোয়শাওনখিবদু ইহন হন্দবগুম তৌরকখি। মণ্ডল-মণ্ডল খল্লগা খোয়রাঙ খোয়শাওনরিবদু মাইপাকপী উরগা খরা ফগদ্রা খন্দুনা মানা হানবা হিদাক ঙান্থক অমত্তং থক্লুগে, মানা তপ্পা পানা খুদপ অমত্তং চারুগে খন্না মাইপাকপীখোইদা লাকখি।

থোঙ্গাল য়ৌরকপদা কোইরেংগী মনাই নুপা অনী লৈরম্বা থেংনখি। য়েংশিনখিবদা মাঙ্গোলদা কোইরেং মোরাদা ফমদুনা খুদোং ফাল্লম্বা মাইপাকপীনা ক্বা তপ্লগা লাল্লম্বদু উখি। মানা থক্লুগে চারুগে খন্না লাকপা পুম্নমক কোইরেংনা লোইনা চা-থক্লুনা লৈরম্বা উবদা খোইদৌ প্রোক-প্রোক চাকই, মাইপাকপীদা পীগে হায়না পুরকপা উথম্বাল অদু লংখাইখি মথক্তা মুরুম-মুরুম শোঞ্জখি। "নঙনা ঐঙোন্দা লোয়রঙ খোংনাং শাবসি ওন্থোক্লা শাথ্রেদকো।" মহাক থোঙ্গান্দগী অদুম হনথ্রে।

# ১৩

## পুরাণ পাবা

চহী খুদীংগী লমদা থাঙজ অহানবা নুমিত্তা শরোই খাওবগী মখৌ মওম পাওথোক্লবা মতুংদা মৈতৈ সনা কোনুং পণ্ডিত লোয়শঙদা পণ্ডিত অখণ্ড-অহৈ পুন্দুনা মায়চৈশিংনা তুংদা থোক্লগদবা থৌদোক্কী মরমদা ইরম্বা পুরাণ ফাক্তুনা পানৈ, লাক্তৌরিবা চহীদা কয়ি থোক্লকপা য়াবগে খন্নে। লৈবাক্কী ফত্ত-নুংদ থোক্লদবা লৈরবদি মদু ফনবা করম্বা ঈরাৎ থৌনি তৌগদগে তান্নে। মদু শজিবু লৈথোঙ ফাংপা নুমিংতা পাওথোক্লে। অসিগুম্বা পুরাণদা হায়রম্বা ৱাসি প্রমাণ-পাম্থে পাউখোঙগুম তৌই, খঙবদা ৱায়। থোক্লরবা তুংদতা সি ওইরে হায়না খঙনৈ।

অসুম্না মৈদিংঙু কুলচন্দ্রনা মণিপুরগী ফম্বান্দা থা তরুক শুরকপা লমদা থাগী অহানবা থাঙজ নুমিৎতা পুরাণ পাবদা পুবাণদা য়াওরমখি। "শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক কেনগনি অদুগী তুংদা লৈবাক মরা তপকনি। সিলেমপাৎ মরিল ফুনবদা মোইবাংখোম লৈপুং লূপকনী। হয়িং খোঙবান্দা কৈথেন কারনি। ছিজম য়াইচমপাৎ ফুনগনি, চীংঙা পাইখিনি। মৈত্রাবাকসে নোংচুপ নোংপোক ফাওনা য়োৎশিং য়োৎনা লেংলবগুম ফাওরেং লেংজবা মতমদা মৈতৈ প্রজা ৱাবনা খম থেংনি, চানীংঙাই লৈতন্দুনা লৈবাক হোত্তুনা চারনি। হাও, ঙাওগনি গুরুগী লম্পাক্তা নিংথৌমচা মরিফুতবা হাৎনদুনা শিগনি অদুগী তুংদা লৈবাক ঈংগনি অসিনচিংবা।"

পুরাণ পাবা তারুবা য়াম্না শেল্লুংবদা লাল্লুপচিংবনা হায়খি। "য়াম্না শেল্লুংবা নহান পুরাণ পাবদা পুরাণদা য়াওই হায়বা ৱা অমদি চুমলেদো!"

"করম্বা ৱানো লাল্লুপচিংবা ? নঙবু হৌজিক কদাইদগীনো ?" মখোয় অনী সনা কোনুং নোংচুপ থোঙ ময়াদা থাজপাৎ মপান্দা লেপ্পুনা মণিপুরদা লৈবা ব্রিটিসকী পোলিটিকেল এজেন্টকী লৈফম কোন্থৌজম য়ুম্ফমদা লৈবা রেসিডেন্সি অদু মৈনা তুম্না চাকপদু য়েংনা-য়েংনা ৱারী শানরম্মী।

"ঐনা হায়জবদি পুরাণদা য়াওই হায়বা শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক কেনগনি হায়বদু চুমলে হায়জবনি।"

"হোয় পুরাণগী ৱাদি থোক্লগা খঙই হায়বদুনি। নঙবু হৌজিক কদোমদৈনো?"

"ঐদি থোরা লোক মঙা অদুগী মকোক মঙাদু নুঙোইবীদা চনবা য়াওজরবনি। কয়েসনগী মকোক অঙো শিরু-কাও শক ওন্থোক্লা নুংশিখিদ্রে।"

"ওকচাউ থেকপদো, শণ্ডজিংবগী খুত্তা অদুনা মথবাইদি কম্নেদো ?"

"মরাইবক্তুম কৈ, বিচার তৌদুনা শণ্ডলীংবদা শীন্নবিখিবা, মতীক হেক চাবদি নোংম-নোংমগী মচেং-মচেং কক্তুনা হাংকদবনি।"

"অওইবনি কয়াম চাউথোকখ্রবা, কয়াম মণ্ডক কনখ্রবা ! মৈতৈ ঐখোয়সিবু কয়াম উশিংখিদ্রবা?"

"ঐখোয়না মাবু ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী অতিথিনি হায়দুনা কাংণ্ডবা মেঞ্জরবু মাও তান্না থাদুনা ওকহল্লুবত্তা নত্তুনা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিসু মাইস্না মেঞ্জরগা লোয়ননা অব্বাং শেকমাইদা ওকহল্লুই; লমথোঙ খুদিং ঘট চফু, লফু, চু যুং, ধুপ থাওমৈ থাব্দুনা মঙ্গোল তৌই। অদুদৈসু হেন্দোক্তুনা শ্রীযুৎ মশামক সনথোঙদা লেঙথোক্তুনা লৈবাক পুম্বগা লোয়ননা সলামী তোপ ১৩ রক থাদুনা ওক্লিবনি। অদুগা কোম্মৌজম য়ুম্ফম রেসিডেন্সিদা দরবার তৌসি হায়না কৌরগা শ্রীযুৎকা লোয়ননা মনাও ইবুংঙোশিং অমদি লৈবাক্কী অঙল্বশিং পুম্বা থোঙ্গান্দা চঙহন্দনা পুং অহুম লেপ্তুনা লৈহনবা, ঙাইবা রারবা যুবরাজনা সনা কোনুংদা হনখ্রবদা মমৈদা যুবরাজ য়াওদ্রবদি দরবার তৌররোই হায়দুনা তোকপা, ঐখোয়গী ইনিংথৌবু অসুক য়াম্না চোপহনবা অসিদি ঐখোয় মৈতৈ হায়বা জাতি অসিবু উশিত্তবনি, জাতি অসিবু য়াম্না হম্বুনা য়েংবনি। মাগী ব্যবহার অসি চাওখৎপা সভ্য ওইবা জাৎকী ব্যবহার নত্তে। ইংঙো শেল্লুংবা ! ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিবু মনীং তম্বা লৈবাক নত্তবরা, সাহেবকী মীনাই-নাইথাং ওইরবা লৈবাক অমরা ?"

"লাল্লুপচিংবা ! ঐখোয় মৈতৈ জাতিদি মনীং তম্বা জাতিনি, মীখা পোনবা য়াদবনি। ইরৈবাক মণিপুর মনীং তম্বা লৈবাক্কী, সাহেবকী মরূপ ওইবা রাজ্যনি। সাহেবশিং অসিনা মরূপ ওইবা অমদি লৈবাক্কী অতিথি ওইবদুদা মখোয়গী শাজৎ লাকচৎ অদুদা দোষ লৌখিদবগী রাতনি। লম হেল্লক্তুনা ওইদবা রা ঙাওলগা নুমিদাং লান্দারক্তুনা মরাল লৈতবা তৃম্নীবা প্রজা হাংপগীদমক চপ চাবা চৈরাক পীরিবসি ঙায়দনা।"

"অদুগা মাগী গবর্ণর জেনেরেল হায়দুগী য়াথং কমেস্নন সাহেবনা পুরকপদুসু অঙকপনি। ঐনা হায়জবদি ইংঙো শেল্লুংবা ! শ্রীযুৎ সুরচন্দ্রনা মাবু মণিপুর ফম্বান্দা হঞ্জিনহনবীমু মতেং পাংবীমু হায়জরগা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রনা মণিপুর ফম্বান কাবদি য়ারে অদুবু কোইরেং যুবরাজবুদি বন্দি ওইনা জিলা খারিজ তৌগনি হায়বসিবু করিনো? কোইরেং যুবরাজনা ব্রিটিশ সরকারকী করি মাঙনবা তৌখিবা লৈবগে ? মণিপুরগী

নিংথৌ অসিবু মখোয়না হাপ্পরা? মণিপুর অসিবু মখোয়না লোই চল্লবা মখোয়গী মখাদা লৈরবা লৈবাক্কা? নত্রবদি মনীংতম্বা লৈবাক অমগী যুবরাজ অমদা অতোপ্পা মনীং তম্বা লৈবাক অমনা য়াথং পীবা য়াবরা ?"

"মণিপুরগী নিংথৌ লৈবাক প্রজানা হাপ্পনি, মখোয় ব্রিটিসনা হাপ্পা নত্তে। নিংথৌ ওইরবা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রনা মরূপ ওইবা ব্রিটিসতা নিংথৌ ওইরে খঙবিয়ু হায়না পাউ পীবতনি। মদু ব্রিটিসনা রিকোকনাইজ হায়বদি খঙলে হায়বতনি। মণিপুর মনীং তম্লিবা লৈবাক্কা নত্রগা ব্রিটিসকী মখাদা লৈরবরা হায়বা ৱাফম অসি যুবরাজ কোইরেং মশামক্কা হংখি মদুদা কমেসননচিংবা মখোয় মশা মক্কা নীংতম্লিবা লৈবাক্কী হায়না খুমখিবনি। মদু তাবদা যুবরাজনা হংখিবনি। "নীংতম্বা লৈবাক অমদা অতোপ্পা লৈবাক অমনা য়াথং পীবা য়াবরা ? মদু খুম্বা ঙমখিদবনি।"

"অদুগা ইংঙো শেল্লুংবা ! কমেসন সাহেব হায়বদো মীনম্বসু ঙাঙইনে। কোহিমারোমদা হনখ্রনি বেগারী পীয়ু হায়রগা নুংদাং তূমলিঙৈদা মী হাৎপা য়ুম মৈ থাবা তৌইনে।"

"অদুনা মরালনা মপোৎ ফারদুনা শা মমাঙদা মঙক কেল্লেদনা।"

অসুম্না ৱারী শানদুনা লৈরিঙৈদা লানফা সিফাই য়াঙখৈমুক মখুৎ তুংবুন্ন-মখ্বাংদা থৌরী থুরগা চিংলদুনা নোংচুপ সন্নথোং তম্না লাকখি। শাফি লানফি শেৎলবা শত্তোক্লবা থাঙশাং পায়বা অরাম্বাই তেন্দোং য়ানবা শগোল তোংবা পাখঙ অনীনা মাঙ থারকখি। শাফি লানফি শেৎপা শত্তোক্লবা থাংশাং পায়বা ইবুংসি হাউজৌ সনা য়াইস্কুল লাকপা অমসুং মৈবাবা পোইলানা মৈতে লাল্মী য়াঙখৈগা লানফা সিফাইশিংদগী মুল্লকপা নোংমৈ পুবা শগোল অনীগনা নীং খোল্লকখি। স্নথোঙ পুরিবা লাল্লুপচিংবনা স্নথোঙ থোঙজাও হাংদোক্লুনা বন্দি লানফাশিং অদু সনা কোনুংগী কৈশুম শঙ তান্না পুশিনখি।

মাঙ থারকপা শগোল তোংবা পাখঙ মচা অনীদু সেঙ্গোই সনাগা মাগী মরূপ অচৌ এলাংবগনি। মখোয় অনীদা লাল্লুপচিংবনা হংলুবদা হায়রকখি।

"লানফা বন্দিশিং কমেসন্না পুরকপা সিফাইশিংনি।"

"খরনা লানফমদা খূৎলায় থাদোক্লুনা চঙজরকপনি।"

"খরনা লৈরক খুল্লক্তা লোত্তুনা লৈরম্বদগী ফারকপনি।"

"এজেন্ট সাহেবকী মেম সাহেবতি রেসিডেন্সি বাঙ্গলাগী মনীংলোমদা নম্মুল তুরেল লাম্দুনা কাছার রোমদা চেনখি, সিফাই কুম্মামুক লোয়নখি হায়না তায়।"

ঙাইহাক লৈরগা মাইকৈ অহুমদা কায়দুনা চেনখ্রবা লান্দা হিংহৌবা সাহেবকী সিফায় ফাননবা মৈতৈ লাম্মী চামা চামা পুদুনা লৈতান মেঞ্জরনা নোংচুপলোমদা, লাইশ্রবা মেঞ্জরনা অৱাংলোমদা, য়েনখোইবা মেঞ্জরনা কবোরোমদা লান তানবা চৎনখি। কোইরেং যুবরাজগী ফোংদবা য়াথং অমনা এজেন্ট সাহেবকী মেম সাহেবপুদি অশোয় অঙাম থোক্তনা চৎহনখো হায়না লান তানবা চৎলিবা মেঞ্জরদা খঙহনখি।

মতমদুদা রেসিডেন্সিদা লান্দাবা য়াওরুবা মৈতৈ লাম্মীশিংনা এজেন্টকী বাঙ্গলা তুম্না চাকখিবদু উবদা হরাও-মথোই কানা হৌনা নিলখোংলম্মী। নোংমৈ মরু খর শুন্দ্রংদা কাপ্লা-কাপ্লা চেঙ্খোক্লরকখি। মদু য়েংদুনা মখোয় অনী ৱা ঙাঙদনা তুমিন্না মিকুপ খরদং লৈরম্মী।

লাল্লুপচিংবনা মখা তারকখি, “ইংঙো শেল্লুংবা! ঙকচাও থেকপা কমেসনগা লোয়ননা মলেষ মঙাগী মকোক কেনখ্রে, মখোয়না পুরকপা লাম্মী চামরি তুমখ্রে, সাহেবশিংনা লাংথবান্দা হান্না থন্নম্বা সিফাইশিং চেনখ্রে, টেলিগ্রাফ লাইনসু ককথৎখ্রে অদুগা এজেন্ট সাহেবকী য়ুমসু মৈ থাদোকখ্রে। মণিপুরনা লান ঙমলে ব্রিটিস মায়থীরে, মলেষ সাহেব লৈরম্বগী খুদম ফাওবা লৈত্রে। মখোয়না ঐখোয়গী লৈবাক্কী সাসন্দা খাবৈ খারা শাবদগী লৈবাক মহী লাঙলম্বনি। মখোয় লৈত্রবনিনা লৈবাক মরা তপ্পনি, নত্রনে ইংঙো শেল্লুংবা চুম্মীকো পুরাণগী ৱাসে।”

“ঙাইখোদা লাল্লুপচিংবা, মলেষ সাহেবশিংসে মহু চাউবনি। তুমিন্না তোকখিগদবা মান্দে। লম্মন খুম্নবা য়াম্না থুনা লান্দাবক্কদবা মাল্লি, মরমদি মণিপুবনা নীংতম্না লৈবসি মখোয়গী মমিৎ নাবনি।”

“লান তারক্লবদি থেংনবা তাইদনা ইংঙো শেল্লুংবা! ঐদি মখোয় য়াম্না কিরম্লনি খল্লি, লানগারক্কদবা মান্দে। পুরাণগী ৱা শোয়বা হৌনদেদা।”

“পুরাণগী ৱা শোয়দে হায়বসিদি থোক্লগা খঙবা ঙাক্তনি। মলেষশিংসিনা ঐখোয়গী লৈঙাক সাসন্দা খাবৈ-খারা শাহনবসু ঐখোয়ননি।”

“কমদৌনা ইংঙো শেল্লুংবা?”

“ইনিংথৌ শ্রীযুৎ সুরচন্দ্রনা লানহৌবা মনাওশিং লাকশিনগেদি হায়দ্রদুনা এজেন্ট সাহেবকী বাঙ্গলাদা চেল্লগা ‘ঐহাক নিংথৌ খুভম থাদোকচরে বৃন্দাবন্দা লাই নীংজরুরগে’ হায়না নিংথৌগী সম্পোৎ থাঙ কোয়েৎ শিন্নরমদুনা চৎখ্রগা কলিকতা য়ৌরগা, মহাক নিংথৌ খুভম থাদোকপা তৌদে, এজেন্টনা হায়রিবদু অরানবনি, কোইরেংনা মাবু তাম্থোপনি, মাবু ফম্বান্দা হঞ্জিনহনবীয়ু হায়না ব্রিটিস ইণ্ডিয়া সরকারগী

গবর্ণর জেনেরেলদা ব্রাকৎলুবদগী কমেসন সাহেব লাক্তুনা খাবে-খারা শান্নরিশিনি। শ্রীযুৎ সুরচন্দ্রগী মমা তিন্নদবা মনাওশিংনা মাগী মথক্তা লাল হৌরিবনু মানা মমা তিন্নবা মনাওশিংগী ব্রা লৌবা, মচিন মনাওশিংদা মীচং মীখায় নাইবা, চারোন্নবগী নিংঙাইনা থোকহনবনি।"

"মদুকুদি চুম্মীদা য়াম্বা শেল্লুংবা! ঐনা য়াম্না খঙনীংবা ব্রা অমা লৈ খঙলবদি অমুক্তা তাকপীয়ুবা।"

"করি ব্রানোনে?"

"সুম তৌবা য়াম্বা! কমেসন সাহেব লাক্কদবা নোংমা নিনী ব্রাৎলিঙৈদা যুবরাজদা টেলিগ্রাম অমা লাকখি হায় চুম্বরা! কনানা থারকপনো করি হায়রকপগে খঙবিব্রা?"

"চুম্মী ঐ খঙই। যুবরাজগী মরূপ অমনা থারকপনি। ব্রারোলদি কৈজাও অমা ফাগদৌরি হায়রকপনি।"

"অদুনদি কৈজাও অসি যুবরাজনি শোয়দ্রেদনা।"

"পুরাণগী ব্রাগুম্বনি থোক্লগতা খঙবা।"

"য়াম্বা শেল্লুংবা পুরাণগী ব্রা অতৈদি করি করিনো?"

"য়ামখ্রপোৎনি অরূবনা মতাইদা অনৈবনা ময়ায়দা, নূং তাউনি লশিং লূপকনি, চীংঙা পাইখিনি, মৈতৈ মচাশিং চানিংঙাই লৈতদুনা লৈবাক হোত্তুনা চারনি, য়ামখ্রপোৎনি, চুম্মী-চুমদে খঙগে হায়রবদি কুইনা পুনসিবা তাবা।"

# ১৪

## টুমু লম্বীদা

গুরুং কৌই গুর্খা সিফাই অদু, মাগী ফুরিৎ পান্থোমদা ভি অনী হাপ্পী, নাইকনি, সেকসন অমগী কমাণ্ডরনি; ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাইনি। ইং ১৮৯১ মার্চকী তাং ২২ দগী এজেন্ট সাহেবকী বাঙ্গলাদা দ্যুটি তাবনি। মহাক চিফ কমিসনর কুইন্টনগা লাকমিন্নবা লে: কোলনেল স্কীননা কম্মাণ্ড তৌবা ৪২ শুবা অমসুং ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ৪০০ অদুগী মরক্তা য়াওরকপা নত্তে, ব্রিটিস রেসিডেন্টবু থিনবা লাকখিবা সিফাই ১০০ অদুগী মনুংদা য়াওরকপনি, হান্নন মণিপুরদা লৈরবনি। সিফাই ১০০ সিগী মনুংদা দ্যুতি তাদবা সিফাই ৩৪ দি জমাদার বিববল নগর কোতিগা লোয়ননা লাংথবাল কেম্পতা লৈবী।

গুরুং তাং ২৪ গী অয়ুক অঙনবদা চিফ কমিসনবনা শীনবা মতুং ইন্না কোইরেং যুবরাজ ফাননবা যুবরাজগী সঙ্গায়দা লান্দাবা য়াওরুই। লান অদুদা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসকী অফিসার লে: ব্রেকেনবরী শাথিনা শোকখি অমসুং নুমিৎ অসিগী নুংদাংদা শিখি। কোইরেং যুবরাজদি মাগী সঙ্গাযদা লৈবমদদুনা ফাবা ঙমখিদ্রে। ব্রিটিসনা হান্নসু লাউথোক্তনা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা অহিংদা লান্দাবক্তুনা তূমলিবা মী হাৎপা য়ুম মৈ থাবনচিংবা তৌবকপদুদা মণিপুর মহারাজনা ব্রিটিসকী মথক্তা লান লাউথোকতুনা নুমিৎ চুপ্পা দুমা লান থেংনখি। নুংথিল নুমিদাংবাইরমদা মৈতৈ লাম্মীগী মমাঙদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ব্রিটিসকী সিফাই পূম্নমক রেসিডেন্সিদা চেনশিন্নবকখি। অয়ুক্তা কোইরেং যুবরাজগী সঙ্গায়দা থেংনবা লান্দা লে: ব্রেকেনববীতা নত্তনা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সুবদার হেমচান্দ য়াওনা সিফায় ৪০ হেন্না শিখি। লে : লুগার্দকা লোয়নন সিফায় ১৪ সু শাথিনা শোকখি।

গুরুংনা উখি নুংদাং পৃং ৮ তাবদা বেঙ্গুন খোংনদুনা নোংমৈ কাপ্পবা লেপনববা তুংদা চিফ কমিসনর কুইন্টনগা লোযননা এজেন্ট গ্রীমউদ, লে: কোলনেল স্কীন, মি: কোজিন্স অমসুং মখোয়গী ৪৩ শুবা গুর্খাগী অফিসার লে: সিমসন সনা কোনুংদা লান লেপ্পবা রাবী শানবা চংখি। মখোয় অহিং নোংয়াই যৌবফাওবা হল্লকখিদে। অহিং নোংযাই যৌরকপদা মণিপুরগী সনা কোনুংগী নোংচুপ থংবা থাঙ্গপাৎ মপানগী পরেংদগী রেসিডেন্সি তম্না তোপ কাপশিনবা হৌরকখি। লোয়ননা মৈতৈ লাম্মীগী মরক্তা য়াইস্কুল লাকপা, রাংখৈরাকপা, সেঙ্গোই সনা, অচৌ এলাংবনা লুচিংদুনা রেসিডেন্সিগী খা অরাং নোংচুপ মাযকৈ অহুম কোয়শিল্লগা নোংচুপলোমদগী

লান্দাশিল্লকখি। ব্রিটিস সিফায়শিংনা লান্দারক্লিবা মৈতে লাম্মীশিং তকথোরকখি। লোয়ন-লোয়ননা রেসিডেন্সিগী মনীংদা লৈবা হাওখুল অদু মৈ থাদোকখি। মৈতে লাম্মীশিং অদু তকথোরকপদা রেসিডেন্সিদা দ্যুতি তাবা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সুবদার রাজবীর নেবার য়াওনা সিফাই ৬০ হেন্না শিখি। হৌজিক রেসিডেন্সিদা লৈরিবা সিফায়শিংগী মখুত্তা নোংমৈ মরু লৈশিল্লক্লে, সনা কোনুং লোমদগীদি লেপ্লা লৈতনা নোংমৈ তোপ কাপশিল্লকই- রেসিডেন্সি ইমুংদা লৈবা য়াদ্রে লৈনুংগী কাদা ইথেলগা লোয়ননা খৃৎলায়না শোক্লবা সিফায়শিং লৈরি। মৈতে লাম্মীনা কোয়শিনবা হৌরক্লবদা চেলহৌবনা ফরনি খন্দুনা কাঙলুপ মচা-মচা খায়দোক্লুনা মায়কৈ ফাংনা চেন্নখি। অহিং নোংয়াই মতুং পৃং ২ তাবা মতমদা ব্রিটিস অফিসার অনী লে: গর্দন অমসুং লে: লুগাদনা গুর্খা সিফায় ৩০ খক কেম্প ফোলোয়র মী ১০০ গা লোয়ননা এজেন্ট গ্রীমউদকী মেম সাহেব ইথেল অমসুং অশোকপা সিফায় তরাতরেৎ পুরদুনা রেসিডেন্সিগী মনীংলোমদা থোরক্লুনা নম্বুল তুরেল লাল্লগা কাছার তান্না চৎখি।

গুরুংসু মমান্নবা অনীগা মখোয় অহুম এজেন্ট গ্রীমউদকী মেম সাহেবখোয়গা রেসিডেন্সিদগী থোকমিন্নরক্লগা নম্বুল তুরেল লাল্লবা তুংদা মমায় মখা পাংনা লাংথবাল কেম্প তান্না নম্বুল মপান লম্বীদা হাইথরক্লম্মী। কনা থেংনদনা শোৎ পেক লাউদনা লাকপনা পিশুম য়ৌরকপদা চীংঙা চীংগী নোংচুপ নাপোমদগী হাইদোরকপা অচেনবা সিফায় তান্নরকপা মৈতে লাম্মী কাঙবু অমগা কোক থেংনরে-কাপ্লবদা মখোয় অনীদি শিহৌরে গুরুংদি ময়াম লাঙনবা কাপ্লবা অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা তুরেল খোঙনুংদা চেন্থদুনা পঙচেন্দা-চেন্দুনা হৈরাঙ্গোই থোং য়ৌখি। থোংদগী মখারোমদা হিদেন অনীরোম চত্থরগা নোংঙাল্লমদাই অদুদা তোবর্বান্দা কাখৎলে। তুং মাঙ য়েংনা শোৎ পেক লাউদনা চৎখিদুনা লাংথবাল কেম্প য়ৌখ্রে। থুনা য়াঙনা চঙখিদুনা কেম্প ইন চার্জ অফিসার জমাদার বিরবল নগর কোটিদা থোকখিবা থৌদোক খুদীংমক অমত্তা চিংখদনা তল্লম্মী অদুগা হায়খি, "হুজুর ! নোং হেক ঙাল্লকপদা মণিপুরা লাম্মীনা কেম্প অসিদা শোয়দনা লান্দারক্কনি।"

চিফ কমিসনর কুইন্টনগা লোয়ননা ব্রিটিস অফিসার মঙা মণিপুর পেলেসতা ফাদুনা থমখিবা, ৪২ অমসুং ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ৪০০গা লোইননা রেসিডেন্সি ঙাক্লবা থম্বা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ৬০ হেন্না পুমত্তাক তাকখিবা শুপ্লগী সিফাই ৩০ খক এজেন্ট গ্রীমউদকী মেম সাহেবকা লোয়ননা চেনখিবা অমদি রেসিডেন্সি মৈ থাদোকখিবগী পাউ হেক তাবগা জমাদার নগরকোটি অমুক পন্থবা তৌদনা নোং ঙান্দ্রিঙৈদা টুমুরোমদা চেনখিনবা শেম শারম্মী।

জমাদার বিরবলনা গুর্খা সিফাই ৩৫ খক অদু সেকসন অহুম থোক্লা খায়দোক্লগা লম্বীগী নাকল অনীদা পরেং শাংনা সিঙ্গল লাইন্দা লেপহন্দুনা অহানবা সেকসনগী সিফাই অনীনা স্কাউট ওইহন্দুনা মাঙ থাহন্দুনা মথংদা অনীশুবা সেকসন্না ছোরোক্লী অতোপ্পা নাকন্দা জমাদার মশামক অমসুং মাগী তুংদা পোৎপুবা কুলী ময়াম অদুগী তুংদা ৩ শুবা সেকসন্না নীং খোমদুনা নাইক গুরুংনা লুচিংদুনা মার্চ্চ ২৫ গী অঙনবা অয়ুক অদুদা খুৎলৈ, থুনা দবল মার্চ্চ তৌদুনা টুমুরোমদা চৎখি। নুমিৎ থোক্লবা তুংদা মৈতৈ লাম্নীনা কেম্প অদুদা ফুজিল্লকপা মতমদদি ব্রিটিসকী সিফায় অমা ফাওবা লাংথবাল কেম্প অদুদা লৈরমদরে। কোইরেং যুবরাজগী য়াথং মতুং ইন্না য়েনখোইবা মেঞ্জরনা মৈতৈ লাম্নী চামা পুদুনা টুমু লম্বীদা তেংনৌপল ফাওবা তান্নখি অদুবু ফংখিদে। লান লৈতে হায়না সনা কোনুংদা পাউ থাখি।

মাঙ থাম্ববা জমাদার বিরবল নগর কোটিনা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলকী সিফাই ৩৫ দুগা লোয়ননা টুমুদা থুংদুনা মফম অদুদা লৈবা ব্রিটিস লাম্নীগী অফিসার লে: গ্রান্টতা মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক পূম্বগী পাউ তমখি।

লেফটিনান্ট সি জে দব্লিউ গ্রান্ট টুমুদা লৈবা ব্রিটিস আর্মী কেম্পকী কমাণ্ডরনি। মহাক্না জমাদার বিরবল নগর কোটিগী মফমদগী মণিপুরদা লাঞ্জাও থোকপা ব্রিটিস অফিসার মঙা ফাখিবা, ব্রিটিস গুর্খা সিফায় চামঙা তাকখিবা রেসিডেন্সি মৈনা চাকখিবা অমদি এজেন্ট গ্রীমউদকী নুপী শিম্ববা ফাম্ববরা হায়বা খঙদবগী ৱা তাবদা ঙাইহাক্তং ফম্নুংননা তুমিন্না লৈ।

নীংশিংলকখি, মশক মতৌ ফজরবী মৌনহা ইথেল গ্রীমরুদনা টুমুদা লাক্লম্বদু থা অনী ফাদ্রি। মহাক্না ইথেলবু ইহান হেক হান্না উনবদা থোকখিবা থৌদোক অদু নীংশিংলুবদা হাইফেৎ নোকখি।

"কনানা খঙবা এজেন্ট গ্রীমরুদনা মাগী নুপী পুরকই হায়বদি। টুমুগী বর্ম্মিজ সিভিল অফিসার মেয়োক্না ঐঙোন্দা মণিপুরগী ব্রিটিস রেসিডেন্ট গ্রীমরুদ টুমুদা লাকই হায়না পাউ পীরবা অদুদা মাবু উনবা চৎলুবনি। ঐদি বর্ম্মাগী জঙ্গলদা লৈবা পাখঙ বেচেলর অফিসারনি ঐনা শেৎলিবা ড্রেস অদুদি কেজুয়েলনি, নুপা মশেল উনবদদি করিসু কায়দবা অদুগা লেদিজশিংগা উনবগীদমক্তদি ইমপ্রোপব ওইবা ড্রেসনি। ঐনা গ্রীমরুদ লৈরমগনি খন্দুনা মখোয়গী য়ুমথুংফম পেগোদা অদুগী কা মনুংদুদা-"হেলো" হায়না চঙশিল্লুবদা মি: গ্রীমরুদতি লৈরমদদুনা মিসেস গ্রীমরুদনা -"য়েস" হায়না চঙশিল্লকপা অদুদা ঐহাক খঙপ্রেক খংখি। "সোরি এক্সকুজ মি" হায়রল্লগা থুনা য়াঙনা হন্দোরক্লগা ঐহাক ঐগী কেম্প তান্না প্রপ প্রপ চেল্লগা থুনা প্রোপর ওইবা ড্রেস হোংদোক্লগা অমুক হন্না চত্তুনা ইশাবু শক তাকচরগা শকখঙ মায়খঙনখি।"

মখোয় অনী অদু মেয়েক অদুগা লোয়ননা টুমুদা কোয়মল্লনি মখোয় টুমুদা নুমিৎ মরিনী লৈরম্মী। ইথেলনা টুমুদগী উনা শাবা ছত্রং মরাশিংগা মুগাগী পোৎ খর ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নখি। মখোয়না টুমুদা লৈরিঙৈদা ঐনা হেক ওমজবা মখে মখোয়গী নুংঙাইনবা হোৎনখিবনি। ঐগী ফাগীদা মহাক থবায় তানা নোকচখিবনি।

নীংশিংলকখি, মখোয় অনী ঐগী অপীকপা জাগা অদুদা চা থকপা লাকখিবা, উমংদা শাংনা-শাংনা খোঙনা কোয়মিন্নখিবা মাগীদমক ঐনা মানা পাম্বা উরে কয়া হেক্তুনা মাগী মশাম্বোম থন্না য়ানশিনবীখিবা অদো ঙরাংতা ওইরবোই নীংই। মানা হায়খিবা - "মণিপুরদগী মাইল মরিফুতরাতরুক হেন্না লাপ্পা কোহিমা নত্তবা হেন্না নকপা মাইল হুম্ফুমঙা খক্তা লাপ্পা মফমদা ঐখোয়গী মীশক অমা লৈরম্বসিদি ঐদি ওম্বোক্লা নুঙাইজগ্রে।" হায়বদু ঙসিসু তারি।

ঐহাক নোংমা মোরে থানাদা লৈবা মখোয়গী থুংফম অদুদা চৎলুই। মতমদুদা মহাক কেক শাদুনা লৈরম্মী। ঐসু মনাক্তা চঙশিন্দুনা কেক শাবদু য়াওরুই। অদুবু ঐখোয়না শাবা কেক অদু মুশুক মুনা কাথেকলম্মী। মি: গ্রীমরুদনা কেক অদু অসুম অসুম কল্লুগা- "ঐখোয় নুমিৎ খরনিদি মৈতাল লৈদ্রবসু য়ারনি" হায়রম্মী। মাগী রাদু থৌওইরুদনা ইথেলগা ঐগদি কেক অদু অদুম ককথরম্মী। মমৈদা ময়ায়দা য়াওবা শরুক অয়াম্বদি চাবা য়ারম্বা থেংনরুই। মদু মচেৎ অমা কক্তুনা ইথেলনা মি: গ্রীমরুদতা "চাদুনা য়েংউ" হায়না পীরম্মী। ঐখোয় অনীসু চারম্মী, কয়া হাউগ্রে। মি: গ্রীমরুদনসু "য়াম্মা ফরে, হাউইনে" হায়রম্মী। মখোয়না মণিপুরদা হল্লমদাইদা ইথেলনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, "মতম খর ছুটি লৌদুনা ইম্ফালদা ঐখোয়গীদা লাকপীয়ু লোক্তোক পাৎতা ঙানু কাপমিন্নরুসি।"

কদায়দা কৈদৌঙৈ ? গ্রান্ট মঙফাওনরে- "ইথেল নঙবু চেনখিদুনা কাছার য়ৌরবরা নত্রগা ফাগ্রবরা নত্রগা শিগ্রবরা ? মণিপুর পেলেসতা ফাদুনা থমখ্রবা অফিসারশিংদুনা কমদৌগ্রবা ? মিসেস গ্রীমরুদ কদাইদা লৈগ্রে করিমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। মাবুসু ফাদুনা বোন্দি থল্লম্বা য়াই। অদুনদি ঐহাক থুনমক চত্তুনা বোন্দিশিং অদুবু কল্লুদবা য়াদে, ইথেলগী মতেঙ পাংলুদবা য়াদে।"

অসুম্না লেপ্পদুনা পৃং ৪৮ গী মনুংদা লাংথবালদগী টুমু তান্না চেল্লকখিবা ৪৩ শুবা গুর্খা জমাদর বিরবল নগরকোটিগী পাউ অদু লেফটিনান্ট গ্রান্টনা টেলিগ্রাফ তৌদুনা বর্ম্মদা লৈবা ব্রিটিস আর্মীগী হেদ কার্টস পৃম্বা য়ৌহনখি অমসুং মহাকপু মণিপুর তান্না চত্তুনা বোন্দিশিং অদু কল্লুনবা অমদি মি: গ্রীমরুদকী মেম সাহেবগী মতেং পাংলুনবা য়াথং পীবিয়ু হায়জখি। তাং ২৭ কী নুমাং পৃং ১ তাবদা অয়াবা য়াথং অদু ফংখি।

লেফটিনান্ট সি জে দব্লিউ গ্রান্টনা মাগী লানশওদা লৈবা সিফাই য়াখৈ অদুগা ৪৩ শুবা গুর্খাগী জমাদার বিরবল নগর্ কোটিনা লাংথবালদগী পুরকপা গুর্খা সিফাই কুল্লাগা পূল্লা লাল্মী ৮০ গা শামু ওগা মার্চকী তাং ২৮ অয়ুক পুং ৫ দা মণিপুরগীদমক টুমু থাদোকখি। মাগী লাল্মী য়াখৈ অদু মী অমমমদা নোংমৈ মরু চামহুন্ফু অদুগা গুর্খা লাল্মী কুল্লা অদুগী অমমমদা মার্টিনী রাইফল মরু হুন্ফু-হুন্ফু য়াওই। দবল মার্চ তৌদুনা পুং ১২ খোঙনা চৎ, পুং ৮ পোথা তৌদুনা অহিং নুংথিল নাইদনা লাকপনা মার্চ তাং ৩০ গী অয়ুক পুং ৭ তাবদা পলেল য়ৌরে। অসি ফাওবা লাকপদা চীংগী লানবন অমদগী মণিপুর লাল্মী ১৫০ অমসুং পলেনগী চীংখোঙ অমদগী মণিপুর লাল্মী ২০০ অমসু তকথোকখি। চীংশিং অসিদা শামুদি পুংদা মাইল অমা অনীদমক চৎপা ঙমই চীংসু ফুট ৬০০০ রাংই অদুবু লম্বীদি য়াম্না ফৈ। পলেলদগী মাগী শগোল ক্লীংকর তোংদুনা নুংদাং পুং ১১ দগী খোঙশাল্লকপনা মথং নুমিৎ তাং ৩১ গী অয়ুক পুং ৭ তা থৌবাল অথোকপম য়ৌরক্লে।

কবো লম লোমদা লান তানবা য়েনখোইবা মেঞ্জরনা লাংথবালদগী চেনখিবা ব্রিটিস সিফায়শিং অদুনা লাঞ্জাবা চৎখিবা অশাংবা সুবদার, মাইব্যা জমাদারনচিংবা নুপামঙা ফাদুনা পুখিবতা নত্তনা লাঙথেলদগীসু নুপা য়াখৈ ফাদুনা বেগারী ওইনখি হায়বা খঙখি। য়েনখোইবা তাং ২৭ তা তেংনৌপল য়ৌরে অদুবু চেনখিবা ব্রিটিস সিফায় অমত্তা থেংনরমদে। অদুনা সনা কোনুংদা লান থেংনদে হায়না পাউ য়ৌখি। য়েনখোইবনা তেংনৌপলদা লানবন শাদুনা লৈহৌরগা লাইশ্রবা হাজারীবু লোকচাও তান্না লাঞ্জাবা চৎহনখি। লোকচাওদা তাং ২৮ গী নুংথিলদা হাজারীনা টুমুদগী লানগারকপা ব্রিটিসকী লাল্মী ময়ামদু উখি, হন্দুনা য়েনখোইবা মেজরদা পাউ পীখি। হাজারীবু সনা কোনুংদা পাউ য়ৌনবা অমসুং লাল্মী থোমজিনবীরক্লবা হঙ্গৎহনখি।

সোমদা তাং ২৯ গী চাকচমাওদা লানগারকপা ব্রিটিস লাল্মীগা মৈতৈ লাল্মীগা তেংনৌপলদা পুংথায় অমরোম অকনবা লান থেংনখি অদুবু খুৎলায় ফবা হেনবা ব্রিটিস লাল্মীনা লাকচরক্লুনা মাগী তেঙ্গোন্দা অশি-অনা য়াওরক্লবদা খুৎলৈ থুনা পলেল তান্না হন্দোরকখি অদুগা চীংগোন অমদা সনা কোনুংদগী থোমজিল্লকপা লাল্মী ১০০ রোমগা মৈতৈ লাল্মী চনী লানবন শেমদুনা লৈখি।

তাং ৩০ গী অয়ুক পুং ৭ তা পলেল য়ৌরকপা লেফটিনেন্ট গ্রান্টনা লুচিংবা ব্রিটিসকী লাল্মী তেঙ্গোল অদুনা পলেল চীংগোন্দা লানবন শাদুনা লৈরিবা মৈতৈ তেঙ্গোলগা অকনবা লান থেংনখি। খুৎলায় ফবা হেনবা ব্রিটিস লাল্মীনা লাকচরকপদগী মৈতৈ তেঙ্গোল কায়দুনা চেনখি। য়েনখোইবা মেজর য়াম্বীরবা লাল্মীগা লোয়ননা

নীংহল্লখি। মৈতৈ তেঙ্গোল পলেলদা মায়থীবগী পাউ সনা কোনুং য়ৌখি। জয় ওইরবা ব্রিটিস লান্মী পলেলদা নুংথিলদু পোত্থারগা অহিং পূং ১১ তাবদা পলেল থাদোক্লুনা থৌবাল তান্না চঙশিনখি।

লাইশ্রবা হাজারীনা লোকচাওদগী ব্রিটিস লান্মীনা লানগরকপা পাউ পীশ্লবা তুংদা মৈতৈ লান্মীনা তেংনৌপলদা অমুক মথংদা পলেলদা অমুক মায়থীবগী পাউ মথং-মথং য়ৌরকপা, অকোনবদা লানগারকপা ব্রিটিস লান্মী থৌবল পাংগ্রে হায়বা পাউ য়ৌরকপদা নুংশা থীরবা মৈদিংঙু কুলচন্দ্রনা মনাও ইবুংঙো কোইরেং যুবরাজগা "লানফমসি লুশিল্লক্লী কমদৌসিগে" হায়না তান্নে। কোইরেং যুবরাজনা ময়াম্লুংদা হঙ্গংখি মরৈবাক নীংবা মচা হায়ৎপা লৈতে পূম্নমক থৌরাং তৌজরি নুংশা থীবীনু হায়না হঙ্গংখি। কোইবেং যুবরাজনা থৌবালদা লান ঙাক্লবা থারকপা মনাও ইবুংঙো সেনাপতি, শ্রীমাইপাকসনা হায়ংখৈরাকপা চোংথা মচা অয়াপুবেল মেজরনচিংবগী লক্তা অতৈনা লীলোংদা লানবন শাদুনা লৈহৌবগা চোংথা মচা অযাপুবেল মেজবনা মৈতৈ লান্মী চহুমগা থৌবাল তান্না চঙশিনখিদুনা অবোং তুবেলগী য়েৎথংবা তোর্বান্দা লৈবা খোঙবান অমদি তুবেলগা তাইনবা মাযকৈ মবিমক্তা লৈপল নাখৎপা ইংখোল মনুংদা মৈতৈ লান্মী থমদুনা লান লুমহন্দুনা লানগাবকপা ব্রিটিস তেঙ্গোল ঙাইদুনা লৈখি। অবোং তুবেল থক্তা শাবা ইম্ফাল সনা কোনুং তাবা লম্বী ফাওনবা থোং অদু চোংথা মচা অযাপুবেল মেজবনা মৈ থাদোকখি।

# ১৫

# বিদাই শংবান্নবী

লমদা থাগী থামৈ বসন্ত ঋতুগী নুমিদাংবাইরমনি। য়েংখি-য়েংখিবা মায়কৈদা উনৌ-ব্বানৌ, নুমিদাংবাইরমগী লিরি-লিরি শিৎপা নুংশিৎ, উশা ব্বাশাদা তোংলিবা চেক্লাশিংগী নুংশিরবা খোঞ্জেল, হারিগী নিং নিং লাউবা খোম্বাং পুম্নমকসিনা মী পূম্বগী পুক্লীং থোইদোক্লা ঈনখৎলক্লিবা নহাশিংগী থম্মোই মালহৌনবা মতমনি। ইং ১৮৯১ গী মার্চ থাগী তাং ৩১ গী নুমিৎ অসিদা টুমুদগী লানগারকপা ব্রিটিস লাম্মীনা থৌবাল য়ৌরক্তুনা অথোকপম খুনজিন্দা লান থেংনবগী মৈতৈ পূম্বা থরক হুনগৎনা, সনা কোনুংদা লাম্বোংশীনবগী খোইরেন মশা পাইনরি, ঈরাং লাণ্ডলি। মীনা খোইরেন মশা পাল্লবসু মহৌশা লাইবেম্বীদি মোং-হাদনা মথৌ কায়দনা তৌরি। শাৎকাযববা জাতী লৈরাং লৈনম্লা হারে শংবান্নবীখোয় শুমাং অদু। লাইশঙলোমদগী শীৎলকপা লৈহাও লৈনম পুরবা নুংশিৎনা লৈনম ঈনোৎ কাহল্লে। শংবান্নবীসু মোং হাদনা মথৌ তৌরি।

চেংহী উতি লুজদুনা ঈরু মায়থজবগা চন্দন চব্বা থিন শমজেৎ হাত্তুনা শামায় হাপ ফিশেং শেৎ মবুংঙো মবেম্মা বাধা মদন মোহনজিদা সন্ধ্যা আরতীদা থোন্ননবা লৈ পরেং লেংলি। পূক্লীং তয়াং তশোয় থব্বায়গী মবুঙোগীদমক শেমজরি তখেল্লে নাচোম। লোয়ন-লোয়ননা যাবচন্দন মৃগমদ চন্দন চাইরবা তুলসী পত্র অচোইবা লৈ হৈকুক পানা পাম্মুবগীদমক মবুংঙো মবেম্মদা কৎননবা সেঙ্গাদা থাঙ্গত্তুনা ধুপ বর্ত্তিগা লোয়ননা লাইশঙ নুংদা থম্লুরে। নুমিৎ তাম্রদুনা শ্রী শ্রী বাধা মদন মোহনজী সন্ধ্যা আবতী কৎপা লোইপ্রে।

লাইদা থোল্লুবা নির্মল্য লৈ পরেং, তখেল্লে নাচোম, বালভোগ অথুম অহাও বর্ত্তি লেমখাক খর সেঙ্গাদা হাপ্লগা খুদোংননা পুদুনা মাগীকাদা মমাগা ব্বারী শানা শানা চঙলকপদা সনাহল মুরা অমদা চাউথ্রোক চাউনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্বা উবদা গুক্লা খংতক তৌখি। পাখৎপা অদু ফাথরগা শংবান্নবীনা হায়রকখি-

"হাইমা! য়াম্বুং, পাখৎলুরেদা, কদোমদগীনো?"

"ইমা থৌরাণী! কনামত্তো লৈরমদবদুদা হেক্তো চঙদুনা ফল্লম্বনি।"

"লেংশিল্লু, শংবান য়াম্বুংদা বালভোক নির্মল্য লানশিল্লু। করি হানি ষঙ্গোমদি লৈবনি শংবান। সনাহল নচনগা ব্বারী শারম্মু। ইমা লোইশিন-খমজিনল্লুখিগে" হায়রগা মমা থৌরাণী চংপ্লে।

সনাহুল শংবান মখোয় অনীতকি কাদুনা, শংবান ঈয়াং লাওই।

“য়াম্বুং, শ্রীশ্রীমদন মোহনজীগী নির্মাল্যনি” হায়দুনা মালিকা পরেং অদু সনাহুলগী ওকশমদা হুকচিনখীরম্মী, তাখেল্লে মাচোমদু নাক্কনা থেংপীরম্মী। শংবাম্নবীনা লৈ পরেং অদু হেক হুকপদা সনাহুল মোমোন তৌই শংবান মখুক্তা পেঙ্গে। “ঐ মজোম মৌরুখিগে য়াম্বুং।

“ঙাইহাক্তং-ঙাইখো ইনাক্তা ফম্মোরাও, ঐনা হায়বসি তাখো।”

“করিনো য়াম্বুং ?”

“নুংশিদয়নে ইমা লৈবাক মণিপুরসে ঐদি ঙমখে লৈতনা নুংশিজ্রে।”

য়া অসি হেক তাবদা শংবাম্নবীনা খঙখি। অরুবা য়া লৈরে, মচি লেঙখিদ্রে ময়াক্কুদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈগ্রে। সনাহুল মাইখী লাইনৌ তাবগুম বরং বরং হায়থরকখি।

“কষ্টৌরবা ইপা ইপুশিংগী ঈখেঙতনা তা-দুনা শেমগ্রবা সনা লৈবাক্কি। চীংনা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়না পনঙাকপা মণিপুর সনা লৈবাক্কি, সনানা ময়ুং কাবা লম, লুপানা মফেন ওইবা লম, মণিনা ফিবান চনবা লম- ফজৈদকো ইমা নঙসে য়েংখি-য়েংখি মায়কৈদা, মিৎফম হোংবা য়াদেদা। চীংবু য়েংলে পূক্লীং হুই তম্বু য়েংলে নুংঙোল্লী।

কৌব্রু, কৌনু লোয়ারাকপা কুমদম চীংনা কোকথোন ওইবী, নোংজু-নুংশা তাক্রচীং-নোংমাই চীংনা খ্বাংলাক ওইবী, লুপাগী তাবা তুরেন্না খাউওন্নবিবী, অশংবা ফিগে থোল্লিবী ফজৈদকো ইমা নঙসে।

মঙাং গুরুনা খলোংদা লেপ, লুবাং গুরুনা অতিয়া মকোয়দা লৈ, খুমন গুরুনা ঙাগ্রুম চীংজেংদা ফম, থাসি থানিননা অহিংদা কোয়শেন শেন্নরিবী নহাক্লী। চীংখে ফিদুপ মায়খুম হাইদোক, শিব খলোং চীংদোন্দা লেপ, নুমিৎ খুদীং কোরৌহনবা য়েংলী নঙগী অয়ুক্কী ফজবা! নোংমই খোংচৎ লোইরতুং ঙাগ্রুম চীংজেংদা ফম্, থাশি-থানিনদা শিন্নরমদাই নোংজাবী ফিজেৎনরবী নঙবু চিংন-চিংন-য়েং বিদায়রম্বা নুংঙোল্লি।

ইনুং ঙাল্লে ক্বাক্কী লানবাও শীল্লে চরোই তেতু খোংলে
ছোরা চীং নাপোম তৈনা সনাগী দলাই তোংদুনা অতিয়া শুন্দাই ফাওদুনা
পাৎকী উচেক শৈহেক্রো নিল্লবী লোকতাক ঈশাক লাল্লকপা কোরৌহনবনা
অতিয়াদা লৈনা লৈনা লাইজনুংদা ঈরুগুনা শান্নরিবা পূক্লীং হুরি কনাগী।
লেংলোং তিন্তোং চীং নাপোমদে উবা জিরি তম্পাক ঈয়ায়দা কোরৌহনবনা
ঈরুপখিবা নঙগী শক্তম নীংথিবী শীংথান-য়াহে লৈতেদো উরগত্রা খঙগনি।

মেরা থাগী থায়াইদা মপুং ফারবা থাজনা মরিং তেলহৈবা চীংদোন্দা ফম
বরাক খোঙবান তাইজিজাং ওন নোংচুপ চীংদগী থাজনা য়েংজখিবা
নঙগী ফজবা করি ৱাহৈনা শীংথানি।

ঈশিং ফবী মহৈয় ফবী মচা চানবী নহাক্লি
অতেঙ পুখ্রি, সাদিম পুখ্রি, কৌব্রু পুখ্রি, চীংদোন্দা পাৎ,
থাঙ্গ ঈথিং, কারাং চীং, লোক্তাক পাৎয়াইদা চীং
নোংদোন থক্তা লৈবা খেবু চীংদোন, বরাক তুরেল ঈশিংচাইবী
থম্মোই শুন্দ্ধৎনীংঙাইনি মিৎফম হোংবা য়াদবী
ফজেদা ইমা মৈতৈ লৈমা য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈ

নঙদি ইমা পৃথিৱিগী স্বর্গনি কল্প বৃক্ষ হৌরিবী
নঙবু ঐনা নুংশিজে থৱায়দগী হেন্না নুংশিজে
নুংশিদরনে শংবান ইমা লৈবাক মণিপুর !

নোম্বা কনবী অখাঙ কনবী
নচা নুপীশিংনা কুপশেন শেন্নরিবী
ওই থাঙ, য়েৎ থাঙ পায়দুনা
নচা পাথৌ কয়ানা ঙাকচরিবী নহাকপু
পৃথিৱিগী অপীকপা স্বর্গ অসিবু
চোঙলম চাদবা নচা খরনা
হোৎনরি মীমাঙ ফমহন্নবা।

স্বর্গদগীসু হেল্লবী পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক মণিপুর
নঙনা নচাশিংগীদমক্তা চীংনুং মানুং উনুং ৱানুং
থারোন মাগুলোং খাংখুই শুরুংনচিংবদা
লোত্তুনা থম্বীরিবা লম্তুম হী য়াই মণি মুক্তা মুনগে হায়না

ইমাগী শল্লাং লাক্লা চিংগে ফোয়গে হায়না য়েক্লবা মলেষনা লান্দারক্লে, থৌবাল অথোকপম য়ৌরক্লে, হৌজ থেংখাঙ কয়াদা অসুম্না লাকপা য়েক্ল-কয়া লাল্লুম চোমায় লৌ তাম্ব্লোকখি নিংথি ৱাংমা লান্না।

লান্দারক্লিবা মলেষ লাম্মী লাল্লুম চোমায় লৌ
য়েন্দেম থারোম শোই তাম্ব্লোকখিনি মণিপুর ৱাংম লান্না
কৌরেনে ইমানা ঐবু চৎপা তারে লানফমদা, শংবান !

খঙঙ্ভু শংবান, ঐদি ইমা লৈবাক মণিপুর অশুঙ্কী মতীক নুংশিজে ঐনা ইমা লৈবাকপু খক থাদোকচরোই। মথানুংদা পোকচবনি মতম্বাক্তা চাউজবনি। ঐগী ঈরিক খৃদীং ইমা লৈবাক্কী ঈশিং নুংশিৎ লৈহাওনি। মাগীদমক হিংজবা মাগীদমক শিজবা সেঙ্গোই ঐগী ব্রাশক্লী।

লানফমদা থব্রায় থারবদি হায়নৈ লেপ্লা স্বর্গ কায়, অদুবু ঐদি পামজদে স্বর্গ, পামজদে বৈকুন্ঠ, পামজদে গোলোক, ব্রহ্ম লোক, শিবলোক, ঐদি লাক্কনি হল্লক্কনি ইমা লৈবাক মণিপুরদা, পোকচগনি হন্না-হন্না। মী ওইনা পোক্লসু,শা-উচেক তিন কাং ওইনা পোক্লসু, উ-ব্রা নাপী শিংবী ওইন পোক্লসু পোকচগনি হন্না-হন্না ইমা লৈবাক অসিদা হন্না-হন্না। অতৈ অমদা পোকচরোই। মপোক খৃদীং তাম্হোক্কনি য়েক্লবা, তিম্ফা, কাকফৈ, কাঙ ওইনা চিক্কনি, তিংখং ওইনা যুগনি। য়েক্লবা অমত্তা লেম্না থারোই।”

শংবান্নবীদা খোযথুম্নরবা মিৎয়েং অমনা শংত্রিক য়েংলগা হায়রকখি। “শংবান্ ঐনা কবিগুম্বা লানফমদগী হল্লক্লবদি, করিগুম্বা লমখুনু অমনা শুমাং মতোন্দা ননাক্তা খোংলববদি মদু ঐনি হায়বা খঙঙ্ভু। ঐ চৎলে, য়ৌরে চৎনবা মতম ঙাইনরম্লনি ঐবু কৌরেনে ঐবু ইমানা ”, হাযনা-হায়না ফুক হৌগত্তুনা গম-গম মপান্দা থোকখি। মমিত্তা মপি ওরো-বো শিন্থুরিবী ফুনগৎলবী শংবান্নবী, “য়েক্ল-পূম্বা লাল্লুম চোমায লৌ য়েন্দেম থরাম শোই লানঙম ফিরান পায় হল্লকউকো য়াম্মুং!” হায়জবা ঙমহৌদে। পৃংপঙ পঙথদুনা মচি লেঙদনা অদুম্মক লৈখি।

১৬

# নীংতম মৈতৈ লান্মী

টুমুরোমদগী লানগারকপা ব্রিটিস লাম্মীশিংবু মৈতৈ লাম্মীনা তেংনৌপন পলেল মফম অনীসিদা থিংবা ঙমদনা সনা কোনুংতম্না চংশিল্লক্লবদা নুংশা থীরবা নিংথেম কুলচন্দ্রনা শগোল পাউজেল থাদুনা মণিপুরগী কৈথেলশিংদা সনা য়াথং লাউথোকহনখি।

ঘারোলদি :- "মৈত্রবাক্কী নুংশিরবা লৈবাক মচাশা য়েক্লবা মলেষনা ঐখোয়গী ইরৈবাক্তা লান্দারক্লে। মশীং লাকঙমদ্রবা ফিরিঙ্গী লাম্মীগা থৌবালদা অকনবা লান থেংনরি। মায়কৈ অহুম্মক্তা য়েক্লবা লাম্মী থোমজিল্লক্লি, ইরৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বা শীংনরক্লি ইরৈবাক অৱাবদা তারে।

ইরৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বা ঙাক্লবা লৈবাক প্রজা কন্নবা ইমাগী অথৌবা মচা পূম্বা চোংথোরক্লো, ইমানা কৌরে নখোয়বু।

পজেং ফিরান থেৎনীংদ্রা ? খামেন চৎপা শেৎনীংদ্রা, রেসম ফুরিৎ লীৎনীংদ্রা খুজি তাল শিনীংদ্রা ? পামদবরা মরৈবাক নীংবা মচানী শোন্নবা লৈবাক প্রজাগীদমক শ্রীশ্রী গোবিন্দগীদমক থোরকউ লাও অফংবা খূৎলায় পায়দুনা, ইমা লৈবাক্না কৌরেনে নখোয়বু।"

অসুম্না পূং থীন্দুনা নিংথেমগী সনা য়াথং লাউথোরকপা তারবা তুংদা লাইশ্রবা হাজারীগী মচা চাউতোনগা মমান্নবা অচৌগা লোয়ননা য়াইরিপোক মায়গৈ অদোমদগী মমান্নবা মরৈবাক নীংবা পাখঙ কুন থাঙ চুঙ্গোয় পায়দুনা য়েক্লবা মলেষকা লান থেংনগে হায়দুনা তুলি নহা লানশঙগী কমান্দর হাজারীদা রিপোর্ট তৌরগা সনা কোনুং মায়কৈ পাংখরে। য়াইরিপোক্কী অচৌ চাউতোন পীশক পীক্লিঙৈদগী মরৈবাক মণিপুরগী য়েক্লবা হেক থেংনবা মফমদা হাৎকনি হায়না ৱাশকখ্রবা, মরৈবাক্কী য়েক্লবা কনানো কদায়দা লৈবগে হায়না হংদুনা থিদুনা লাক্লিবনি। হৌজিক য়েক্লবা অদু চোংথোরক্লে থৌবাল অথোকপমদা পৈদুনা লৈরে তাবদা য়েক্লববু য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোয়রনি খনবদা হরাওবনা লুতোন কারবা অচৌ, চাউতোম্নী।

অসুম্না চোংথোরকখি মরিং তেলহৈবা খুন্দগী মরৈবাক নীংবা পাখঙ কুন, লীরুং পায় তেন্দোং নম্বো পোদুনা মোবা মরিংনা লুচীংদুনা সনা কোনুং তম্লক্লি।

মোইরাংলোমদগী লাক্লি তাবাক পায়বা মরৈবাক নীংবা পাখঙ কুন কেঙবা মাইরেম্বনা লুচিংদুনা।

ময়াং ইম্ফাল কাওবনা লুচিংবা লোং পায়বা পাখঙ কুন্নী মরৈবাক নীংবা সনা কোনুং পাংলক্লিবা।

সেক্তা অমুবা সেক্তা খুনগী মরৈবাক নীংবা লংনা ফেঙলবা থাঙজৌ অনী অনী পায়বা পাখঙ কুন পুদুনা সনা কোনুং পাংলক্লি।

ইরৈবাক্কী য়েক্লবা কদায়দনো থিরিবা তখেন-থাঙ পায়বা পাখঙ কুন লুচিংদুনা মাক্লং তোম্বা থুংলরে কংলা সনথোঙদা।

মৈহুম মোরোক পাউজেল ফংবদা মৈতান অরাবা খোঙনেৎনবগুম লাকখি পুন্না শক্লকখি,

"চৎলো চৎসি মৈতৈ পূম্নমক
কৌরেনে ইমানা নখোয়বু
পূম্নমক তিন্নদুনা হায়সিকো
শিগে ঐখোয় ইমাগীদমক

মাঙদা চঙশিল্লু নীংহন্নগনু
য়েন্দেম থরাম শোই লাল্লুম চোমায় লৌ
থাঙশাং খুৎপায় চেৎ চুঙ্গোয় জগোই শা
য়েক্ল' তানসি নিংথিব্রাংমা লান্না

চৎলো চৎসি, মৈতৈ পূম্নমক
কৌরেনে ইমানা ঐখোয়বু।"

লাক্লিবা কাঙবু পূম্বসিগী লুচিংবা চাউতোন্ অচৌ, মোবা মরিং, কেঙবা মাইরেম্বা, ময়াং ইম্ফাল কাওবা, সেক্তা অমুবা, মাক্লং তোম্বা পূম্নমক সনাহল সেঙ্গোইসনাগা লুনা চান্না তিন্নবা মরূপ ঙাক্তনি। মখোয়পূম্বা নোংচুপ সনাথোঙদা সেঙ্গোই সনা, অচৌ এলাংবা অনীনা তারম্না ওক্তুনা তোপ গারোৎ তান্না পুশিল্লকখি।

তোপ গারোৎতা কোইরেং যুবরাজ, থঙ্গাল জেনেরেল, লাইশ্রবা হাজারী ব্বারী শাদুনা লৈরম্মী। সেঙ্গোইসনানা চঙশিল্লক্তুনা খুরুম্লগা হঙ্গৎখি, "ইতোল স্নাখ্বা ইবুংঙো! মখোয় পুম্বা মরৈবাক নীংবা পাথৌ ঙাক্তনি, য়েক্লবা মলেষকা লানবাগে লাকচরিবা।"

মখোয় পূম্বা কোয়রেং যুবরাজ খুরুম্মী।

পাখঙ লাম্মীশিংদু উবদা কোইরেং থঙ্গাল হরাও মোমোন নোকই, অদুবু মখোয়না পায়রিবা খুৎলায়না করম্না ফিরিঙ্গী নোংমৈগা পাগদগে খনবদা চমমনৈ।

খূৎলায়গা লোয়ননা লালী কৈদৌঙৈনো খনখি।

"নুংঙাইরেদা মরৈবাক নীংবা মচা অমত্তং লৈবদা য়েক্লবা লখানা করিসু তৌবা ঙমদ্রিবনি। ইমা লৈবাক্কী মমা নীংবা মচা অসুক য়াম্না লৈরবদা মলেষনা করি তৌবা ঙমগনি।" অসি হায়রগা কোইরেংনা অচৌ চাউতোন্দা হংলকখি।

"নখোয়গী খূৎলায় করিনো ?"

"অজ্ঞা ননাই ঐখোয় কুন্নী থাঙ চুঙ্গোয় খূৎলায়নি, লাইশ্রবা হাজারীগী সেবক্লি।"

"মোবা নঙগীদি করি খূৎলায় ?"

"অজ্ঞা ননাই ঐখোয় কুন, লীরুং তেন- তেঞ্জিন হু তৈবা হেক পানবদা হিংদ্রবা তেন।"

অসুম্না কেঙবগী তা, কাওবগী লোঙ, থাংজ তরেৎ চঙনা শাবা হেক থিনবদা হিংবা ঙমদ্রবা, অমুবা অমসুং তোম্বগী শম কোকপা য়ানা থৌরবা থাঙজৌ তখেন থাঙ, পূম্নমকসি খঙলবা তারবা তুংদা কোইরেংনা সেঙ্গোইদা হায়রকখি।

"ইচা ইবুংঙো পূম্নমকসি পুদুনা পাবুং স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী থৌগল তৌদুনা ঙসিমক থৌবাল লানফম তান্না চঙশিল্লো। অদুগা মখোয়শিংসি লানজিংমক্তি থংহনগনু।"

সেঙ্গোইসনা মতোল খুরুম্লগা মখোয় পূম্বা পুদুনা মপাবুং থৌগল তৌদুনা থৌবাল লান যাত্রা তৌখি। চৎলমদাইদা মতোল ইবুংঙোদা পাউ অমা হঙ্গৎলমখি, "অজ্ঞা, কাউন্ট লালীগী মী অনী চান্দপুরদা ব্রিটিসনা ফাগ্রে। অকুপ্পা ব্বারোল হাজারীদা হংবীয়ু।"

সেঙ্গোইসনা চৎখ্রবা তুংদা কোইরেংনা হায়রকখি, "ইপু ঐখোয়গী লাম্নীগী খূৎলায়সি ওম্বোক্লা পেনখিদ্রেদা। হাজারী ! করি পাউ লৈ ?"

যুবরাজ মশু মপুদা খুরুম্লগা হাজারীনা হঙ্গৎলকখি, "অজ্ঞা ! তাবদা নুংঙাইতবা পাউ অমা হঙ্গৎচগে তাবীয়ু, ননাই কাউন্ট লালী যুনিয়র !"

"করি হায়বা?"

"তপথবিয়ু অজ্ঞা! হৌজিকমক্কীদি ননাই লালীগী খুদোং থীবা থোইনা লৈত্রি। অদুবু ঐখোয়গী খূৎলায় পুরকপদা মাগী মী অনী চান্দপুর থানাদা ব্রিটিস লাম্নীনা

ফাগ্রে। রাইফল কুন পিষ্টোল তরা য়ান্নবা মরুগা লোয়ননা ফাগ্রে। খৃৎলায় পুশিল্লকপগী পাউ অসি কলিকতাদগী হান্নগী শগোল হঞ্জবনা ব্রিটিস সাহেবশিংদা পীবনি হায়। পাউ অমনা অজ্ঞা শিলচরদা সাহেবকী লাঙ্গী য়াম্না মণিপুরদা লান্দানবা পৈখৎহৌরে হায়।"

"ব্রিটিস সিফায়শিং অদুগী কমাণ্ডর কনানা ওইনি হায় ?"

"মদু হৌজিকমক্তি খণ্ডদ্রি অজ্ঞা।"

"লালীগী পাউদি ?"

"ননাই লালী অদু শিলচররোমদা লাক্লরোই। অব্রাং কাছারগী হাফ্লাংলোমদা লাক্তুনা ফোক্লোং য়ৌখ্রে হায়। নামতিরাম তারগা লেংলোং লোমদা লাকপা য়াই হায়নৈ ?"

"অদুদি চেকশিনবা তাই, মতেং পাংনবা লেংলোং নিংথৌ তিনতোংদা হায়খো।"

"য়াম্না ফনি অজ্ঞা।"

# ১৭

## থৌবাল অথোকপমদা ব্রিটিস লান্মী

অরোং তুরেল নোংপোক্কী নোংচুপলোমদা ইম্ফাল পলেল লম্বী ফাওদুনা খাঙবোক অমসুং থৌবাল অথোকপম খুল অনীগী মরক্তা চেনবা তুরেল্নী। পলেলদগী লাকপা ইম্ফাল তাবা লম্বী ফৈগাক ফৈনা থৎলি। তুরেল অসি খুদুপ চামরোম পাকই খুদুপ অনীদগী মরি ফাওবা লুই। তুরেল অসিগী মথক্তা শাবা থোংনা পলেলগা ইম্ফালগা শম্নহল্লি। মার্চ্চ থাগী তাং ৩১ গী অয়ুক পুং তরেৎ তাবা মতমদা টুমুদগী লানগারকপা ব্রিটিস লান্মী থৌবাল য়ৌরক্লে।

অরোং তুবেল য়ৌগদবা গজ ৩০০ লোম ৱাংলিঙৈদা মাঙ থারকপা ব্রিটিস লান্মী লুচিংবা লেফটিনান্ট গ্রান্টনা অরোং তুরেল মথক্তা শাবা থোং মৈ চাকপদু উখি। গ্রান্টনা মাগী শগোল ক্লীংকর তোংদুনা মৈ চাক্লিবা মফমদু তম্না কন্না থৌজিল্লকখি। মহাক্না মৈ চাক্লিবা থোং অদু নকশিল্লকপা মতমদা তুবেলগী লৈরায়দা লৈবা থোংবান্দগী অমসুং তুবেলগা তাইননা লৈবা লৈপল ৱাংনা খাগৎপা ইংখোল অমদগী মঙোন্দা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মাসু মাগী রিভোলবর অদু শৎলগা অয়াওবা মরু পূম্নমক লৈপল মরুমদা লৈরিবা মীশিং অদুদা লোইনা কাপশিল্লম্লগা খুৎলৈ থুনা তুংহন্দুনা মাগী মী লৈহৌবা মফম তান্না মাগী শগোলদু থৌদোকখি। থোংদুদি তুম্না চাকখ্রে। গ্রান্টনা চেনখিবা উবদা মৈতৈ লান্মীশিং অদুনা হৌনা নোকখি।

লেফটিনান্ট গ্রান্টনা গজ ৩০০ রোমদু হন্দোরক্লগা মাগী লান্মীশিং এসেম্বলী লাইনদা লান্দানবা শেম শাদুনা লৈরম্বা থেংনখি। লে: গ্রান্টনা এসল্ট ফোর্মেসন্দা গুর্খা সিফায় তরা-তরানা এক্সটেণ্ডেদ লাইন্দা পরেং শানা খোঙকাপ তরুক তরুক লন্না-লন্না লেপহন্দুনা নোংমৈ মতোন্দা সঙ্গীন থেৎ চার্জ তৌনবা রেদীদা লৈহল্লম্মী। অহানবা এসল্ট পার্টি অসিগী তুংদা অনীশুবা এসল্ট পার্টি গুর্খা সিফায় তরা এক্সটেণ্ডেদ লাইন্দা লেপ্লম্মী এসল্ট পার্টিবু মতেং পাংবা মখোয়গী য়েৎ-ওই পরীংদা সিফাই কুন- কুন থল্লম্মী অমসুং মখোয়গী তুংদা গজ চহুমগী মনুংদা পোৎয়োম মপৈ, মদু হোন্নবা তুংইনবা নুপা কুম্না অমদি শামু অদু লৈরম্মী।

গ্রান্টনা "এডভান্স" হায়না ওরদর হেক পীরকপদা মতেং পাংনবা থল্লবা কাওবুনা নোংমৈ কাপ্পা হৌই। মখোয়না নোংমৈ কাপ্পা হেক হৌবগা অহানবা এসল্ট পার্টি অদুনা মাঙলোমদা খোঙকাপ ৩০ চেনখৎলগা পাকথদুনা লৈ। মাঙ থাবা এসল্ট

পার্টিনা য়েক্লবা তম্না নোংমৈ কাপলিঙৈদা তুংদা লৈহৌবা এসল্ট পার্টি চেনখৎলকলগা অহানবা এসল্ট পার্টিগী মাঙদা খোঙকাপ ৩০ হেনগৎনা চেনখৎলগা পাকথদুনা লৈ। অসুম্না এসল্ট পার্টি পুম্নমক গ্রান্টকা লোয়ননা তুরেলদগী গজ চামমুক থাপ্লা মফম য়ৌরে। মখোয় মফমদুদা পাকথদুনা মিনিট মঙারোম লৈ। মখোয় তম্না য়েক্লবা মৈতৈ লাম্মীনা তুরেল তোর্ব্বান লোমদগী অমদি লৈপলনা কোয়শিনবা ইংখোলদুদগী নোংমৈ য়াম্না কাপ্লকখি অদুবু নোংমৈ মরুশিং অদু মখোয়গী মমাঙদা লৈবাক্তা পান্দুনা তোকই। লৈবাক্তা পানবদগী হাইগৎলকপা উফুলনা মখোয়গী মশাদা চোংই।

মখোয়না তুমিন্না পাকথদুনা লৈখিবা অদুদা তুরেল ব্রাংমদা লৈরিবা মৈতৈ লাম্মীশিং অদুনা মখোয়না কাপখিবা নোংমৈনা পান্দুনা য়েক্লবা মলেষ লাম্মী শিরে হায়না খন্দুনা লাঙবা হৌরকই। তাঞ্জা অদুদা গ্রান্টকী ওরদর মতুং ইন্দুনা এসলট পাটি পূম্নমক অমগা-অমগা খোঙকাপ ৬ (তকক) লন্না এক্সটেঙেদ লাইন্দা লেপ্তুনা নোংমৈ মতোন্দা শঙ্গিন থেৎচিল্লগা গ্রান্টনা লুচিংদুনা পূন্না অকনবা খোল্লাও "চার্জ" হায়না লাউদুনা তুরেল তম্না চেম্থরকই লোয়না-লোয়ননা কাপ্লকপা নোংমৈনা পান্দুনা কোমথোক্লরবা মৈতৈ লাম্মী খরা পান্দুনা শিখি। অদুবু থিন্দনা মৈতৈ লাম্মীনা মখোয়গী মথক্তা কাপ্লকখি। গ্রান্ট তম্না কাপ্লকপা নোংমৈ গুলী অদু মঙোন্দদি পান্দদুনা মাগী ওইদা চেনশিল্লকলিবা ব্রিটিস সিফায় অমদা পান্দুনা শিখি। অকনবা শাফুগা লোয়ননা চেম্থরকলিবা গ্রান্ট তুরেলগী অকবা ঈরেন ওইরমদুনা মাগা লোয়নবা সিফায়না চিংখৎখি। লান্দারক্লিবা ব্রিটিস লাম্মী পূম্বা তুরেল লাম্থোক্তুনা মৈতৈ লাম্মী তম্না ফুজিল্লকখি। অকনবা খোল্লাও অকনবা শাফু অদুনা লৈতাদ্রবা মৈতৈ লাম্মী খরা শিরবা অদুদা চোংথা মেঞ্জরনা য়েক্লবা থিংবা ব্রারনী খণ্ডুনা অরোং তুরেল তোর্ব্বান্দগী অমদি শগোলসেম ইংখোলদা লৈরিবা মৈতৈ লাম্মী পুম্নমক খুৎলৈ থুনা হন্দোকখি।

লান্দারক্লিবা ব্রিটিশ লাম্মীশিং অদুনা মৈতৈ লাম্মী তরুকখক মকোক্তা নোংমৈ গুলীনা পান্দুনা শিরম্বা নিপাল অমনা সঙ্গিন্না থিন্দুনা শিরম্বা থেংনখি। অরোং থোংদা লান থেংনরম্বা মৈতৈ ল্যাম্মী পূম্নমক লানগাইদুনা নীংহন্নখ্রবা তুংদা লেফটিনান্ট গ্রান্টনা লৈপন অব্রাঙবনা কোয়শিনবা ইংখোলগী কেম্প অদু লৌশিল্লগা কেম্পকী অব্রাং চিদাইদা লেপ্তুনা য়েংবদা মানা লেপলিবা মফমদগী গজ ৮০০ লোম থাপ্লা মফমদা মাইল অমরোম শাংনা লৈবা মৈতৈ লাম্মী পরেং অদু উবদা মহাক ঙকখি। লাম্মীশিং অদু পূন্না চানীপাল্লোম ওইগনি। ময়াম অদু উবদা মহাক মফম অদুদগী হেন্না চঙশিনবা ঙমগনি থাজদ্রে।

অমুক পূং ৮ খর হেল্লকপদা লেফটিনান্ট গ্রান্ট মাগী সিফায়শিংগা লোয়ননা অৱাংবা লৈপলনা কোয়শিনবা মৈতৈ লাশ্মীগী কেম্প ওইরম্বা ইংখোল অদুদা চঙশিল্লম্মী। ইংখোলদুদা শুমাং অহুম পরেং শানা লৈ। শুমাং খুদীংগী মনীংদা ফুট ৩০ x ২০ চাওবা য়ুম অমমম লৈ। ফৌ হাপফম কৈনচিংবগা লোয়ননা য়ুম মঙা লৈ। য়ুমশিং অসিদা তুংদা লৈহৌবা পোৎ পূন্নমক হোঞ্জিল্লে। অদুগা মফম অদুদা মৈতৈ লাশ্মীনা লান্দারকপা ঙাকথোক্লবা অমসুং মশা কঞ্জনবা পূন্না শেম শারম্মী।

মহাক্লা ইংখোল লানবনদুগী মনুংদা চঙলবা তুংদা মাগী সিফায়শিং চেক তৌবদা মাগী সিফায় খুদীংমক্তা পীবা নোংমৈ মরু চামহুম্ফুদগী মরিফু শিজিন্নখ্রে, মী অমমদা নোংমৈ মরু মরিফু খক্তা মঙাইবে, সিফায় অমা শিখ্রে, মহাক মশামকসু খজিক্তং শোকই হায়বা খঙখি। চানবা চীঞ্জাকসু নুমিৎ তরুক্লীগী পুরকপদু নুমিৎ হুম্নীগীতা মঙায়রে। মহাক মণিপুর কোনুং য়ৌনা চঙশিনবা ঙস্বগী আশা লৈত্রে। অদুনা মহাক্লা হৌজিক তৌগদবসি বর্ম্মারোমদগী নত্রগা কাছার কোহিমা রোমদগী অহেনবা ব্রিটিস লাশ্মী থোমজিল্লক্ত্রিবা ফাওবা খাঙদুনা লৈবা তাই হায়না লেপখি।

গ্রান্টনা ফৌগী কৈ অদুদা য়ুমশিং অদুদগী ফৌ টন অমরোম খোমজিন্দুনা পৈশিল্লি। চুহিদগী শুংবা চিনি অঙাঙবা, চেঙ, হৱাই অশংবা হৱাই, থরাক্লচিংবা য়ুমশিং অদুদগী খোমজিল্লুবে। লৈপলনা কোযশিনবা ইংখোল অদুগী অকোয়বদা য়ুম অমদি উ ৱা নারক মোংশোং নাপীশিংবী যাম্বৎতুনা লোইনা মৈ থাদোক্লম্মী। লৈপল অদু ফুট অনীদগী মরি ফাওবা ৱাংই ফুট অহুম মখায থায়, মদু ফরে মতীক চারে হাযনা লৌরম্মী মহাক্লা মফম চাবা য়েং য়েংদুনা মতীক চাবা ছন্ত্রি পোষ্ট থমখি অসুম্না লান ঙাক্তুনা মৈতৈ লাশ্মীনা লান্দারকপা ঙাইদুনা লৈখি।

চোংথা অয়াপুরেল মেজরনা মাগী মৈতৈ লাশ্মী অরোং তুরেল তোর্ব্বান্দগী হন্দোকখ্রবা তুংদা অমুক হন্না ইংখোল অদুগী অনীশুবা লৈপল পরেংদা পূনশিন্দুনা ব্রিটিস সিফাইশিং অদু তাম্থোক্লবা হোৎনখি। অদুবু ব্রিটিস সিফাইনা য়েৎলোমদগী কাপশিল্লকপনা চঙশিনবা য়াদ্রদুনা খূৎলৈ থুনা হন্দোকখিদুনা পাম্থোইবী কৈমায়থী চীং য়ৌখি। ব্রিটিস লাশ্মী শগোলসেম ইংখোলদা লৈখি।

গ্রান্টনা মাগী সিফায়শিং অদু হাফ রেসন হায়বদি আটাগী তল তংখায় অমগা হৱাইগা পীজে। মহাক্লা তুরেন্দগী ফারকপা লম ঙানু অদুনা অহিং অদু লেম্নে। য়েক্লবশিংনা অমুক হন্না লান্দারক্ত্রবনা অহিং অদুমদি ঈংনা লেল্লম্মী।

# ১৮

## য়াইস্কুল লাকপগী লান

মার্চ্চ তাং ৩১ অয়ুক্তা অবোং তুরেল থোংদা-থেংনবা লানগী লানবাও মৈহুম মোবোক শগোল পাউ লীল্লোং লানশঙদা মতম চানা য়ৌবতা নত্তনা সনা কোনুংদা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী সৃংগাব আরতী লোইরকপদা য়ৌরকখি। চোংথা মেজরগী মৈতৈ তেঙ্গোলবু ব্রিটিস তেঙ্গোন্না তকখাযবকপগী পাউ তাবদা লানফম অসি লুশিল্লকখি হায়দুনা যুবরাজনা মচা ইবুংঙো হাউজৌ সনা যাইস্কুল লাকপবু মাগী তেঙ্গোল পুদুনা থৌবাল অথোকপম লানফম তান্না লান চঙনবা যাথং পীখি।

সনা কোনুংগী পাঞ্জি শঙলাকপনা পীবকপা অফবা পৃংজা ক্ষেনফমদা লান যাত্রা তৌনবা বতন ঠাকুবনা থাঙ, তা, নোংমৈ লানগী খৃজু-খৃৎলায পৃম্বা পুজা তৌববা তুংদা শাফি-লানফি শেৎলবা ইবুংসি হাউজৌ সনা যাইস্কুল লাকপা অমসুং মচা ইবুংঙো সেঙ্গোই সনাদা শিন্নবে। সেঙ্গোই পোকপী মমাসিজ যাইস্কুল লাকপী ঈক মাইথজ, চন্দন চব্রা ঈবং লংনা থিন ফনেক থম্বাল লৈখোক মযেক নাইবা শেং মোইবাংফি ইন্নফি কোক খুম্ন-ইন সনাখুজি নাযানবী মবৈ পবেং শি, সেঙ্গা অমদা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী নির্মল্য লৈ পবেং কালীমাইদা কৎলবা সিন্দুবগা লোযননা পুজা তৌববা খৃৎসু থাঙ থাঙশাং হাপ্তুনা পুবক্লগা শাফি লানফি শেৎলবা মবুংঙো যাইস্কুল লাকপদা খুবল্লগা নিমর্ল্য লৈ পবেং হুকচিল্লি, লাইবক্তা সিন্দুর নল্লবা তুংদা খৃৎসু থাঙ অদু মবুংঙোগী খুত্তা শিন্ন-শিন্ননা হায়খি- "ইমা লৈবাক মণিপুবগী য়েক্লবা মলেষ পৃম্বা যেন্দেম থবাম সোইবগুম শোইদৎলগা লানঙম ফিরান থেৎ, হনবীরকউকো স্নাখ্বা ইবুংঙো!" অসি হায়না চিংনা য়েংনা লেপচখি। মতমদুদা থোইবীসনানা মবুংদা থাঙশাঙদু পীনা-পীনা হায়খি, "য়াম্লুং মৈত্রবাক্কী য়েক্ল পৃম্বা হাত্তুনা লানঙম ফিরাল থেৎ থুনা হল্লকউকো য়াম্লুং।" মমাসিজ সেঙ্গোইগী নাক্ত চঙশিল্লক্লুনা মচাবু মকোক্তা নানবী মখুত্তা ময়ানা চিক হায়খি, "ইমাগী ইবুংঙো নপাবুং ইবুংঙোগী থৌগল তৌবদা নতু নামা তেক্কবা ওইয়ু। লানঙম ফিরাল থেত্তুনা থিন্দনা হল্লকউকো ইবুংঙো।"

ঠাকুর রতন্না স্বস্তি বাচন তৌদুনা পৃংফম খেনফম চপ চানা "জয় জয় শ্রীশ্রী গোবিন্দগী জয়, জয় জয় মণিপুর মাতাগী জয়, জয় জয় য়াইস্কুল লাকপগী জয়, জয় জয় সেঙ্গোই সনাগী জয়" হায়না জয়, জয়কার লাউদুনা বাজায় বেঙ্গুন খোংদুনা লান যাত্রা তৌখি। তেঙ্গোল পরেং লেপ্তুনা মাঙদা বাজায় বেঙ্গুন, মথংদা নোংমৈ

পায়বা মৈতৈ লাম্মী য়াঙ্খেগী তুংদা শগোল কারু তোংদুনা চৎলি য়াইস্কুল লাকপা, হকশেনবা মরিনা শেন্নদুনা মাগী তুংদা য়াইরিপোক অচৌ চাউতোন্না লুচিংবা থাঙ চুঙ্গোই পায়বা পাখঙ লাম্মী কুন মথংদা মোইরাং কেণ্ডবা, তাবাক পায়বা কুন, শেক্তা অমুবগী থাঙজৌ লাম্মী, মথংদা মাক্লং তোম্বগী তখেল থাঙ লাম্মী, মখোয়গী তুংদা ময়াংইম্ফাল কাওবগী লোঙ পায়বা লাম্মী মথংদা মোবা মরিংগী লীরুং তেন লাম্মীনা নীংখোম্মী। খ্বাইগী তুংদা সেঙ্গোইসনা অমসুং অচৌ এলাংবনা শগোল মোরা অমমম তোংদুনা মিকুপ নাহুম শিংনা তেঙ্গোল শেন্নদুনা চৎখি।

তাং ৩১ গী অয়ুক্তা অরোংথোংদা থেংনবা লানফমদা ব্রিটিস তেঙ্গোন্না চোংথা অয়াপুরেল মেজরগী মৈতৈ তেঙ্গোলবু তকখায়বক্লে মী কুনমরুম শি হায়বা পাউ তাবদা লিলোংদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরিবা মনাও ইবুংঙো অঙৌসনা সেনাপতি, সনা মাইপাক ব্রাংখৈরাকপা, ইবুংসি দলাইরোই হঞ্জবনচিংবা লাম্মী লুচিংবশিং লাঙতক্লে। খন্নে লানফম অসি লুরে, লাম্মী থোমজিন্দবা য়াদ্রে, কাল অফবা য়েংউ হায়দুনা শরাং পণ্ডিৎতা হংবদা পাঞ্জি পূম্নমক্তা অয়ুক য়ুথক মতুং পূং তরুক তাবদা ফৈ হায়ববদা লান যাত্রা তৌদুনা তেঙ্গোল পূম্নমক য়াইস্কুল লাকপগী তেঙ্গোনগা লোয়ননা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং তরুক তাবদা থৌবাল য়ৌদুনা থৌবাল কৈথেন্দা তেঙ্গোল শাই। নুংদাং লানজিং পুরেনশিং লানগী লাল্লোং খন্নে।

নুংদাংগী দরবারদা চোংথা অয়া পুবেল মেজরনা অয়ুক্কী অবোং তুরেল থোংগী লানফমদা য়াল্লবা ফিবিঙ্গী লাম্মীনা শাফু কন্না লান্দারকখিবনা ঐখোয়গী চীন্থুংবা লাম্মীনা মখোয়বু থিংবা ঙমহৌদবনি। অদুমকপু মখোয়বু শগোলসেম য়ুন্ফমদগী অব্রাং অমসুং নোংপোক্তা কোয়শিন্দুনা থত্তুনা থল্লী হায়না পাউ তমখি। চোংথা মেজরনা মখা তাবকখি, "ঐনা য়াম্না ঙকপা অমদি ঐখোয়গী চীন্থুংবা লাম্মীনা কাপ্পা নোংমৈ মরুশিং অদু মখোয় য়ৌদবা মখোয়গী মমাঙদা লৈবাক মথক্তা পোপ-পোপ তাবা অদুনি, অদুগা মখোয়না কাপ্পকপনা য়ৌরক্তুনা ঐখোয়গী মী পান্দুনা শিবা অদুনি।"

মনাওইবুংঙো সেনাপতিনা হায়খি, "হয়েংগী লানফমদদি ঐখোয়গী বমদিয়ার তোপ কাপ্তুনা মখোইগী লানবন থুগাইগনি। অদুগা লানবন্দগী চেম্থোরকপা মলেষ লাম্মীশিং অদু ঐখোয়না কাপখায়দুনা হাৎকদবনি।"

"অহানবদা পেংগুন খোংদুনা মখোয়বু হন্দোকখিনবা হায়গনি মদুদা মখোয়না হন্দোকপ্পবদি ফরে নত্রবদি বোম কাপ্তুনা লান্দাগনি।" অসুম্না হয়েংগী লানওং খন্নরগা লাঞ্জিং পুরেনশিং মাগী মাগী লানশঙদা পোখানখ্রে।

য়াইস্কুল লাকপনা মচাইবুংঙো সেঙ্গোইসনাদা য়ারেক শন্ত্রি শিল্পানবা অমদি মাগী মমাল্লবশিং চোইথোক্তনবা অকনবা য়াথং পীরম্লগা পোখাপ্লে। সেঙ্গোইসনা য়ারেক সন্ত্রি শীল্লুরগা মমান্নবশিং চাউতোন, অচৌ, কেঙবা, অচৌ এলাংবা, অমুবা, তোম্বা, কাওবা, মোবা, ফম্মিন্নদুনা য়ারী য়াতায় শানরি। মখোয় পুন্নমক য়েক্লবা ফিরিঙ্গী লাম্মীশিং খূৎনা ফংনা য়ান্নদুনা হাৎকনি খনবদা পূক্লীং তয়াং তশোয় হরাও মোমোন্নরি। মশা-মশানা পায়রিবা খূৎলাযগী মগুণ হৈশিংবা মহৈ-মহৈ হায়নরকই।

মোইরাং কেঙবনা হায়, "স্নাখ্বা সেঙ্গোই, ঐগী তাবাক লাম্মীগী তাদি খম্বনা খোইরেন্তাক্তা কৈ ফাবদা পায়খিবা তা অদুগুম্বা ঙাক্তনি, হয়েংদি তা, অসিনা মলেষ লাম্মী ফাওরেং লেংদুনা হাৎকনি।"

সেক্তা অমুবনা শমথবকই, "স্নাখ্বা সেঙ্গোই, ঐগী থাঙজৌ লাম্মীগী থাঙজৌসিদি শম কোকপা য়ানা থৌরবনি থাঙয়ান অমুক্তা য়েক্লবা মলেষকী লাল্লুম চোমায় কেনগনি, হয়েং ঐনা মাঙ থাগনি।"

মযাং ইম্ফাল কাওবনা নোৎশিল্লকই, "স্নাখ্বা ঐখোযগী লোঙ অসিদি থাঙজ তরেৎ চঙনা শাবা ঙাক্তনি, থিনখিবদা শোযফদ্রবা ঙাক্তনি। হয়েংগী লানফমদা য়েক্লবা কয়াম হাৎপগে মিৎয়েং তাবিয়ু।"

মাক্লং তোম্বনা মখা তাবকই, "স্নাখ্বা হযেংদি ঐগী তখেল থাঙগী শক্তি যেংবীযু-নোংমৈগা কোন্ননা য়েক্লবা থাঙহাই অমুক্তা থবৎ যেন্দেম থরাম শোইবা-শোযদনা উবিগনি।"

মোবা মরিংনা হায়রকখি। "স্নাখ্বা ঐগী তেনশিং অসিদি ইপা ইপুশিংনা শীজিন্নবা মহু কল্লবা হু তৈববনি, খিত্তং শোকখ্রবা হেক্তা শিবনি, যেক্লবগী মথকতা ঐনা তৌবা তেনগী লান য়েংবিয়ু।"

অচৌ চাউতোন্না হায়খি। "স্নাখ্বা হযেং হকথেংনবা লানফমদা ঐখোয়গী থাঙ চুঙ্গোয়গী মতীক ময়াই খঙবীগনি।"

মরৈবাক্কীদমক শিবা কিদনা চোংথোবক্লিবা মমান্নবশিং অদু উবদা সেঙ্গোইসনা হরাও মেমোন্নে। অদুবু মখোয় পূম্বা লান অমুক্তা য়াওদ্রিবা থোইদোক্লা নোংমৈগী লান উদ্রিবা ঙাক্তনি। অদুনা মপাবুং স্নাখ্বাগী অচেৎপা সনায়াথং খঙহনখি। "তাবিয়ু পাখৌ মরূপ পূম্নমক পাবুং স্নাখ্বানা তাকপীরকই লানফমদদি সেনাপতিগী য়াথং ইনগদবনি। লান চঙবা, য়ান্নবা, কদোমদা য়ান্নবা পূম্বা সেনাপতিগী য়াথং ঙাইগদবনি, অদুনা য়াথং ঙাইদুনা চোইথোক্তনা লৈয়ু তাকপীরকই। অহিং অসি থেঙজিল্লকলে পোখাক্লরসি।"

**এপ্রিল তাং ১**

ইনুং ঙাল্লে। শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মঙ্গলআরতীদগী হৌনা মৈতৈ লানশঙ নিন-খোংবা হৌরে। মৈতৈ লাম্মী পূম্নমক থৌবাল তুরেন্দা কূমদুনা ঈরুমায়থজরগা চাকখুম মচা মচাদা চাক ঈশিং থোংদুনা চাবা থকপা লোইরগা শাফি লানফি শেৎ, পায়গদবা খূৎলায় পায়দুনা অয়ুক অদুদা লাঞ্জিং পুরেন মনাও ইবুংঙো সেনাপতিগী য়াথং ঙাইদুনা লৈনরি।

মতমসিদা সেনাপতিগী য়াথং মতুং ইন্না মাইস্নাম কৈরুংবা অমসুং নারেংবা লাল্লুপচিংবনা বমদিয়াব তোপ অনীদু তোমজিং চীংদোন্দা চিংখত্তুনা খিল্লগা সাহেবকী লানবন্দা নিসান তৌদুনা থমলে।

অদুগী তুংদা সেনাপতিনা পেঙ্গুন খোংবা অদু কৌরগা হায়খি, "সরকার নখোয় হনখ্রো হায়না পেঙ্গুন মরোন্না হায়খো করি খুন্নকপগে তম্মোরাও।"

"পেঙ্গুন খোংদুনা মরোল হায়খ্রে" পেঙ্গুন হন্না অথোকপম লানবন্দগী খোংলকখি মবোলদি, "মৈতৈ নখোয়গা লান শোক্লরবদা ঙমই ঙমদে খঙদনা হনবা হৌনদে নখোয়দুম হনখরো।" সাহেবকী পেঙ্গুন মরোল-সেনাপতিদা হঙ্গৎলি। সেনাপতিগী যাথংনা খুদক অদুমক্তদা বমদিয়াব কাপ্পা হৌখি লোয়ন-লোয়ননা য়াইস্কুল লাকপনা লুচিংদুনা চোংথা মেজর মৈরাবা পোইলা য়েনখোইবা মেজরনা অথোকপম লানবন্দা লান্দাখি। মৈতৈ লাম্মীশিংনা অথোকপম লানবন অকোয়বদা গজ ৬০০ তগী হেন্না নকশিল্লুবা ঙমদে। হেক নকশিল্লুবগা লানবন্দগী নোংমৈ য়াম্না কাপথোরকই। গজ ৬০০ তগী হেক লাপথোকখিবগা লানবন্দগী নোংমৈ কাপথোরকপা লেপখি।অদুনা মৈতৈ লাম্মীশিং গজ ৮০০ লাপ্পা মফমদা হন্দোকখি অদুবু নোংমৈ কাপশিনবদি লেপ্পমদে। অদুবু নোংমৈ মরুশিং অদু অরেম্বদা মাঙদুনা তোকই। তোমজিংদগী মৈতৈনা কাপ্পকপা বোম অদু ব্রিটিস লাম্মীগী কোকথক লান্না পাইশিনখিদুনা মৈখু মপৈ অমগা লোয়ননা মচেৎ কয়া থোক্লা পোকখায়দুনা লানবন মনুংদা তাই। বোম অমনা ব্রিটিস লাম্মী লৈরিবা অদুগী মমাঙমক্তদা তাই নাপী চবুল অমা মৈ চাকই। বোমশিং অদুনা লন্না-লন্না লেপ্লিবা সিফাইশিং অদুদা অশোক অপন থোকহনদ্রবসু ব্রটিস লাম্মীগী কমান্দর লে: গ্রান্ট মবুক্লীংদা অকিবা পোকখি অদুবু তোপকী মখোল অমসুং বোমগী মৈখু উবদা তোপ অদুগী অশানবা গজ ৯০০ দগী ৯৭০ গী মনুংদা ওইগনি, মদু মার্টিনী রাইফল মরুনা য়ৌবা ঙমগনি হায়না খঙদুনা মাগী গুর্খা সিফাইদা তোপ খিল্লিবা মফমদু তম্না মার্টিনী রাইফল কাপহনখি। সাহেবকী নোংমৈ মরু য়ৌরক্তুনা নারেংবগী মখোঙদা অমা পেঙ্গুনগী মখোঙদা অমা পাল্লি। তোপ কাপ্পা য়াওবা লাম্মী

অনী অহুমসু পাল্লবদা বমদিয়ার তোপ অনী অদু লম চাতরেৎমুক লাল্লা মফমদা থৈদোক্তুনা খিনখি। হৌজিক সাহেবকী মরুদি য়ৌদ্রে অদুগা সারকারগী লানবন্দা কাপ্পা বমদিয়ারগী শাফুসু খর হন্থরে। অসুম্না নোংমৈ কাপ্পবা নুমিৎ তাদ্রিফাওবা চখরম্মী। নুমিৎ তাখিদুনা মমশিল্লক্লবদা নুংদাং লান তৌবা হৌনদে হায়দুনা মৈতৈ লাল্মী পূম্নমক লানশঙদা হঞ্জিনখি।

অয়ুক্তগী লান লুচিংলুবা স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপনা খঙখি-নোংমৈগী লান্দা সাহেবশিংবু মাইথিবা পীবা ঙম্লোই, মরমদি খূৎলায় ফবা মখোয়না হেল্লি। থাঙ পায়দুনা খূৎনা ফংনা য়ান্নদুনা মায়থীবা পীগদবনি। অদুবু কমাণ্ডর কনানো- য়েক্লা লাল্মী কয়াম য়াম্বগে হায়বা খঙবা তাই।

মমশিল্লক্লবদা অসোমদা গ্রান্টনা লানবনগী অকোয়বদা য়েক্লবা অমত্তা লৈবা উদ্রবদা সিফায়শিং অদু অমমতা পবেং শানা লানবন মনুং চঙহনখি অদুগা লৈপনগী অকোয়বদা লৈহনখি। ঙসিগী লান্দা লানবন মনুংদা শগোল অমা শি, মী অমা শোকই। মানা খঙখি অয়ুক্তা য়াম্না কল্লম্বা লানবন অদু য়েক্লবগী তোপকী মমাঙদদি চেনা খাবা পনগা মান্নরে। মহাক কা হেন্না নুংঙাইখিদে। অদুনা সিফায়শিংগী লোৎফম লাংখোং তৌবা তাই।

নুংদাং অদু মৈতৈগী লানশঙদা দরবাব তৌই। মনাও ইবুংঙো সেনাপতিদা লাঞ্জিং পুরেনশিংনা পাউ তম্মী- "বমদিয়াব মাইস্নাম কৈকুংবনা পেঙ্গুনগা নাবেংবগা অনীগী মখোঙদা গুলীনা শোকপা অতোপ্পা লাম্মী অমা তোপ খিনফম তোমজিংদা শি, স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপগী কাঙবুদা লাল্মী অমা নোংমৈনা পান্দুনা শি অতৈ নাকন্দদি অশোক অপন য়াওদে। ঐখোয়গী লাম্মীনা সরকাবগী লানবন কোয়শিন্দুনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা থম্মী মখোয় হেন্দোবকপা ঙমদে অদুবু লানবন্দগী নোংমৈদি য়াম্না কাপথোরকই। বমদিয়ার কাপশিনবা অদুনা লানবন মনুংদা অশি অনা অতেক অকায় করি থোকপগে হায়বদুসু খঙদ্রি। সরকারগী কমাণ্ডব কনানো মখোয়গী লাম্মী কয়ানো হায়বদুসু খঙদ্রি।" মনাও ইবুংঙো সেনাপতিনা হায়- "হয়েংদি চিঠি ইদুনা মখোয় হন্দোকখিনবা হায়গে। মদুদা হন্দোক্তবদি ঙসি চখরিবা লাল্লোং অদু চখসি।" অসুম্না লেপনদুনা মশা-মশাগী লানশঙদা চৎনখি।

য়াইস্কুল লাকপগী লানশঙদা সেঙ্গোই সনানা লুচিংবা পাখঙ তরেৎ মখোয়গী তুংইনবা পাখঙ লাম্মী তরেৎকা লোয়ননা য়েক্লবা ব্রিটিসকী লানবন করম্না শাবগে য়েংননবা অয়ুক চঙশিল্লুবদা শগোলসেম ইংখোল য়ৌগদবা লম চহুম লোম ব্বাৎলিঙেদা

লৈবা ইংখোলগী লৈপলথক্তা লেপখত্তুনা শগোলসেম ইংখোলগী লৈপল থক্তা লৈবা সিফায়দা খূদোম্বী থিন্দুনা মশীং থিরুবা কেঙবগী তাবাক লাম্মী অদু সরকারনা কাপ্লকপা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। মদু উবদা সেঙ্গোই সনানা মখোয় লোইনা লৈপল মরুমদা লৈশিল্লগা লানশং তান্না হল্লকখি। কেঙবদি মৈ হৌরে লান চঙলসি হায়রে। লান শোক্লরুনি হায়না লাকপা মখোয় অতৈসু ঙসি লান চঙবা য়াওহন্দবা অদুগী ৱারৌরি।

সেঙ্গোই সনানা হায়খি -"ঐগী নুংশিজরবা অথৌবা পূম্বা ঐখোয় থুনমক লান চঙনবা সেনাপতিগী য়াথং লৌনবা পাবুং স্নাখ্বাদা হঙ্গৎকনি। অদুবু লান থেংনগদৌরিবা য়েক্লবা অদুগী মপাঙ্গল মথৌনা, খূৎলায় মশীং অমদি মখোয়গী কমাণ্ডরগী হৈ-শিংবা অদু খঙদোকপা দরকার লৈ মরমদি য়েক্লবগী শক্তি খঙলগা লাম্থোং শীনগদবনি। অদুনা ঐখোয়না অহানবা তৌগদবদি মলেষকী লানবন খা অমসুং নোংচুপলোমদগী চঙবা য়াব্রা য়েংবা, লানবন মনুংসি কমদৌই কদায়দা য়াইরেক সন্ত্রি লৈ, য়েক্লবা কয়া য়াম্মী অসিনচিংবগী পাউ খোম্বা তাই। য়াম্না চেকশিন্না লোন্না চৎকদবনি। লান্দাবা চৎপা নত্তে পাউ খোম্বা চৎপনি হায়বসি কাউরোইদবনি। পাউদু খোম্লগা ঐখোয় লোইনা ঐখোয়গী লানশঙদা হল্লক্কদবনি। ঐখোয়গী মী অমত্তা য়েক্লবনা ফাহনখিবা য়াদে, হয়েংদি ঐখোয় কাঙবু অহুম থোক্লা চৎসি। মোবা, তোম্বা অমসুং ঐনা অহানবা কাঙবু কাওবা, অমুবা অমসুং এলাংবনা অনীশুবা কাঙবু অদুগা কেঙবা, চাউতোন অমসুং অচৌনা অহুমশুবা কাঙবু। কাঙবু খুদিংদা তা, লোঙ, থাংজৌ, তেন, তখেল্থাং অমমম লোয়নবা য়াই। ঐনা লানবনগী অৱাং, এলাংবনা খাদা, অচৌনা নোংচুপলোমদা চৎকদবনি। হয়েং অয়ুক্তা চৎখ্রগা নুমিৎ তারকপদা হল্লক্লুনা লানশঙদা উনবা, ঐখোয়না কাওরোইদবদি ঐখোয় লান য়ান্নবা চৎপা নত্তে, য়েক্লবগী পাউ খোম্বনি।"

**এপ্রিল তাং ২**

ইনুং ঙাল্লে। এপ্রিল তাং ২ গী অয়ুক নুমিৎ থোরকপদা কাঙবু অহুম অদু মাগী মাগী মায়গৈদা চৎনখ্রে। অহানবা কাঙবু থীন্দনা লোম্না চঙশিনখিদুনা শগোলসেম য়ুম্ফমগী অৱাংথংবা লৈপল মরুমদা লৈদুনা লানবন মনুংদা তৌরিবদু উখি।

শগোলসেম য়ুম্ফমদা গ্রান্ট অয়ুক পূং অহুম তাবদা হৌগত্তুনা লৈপল অকোয়বা অদুগী মফম মরিদা সিফায় তরা তরানা চেৎনা ঙাকই। লেমহৌবা সিফায় খরগা কেম্প ফোলোয়র বেগারীশিং অদুনা বোরাখাও অহাঙবা থুমোক অহাঙবা, চিঠি খাও অহাঙবা রেসন পুরকপা অহাঙবা খাউশিংদা লৈবাক লৈতুম হাপচিল্লগা মাঙদা অমসুং নাকলদা পন মঙা খাগত্তুনা থম্মী মদু তোপ কাপ্লকপদগী কন্ননবনি। লৈপল

মরুমদা লোংনবা কোম লাংখোং তৌথোক্লম্মী। লাংখোং অমদা মী নিপান্দগী তরা ফাওবা লোংপা য়াই। মৈতৈ লাম্মী লাঞ্জাবনা নোংমৈ হেক কাপ্লকপগা কোমদা লোত্নুনা লৈ, মী অমা ফাওবা পান্দে। মৈতৈ লাম্মীনা লানবন লোমদা লম চহুম লোম লাপ্না হেক চঙশিল্লকপা হেক উবগা লানবন্দা লৈবা সিফায়না খপ্নুনা কাম্লী নত্রবদি নোংমৈ শুককাপ কাপ্তে। পূম্নমক অসি সেঙ্গোই সনানা উখি। গ্রান্টনা তোপ মরুদগী কন্নবা তুরেললোমদা চেপ্থোক্লবা লানবন্দগী তুরেল তাবা লম্বী অমা শেম্বদু খাঙবোক্তগী অনীশুবা কাঙবুগী এলাংবনা উখি। কাওবা অমুবা অমসুং এলাংবনা তোর্বান্দা লুমদুনা লৈরিঙৈদা সাহেবকী কেম্প ফোলোয়র বেগারী অমা মতোমতা তুরেন্দা ঈরুবা লাকপদা এলাংবনা ফাদুনা মঙোন্দগী সাহেবকী সিফায় চামরোমতনি বেগারী কুম্ভানি, শামু অনী শগোল অনী য়াওরি হায়বা খঙখি। কমান্দরগী মমিংদি হায়দোকউ য়াদবনা খঙবা ঙমখিদ্রে।

নোংচুপলোমদা চংখিবা অহুমশুবা কাঙবু লানবনগী নোংচুপ্তা লৈবা অথোকপম খুলগী য়ুম পূম্নমক মৈ থাদোকপ্লবনিনা লানবন লোমদা নকশল্লুবা ওইথোক্লে। খর চঙশিল্লুবা চাউতোন তম্না কাপ্লকপা নোংমৈ মরু অদু চুঙ্গোয়না ঙাক্তুনা চাউতোন্দা পালহৌদে।

অয়ুক অঙনবদগী মৈতৈ লাম্মী পূম্বা লান চঙনবা সেনাপতিগী যাথং ঙাইখি। লাঞ্জাবা লাম্মী ৫০ মুক লানবনগী নোংপোকলোমদা চঙশিনবা হৌখ্রে।

মতমসিদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিনা চিঠি ইবা লোইখে, মরোলদি "নখোয়গী সিফাই ৫০, অদুগা অতৈ মী ৫৮ ফাদুনা বন্দি থমলি। সরকার নখোয় হন্দোকখ্রো, নখোয়না হন্দোকপ্লবদি মখোয়বু থাদোকপীগনি, কাছাবদা চংহনখিগনি নত্রবদি মখোয পূম্নমক লোইনা হাত্তোক্কনি।" চিঠি অদুদা বন্দি বাবু মঙা তরুক্কী সহি তৌহল্লে অদুগা সনা কোনুংদগী গুর্খা সিফাই বন্দি অমা লৌরুদুনা চিঠিদু পীবদা মচীন্না হায়গদবা ব্রাসু তম্বীরগা চিঠি পীরুনবা থাপ্রে, মচীন্না হায়গদবা ব্রাদি, "ঐগী লাম্মী লিশিং অহুম্মী নখোয়না হন্দোক্তবদি নখোয় লোইনা নঙক কত্তুনা হাৎকনি।"

গুর্খা বন্দি অদুনা নুংথিল পূং ৩ তাবদা ফিরাল অঙৌবা অমা পায়রদুনা অথোকপম লানবন মনাক্তা চংখি। গ্রান্ট ফিরাল অঙৌবা অমা পায়দুনা খোরক্লগা চিঠি অদু লৌখি অমসুং গুর্খা অদুগী মচীন্দগী মৈতৈ লাম্মীগী সেনাপতি অদুনা হায়রকপা অদুসু তাখি। পূং ১ রোম তুংদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিগী চিঠিগী পাউখুমগা লোয়ননা মণিপুরগী মহারাজদা ইবা চিঠি অমা মৈতৈ লানশঙ য়ৌরকখি। নুমিৎ তারক্লদুনা লাঞ্জাবা মশেল খর কাপ্লবা নত্তনা লান মখা চংথখিদ্রে।

মৈতৈ লানশঙদা লাঞ্জিং পুরেনশিংগী দরবারদা গ্রান্টকী পাউখুম চিঠি অদু খন্নখি। মানা হায়রকখি, "ঐদি টুমুদা চৎলনি, লাক্লীংবা মী লাকপা য়াগনি। য়ামদ্রবদা গুর্খা বন্দিশিং অদু থাদোক্লুবদি ঐ চৎলোই। মণিপুরী লিশীং মঙাবুদি ঐ করিসু থৌশাদে" চিঠি অদু গ্রান্টনা কোলনেল এ হাওলেট, কমাণ্ডর ২ বি রেজিমেন্ট হায়না সহি তৌই।

খন্নরবা মতুংদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিনা লেপ্পা মতুং ইন্না শ্রীযুৎ মহারাজদা ইরকপা চিঠি অদু সনা কোনুংদা থাখিবগা লোয়ননা গুর্খা লানফাশিংদো থাদোকপীখ্রো হায়না শ্রীযুৎতা হঙ্গৎখি। শ্রীযুৎকী পাউখুম সনা য়াথং ফংলবা তুংদা তৌগদবা থবক লেপ্পবা মরকসিদা অথোকপম লানবন্দা লৈরিবা য়েক্লবশিং কোয়শিন্দুনা লেঙহন্দনা থমসি হায়না য়ানখ্রে।

ব্রাইখোম য়ুম্ফমদা লৈবা য়াইস্কুল লাকপগী লানশঙদা সেঙ্গোইসনা অমসুং মাগী কাণ্ডবুনা ঙসি মখোয়না খোম্লুবা পাউদু মপাবুং স্নাখ্বাদা তম্লগা সেঙ্গোইসনানা হঙ্গৎখি, "পাবুং স্নাখ্বা য়েক্লবা সরকারগী লাম্মী চামরোমদনি মখোয় লৈপল মরুমদা লাংখোংদা লৈবনিনা ঐখোয়না মপান্দগী কাপশিনবা নোংমৈ অমা ফাওবা পান্দে। লানবনগী মমাঙ অকোকপসিদা চঙশিল্লুবা ঐখোয়গী মীদি মখোয়না কাপথোরকপা নোংমৈনা পান্দুনা শি। অদুনা পাবুং স্নাখ্বা লানবন মনুং চঙদুনা খুৎনা ফংনা যান্নসি হায়না সেনাপতিদা হঙ্গৎপীযু।"

অদুগা মখোয় পাখঙ লাম্মী মরক্তা হয়েং করি তৌগদগে খন্নখি।

**এপ্রিল তাং ৩**

ইনুং ঙাল্লে। এপ্রিল তাং ৩ গী অয়ুক্তা মৈতৈ লাম্মী সাজন লোইদুনা লান চঙনবা য়াথং ঙাইবি। সনাকোনুংদগী শগোল পাউ পুবনা কোলনেল হাউলেটকী চিঠিগী পাউখুমগা লোয়ননা গুর্খা বন্দি থাদোকপগী ব্রাবম খন্নরি হায়বা পাউ অয়ুক পূং তরা তাবদা থুংলৈ। শ্রীযুৎকী চিঠি সারকারগী লানবন য়ৌহনখি। সারকারগী লানবন্দগী চিঠি অমা যুবরাজদা পীরকখি, মদু সনা কোনুংদা থাখি। অসুম্না নুমিত্তুমা হৌখি।

সেঙ্গোইসানানা মতোল ইবুংঙো কোইরেং যুবরাজদা লালীগী পাউ হংজখি। অদুগা মখোয়গী কাঙবু অহুমদু ঙরাংগুম্না পাউ খোম্না চৎনখি।

সেঙ্গোইসনানা সরকারগী লানবনগী অব্রাংথংবা লৈপল মরুমদগী উখি, সরকারগী বেগারীশিংনা শগোলসেমগী কৈদগী ফৌ কাইদুনা চেঙ চোইরি। লানবন অকোয়বদু সিফায়না সন্ত্রি তৌরি মিং-না শিংনা লৈরি।

অচৌ এলাংবনা খাঙবোকলোমদগী অরোং তুরেল লানফম অথেনবা জাগা অমা থেংনখি। মদুদা মরিং তেন পায়বা অমগা লাম্ছোকমিন্নরগা লুমদুনা বেগারী শগোল শেনবা অমা তেন্না থাদুনা হাৎলম্লগা নুমিৎ তারকপদা লানশঙদা হল্লকখি।

অচৌ, চাউতোনসু নোংচুপ লোমদগী লানবন তাবা অহিংদা চৎপা য়াবা লম্বী অমা থেংনরকখি। পাউ পূম্নমক সেঙ্গোইসনানা মপাবুংদা তমখি। অমদি লান য়ান্ননি হায়দুনা লাক্লগা লান চঙদবা অসিদা পাখঙ লাম্মী পূম্বা কঙাওনরে ফৈরেং তুরেং তৌনরে হকথেংননা লান তৌনবা শীনবীয়ু হঙ্গৎখি।

এপ্রিল তাং ৪

মথং নুমিৎ এপ্রিল তাং ৪গী নুংথিলদা যুবরাজগী চিঠি থুংলরে, বন্দি সিফাই পূম্বা থাদোকখরে, কাছার কোহিমারোম চৎনখ্রে হায়রক্লে। অথোকপম লানবন্দগী সরকারগী সিফায়শিং হনখিবদা চেঙ্জেন ওইনবা য়াম সের চনীযাঙখৈ, হৱাই সের কুনমঙা, ঘী সের কুনমঙা খকসু থারকখি। চিঠিগা লোয়ননা পোৎ পূম্নমক অথোকপম লানবন য়ৌহনখি। গ্রান্টনা চিঠিদুদি লৌহৌরগা য়াম, ঘী, হৱাইদি হল্লকখি অমসুং বন্দিশিং অদুনা কাছাব অমসুং কোহিমা যৌদ্রিফাওবা জামিন ওইনা টুমুদা লৈনবা দববাব মেম্বর অমা থাবকউ হাযখি। যুববাজনা সুবদার অমা থাবকখি।

নুমিৎ অসিমসু নোংমৈ কাপ্লদ্রে। মৈতৈগী লানশঙদদি হায়নবা মতুংইন্না সরকারগী সিফাই হন্দোকখ্রনি লান লোইরগনি হাযনা হবাওনরি।

লান য়ান্নরুনি ইরৈবাক্কী য়েক্লবা মলেষ হাৎলুনি হায়না লাকখিবা মরৈবাক নীংবা পাখঙ থাঙজৌ, তখেন থাঙ, লোঙ, তা, তেন লাম্মীগী লুচিংবা অমুবা, তোম্বা, কাওবা, কেঙবা অমসুং মোবা মখোয়গী লোয়নবা অমমমনা তুং ইন্দুনা ঙাহৌ থেংহৌ চৎখিদুনা অথোকপম লানবনগী অৱাংথংবা মী চীক্লবা লৈপল মরুম অমদা ৱারী ৱাতাই অসুম শান্নরম্বদগী কাঙলুপ অনী থোক্লা খায়দোক্লদুনা অমনা কৈ য়েন অমনা মচীন মনাও শান্নরম্মী। শান্নবা অদুদা পুক্লীং লুপখিদনা মীচং নাকপাক নাকপাক তান্নরম্মী মরৈ য়েৎনরম্মী ৱা লাউনা-লাউনা ঙাঙ্নরম্মী- মখোয় কনা অমত্তা লানবন্দগী কাপ্লকপা নোংমৈনা মখোয়গী কোকথক্তগী ইঙ্কি তরুকমুক্তো ৱাংনা লানখিদুনা মনাক্তা হৌবা উদা পানবদু তারমদে। মমৈদা লানবন্দগী ইশন-শন্না কাপলকপা এনফাইলেদ ফায়ার অমা তৌরকপদুগীদি মখোয় পূম্বা লৈপল মরুমদা পাকথদুনা চেম্ছোরকখি।

এপ্রিল তাং ৫

মথংগী নুমিৎ এপ্রিল তাং ৫ গী অয়ুক ফন থেঙলবা ফাওবা অথোকপম লানবন্দগী সরাকারগী সিফাইশিং টুমুরোমদা হন্দোকখিনবা শেম শাবা অমত্তা উরমদে। মরম অদুনা মনাও ঈবুংঙো সেনাপতিনা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা টেলিগ্রাফ বাবু অদু অথোকপম লানবন্দা থাদুনা হায়হল্লুই। "সাহেব লুক নখোয় টুমুদা হনগদবা লৈরবদি হনবীগ্নো ঐখোয়সু হনগ্নগে।" ব্রাসি তারবদা, "নখোয়গী নথৌ লৈতে, ঐখোয়দি হনবা হৌনদে।" হায়না খুমলকখি। পাউখুম অদু তারবদা, "মখোয়না হল্লো হায়বা য়াদ্রবনিনা মখোয়না ঙম্লবসু ঐখোয়না ঙম্লবসু য়েংনবা তারে হায়না মৈতে লাম্মী লুচিংবশিংনা লেপ্লরে।"

অসুম লেপ্লরদুনা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পৃং মঙা তাবদা ব্রাংখৈরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, দলাইরোই হঞ্জবা, য়েনখোইবা মেজর, চোংথা মেজর, ব্রাংখৈ পোইলানচিংবা লান চঙখি। অদুবু মখোয়দি লৈপল মরুমদা কোমদা লোত্তুনা লৈবনিনা মৈতে লাম্মীনা কাপশিনখিবা নোংমৈ অদু অমা ফাওবা পান্দে। মখোয়সু নোংমৈ য়াম্না কাপথোরকই, লানবন নকশিল্লুবা কয়া পান্দুনা শি। অদুবু মৈতে লাম্মীনা নোংমৈ য়াম্না কাপশিন্দুনা কোয়সিল্লে। মখোয় থোবকপা ঙমদ্রে। নুমিৎ তারদুনা লানশঙদা হঞ্জিন্নে।

অসুম্না লানফম খুদোংথীরবদা মৈতে লাঞ্জিংপুরেনশিং অহিং লানশঙদা করম্বা লানওং চম্থগদগে খন্নে। ইবুংশি য়াইস্কুল লাকপনা হায়খি। "য়েক্লবগী মশীং পূন্না চামরোমতনি, ঐখোয়গীদি লিশীংনি। অদুবু মখোযদি লৈপল মরুমদা কোমদা লোত্তুনা লৈবনিনাা ঐখোয়না কাপশিনখিবা নোংমৈ অমা ফাওবা পানবা ঙমদ্রে। ঐখোয়গী লাম্মীদি অকোকপদা লাঞ্জংবনা লোৎফম লৈতবনিনা মখোয়গী নোংমৈনা পাল্লি, অদুনা লানবন্দগী লম চামা লাপ্পা মফমদগী হেন্না নকশিনবা ঙমদে। অদুনা থাঙ পায়দুনা লানবন মনুংচঙ খৃৎনা ফংনা য়ান্নরসি।" ব্রাসি তাবদা চোংথা মেজরনা হায়রকখি, "হৌজিক ঐখোয়না সরকারগী সিফায় লানবন্দগী হেন্দোকহন্দনা কোয়শিন্দুনা থল্লিবা অসুম্না নুমিৎ খবগা থমখিবনা হেন্না ফগনি। মরমদি মখোয় হৌজিক মখোয়গী রেসন লোইখিদুনা শগোলসেম্না হন্দোক্লম্বা ফৌ শুদুনা চাবা হৌরবনি। মখোয়না লানবন নকশিল্লক্লবতদা নোংমৈ কাপ্লকপা অসিনা মখোয়গী খৃৎলায় লোইশিল্লক্লে তাকপনি। অদুনা নুমিৎ ৩/৪ নিদংগা অসুম্না লেঙহন্দনা থল্লবদি, চানীংঙাই লৈতদুনা খৃৎলায় লোইথোকখিদুনা ঐখোয়দা চঙজরক্কনি।" মদু তারবদা য়াইস্কুল লাকপনা হায়রকখি, "চোংথা মেজরগী ব্রাফম অসি য়াম্না ফজে অদুবু মতমদি খর চঙগনি নুমিৎ খরনিসিগী মনুংদা সরকারগী অনৌবা মতেং পাংবা সিফায় য়ৌরকপা

য়াই অদুগা ঐনা হাযজবিবসি মবৈবাক নীংবা পাখঙ কয়াগী মোৎনি লানসু থুনা লোইশিন্নবনি। হকথেংননা লান তৌদুনা য়েক্লবা মলেম হাৎকনি হায়না চোংথোবকখিবা কযা লান যাওদনা কঙাওননা নুমিৎ কয়ানীমুক লৈবকপসিদা মখোযগী পুক্নীং ঈবাং হৌবে। মখোযনা কবিগুম্বা লানফম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি যেক্লবা থেংননবা মী অমত্তা লৈহৌদবা য়াই।"

পূম্নমকসি তাববা তুংদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিনা হাযখি, "ইবুংসি যাইস্কুল লাকপগী ব্রাফম অচুম্বনি, চোংথা মেজবনা হাযবিবিবা লাম্লোং অসিসু অফবনি। অদুনা লাম্লোং অনীসিমক পাঙথোক্লবা যাম্নুং যাইস্কুল লাকপগা চোংথা মেজবগা অনীনা পাযখৎপীবো।" অসুম্না লেপ্লবদুনা মথং নুমিৎ তাং ৬ তা যাইস্কুল লাকপগী লান চঙনবা শেম শাবা হৌখ্রে।

হযেংদি থাঙ পাযদুনা খূৎনা ফংনা যেক্লবগা লান যান্নবনি হাযবা পাউ অসি সেঙ্গোই সনানা মমান্নবা কেঙবা, কাওবা, অমু, তোম্বা, মোবা ,অচৌ, চাউতোন এলাংবদা তম্লববদা মখোয খুদীংমক হাযফম খঙদনা নুংঙাইবা ফাওই। মবৈবাক্কী যেক্লববু হাৎপা নত্রগা মবৈবাক্কীদমক শিবা শোযদ্রেখনবদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈবমদে। সেঙ্গোইসনানা লুচিংদুনা মখোয চামকুন পূন্না লাউখি জয ধ্বনি 'যাইফবে ইমা লৈবাক্লা যাইফবে।"

**এপ্রিল তাং ৬ কী লান**

ইনুং ঙাল্লে। এপ্রিলগী তাং ৬ অযুক নুমিৎ থোক্লিঙৈ অথোকপম লানবন্দা গ্রান্টনা চেক তৌবদা স্নাইদব বাইফল খুদীংদা মক হুস্ফুতবা অমসুং মার্টিনী বাইফল খুদীংদা মক কুন্থ্রাখক্তা মঙাযবে হাযবা খঙখি। মবম অদুনা মহাক্লা সিফায পূম্নমক লানবন মনুং কোমদা পাকথদুনা লৈহনখি অমসুং যেকনবনা লনবনগী লৈপল অদু কাখৎলক্লিবা ফাওবা নোংমৈ কাপ্পা য়াদে হাযনা অকনবা হুকুম তৌখি।

অযুক নুমিৎ থোক্লবা মতুংদা য়াইস্কুল লাকপগী তেঙ্গোল লাঞ্জংলক্লে। লম চনীবোম লাপ্পা মফমদগী লাম্মীশিংনা নোংমৈ পূং অমবোম শুক্লেপ লেপ্তুনা লানবন তম্না নোংমৈ কাপশিল্লম্মী। চৈবক অদুদা সেঙ্গোইসনা মমান্নবা থাঙজৌ লাম্মী তখেম্বাং, তা, লোঙ, চুঙ্গোয লাম্মী খুদুপ চামবীবোম লাপ্পা মফমদা মাঙলোমদা লানবন তম্না পাকথ-পাকথ তপ্না-তপ্না চঙশিল্লম্মী। ঙসিদি লানবন্দগী মখোযদা নোংমৈ অমা ফাওবা কাপ্লক্তে। পাখঙ লাম্মীশিংদো পূং অমবোম চঙশিল্লক্লবা তুংদা লানবনগী মপাম্থংবা লৈপলদু য়ৌবে। হেক য়ৌবগা খা অব্রাং লৈপলগী অকোযবদা সেঙ্গোইসনানা

হায়বা মতুং ইন্না লৈপল মরুমদা লুমদুনা য়াথং ঙাইদুনা লৈ। পাখঙ লাম্মী খরদি ঙাইঙমদনা লান য়ান্ননীংদুনা লৈপল লাম্ছোক্লবা হোৎনরম্মী। অদুবু লৈপল হেক কাখৎলুবগা নোংমৈনা পান্দুনা শোকই, শি। অসুম্না লানবন মনুংদা চোংশিন্নবা লৈপল কাখৎলুবা অমুবা, মাগী য়েৎ ওইদা কারকপা থাঙজৌ লাম্মী মরি মঙা নোংমৈনা পান্দুনা শিবা হেক উবদা ইপা পাখৎনা নীংহন্ননা চোংথরক্লুনা লেমহৌরিবা থাঙজৌ লাম্মী খবদু পুদুনা চেনখি, নুমিৎ অদুদগী অমুবা নোংমৈ মখোল বম্মুলা মখোল হেক তাবগা মমিৎ-মনা তথক-তথক লৈপল মরুমদা চেনশিন্দুনা হেক্তা লোৎখি।

মতমসিদা সেঙ্গোইসনানা তখেনথাঙ, লোঙ, তা, তেন্না, নোংমৈগা লাম্বা ঙমলোই খঙদুনা তোম্বা, কেঙবা, কাওবা অমসুং মোবদা লানফমদগী হন্দোকখিনবা হায়জখি অদুবু মখোয়না "শিরবসু অদুমঙাযরে ইমা লৈবাক্কীদমকনি হল্লরোই" হায়না শিখাঙ খাঙলম্মী। " অদু ওইববদি লানবনগী খা থংবা মাযগৈ খাঙবোক লোমদগী লানচংবীযু, পাথৌ মোবা নঙগী মৈগী তেন্না সরকারগী লানশঙ মৈ থাদোকপীয়ু, থাঙ তা লোঙনা য়েক্লবা হাৎপীযু, অচৌ, চাউতোন, এলাংবা অমসুং ঐনা অৱাংলোমদগী লানচঙগে হাযরম্মী।" অসুম্না কেঙবা, কাওবা, মোবা মাগী-মাগী লাম্মীগা খাঙবোক মায়গৈ পাংখবে। তোম্বা তখেন্থাংদি স্নাখ্বা সেঙ্গোই থাদোকলোই হাযনা লৈহৌবে।

শ্রীশ্রী গোবিন্দগী সৃঙ্গাব আবতী লোইববকপা মতম পৃং ৮/৯ রোম তাবকপদা যাইস্কুল লাকপনা শীনবা লাম্হোং মতুং ইন্না মৈতৈ নোংমৈ লাম্মীনা লৈপল মরুমদগী পৃং অমরোম লেপ্তুনা নোংমৈ পঙকাপ্তু-কাপ্লম্মী অদুবু লানবন্দগীদি নোংমৈ অমা ফাওবা কাপ্লক্তে। চৈরক অসিদা থাঙ পায়বা লাম্মী খরা তোম্বগী তখেন্থাং লাম্মীগা লোযননা চঙশিল্লকপনা লানবনগী লৈপল য়ৌগদবা গজ কুম্মুক্তা ঙাযরে। মদু উবদা গ্রান্টনা গুর্খা সিফাই কুনমুক্কা লোয়ননা লানবন্দগী থোরক্লুনা ষম্বন মরুমদা লোন্না চঙশিল্লক্লুনা য়েৎলোমদগী মখোয়গী মথক্তা লান্দাখি। তোম্বগী তখেন্থাঙ লাম্মী অহুম মবি নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। মৈতৈ লাম্মীশিং তুংদা হন্দোকখি। গ্রান্ট অমসুং মাগী কাঙবু খুৎলৈ থুনা লানবন মনুংদা চেনশিনখি।

পৃং ১১ তারকপদা মৈতৈ লাম্মীনা লানবনগী মমাঙদা লৈবা ষম্বন মরুমদগী নোংমৈ কাপশিনবা হৌরকখি। গ্রান্টনা নোংমৈ মখোল হৌখ্রবা অমা তাখি। মহাক নুংশা থীখী। গুর্খাশিংদুগা লোয়ননা মহাক লানখোং কোম মনুংদা চঙদুনা উপ্রাক্লা শিংনা লৈরম্মী। কাপশিল্লকপা নোংমৈ মরু অমনা টেবল মথক্তা লৈবা মাগী ব্রেক ফাষ্ট অদু পৃংচাই চাইখায়দুনা মাঙহনখি।

খাঙবোকলোমদগী লাঞ্জংলকপা কেঙবা, কাওবা, মোবনা অরোং তুরেল লান্নবা হোৎনখি। তোর্বান মোংশোং মরক্তগী মোবনা কাপখিবা মৈগী তেন্না লানবন মনুংদা লৈবা শঙ মচা অমা মৈ চাকখি। কেঙবা, কাওবা অনীনা তাবাক লোঙ তরুক তরুক্কা লোয়নননা অরোং তুরেলগী অথেনবা মফম অমদা লাম্বোক্তুনা অথোকপম লানবন তম্না চঙশিল্লকপদা য়েক্লবগী শগোল শামু শেনবা কেম্প ফোলোয়ার বেগারী মরী মঙা থেংনৈ। বেগারীশিং অদুনা মখোয়বু উবদা লানবন তান্না চেনশিনখি, কেঙবনা তান্নদুনা অমদি তানা লেংদুনা হাৎখি। কাওবনা হুল্লকপা লোঙনা শগোল অমা শাথিনা শোকখি, চেনখিবশিংদুনা লানবন য়ৌখিবগা লানবন্দগী কাপথোরকপা নোংমৈনা পান্দুনা তান্নরুবা কেঙবা, কাওবগা লোয়নননা তাবাক অহুম লোঙ অহুম শিখি। কেঙবনা হুল্লম্বা তানা শামু অমদা পানখি। লেমহৌবশিং অদুনা চেনখিদুনা অরোং তুরেল লানখিদুনা খাঙবোক্তা লৈহৌবিবা লোঙ, তা, তেন-নোংমৈগা লাম্বা চাদে থেংনবা য়ারোই হায়না মোবনা মখোয়গা লোয়নননা নুমিৎ তারমদাইদা হন্দোকখি। কেঙবা, কাওবদি মরৈবাক্কীদমক মথৱায কচচবা ঙমখি।

অসোমদা লানবনগী অব্রাংথংবা নাকনলোমদা চঙশিল্লকপা মৈতৈ লাম্মীনা অযুক্তগী থেংনরকপা নুংথিল য়ৌরক্লবা ফাওবা খুমাং চাওশিনবা ঙমদবা, লানবন মনুং চঙশিনবা ইঙম ঙমদবা অদু উবদা ইবুংসি য়াইস্কুল লাকপা ঙসিগী লান অসিগী লাঞ্জিং পুবেন, থাঙ শত্তুনা হকথেংনবা লানগীদমক মচাইবুংঙো সেঙ্গোইসনা, এলাংবা অনীনা যৌগন তৌ নুংথিল পূং ৩ তাবদা মাঙ থানা লানফমদা চঙশিনখি। তোম্বাগা লোয়নননা মাগী তখেল্লাং লাম্মী, অচৌ চাউতোনগা লোয়নননা থাঙ চুঙ্গোয় কুন তুংইনখি। অসুম চঙশিল্লকপনা ফুট ৬ লোম ব্রাংবা লৈপল অমগী মখোঙ য়ৌরে। লৈপলদুগী মরুম অকুৎপা অদুদা পূম্নমক লুমদুনা য়াথং ঙাইদুনা লৈরম্মী। য়াইস্কুল লাকপনা ঙাইরিবদি সরকারগী কমাণ্ডর অদুতবুনি।

কুইদে, মাগী য়াথং মতুং ইন্না তখেল্লাং লাম্মী খরা থাঙ চুঙ্গোই খরা লানবন নুংদা চোংশিন্নবা লৈপল মথক্তা হেক কারুবদা খুদোং নোংমৈ কাপ্লকখি। মদুনা পান্দুনা তখেল্লাং মরি মঙা থাঙ অনী অহুম পান্দুনা ওস্থরকখি লৈপল কারুবা পূম্বা কূমথরকখি। য়াইস্কুল লাকপনা লানবন্দগী রাইফল নত্তনা খুদোং নোংমৈ কদায়দগীনো য়েংলুবদা গ্রান্টনা গুর্খা সিফায় খরগা লোয়নননা লানবনগী মপান্দা লৈপল অমসুং ষম্বনগী মরক্তা খুদোং নোংমৈ কাপ-কাপ্তুনা লাকপনা মনাক য়ৌগদবা খুদুপ ২০ মুক্তং লাপ্পা লৈরম্বদু য়াইস্কুল লাকপা সেঙ্গোই মপা মচানা উখি। তাঞ্জা অসিমক্তি য়াইস্কুল লাকপা সেঙ্গোই সনা মপা মচানা ঙাইরকপা। খুদক অদুমক্তদা মপা মচানা

খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা "জয় জয় শ্রীগোবিন্দগী জয়" হায়বা লাল্লাওগা লোয়ননা গ্রান্ট অমসুং মাগা লোয়নবা লাম্মীশিংগী মায়কৈদা ফুজিনখি। শারাও লাল্লাও অদু তাবদা গ্রান্টনা খুদোং নোংমৈদু কাপখি মরু য়াওরমদ্রে। ইবুংশি য়াইস্কুল লাকপনা শাফু কন্না চোংশিল্লকপা অদু থৈদোক্লবা খোঙকাপ তুংলোমদা হন্দোকদা খুনাম তাফম শোয়দুনা নাম্থুখি। য়াইস্কুল লাকপনা মাবু হাৎলগে হায়না হাইথরকপা থাঙ অদুদি গ্রান্টকা লোয়নরকপা গুর্খা অফিসার অদুনা খুগ্রী শত্তুনা ঙাকখি। মতমদুদা গুর্খা সিফায় খরসু হোৎচিল্লত্তুনা ইবুংসি য়াইস্কুল লাকপবু কোয়শিনখ্রে। মপাবুং স্নাখ্বাগী তেঙবাংনবা হোৎচিল্লকপা সেঙ্গোই সনাবুসু গ্রান্টকা লাকমিন্নবা গুর্খা অফিসার অমনা সিফায় খবগনা কোয়শিন্দুনা থৎখ্রে। গ্রান্টকা লোয়নরকপা লেমহৌরিবা গুর্খা সিফায়গী নোংমৈ গুলিনা চাউতোনগী থাঙ চুঙ্গোয় লাম্মী খুমাং চাওশিনবা ঙল্লমদে। ইবুংসি সেঙ্গোইসনা মপা মচাবু মতেং পাংবা ঙল্লমদে।

অদুবু ইবুংসি য়াইস্কুল লাপা অহল ওইরবসু হকথেংনবা লানফমদদি নোংশাংনি। ইবুংসি সেঙ্গোইসনা হকথেংনবা লানফমদা লাম্বা লৈতবা নোংশানি। য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনখ্রবা যাইস্কুল লাকপা সেঙ্গোইসনা মপা মচানা খোঙফম অহুমদা অলাট চক্রগুম্না লৈয়দুনা কোয়শিল্লিবা য়েক্লবশিংগা মতম খব য়ান্নখি। মখোয় অনীগী থাঙয়ান্না যেন্দেম থবাম শোইবগুম য়েক্লবা কয়াগী মখোঙ মখূৎ মঙক কেনখি। মশা পূম্বঃ হুমাংনা পূংলুপ লূপ্লবা য়াইস্কুল লাকপা মায়োক্লবিবা গুর্খা অফিসাব অদু মথবাক্তা থাঙনা থিন্দুনা হাৎপগী নুংশা মপী ফূয়না হোন লানঙম লাল্লাওগা লোযননা থাঙ অদু শৎপগা গ্রান্ট কৈদা লৈখ্রে য়েংলকখি।

তাঞ্জা অসিমক্তদা মায়োক্লরিবা সঙ্গিন পায়বা গুর্খা অফিসার অদু হাৎলগা জয় জয় শ্রী গোবিন্দনা জয় ওইরে হায়না জয়ধ্বনী লাউরগা মপাবুং স্নাখ্বা কদোমদনো যেংলকখি। খুদক অদুমক্তদা গ্রান্টকী তুংইল্লকপা সিফায় খর নোংমৈ কাপ্না কাপ্না ইবুংসি মপা মচাগী মায়কৈ তম্না হোৎচিল্লকখি।

তাঞ্জা অসিদা ইবুংসি য়াইস্কুল লাকপনা তুদুনা লৈবা গ্রান্ট উবদা শিরবোই নীংলম্মী, শিরব্রা য়েঙ্গে চঙশিল্লুবদা শিজিন্নরম্বা গ্রান্টনা নাকন্দগী শৎলগা কাপ্লকপা রিভোরভর মরূনা পান্দুনা ইবুংসি য়াইস্কুল লাকপা তুখি।

মপাবুংগী লমন খুমগে চোংশিল্লকপা সেঙ্গোইসনা অথাপ্পদগী কাপলকপা নোংমৈ গুলীনা পানখি। নোংমৈনা পাল্লবা সেঙ্গোইসনাবু গুর্খা সিফায় অনীনা থৎখি। গ্রান্ট তম্না হাইথরকপা থাঙ সিফায় অমনা ঙাকখি। খূৎলায়না শোক্লবা

লিংজেল খারবা সেঙ্গোসসনা হনবা লৈতনা লান য়ান্নদুনা সিফায় অনীদু হাৎলম্লগা লানফমদা তুখি।

মতমসিদা সেঙ্গোইসনাবু তেংবাংনবা হোৎচিল্লকখিবা তখেল্লাং তোম্বা গ্রান্টকী রিভোলভর গুলীনা পানখি। সেঙ্গোইসনা তম্না কাপ্পুবদা মরু য়াওদ্রে হায়বা খঙখি। গ্রান্টনা মাগী রিভোলভরগী মরু পূম্নমক লোইনমক কাপথোক্লবদা নোংমৈ মরূ লোইশিল্লক্লে খঙদুনা লেমহৌবা সিফায়শিং অদুগা থুনা য়াঙনা লানবন মনুংদা চেনশিনখি। নুমিৎ তারক্লদুনা লান লেপলে। অচৌ, চাউতোন, এলাংবনা মখোয়গী লাঞ্জিং পুরেল অনী য়াইস্কুল লাকপা অমসুং সেঙ্গোইসনা অনীগী অশিবা হকচাং অদু থৌবাল লানশঙ তম্না পুরকখি। তখেল্লাং লাম্মীনা তখেল্লাং তোম্বা পুরকখি।

নুমিৎ অসিগী নুংথিল, নুংদাইবাইরম কোরৌহনবা নোংমগী মণিপুর খোঙচৎ লোইরদুনা ঙাপ্রুম চীংজেংদা ফমদুনা ঙাইহাক্তা পোখারী। নোংচুপ অতিয়াদা ঙাড্রানবা ফিজোন শেৎপী অদিতিনা মচাবু তবাম্না খোইজু লৈখাম মৈখু খুনা ওক্লি। অতিযাদা পাইরম্বা উচেক ব্রায়া মহুম মায়কৈ পাংনরকলি। ষনজাবুংদগী ষনগারক্লি, হৈনম লৈনম পুরবা মালঙবসু লিরি-লিরি হুমলি, পূম্নমক অঙৈংবা অতপ্পা চনীং তাবা নুংঙাইরবা মতমনি। অসুম্বা নুংশানা নেমথরকপা হকচাংনা তেকখৎলকপা মতমসিদা ইম্ফাল য়াইস্কুল ব্রহ্মপুর ঠাকুর রতনগী য়ুমদা, ঠাকুর রতন লৈতে সনা কোনুং কাখি লৈবাক্কী য়াইফনবা কৎপা যজ্ঞ পুজা য়াওখি। ঠাকুর রতনগী থৌরাণী, সন্ধ্যা পুজাগী লাইশঙ মন্দিব মার্জন তৌরি, শংবান্নবী মথন্তনি মাগী কাদা, পূমচীক চীকই। মতম অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা লমখুনু অমা পাইরক্তুনা শুমাং মতোন্দা নোম্ন-নোম্না চৎনা, খোংলকখি "কু কু ক্রু কু!"

লম খুনুনা খোংবগী খোঞ্জেল হেক তাবমক্তদা শংবান্নবী মমিত্তা মপি জর জর তানা "য়াম্বুং" হায়না থম্মোয় ফুক্লা খোনফম কায়না লাউরদুনা ইমুংদগী চেঙ য়াওবা লাইতং অদু পায়দুনা শুমাং মতোন তান্না চেপ্লোরকখি, চেঙ খুবাম খুবাম চাইরম্মী। লমখুনু অদুনা নোম্ন-নোম্না চত্তুনা "কু কু ক্রু কু" খোংদুনা চেঙ খূন্দুনা চাবদু মপি ওরোরো তানা য়েংখি, মচীন্না কৌরি য়াম্বুং, মখোন্দি থোক্তে।

মচানুপীগী থম্মোই শেৎ কায়না নীক্লা কৌখিবা খোঞ্জেলদু তবদা মচানুপীগীদমক্তা মিপাইরবী মমানা লাইশঙ লোমদগী থুনা য়াঙনা চেল্লক্তুনা মচানুপীগী মনাক য়ৌরকপদদি শংবান্নবী হীক্র-হীক্র কপ্লম্বদগী লেঙ ওৎতনা তুমিন্না লৈখিবদু উখি। মচানুপীবু মতম্বাক্তা কোনখৎলগা তেংথারকখি। "ইমাগী ইবেম্মা করিনো নঙনা তৌরিবা অসিবু ইমাবু করি ওইরসিগে?"

# ব্রারোইশিন

লেফটিনেন্ট গ্রান্টনা লানবন মনুংদা চেনশিনখ্রবা তুংদা লানবন অকোয়বদু য়েংশিল্লুই। মাগী সিফায় খুদীংদা মরূ য়াঙ্খে খক্তা অদুগা মার্টিনী রাইফলগীনা মরূ কুনমঙা খক্তা মঙায়রে হায়বা খঙখি। মদুদি অকনবা লান থেংনবদা পূং অমদগী হেন্না চৎলোই। মাবু মতেং পাংনবা ব্রিটিস লাম্মী লাকপগী পাউসু লৈতে। ঙসিগী লান অদুগুম্বা অমা অমুক থেংনবা তারবদি খুদোং থীনিংঙাইনি হায়বা খঙখি। মথব্রাই ব্রাখি। লানবন মনুংদা লেঙদনা লৈখি। মথং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবদা বর্ম্মাদগী কেপ্টেন প্রেসগ্রাফনা পীরকপা "থুনা হন্দোরক্লো, নতেং পাংবা লাক্লরোই" হায়বা য়াথং য়াওবা চিঠি অদু ফংখি। য়াথং অদু ফংবা নুমিৎকী শুক্রা মল্লবা নোং ফুদিৎ ফুনা তারবা অথেংবা অহিংদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা তূমখুন তাল্লিঙৈদা লোন্না চেনখি।

নোং ঙাল্লবদা লানবন অদু পূংহাঙ হাঙলে, ব্রিটিস সিফাই অমা ফাওবা লৈত্রে চেনখ্রে হায়বা মৈতৈশিংনা খঙখি। লান লৈত্রে ব্রিটিস লাম্মী লানগাইদুনা চেনখ্রে মৈতৈনা লান জয় ওইরে হায়না মনাও ইবুংঙো সেনাপতি অঙৌসনানা সনা কোনুংদা পাউ থাখি। অওইবমক স্নাখ্বা হাউজৌসনা য়াইস্কুল লাকপা অমসুং মচা ইবুংঙো সেঙ্গোসনা মপা-মচানা মরৈবাক্কীদমক মথব্রায় কত্তুনা থৌবাল অথোকপম লানফমদা ব্রিটিসপু মাযথীবা পীদুনা তাম্হোকখি।

অবোক্লা হায়রকখি - "সাহেবনা য়ুংলিবা নূংগী য়ুম্বী অদো পাবুং স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপা অমসুং যাম্বুং সেঙ্গোই সনানা তুফম মনাক্তনি।"

খোংজোম লান লোইরবা মতুং লানফমদা মথব্রায় থাখ্রবা ইপা-ইপল , ইবুং ইপ্বা অথৌবশিং অদুদা তর্পণ কৎনবা খোংজোম তুরেল তান্না চৎন্নে। ঐগা নবোক থৌরাণী শংবান্নবীগা থোইবীস্নাগা ঐখোয় অহুমসু অরোং তুরেন্দা তর্পণ কৎলুই, থৌরাণী য়াম্না কপখি। নুমিৎ অদুদগী মশম অদুম হুগৎপ্রে।

"লানফম অসি নীংশিংনবা য়াইস্কুল লাকপা, সেঙ্গোইসনা অনীগী তুফম নাক্ত য়ুংলিবা হে নূংগী য়ুম্বী!

নঙনদি খঙবা ফোংনদি হায়দোক্তবা তম্মুকো অথৌবা অনীগী ব্রারীসে নঙবু থিরকপা মরৈবাক নীংবা মী খুদিংদা।"

*লোইরবা*



# এলাংবম সোনামণি সিংহ গী

অনুবাদ থাবগী সাহিত্যিক নিফু হেন্না ফোঙওয়ে
মাগী ফোঙওবা উপন্যাস

বসুমতী/১৯৯৬ ইং

হাজারী/১৯৯৮ ইং

সেঙ্গোই সনা/২০১০ ইং

শৈজাবে অদোমগী খুত্তা